# মীনকেতনগী

## নৌৱা সাহিত্য অখোম্বা

(ভারত চনু অমসুং রামায়ণগী ৱারী খরা)





*খোমজিঙ্বী*

ডাঃ অশাংবম কবিতারাণী

# মীনকেতনগী
# নৌৱা সাহিত্য অখোম্বা

(ভারত চনু অমসুং ৱামায়ণগী ৱারী খৱা)

*খোমজিঞ্জবী*

ডাঃ অশাংবম কবিতারাণী



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

# Minaketangi Nauwa Sahitya Akhomba

(Bharat Chanu and Ramayangi Wari Khara)

Compiled by : Dr. Ashangbam Kabitarani



| | | |
|---|---|---|
| **Price** | : | **Rs. 160/- (One Hundred Sixty)** |
| Published by | : | **Ashangbam Jagajit Singh**<br>Uripok Panchay Maning, Imphal<br>for the Ashangba Communication, Imphal |
| 1st Edition | : | **Bharat Chanu - 1952** |
| | : | **Ramayangi Wari Khara - 1951** |



# মীনকেতনগী নৌবা সাহিত্য অখোম্বা

(ভারত চনু অমসুং রামায়ণগী বারী খরা)



| | | |
|---|---|---|
| খোমজিঞ্জবী | ঃ | **ডা. অশাংবম কবিতারাণী** |
| অফোঙবা | ঃ | **অশাংবম জগজিৎ সিংহ**<br>উরিপোক পঞ্চাই মনীং, ইম্ফালনা<br>অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা |







| | | |
|---|---|---|
| **মমল** | ঃ | **লুপা ১৬০/- (লুপা চামহুম্ফু)** |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | **ভারত চনু - ১৯৫২** |
| | ঃ | **রামায়ণগী বারী খরা - ১৯৫১** |
| লাইরিক ফংফম | ঃ | অফোঙবগী য়ুম অমদি<br>ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং। |

নম্ফম ঃ **লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।**

# য়াওরিবা

# অফোঙবগী ৱারোল

চৎলিবা চহী খরা অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা লাইরিক কয়া ইদুনা থম্বিরম্লীবা ঐগী ইধৌনা ইবিরম্বা লাইরিকশিং খরা অমুক নৌনা নমদুনা পুথোকচরক্লি। খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফরিবদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা খুৎমাবা খোর্জেই তরেৎকী মনুংদা অমা ওইখিবা লাইওইশ্রবা ঐগী ইধৌগী চহী ১০০ শুবগী মপোক কুমওন থৌরম হৌখিবা চহীদা তাখিবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যগী মাঙজিল থানা থবক তৌরিবা সাহিত্যগী ওর্গানাইজেসন মঙানা পূনশিন্দুনা অশাংবম মীনকেতন ষ্টেট লেভেল বার্থ সেন্টেন্যরী সেলেব্রেসন কমিটি শেমদুনা চহী অমা চুপ্পা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপাল য়াওনা নীংশিং থৌরম কয়া পাঙথোকমিনরক্লি। থৌরমশিং অসিগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা ইধৌগী লাইরিকশিং খরশু ফোঙদোকপা ঙমজখ্রে। ইধৌনা ইবিরম্বা লাইরিকশিং অসি লৈশিল্লক্রে। শুকলৈমক লৈত্রবশু য়াওরে, মখোয়শিং অসিগী মনুংদা ঙসি পুথোকচরিবা *ভারত চনু* অমদি *রামায়ণগী ৱারী খরা* হায়বসিশুনি।

ঙসি পুথোকচরিবা *ভারত চনু* হায়রিবা লাইরিক অসি ইং ১৯৫২ দা অমদি *রামায়ণগী ৱারী খরা* ইং ১৯৫১ দা ফোঙখিবা লাইরিকশিং অসি অমত্তা ওইনা পূনশিনলগা *মীনকেতনগী নৌৱা সাহিত্য অখোম্বা* হায়দুনা পুথোকচরি। পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংগী পুক্নিং লৌশিং ওইনবা অমসুং লমজিং মৈরা ওইহৌনবা হোৎনবদা করিগুম্বা মতেঙ খরাদসু ওইরবা অমদি ইধৌগী লাইরিকশিংবু থিজিন্দুনা নৈনবীরিবা কয়াদা মতেঙ খরদা পাংজবা ওইনা থোক্রুবদি পুথোকচরুবগী মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইগনি খঞ্জে।

লাইরিক অসি পুথোক্রুবা হোৎনবদা বানানগী মতাংদা য়েংশিনবীখিবা সনখ্যা আর. কে. বিদুর, নোংমৈবুং, অমদি ওঝা ৱাহেংবম শখি দেবী, ৱাংখৈ অনিনা হান্নগী লৈজরম্লীবা বানানশিং কায়হন্দনবা য়েংবীখিবসিমক মতম চুপ্পগী ওইনা কাউজরোই। অদুবু লানদবা ঙমদবা মীওই মপোকনিনা শোয়খিবা লানখিবা চিৎথখিবা কয়া য়াওরবসু লাইওইশ্রবা ইধৌনা অমদি সাহিত্যবু নুংশিবিরীবশিংনা ঙাকপীগনি।

অরোইবা ওইনা ঙসি ফোঙদোকচরিবা লাইরিক অসি মতম চানা পুথোক্লবা হোৎনবদা লাইরিক অসি নম্বগী অচৌবা মতেঙ পাংবীরিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী অহল-লমন, মরুপ মপাং খুদিংমকপু মতম চুপ্পগী ওইনা কাউজরোই।

ইম্ফাল

ওক্টোবর, ২০০৮

অশাংবম জগজিৎ সিংহ

নুপীমচা - সাহিত্য

# ভারত-চনু

(লারোন অহানবা)

মীনকেতন

# খূদোন-তম্ব

**নচীন-ননাওমক,**

ঙসি ৱারি অহম্মগা ইপানা লীরি। চিত্তৌরগী লৈম পদ্মিনীগা আহোরগী নিংথৌমচানুপী লালবাঈগা রাণীপুরগী নিংথৌমচানুপী সরদারবাঈগা অহুমগীনি। মখোয়সী মগুন্ন মরায়বক থীনখিবী নুপীঙাক্নি।

মগুন্ন মরায়বক থীনখিবী হায়বা ইপাগী লোন্দাসী নচীন-ননাওদা ঙক্লপ থোকপা য়াই। য়াবদা নত্তে, থোক্কনি। করিনা! মীনা ৱানবসী দোষ তননি হায়না খঙনৈ। মাসী পঙখঙ-মখঙনবা হায়বদুনি। দোষনা অৱাবা লঙবগুম গুণশু অদুম মরাঁঙি। নখোয়না হঙ্লনা য়েংব হৈরবা মতমদা পোৎকী জগত্ত খঙদে, মীগীদা খঙদে ইউ মউগনি। পোৎকীদা অম'নীদং য়েংসি! সনানা তত্তনা মৈনঙিবা করিগীনো খঁঙবরা। অরংব হায়বা মগুশু চেল্লুবদগীনি। শিঙ্গারৈনা মপুক্নি খাঙতপ্ত লোইরিবা করিগীনো খঁঙবরা! নৌদ-নৌবা হায়বা মগুশু লৈরুবদগীনি। মীগীদশু অদুমঙায়। মহাত্মা গান্ধীনা কৈশুম-লাং তত্তনা তাখিবা, খূদৈগা ফিরাঙ্গদনা মপুক্নি য়াওন্নখিবা, মৈচীন্দ মমি হামচৎনখিবা করিগীনো নীংসঁঙিবরা! ভারত মরমদম নুংশিরুবা, মরোয়-মনাও চীখোন-নাওখোল হৈবা মগুণ চেল্লুবদগী নত্তরা! মানি, ঐখোয় খ্বায়না খঙনরিবনি। মসী সংসার মশানা অৱাবা হায়বদুমক ওইবননি। মৈদা চঙবা কনা মৈশা লাংদবা লৈ। অদূনা অৱাবগী মশকফম সংসারসীদা লাকপা কনাশু অরাবা মৈনংনদবা য়াওদে। দোষ লৈরে দোষনা গুণ চেন্নে গুন্ন অৱাবা লঙনবঙাক্নি।

সংসার অৱাবা হায়বদুমক্নি হায়বসী নচীন-ননাও নখোয়না খঙবদা ৱাখিগনি। অদুনা ইপাশু চাউহায় ওইনা অদুম মহায়খিগে, নখোয়শু চাউখঙ ওইনা অদুম মখঙ্খো। ইপানা হায়খ্রিবা 'সংসার অৱাবা হায়বদুমক্নি' হায়বা লোল অসী ঋষি (অখণ্ড-অউ) শিংন আদগী হায়নরক্লবনি, য়ানরক্লবনি, লৌনরক্লবনি, লাউনরক্লবনি।

অদুনা নখোয়শু অদুম মরৌশিল্লু। অদুগা বঙ্গ-কবি নবীনচন্দ্রনা সংসার অৱাবা হায়বদুমক্কি হায়বসী মশাদা য়ৌনা পাল্লদুনা শক্রন্নিবা ইশৈসীমগা তাশিল্লু। খেকপদনা মথৌদাং ওইরবা অঙাং উবদা মীনুংশি চাউবা কবিগী থম্মোইনা মিপাইবিদুনা শক্তোক্লম্বনি।

'নোকচৌ নৌবা নোকচহৌ,
খেক-খেক-খেক -খেক খেকচহৌ
খেকচদৌবা কুইদেকো!
মতম-তোবর্বাক-চাংজৌ ফৌ
অৱা-ঈথক চৈশীং থা
কপচদৌবা কুইদ্রেকো!
খঙজৌ ঙায়রে হয়েংদ
ৱায়দ সংসার ৱাখ্রেদ
হীকচদৌবা তানফমদো!'

তারেদনা! অৱাবা সংসারনি, খোঙথাং খুদিং অৱাবা কোকথেংনগনি লাউরম্বনি। সংসারসীদা লাকপ'মত্ত ৱাদবা লৈতে তাকপনি। মসীনা সংসার মশক খঙবা হায়বদো অদুক মসাখো।

সংসার অৱাবা হায়বদুমক্কি হায়দুনা নবুক্ত কিবদি তৌরুনু। কিরে কিনা, কিদ্রে কিদনা অৱাবা কোকথেংনবদি শোয়দ্রবনি। অদূনদি কিরুনীঙায় করি লৈ! কিরুবগী শরুকপুদি অৱাবা লাকপা অপূম্ব মায়োক য়াবা ঙম্মনবা হোংনৌ। ইপানা নচীন-ননাওদা লীরিবা নুপীশিং অসীনা চৎখিবা খোঙফম, থাজ্বিবা খোঙথাং মুন্ন য়েঁঙু। মশা মশাগী ধৰ্ম্ম( থৌগাই )গীদমক্ত মখোয়না তৌখিবা খঁঙু। মপাঙ্গল চনবা মফমদা মপাঙ্গন্ন, মরৌশিং য়াবা মতাংদ মরৌশিংনা, অনীমক চঁঙক্রুবদা মপুঙ্গি লোইশিন্দুনা মশা মশাগী থৌগাই পাঙনখিবীঙাক্কি। মখোয়না পুখিবা লোনচৎ অসীবু নীতি-শাস্ত্রনা পুঙ্গিগী অথোইবা মন্ত্র (লাইৱা) কৌই। কাউগনু, মতম পুম্নমক্ত নথম্মোই মনুংদ থমগদবনি

**'থবক্ল পাঁঙগা পাঙবা, হকচাংন কেম্মগা কেম্ব'**

মন্ত্র অসী খঙবা অমদি চৎপ মীনা সংসারদা মমায় পাকখিদবা লৈত্রি। য়েঁঙু, চাম লাক চাম মম তৌবা সংসারসীদা ঙসিগী ইপানা লীরিবা নুপীশিং অসীদি মম্ব

কৌবা লৈত্রবনি, লৈররোইদৌবনি। মমদ্রিবসীগী মরমদি নচীন-ননাওদা অমুক নীংসঁঙুদ্রবশু অদুম মখঁঙবসীনি।

পাউ, খঁঙু, নীংসংদুনা শান্নৌ ইপানা লীরিবা ভারত নমাচাশিঙ্গী মপুল্সি খোঙফম। মখোয়গী মপুল্সি-খোঙফম পাবা, খঙবা, নীংসংদুনা শান্নবসী সঙ্গ তৌবনি হায়বা খঁঙু। মীদি সঙ্গদনা মাঙনৈ, সঙ্গদনা ফনৈ। অতাউবা উনা য়োৎক সঙ্গ তৌরগা লুপ্লি, অরুপ্প য়োৎন উগা সঙ্গ ওইরগনা তাউই। মীগী দোষ-গুণ সঙ্গদগী পোকপঙাক্নি। অদুনা মীনা মী ওইবা ঙম্লনবা হায়দুনা ঋষিশিংন মথং মথং লাউনরকই।

## 'ফত্তবা সঙ্গ থাদোকউ, অফবা সঙ্গ তৌ'

ঙসি নচীন-ননাও করিশু খঙদবী অঙাংঙাক্নি। ঙসি নখোয়না হৌরিবসোংদৌনা ইপানা মপাউ তম্লিবশিং অসীশু হৌখিবঙাক্নি। মখোয়গী মাঙওইননা হৌখিবী শিনা শিনা শিদবী নুপী কয়াগী খোঙ্গুল লীরুবদগী শিদবা খুভম কাদুনা নখোয়গী নমাঙদা ঙাল্লরিবসীনি। নখোয়শু মখোয়গী খোঙ্গুল অমুক লীরগা তুঙ্গী নমাচা পূন্নমক্তা ঙাল্লুগদবনি। নুমিৎন থানা মুৎত্রিঙৈ শিদবা খুভম কারবা কনাগী মঙাল মকপা লৈররোইদৌবনি।

**শিদবা খুফম কনাগী পিবা ফম নত্তে, মীপূম খুদিঙ্গীনি।**

ইম্ফাল,
মেরা নিন্দূং তরাহুমদোইনি চনবা
শগোলশেল
১৮৭৪ শকাব্দ।
(১৬ ওক্টোবর ১৯৫২ ইং)

মঙ্গল
শ্রীমীনকেতন সিংহ

# করিগী ই

## 'সাঘনম্বা মন্নবে পাতবম্বা উন্নবে'

'থবক্ত পাঁঙগা পাঙবা, হকচাংন কেম্মগা কেম্ব' হায়না রাশকতুনা মপুঙ্গি মপুঙ্গি খোঙফম্নখিবদগী ভারত-কংলৈরোন্ন যুগ্নোন খুদিং লেম্নরবী ভারত-চনু খরগী মপুঙ্গি খোঙফম নৌনা হৌরকইবী চনু ইমাচাশিং খঙহন্নীঙুবদগী লাইরিক মচা অসী ইরুবনি। ইতি

মেরা নিন্দুং তরাহুমদোইনি চনবা
শগোলশেল
১৮৭৪ শকাব্দ।
(১৬ ওক্টোবর ১৯৫২ ইং)

মীনকেতন।

# পদ্মিনী

পদ্মিনী সিংহল-নিংথৌ মচানুপীনি। হমীরশঙ্খনা পোকপনি। মহাক্পী লাইপোক ওইনা পোকপী নুপীনি। মশক ফজে, মতৌ লৈ, মগুণ চেল্লি; নুপী ওইবগী হায়নবী নীংথিবা পূন্নমক মঙোন্দ লোইনা পূন্নপ পূল্লি। অদূনা মহাকপু মমিংদ পদ্মিনী কৌরম্বা নত্তে, মশক্সু পদ্মিনীমক্কি হায়নৈ। ফজমনবসীনা সমুদ্র ঈয়ায়দা চীক্ক পোক্লবগু ভারত কংলৈপূংদ মহাক্কী মনম য়ৌই। ভারতকী নিংথৌ, নিংথৌমচা কয়া কয়ানা সমুদ্রমক্ক থৎনে-থৎনে মঙোন্দ তমশিন্নে। মখোয়গী মরক্ত মেবারগী রাণা রতনসিংহসু য়াওই। মহাক্ক খ্বায়দগী পূন্সোন হেন্ন থোক-উবগা মহাক্কী শরুক-লাইবক ওইজৌ তম্মম্বগা মঙোন্দ নীংথিবী নিংথৌমচানুপীসী ওঙকই; চিতৌড়গী লৈম ওইরে। মতম অদূগী রাজস্থানগী নিঙোন-মৌশিংদ মহাক্কী মপা অমত্ত য়াওদে। ফজে, নীংথিজে হায়নবী পূন্নমক থবান্মিচাক্কী শাগেনা থাদ শিনবগুম মঙোন্দা লোইনা অদুম ইশি-মশিনৈ। অদূনা চারণশিংনে মহাকপু লৈগা পানৈ; রাজস্থানগী লৈরাং কৌনৈ।

নীংথিবী পদ্মিনীনা মপুল্সি-খোঙফম লোইশিনখিবা খৃষ্টগী কুমজা ১৩০৩ চনবদনি। মমখিবা অসুক কুইরবমত্তদ মহাকপু ইকাউ-কাউনদে। কাউনদ্রিবসে মশক্কীরা খল্লুগনু; মগুল্লনি। শক্তি হকচাংনে কেম্বদা অদুম লোইরবনি। গুণ্ডি হকচাংনে মং চনখ্রবগু লৈহৌই। গুণনি মীনা মীশক মুৎনদ্রিবা। পদ্মিনী জৌহর-কুণ্ডদা লোইখিবনি। মহকচাংনে কেম্বগা লোয়ন-লোয়ননা মশকফম মমখ্রবনি। মহাকপু কনানা নীংসিঙ্গুগনি। অদূবু মহাক্ক পূখিবা পুকচেন, ফোঙ্খিবা লৌশিং, উৎখিবা মরিন-অসী খিবিক্তি মগুল্লিনা তুঙ্গোইহৌই। অদূনা মহাকপু ঙসিফাও অসুম কাউনদ্রিবসীনি।

ফজবী পদ্মিনীগী নীংথিবা মপাউ রাজস্থান্দদা তূংদুনা লৈখিদে। লৈবাক্কী লমখৈ লান অসুম অসুম শীনখিবনা দিল্লী থুং সুলতান অলাউদ্দীনগী মনাকোং য়ৌখি। সুলতান অসীমত্তি শারমথোক হায়নবা মীতা জাত্তুনি। মঙোন্দ অফ-ফত্ত লৈত্তে; অচুম-চুমদ নাইদে। মশাগী নুঙাইবদা ময়েংব, মশাগী রাখন্দ মতৌবা,

হৌজিক-হৌজিক নুঁঙাইথোক্লগা লোইরেদা মখনবা মীওংনি। মঙোন্দ কয়ামৎকী পাউ অঙাওবনি; বেহেস্ত-দুযোগকী ৱা অসাবনি। 'অল্লাহশু অল্লাহগী থোকপা ঐশু ঐগী থোকপা' হায়না ইকোম-কোম্ন পানবা থম্মোইনি। মহাক্কুম্ব মীওংনে পদ্মিনীগুম্বী নীংথিবী অমগী ফজবা মপাউ ফংবদা করি নীংব হৌনে। 'অমুক্তং ইমাঙ থারবদিকো! ' নীংফম থোকই। অদুনা অলাউদ্দীন পদ্মিনীবু রাণাদগী মুন্দুনা অন্দরমহল চনগে নীঙ্খি। অমরোমদনা, গুজরাট জয় তৌরুবদগী ফঁঙকপা নীংথিবী কমলাদেবীগী ফজবা ময়াইনা উংদুনা হান্ন ঙাওবগী মথক্তা ঙাওদুনা লৈরিবা সুলতান্নি। অদুনা পদ্মিনীগী মপাউ হেক ফংবগা ৱাখল অমা খম্ববা নংদনা মঙোন্দা মহাকপু কৎলনবা লাইরিক অমা তনই ইখি। শগোল-পাউনা রাণাদা তম্বা অদুম থারে।

অলাউদ্দীন মশাবু লাই ওইনা নীংব নীপানি। মহাক্কী ময়াথংদি অল্লাহমক্কীনি খনবা থম্মোইনি। রাণানা মশাগী লৈম শোয়দনা কৎলগনি থাজে। অদুনা চিতৌড়দগী পদ্মিনী থুঁঙগদবা নুমিৎ মশীং থেকপা হৌরক্লে। নোংম হৌখি নোংম লাক নুমিৎ মশীং সুরে। শগোল-পাউশু হল্লক্লে। পদ্মিনীদি লাক্লে। মাগী মহুত্ত রাণাগী থীরবা মীচে অমদুম থুঁঙরে। সুলতান ময়াথং ঙাক্লক্তবগী নুঁঙাইখিদবনে পদ্মিনী ফংদবগী খোয়রাঙবনে শাউবনা মৈ থোক্লে। রাণাবু মতীক চাবা তৌগে নীংলে। অচৌবা তেঙ্গোল অমা তম্পেম সেম্নে। মশামক্ল পুদুনা চিতৌড় লান চৎলে।

শিশোদিয়া রাজপুতকী পিবা-ফুঙ্গানি। শিবা কিদ্রে হায়নরিবা রাজপুতকী মকোক্নি। সুলতান্ন লান লাকপদা মখোয়না করি নাচুঁঙুনিঙাই লৈ! করিশু নাচুংদে। তৌবদদি অলাউদ্দীনবু খরদং মঙউ চোকথহল্লগা পাগে নীং লানবল থোঙ থিঁঙে। লাঞ্জাবা খর-খরদং নক্তনা তেঙ্গোল অমত্ত মপান থোক্লে। অলাউদ্দীম্ন লানবন্ন অকনবনিনা থুগাইবা ঙম্মরোই খঁঙদুনা কোয়দুনা অদুম মরৈরে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তদুনা মপাল থোক্লক্লবদা লোইশিনগনি খন্দুনা শীংদুনা অদুম মরেল্লে। অদুনা লান লৈতে হায়রবশু ময়াব, লৈ হায়রবশু ময়াবা মওংনি। করিনা! পঞ্জাউ য়ান্নদ্র বশু লাঞ্জাবা মশেন্দি তত্তনা থেংনৈ। মায়গৈ অনীনা অশুম য়াক্লদুনা লৈরিঙৈসীদা দিল্লীদা অৱাবা অমা লাক্লে। হিমালয় ৱাংমদগী মুগলশিং লান কুম্লক্লে। রাজপুতনা মবুক লৈরক্তদুনা থোরকপফাও ঙাইদুনা লোইশিনগনি শীঁঙম্ব অলাউদ্দীন মরৈবাক হন্দবা য়ারক্লে। চিল্লবা তাঞ্জা অসীদশু মশাগী কান্নদ্রবা অপাম্বদি থাঙমদ্রি। 'পদ্মিনীগীদমক লাকপা লান্নি। মশকফাও উদনা হনবদি চুমদে।' খল্লক্লে মবুক্ত সুলতান। মশক্তদি উগে নীং 'ঐহাক পদ্মিনীগীদমক লাকপনি। মশা ফঙ্গনি হায়বদি উদ্রে। মশক্তগা

অমুক্তং য়েংনৗঁঙি, মশাদা পকপা সনা-লুপাদগা মশা শক্তুনা পুনৗঁঙি। ঐনা হায়রিবসী য়ারবদি ঐহাক লানশং ফুক্লগনি।" হায়না পাউ থাজিল্লে।

রাণা সুলতানগী পাউ লৈবাক্ত লাউথোক্লে। লৈবাক্ক পাম্ব তৌ হায়না হায়দোক্লে। লৈবাক নাপাক তানরে। কাঙবূ অমনা তেম্পন্নবনা ফৈ কাঙবূ অমনা ফত্তে হায়দুনা মুক্করক্লে। হোয়গা মাইগা কন্ন চিংনরক্লে; রা তানবা ঙমদ্রে। খন্নরিবা রাফম অসী লৈমগী মনাকোং য়ৌরে। "ঐগী ইশক উৎপনা, ঐগী ইপোৎ-ইচৈ খরদং কায়বনা লৈবাক্কী অৱাবা কোক্লগদবা লৈরবদি ঐ ইশানা চোংথোকফম থোকইনা।" খল্লক্লে লৈবাক্ক মহাকথঙ্গীদমক রানবদা রাজরবী পদ্মিনী। "ঐগী ইশক মিংশেন্দ উৎপ য়ারবা রা তেক্পন্ননবা তৌবিসি। ঐগী ইশাদা পকপা লীক-কোন পূন্নমকক্সু লাম্থোকচরে। ঐগী ইহাকথঙ্গীদমক্ত লৈবাক্ক রানরিবসী উবদা ঐগী ইথম্মোই পুঙমদরে। ইহাকথঙ্গীদমক্ত চিতৌড়দা ঈগী লৌখোং চেল্লগদৌরে খল্লুবদা অমুক হেন্ন পুঙমশিল্লক্তরে। ধর্ম্মনা ধর্ম্মবু য়োক্লবদি ঐনা ইরৈবাক নুংশিজবা ধর্ম্মনা ঐগী নুপীওইবগী ধর্ম্ম শোয়দনা ঙাকচগনি। ঐগী ইপুরোইবদা, ঐগী ইনিংথৌদা, অঙম্ব-প্রজা পূন্নমক্ত ঙসি পদ্মিনীনা ভিক্ষাসীমতং নিজরি।" হায়না থৌগনপাউ থাদোরক্লে। লৈমগী মপাউ তাবদা লৈবাক-অঙম্ব চপমান্ননা নুঁঙাইনখি। লৈমবু খোঞ্জেন অমত্ত ওইনা থাগৎনখি। অসাইমখৈ ফৈগা ফত্তেগা য়েৎনরম্ব, হোয়গা মায়গা মুক্করম্ব তেক্পন্নরে। লৈমগী অচৌবা পুকচেন্ন লৈবাক্কী অৱাবা পোৎলুম থারে। অলাউদ্দীন্দ মহাক্ক নীংবা থুঁঙগনি হায়বা পাউ হল্লে।

রাজপুতকী লীচৎ মুন্ন খঙবা অলাউদ্দীন্নি। করিমতা অকি-অখং লৈতনা হাকথং থৌগল অম'নীদঙ্গ কোনুং চঁঙক্লে। মরৌ-লৈবা মীনি। করিগুম্বা কান্নবা ফংলবদি খন্দুনা তেঙ্গোল খরনা সনথোং ময়াদ লোত্তুনা থনম্মে। রাজপুত্তি মুক্করিঙেদনা মৈ, তেনরবদনা ঈশিংনি। ঈশিংমুক ঈংন মহাকপু ওক্লে। হায়নবা মতুংইন্ন অলাউদ্দীন্দ পদ্মিনীগী মমি উৎলে; মশাদা পকপা লীক-কোন লোইনা লাম্থোক্লে। মরুপ্ত মরুপ্তৌনা মহাকপু নুংশিনা তৌরে। ঙহাক রারী-রাতাই সানদুনা নুঁঙাইনরে। বিদায়গী তানফম য়ৌরক্লবদা রাণা রাজপুতকী লোনচৎ মতুংইন্না সুলতানবু থিন্দোক্লক্লে। ওইরিবা মতা অসী মহাক্ক (সুলতান্ন) পাম্বমক থোক্লে। করিনা। মহাক্তি পদ্মিনীগী মশক উরুবদগী লৈফম খঙদ্রবনি। তৌফম খঙদ্রদুনা রানা লৈরম্মবনি। রাণানা ইকোম-কোম্ন মহাকপু থিন্দোকপদু উবদা মহাক ফাদুনা পুরগা পদ্মিনীগী লম্বী অমা সেম্ব য়াগনি হায়না খনখি। সনথোং য়ৌরে। রাণা সুলতানবু অরোইবা

বিদায় তৌরক্রে। তাঙ্গা অসীদা মহাক্কী ঈঙ্গিত অমনা লোৎলম্ব তেঙ্গোল চোংথোরক্রে। রাণাবু মখোঙ-মখুৎ পুন, শগোন্দ হাপ পুদুনা চেক্লে।

নিংথৌ ফাখ্রবদা লৈবাক হৌরে। লান থোক্লবা শীন্নরক্রে। লৈবাক্ক তৌরিবদু উবদা, মহাকথঙ্গীদমক লৈবাক নিংথৌনা বানরিবদু খল্লুবদা পদ্মিনীদি লৈফম খঙদ্রে। করি করম্ব লম্বীনা মরৈবাকপু, মপুরোইববু কন্নবা য়াগদগে খল্লি। তাঙ্গা অদুমক্তদা অলাউদ্দীন্দগী পাউ লাক্রে। লৈমগা নিংথৌগা শিন্নবা য়াগনি হায়রক্রে। পাউ অসী লাক্লবদা নুংবংনদুনা লৈরুরবী লৈম মোমোন নোক্রে। অঙস্বশিং কৌশিন্দুনা "অঙম্বা পুন্নমক তাবিসি, লৈবাক্ক ইহাকথঙ্গীদমক লান মায়োক্লবা তারকপা উবদা ঐগী ইথবায়সী য়াম্ন বারুরবনি; ঙাওন শাওনবগুম লৈরুরবনি। অদুবু চিতৌড়েশ্বরীনা লম্বী অমা পীনরে। ফৎত্রবা মুশলমান্দীনা হায়রকইবা বাফম অসীমক্ক ঐখোয়গী লম্বী ওইনদুনা মহাকপু মতীকচাবা তৌবনা ফগবরা নীংজে। মঙোন্দ ঐহাক নুপী লোয়নবী চাতরেৎক দোলাইদা দিল্লী চৎনবা লাক্লনি হায়না পাউ হৌজিক্মক হনবিনবা তৌবিসি। অদুগা লম্বীদা কনাগুম্ব অমত্তনা দোলাই ময়া চঙবা, করেম-কথাইনবা য়ারোই হায়নশু তাকপিখিসি। অরোইবদনা, ঐনা দিল্লী অন্দরমহল চৎপ তারবনিনা রাণাদা অরোইবা বিদায় লৌনীঙি; বিদায়গী মতম পীগদৌবনি; বিদায়গী মমাঙদা ঐগা মহাক্ক (সুলতান) উন্নবা য়ারোই: অদুগা দোলাই খরদি ঐবু চুম্ন থিন্দোক্কদবনি; অদুনা অমুক কোনুংদ হঙ্গিনহৌগনি; মখোয়না হঙ্গিনবদশু লম্বী তশেং তশেংনা থমগদবনি হায়বিসি। মহাক্কী মপাউ ঐনা য়াম্ন খৌরাঁঙবনি হায়না থুজিনবা য়াননবা ইবিখিসি। অসোমদনা, অথৌবা চাতরেৎন দোলাই কাবিরগা লাম্মী তরুক তরুক্ক দোলাইরেং ওইনবিদুনা মুসলমানগী লাঙ্গং চঙবিসি। ঐগী দোলাই সাবদুনা রাণাবু কৈশুমশংদগী পুথোকপীরক্লগা লাঙ্গং বাংম লাক্লে হায়বা তাঙ্গাদা মুশলমানগী মথক্তা লান তাবিনবা তৌবিসি। মখোয়না সেম-সাগ্রিঙৈদা ঐখোয়না ফন্না য়াম্না লাক্সিনহৌবা য়াগদরা নীংজে। অসী পুন্নমক চুম্ন নীংসংজবনি। অঙস্বশিংনা ফগদরা খনবিরবদি তৌবিগনি খঞ্জে।" হায়না তাক্লক্রে লৌশিং লৌশিং-লৈবী পদ্মিনী লৈমগী মপাউ তাবদা অঙম্ব পুন্নমক নুঁঙাইনখি। মনুং-মপান অনীমক্কী থবক থোক্লবা প্রপ প্রপ শীন্নখি।

অলাউদ্দীন লাইরিক ফংলে। পদ্মিনীবু পাম্বনা, খৌরাংবনা উংদুনা লৈরবা কোক্লি। মবুক্তশু "মিৎন উবা লাই ঐবু পাম্মোইদৌবা কনা লৈ!" হায়না পোঙলবা নীপানি। অফ-ফত্ত খন্থবা ঙমদে। লাইরিক্কী মরোন পুন্নমক শিৎ-শিৎন য়ারে। পদ্মিনীগা রাণাগা পুন্খায় অমা উন্নবা য়াগনি হায়না পাউ পীরক্রে। রাজপুতশু পাউ ফঙবদা নুঁঙাইনরে। বানা নোঁঙানবা ঙাইনরক্রে।

নোং ঙাল্লে। চিতৌড়গী থোঙলেন হাংলে। অথৌবা চাতরেৎ দোলাই কারে। লাম্মী তরুক-তরুক দোলাইরেং ওইরে। দোলাই ময়াম ককচেং পরেং চৎপগুম মরী মরী হাদোক্লে। অদু উবদা অলাউদ্দীনগী নুঁঙাইবা লোইরে। মশক অমুক সেম্মি; মকোই অমুক নাল্লি; পদ্মিনী উন্নবদা করিনা যাহৌসিবা অমুক খল্লি। অদুদগী মশক তনয়েং অমুক য়েঁঙি। চেপ্প, চিংন, লৈনা-লৈনা কয়া য়েঁঙি। য়েঁঙম্বদগী মনাইশিং-করিশিংন পদ্মিনীগী খৃত্ত শোয়রু-লাকউরবদি খংখন খল্লকই। খল্লুবদা মিচ্ছন ব্রং হৌই ফ্রং-ফ্রং হুল্লি; ফুক হৌগত্তুনা মনাক্ত লৈবা মী মথং-মথং তম্থা থাদোকই। ঙহাক অদুদা সুলতানগী অমুক্তং চিঞ্জবা হায়বদু লোইরে। মহাক্ল পোকঙেদগী অসুক চিঞ্জবদি থোকপু থোকখিদ্রি। অমরোমদনা, দোলাই মরী-মরী থুঁঙরে। অদু উবদা লৈমগী দোলাই রাণারোমদা পুশিন্নবা হুকুম তৌরে। চিতৌড় হন্লোগদবা সারিবশিংদুশু লৈমগী দোলাই মতুং ইল্লে। কৈশুমশং মনুংদ চঁঙিবা কাঙবুদুনা তৌনরিবা লৌশিং পুন্নমক মনিংথৌদা হোদোকউরে। রাণা দোলাই তনগা কারে। হাথু-হাথু তৌরবদি খঙ্খিবনা হানগনি খন্দুনা ঙহাক পল্পিন-খোচিন্নরে। অদুদগী তাঞ্জা য়েংদুনা লেং পুবা মুশলমান অঙম্বগী মরা লৌরে। দোলাই মরী মরী লাল্লং ব্যংম তল্লে।

থবক অমা লোইশিল্লকপা উরবদা লৈহৌরিবা রাজপুত তেঙ্গোন মনুং-মনুংদ সেম-সানরে; ফোঙবদি ফোঙদোক্তে; নিংথৌনা লাল্লং ব্যংম লানখিবা, মহিঙনিনা হায়বা মতাং অদু য়ৌবা য়েংদুনা লৈনরি। মিচ্ছন্দি মীপুম খুদিংমক্কী, খঁঙকপনা হানগদরা কিবনা চেনগুম-চেনগানৈ। পাখৎখিবদগী, মুশলমান্না খঁঙকপা মতম শাংদোক্লবা মমিৎ লন্ন-লন্ন কুপ্প লাক্লরি। অমরোমদনা, পদ্মিনী থৌরাংবদগী ঙাইঙমদ্রবা সুলতান ঙাওখিবদগী মতম তেল্পিন্নবনি হায়দুনা মমিৎ তোইকুপ কুপ্পি। মহৌশাগী থোকপদা চৎপ মতম্নদি কনাগীশু য়েঁঙুদে; মশাগী তাজবা মিকুপ অমা লান, মিকুপ অমা কান মহৌশাগী শিঙ্গাংদ অদুম মচৎলি। অদুবু চৎশিল্লকইবনা পুস্থায় অমা ফারক্লে। রাজপুত রাণাবু কদাই য়ৌররিদৌনো যানরে। সুলতান পুং সুরে হরাউরে। পুস্থায় অমা খরা কল্লকপদদি ঙাইঙমদবদগী সুলতান মশামক রাণাগী কৈসুমশং তম্ন ফুদোরক্লে। রাজপুতসু ফন-ফন চোংথোক্লরক্লে; মথবায় লৌগদৌবগী মঙোন্দ তমশিন্নরক্লে। অদুবু মহাক্কী অঙম্বশিংন মরক থৎখিবদগী রাজপুতনা মখুৎ চহ্লৌবা ঙমদ্রে; চেং খরা লৈরম্বনা মশাদি হিংখরে; মাবু কনবা খুত্তি অদুম লোইহৌরে।

অকিবা লানফম থোক্লে। হিন্দু-মুশলমান তোরা তুনরে। ঙহাক্কী মনুংদ ঈনা লৌথোং চেল্লে। মীশা তাউরে; মীকোক ওল্লে। লানগী লাল্লাউগা শা-উচেক্কী

মখোনগা পুনখিবনা অকিবগী মথক্ত অকিবা হাপখ্রে। মায়গৈ অনীমক অমত্ত হন্নদে। রাজপুতকী মশীংদি অকক্লবনি। মুশলমানগীদি সমুদ্রগী লৈঙোইনি। রাজপুত অমনা চাম-চাম পাখিদুনসু অদুম মরেম্মৌবদা মথংলবনি। নুমিৎন তারকপা অদুবাইদদি সমুদ্রদা হিরুপ্পগুম রাজপুত তেঙ্গোন লুপ্লে; তুম্মে। তরাই-তরাই তুমখিবদি নত্তে; অমমন্ন মশীং থাঙমদনা কোন্নখ্রবনি। কোন্নখ্রবসু মুশলমান তেঙ্গোন্দদি পঙ্কায়-কায়না থোকহৌদরে। সমুদ্রদগী ঈশিং ফনা কপ্নোক্তুনবু করি ওইরুগনি!

নোং ঙাপ্লে। রাজপুত তেঙ্গোন অনৌবা ফূদোক্লে। রাজপুত, অমমন্ন চাম-চাম হাৎলম্মগা নুমিৎ তাবদা তুমখরে। মুশলমান, লীশিং লীশিং মাঙনা মাঙনা ময়েং তাদবগুম খাঙহৌরে। অমুক নোঁঙাপ্লে। য়ান্নরে। রাজপুত তুম্মে, মুশলমান লৈহৌরে। অসূম্ন নুমিৎ কয়ানি অকিবা ফংন পাঠান-রাজপুত য়ান্নরে। রাজপুত লোইশিল্লক্লে। গোরা, বাদল, নিংথৌমচা তরামাথোই, মখোয় মখোয়গী তেঙ্গোন তেঙ্গোন কোন্ননা লানফমদা অথৌবগী য়াহীপ তমখরে। হৌজিক্তি নিংথৌগা অঙম্ব-প্রজা খরদংদগদা মঙাইহৌরে। লান ঙম্ব নৎত্রগা শিবদনা মথৌদাং ওইনরবা রাজপুত মরৈবাক্কীদমক, মগুণগীদমক শিবা লেপ্পরে। রাণা লৈমদা অরোইবা বিদায় লৌনা লৌনা লৈম মশাগী অমদি রাজপুত-চনু-মৌশিঙ্গী ধর্ম্ম শিন্নরে।

ঙসি রাজপুতকী অরোইবা নুমিৎনি। মশা মশা রণচণ্ডীগী ভোগ তম্নরবনি। অঙম্ব-নিংথৌ শাপোৎ-লানপোৎ শেৎপ লোইরে। চিতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা চঁঙে। অরোইবা দর্শন তৌরে। তৌনা তৌনা "ইমা! থাঙ্গী তাগী মরক্ত ঐখোয় রাজপুতনি, য়েরুবা ককপা নৎত্রগা ককখিবনা ঐখোয়গী ধর্ম্মনি হায়বসীদদি কাউদবা পীনৌকো!" হায়না চিতৌড়-লাইরেম্ম খুরম্নরক্লে। লৈমনচিংবী রাজপুত-চনু-মৌশিঙ্গী জয়কার "জয় চিতৌড়েশ্বরী কী জয়!" হায়বা তেঙ্গোনগী লাল্লাউনা শম্মে, পুং-শেন্ন ওক্লে। অকিবা ফংলবা খোঞ্জেনগী মনিন্ন অরাবল্লী তনীক-তনীক খাঁঙে। খোঞ্জেনগা ঈরোয়ননা চিতৌড়গী য়োংকী থোঙজাও গ্রং হাংদোক্লে, য়োংকী থোং গ্রোং থাধরে; রাজপুত তেঙ্গোন শগোন্দ ফূদোক্লখরে।

শিগনি খঙনা ফুজিল্লবা রাজপুতনি। অরোইবা খোঙ্গাওনি খঙলবা মুশলমান্নি। রাজপুত মায়গৈ নাইবা নুংশিংকুম ফুজিল্লক্লে; মুশলমান উমং অচৌবগুম খোঙফম চেৎন খাঙলক্লে। রাজপুত হাইথুবা য়াবমথৈ হাইথুরক্লে; মুশলমান খাঙবা ঙম্বমথৈ খাঙলক্লে। অঙকপা অকিবা শাফুনি; অঙকপা খাঙহৈবা মগুণ্নি। নুংশিংন খোঙফম তোয়না তোয়না হৌদুনা উজাউ কয়া কয়া ফূক উরক-উতোন কয়া কয়া তকখায়রবগু উমংন অদুম মরেপহৌবা, মশানা অদুম মমুৎচখিবগুম রাজপুত য়েরুবা মকোক

কয়া কয়া শোই, মরোয়-মনাও মশীং লাকঙমদনা তকখায়-তকখায়না অসুম অসুম মুৎশিল্লক্লে।

ঙসি অরাবল্লী চীংমাঙদা রাজপুত নীপানা শান্নরিবা অথৌবগী কুম্মৈ অথৌবগী মহাউ মুন্ন খঙবী রাজপুত-চনু-মৌশিংন লাপ্ন চিতৌড়গী শঙ্গায় মতোন-মতোন্দ লেপ্ন লেপ্ন য়েঁঙি। অথৌবশিংন লীক্লাং চোইনা তাবগুম লানয়াইদা তানরকপা উবদা মিৎলুদ পি শিন্থনরি। অবাবগী নত্তে, নুঁঙাইবগীনি। নুঁঙাইবগী পিনা চোৎলবা মায়থোং নুমিৎ-মশেক য়ৈবা লীক্লা থাংব অয়ুক্কী অচীকপা মালেমগুম নীংথিজনরি।

তেঙ্গোন পূমতূম তূমশিল্লক্লে। ভাবুক মকোক চৎলম্বী পদ্মিনী রাজপুরোহিত য়েঁঙক্লে। জুহারগী মৈ হৌবা মতম য়ারক্লে নীংসংলক্লে।

জুহার-কুণ্ড মৈ হৌগৎলে। রাজপুরোহিতনচিংব ব্রাহ্মণশিংন বেদ-মন্ত্র জপ তৌরক্লে। মন্ত্র জপ তৌনা তৌনা ঘী পুন-পুন হৈজিল্লক্লে; চেং-থোইদিং, লৈ-শূ লংশিল্লক্লে। মৈশেংন ঙুং ঙুং ঙংন ফূরা-দোলান মতোন খেৎন চাকখৎলক্লে। মৈশেংগী মশক উরকপা, মৈনম নুংশিবা তারকপদা লৈমনচিংবী রাজপুত-চনু পূন্নমক মায়থোং মকা লাম্ন শঙ্গায় মতোন-মতোন্দগী মরী মরী হরাউবা খোঙথাংন কূমথনরক্লে।

চনু-মৌ পূন্নমক মশা লোইনা শেংদোক্লরে; ফিঙাং লোইনা হোংনরে; চিংতৌড়েশ্বরীগী মন্দিরদা অরোইবা দর্শন চঁঙে। মাগী মাগী মমা-মচা পূল্লপ-পূল্লপ মন্দিরদগী জুহার-কুণ্ড তম্নরক্লে। অঙাংব লৈপরেং পায়র-পায়রদুনা যজ্ঞ-কুণ্ড কোয়নরক্লে। তরেৎলক তরেৎলক সুরকপদা ঙংন চাক্লবা মৈনুংদ ফল ফল হুঞ্জিন্নরক্লে; ঙহাক-ঙহাক্কী মনুংদ উৎপুং ওইনা ওইনা তানরক্লে। মৈরাম্বীগী শাগৈনা মৈরি উবদা মমাঙদা চাকথেক-চাকথেক তাখিবা খূৎপূ উরুন্দবগুম রাজপুত-চনু মৈরিদা ময়েংনৈ; অতৈ অমা উরুবা লৈতে। ফূজিন্নরক্লে; মৈদা মশা মশা লোইশিন্নরক্লে। অসুম লোইশিন্নরকপনা পূম্লোই লোইরক্লে। লৈম পদ্মিনীদা মঙাইহৌরে।

পদ্মিনী সতীগী মহান যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি মতম ওইরে হায়বা উরে। মৈশেং তরেৎলক কোয়রে। আচার্য্যগী মনাক্ত খূরু-খুদক ফম্লে। পূর্ণাহুতিগী মন্ত্র জপ তৌরে। মন্ত্রনা মপুং ফারবদা লৈ অঙাংব পরেং পায়দুনা মৈনুংদ চোংশিনখরে। নীংথিবী পদ্মিনীগী ফজবা শকফম মিকুপ অমগী মনুংদ উৎপুং ওইখরে।

অলাউদ্দীন লান ঙম্মে। চুম্নগী লান নত্তে, রাজপুতকীনি। রাজপুতশু অচম্ব নত্তে, শিশোদিয়ানি। অরাবল্লী চীঙ্খাংদ, বপ্পাগী খূভম চিতৌড়গী কংলাদা ইশলামগী

নীনি-পানবা থা য়েকপা ফীরাম্ন অবু চীংদোন শীংদুনা পাইগদৌরবনি। মহাক্কী নুঁঙাইজবা লোইরে। হিমাদ্রিদগী কন্যা অন্তরীপ ফাওবা জয় তৌরকপগী নুঁঙাইবনা ঙসিগী অসী য়ৌদ্রবনি। পোঙনা-চাউনা কোনুং চঁঙক্লে। মহাক্ক কোনুং হেক য়ৌবদা মহাক্কী লানঙম্ব মঙক্ত নীংথিবী পদ্মিনীনা পামজবা লৈগী পরেং ছক্রুম্মগনি হায়না পোঙলবা মবুক্ক চাউনা নীংদুনশু লাকই।

কোনুং য়ৌরে। পদ্মিনী লৈরমদরে। চুম্ন লৈরমদবা নত্তে, জুহারগী মৈদ উৎ ওইরম্মবনি। খঙজরে, মশাগী অখেংব থৌনা পদ্মিনীগী অঙ্গৈংব থৌনাগী মফমদা মমায় খুরে; উজরে, মশাগী অমম্ব নাপন পদ্মিনীগী অঙানবা নাপনগী মফমদা মমায় থীরে; পাম্লে, মশাগী ঙকচাউ থেকপা পূকচেন পদ্মিনীগী লুরুক্লবা থম্মোইনা মমু য়েথেক্লে! অসিদগী হেন্ন মায়খুবা অতৈ করি লৈরি! অলাউদ্দীন মথম্মোই পূঙমদরে; মায়থীবগী মৈচাক্ক ঙাওখিবদগী চিতৌড়গী ফূরা-দোলান নীংথিবা পূম্নমক থুগাইরক্লে। অসুম অসুম মথং মথং থুগাইরকপদা পদ্মিনীগী শঙ্গায় য়ৌরক্লে। লানঙম্বী পদ্মিনীগী শঙ্গায় শীথবা লানশি অলাউদ্দীনগী করি মতীক লৈ! শোকপা ঙমদ্রে, শোক্তে। ফূরা-দোলান অতৈনা তুমখ্রবশু লৈহৌরে অদুম চাউদম-ৱাংদম নীংথিনা লেপ লৈম পদ্মিনীগী শঙ্গায়।

ফংলে চারণ নীংথিবা শৈরম; পাম্লে ইশৈ মধুযন্ত্রদা; লৈহৌরে জগত্ত ফজবা মপাউ, থবক্ক পান্দ্রবা, লৌশিংন চঙদ্রবদা মশা মৈদা কৎ, শারমথোক অলাউদ্দীন জয় তৌখিবী

লৈম পদ্মিনীগী।

# লালবাই

লালবাই আহোর-নিংথৌ মচানুপীনি। রাব পর্ব্বত সিংহনা পোকপনি। মহাক্কী মগুণ্ণ মরায়বকথীনবী নুপীশিঙ্গী অমনি। লৈম পদ্মিনীনা মশক্ক মশাগী য়েক্লজবদা নত্তুনা মপুরোইবগী, মরৈবাক্কী, মমান্নবী নুপী শাগেগী মাঙনঙাই ওইখিবগুম মহাক্কু মশক্ক মশাদগী য়েক্লজবা নত্তুনা, মপাগী, মবুঙ্গী, মরৈবাক্কী অমদি আহোর-লৈবাক্কী চনু-মৌ হায়দুনা মহাক্কী লোন্দ পানখিবী পূক্লমক্কী মাঙনঙাই ওইখিবী নুপীনি।

ভারতকী মূশলমান যুগকী চৈকোক্ত পানখিবা মূশলমান নিংথৌ অয়াম্ব মশাগীদা পান্নে। লৈবাক্কী করিগুম্বী'মত্ত য়েঁঙুবা লৈতে, মশাগী খুভম কায়দনবদা মহোৎননৈ। মখোয়না তৌবা হায়ববু মীগী খূভম মুনবা, মীগী লনগৈ মৎপ, মীগী পুকৈ তকপা অসীদনি। নহান্ন মহাক্কী লৈবাক লৌরে, হন্দক্ক কনাগী লৌবা, হয়েংমুক্ক কনাগী তানবা অসীদা মখল্লি; অসীদগীদা মহোৎনৈ। মখোয়গী পোথাফম্ম শা-য়ু, পুং-ইশৈ, নুপী ফজবীদা ওইনৈ। অদুনা মতম অদুগী নিংথৌশিঙ্গী থবক হায়ববু লানগা নুপীশিঙ্গা নুঁঙাইনবগা অনীসিনা লোইরে।

অহমদশাহ, হায়রিবা মতম অসীগী সিন্ধুদেশকী বাদশাহনি। মহাক্কু মতমগী ঈরাং চপচানা অদুম মচৎপ নীপানি। করম-করম্ব লৈবাক্ক মপান ফরিবা, কদাই-কদাইদা নুপী ফজবী লৈরিবা অসীদনি মহাক্ক থিরিবা। নোংম অসুম বারী সানরকপদা লালবাইগী বা হৌদোক্লরক্লে। মহাকপু উরুবা, খঁঙুবা কাঙবুনা "শাহন্‌শাহ, আহোরগী নিংথৌমচানুপী লালবাইগী মবাদি করি অমুক হঙ্গৎলুগনি। ফজবা হায়বদুনা মশক পান্দুনা জহান অসীদা হেক্ত মচোংথোকপনি। মমাঁঙদা লৈরম্মি হায়নরিবা চিতৌড়গী লৈম পদ্মিনী হায়বীদু উবদি উহৌদ্রবনিনা করি থোইদোকপা হায়রুনিঁঙাইদি লৈত্রে। অদুমকপু হৌজিক্সিং পুথোকপা য়াদুনা লালবাইগা থানরবদি খঙ্গদবনি। মহাক্কী 'রাজস্থানগী লৈরাং' হায়বা মিংফম্ম মুৎপদি কৈদগী শোয়রুগবনো। ফজে, ফনা

য়ৌনা নীংথিনা ফজে লালবাই হায়বীসী। মহাক্নবু অন্দরমহলদা লাক্নবদি কোনুং অসী করিগী পুমঙান ঙান্দগবনো!" হায়না থাগৎনরকই। অদু তাবদা বাদশাহ লৈবা য়াদরে। "রাবজী, হৌজিক নিংথৌমচানুপী কয়া কয়ানা বাদশাহ-সুলতান্সিঙ্গী অন্দরমহল ওঙনরবনা নহাক্সু ঐঙোন্দ নচা থাজবদা করিশু অকায়বা লৈতে। ঐ লালবাইগী মশক-মতৌগী রা তাবদা বেগম হাপকে নীঙে। ঐ ইশা লাক্নুনা লৌরো হায়রবশু ফৈ; নহাক্ন নশানা পুরক্কে হায়রবশু য়াই। অমবু ওইরবশু অমবু ওইরবশু হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোংদুনা বেগম চাউনা থিন্দোক্কনি। লাইরিক্সীগা কোম্ননা লালবাইগী ফিরোন, লীক-কোন খুদোন তমখিবনি। নুংশিনা লোইশিন্নদুনা খুৎলাইনা রাতেন্নদনবা শীনবনা ফগনি নীঙি।" হায়না লাইরিক অমা তনই-ইদুনা পর্ব্বতসিংহদা থারে অহমদশাহ।

বাদশাহগী লাইরিক আহোর য়ৌরে। পাবদা পর্ব্বতসিংহ শাউবনা মৈ থোক্লে। মহাক্কী মশাউ উবদা পাউ লাকইবশিং অদু মশা-মশানা হিংবগী রাখন থাদোক্লুরবনি। অদুবু পাউ চৎপা মী থীনা তৌবা রাজপুতকী লোনচৎ নত্তে। নীংথিনা অদুম থাদোকপীরে। মখোয়গী মবুঁঙোবুদি লৌখৎপ য়াদনা চৈরে।

অহমদশাহশু অলাউদ্দীনগী থাক্লক য়ৌদ্রবশু নকয়ারাইদা অদুম মরৈবা মীতানি। "দুনিয়াগী মালিক ঐদনি, অতৈদি ঐগী হুকুম ইন্ননবা পোকচবনি" নীংব মীওংনি। অদুনা অফবা পাউ হল্লক্কনি, হল্লকফম থোকই হায়না কন্ন থাজে। ভাবনা দোলান কয়া সাই, মঙ কয়া মঁঙি। পাউ হল্লক্লবা মতমদদি মহাক্কী দোলান নীঙ্খায়রে, মঙ কায়রে। নুঙাইবা মঙফমদগী ওস্থরক নীংব-কায়বা লৈমায়দা নীংথেংননা তাবদা মখোয়দৌ শাউগৎপ থেংলে। অসুম মনুঁঙাইরক্ত অসুম মনুঁঙাইরক্ত মমৈদদি লাম্মী লীশিং তরা তল্লাঙ-লাঁঙে; মশামক্ল পুদূনা আহোর লান চৎলে।

আহোরশু বাদশাহ লান লাক্লে হায়বা তারে। লানগী সেম-সাবা লোইরে। ঙস্বমখৈ অচা-অথক কিলাদা পৈশিল্লে। মনুংদ থাঙনবা য়াবমখৈ থাঙননবা হোৎনরে। কিলা থোঙ লোল্লে।

রাজপুতনা মনুংদ, মুশলমান্ন মপান্দ লৈনরে। মুশলমান্ন থোঙ নমথেক্লবা কয়া কয়া হোৎনৈ, চেকপন লানখৎনবা কয়া কয়া য়েঁঙি; কান্নদরে। রাজপুতনা অহিংদ নোংমাইদা অরোনবা থোঙদা লাম্বোরক্লনা মুশলমানগী লান্সং মৈ কয়া কয়া থায়, লাঞ্জাবা কয়া কয়া শোই; কান্নদরে। অদুবু অমনশু মপান থোরক্লে অদুগা অমনশু হনবা তৌদরে। অসুম য়াক্লদুনা লৈবনা থা অহুম সুজিল্লক্লে। রাজপুত মচিঞ্জাক লৈরক্তরে। লান থোক্তবা য়ারোইদৌরে। থোকপদা লেপ্পরে। নীপানা ঙস্মগা

মুশলমান তকখায়বা, ঙমদ্রগা অমফাওবা তুবা লেপ্পরে। নুপীনা লানগী মওং য়েংন মখোয়গী ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোৎনজবশু তানরে। পূম্নোই লোইনরে।

মতুং নোংম-কোনবা নুমিৎকী ৱানি। রাজপুত নীপা পূম্নমক মঙক্ত তুলসীমালা অমমম শিনরে; শালিগরাম অমমম পুন্নরে। শিব-চঙবা ভগবান্দ কখোক্তুনা শগোন্দ ফুদোক্লরক্লে। মুশলমান্সু রাজপুতকী মওং অদু উবদা অরোইবনি হায়বা খঙে। লাম্ছোং চানা শীন্দুনা ফুজিল্লক্লে।

অকিবা লান হৌরে। হিন্দু-মুশলমান তোরা তুনরে। ঈনা লৌখোং চেপ্লে, মীশা তাউরে, মীকোক ওল্লে। অনীমক অতুবা য়েংনদে, অহিং-অহিংবদা ময়েংনৈ। থাঙ্গ থাঙ্গ পাইশিন্নৈ; তাগা তাগা ফূজিন্নৈ; তেনগা তেনগা চীপ্লোক্নৈ। মীগা মীগা মীনন্নদুনা তুমিন্নৈ। কনানা মীশা থা, কনানা মীকোক খাঙ, কনানা মীগী হকচাংখাঙ ওই অথৌবগী য়াহীপ তম্নরি। অসূম শোক্লরকপা, শিনরকপনা নুমিৎ ময়ুম চঁঙমদাই ওইরক্লে। রাজপুত তুমশিল্লক্লে। লৈহৌরিবা কাঙবূদ্দি খুদোনবীনা মশীং থীবা য়ারেক্লে। তাঞ্জা অসী য়ৌরক্লবদা কিলাগী চেকপন্দ কূম্মে য়েঁঙস্বী রাজপুত-চনু পূম্নমক জুহারগী কূমথনরক্লে। যজ্ঞগী মৈদা মশা মশা হোম কৎনরক্লে।

লানফমদা নীপা তুম্মে, মৈদা নুপী লোইরে। অহাঙবা আহোরনা অহমদশাহগী মখুত্ত তাহৌরে।

বাদশাহ কোনুং চঁঙে; লালবাই কোয়থি থিরক্লে। ফংদরে। কাইনথংদ নুপী পূম্নমক মৈদা শিখরে হায়বা খঙলে। লালবাইশু য়াওখিরম্ব তারে হায়না মবুক্ত খল্লে। নীংব-কায়রবা মথম্মোই, লান ঙম্মে হায়বদু মঙায়রে, নুঁঙাইফম খঙদরে। চুম্নগী মনুঁঙাইতা নত্তে। ফজবী নুপী ফংহৌদবগীশু খোয়রাঁঙি, নুঁঙাইতে। "করিশু লৈতবী নুপীমচা অমনা ঐহাক্লুম্ব দুনিয়াগী মালিকপু করিশু লৈতনা খনখ্রেকো! মশা মৈদা চঙ ঐবু ইকাইবা পীরম্মেকো।" হায়বদূগীশু খোয়শাউই; নুঁঙাইতে। নুঁঙাইতবা অনী পুনবনি। থেংন নুঁঙাইখিদবদগী করিগুম্বী মত্ত তৌদনা কোনুংদ অদুম মতম খরা লৈথরে।

লালবাই জুহার য়াওদে। লানগী মমাঙদা মপা নিংথৌনা সামন্ত অমদা শিন্নদুনা থমখি। মহাকথঙ্গীদমক মপা-মমা, মবুং-মৌপ্পা, লৈবাক্কী নুপী-নীপা পূম্নমক তুম্মে হায়বা তারে। মথৱায় পুবা ঙমদরে; শিরগে নীঁঙে। মহাকথঙ্গীদমক মাঙনখ্রিবা ময়ামগী লম্মন শিঁঙমদনা লেমশি শিবদি শিফম থোক্তে নীং লম্বী য়েংব হৌরক্লে। মপাঙ্গন্নদি ঙম্মরোই উবনা মরৌশিংন লম্মন খুম্মগে লেপ্লে। "ইপা শকপা, লালবাই

ঐহাক্কী ইহাকথংদগী লৈবাক-নিংথৌ লোইনা তুম্মে। ঐনা হৌজিক হিঁডুবগী করিশু কান্নবা লৈত্রে। শিবদদি লেমশি শিনিংদে। ইপাগী ইমাগী, ইবুঙ্গী ইপ্পাগী, লৈবাক্কী নুপী-নীপা পুম্নমক্কী লম্মন্দদি খুম্মম্মগা শির্নীডি। অদুবু পাঙ্গম্নদি ৱারগনি; লৌশিংনা ঙম্বরা য়েঁঙগে নীঁঙে। অথৌবা, নহাক্ক ঐহাক হিঁঙি হায়বসী অহমদশাহদা খঙহনবিখো। ঐনা নীঁঙিবসী থুংব য়াননবা, ঐনা হিংহৌরিবসী মহাক্কীদমক্কি, হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোংদুনা বেগমশীংদ চঞ্জনবা ৱানা ঙাইরি হায়বসী মত্তঙ্গ থেচ্চিনবিখো।" হায়রক্লে সামন্ত য়েঁঙদুনা নিংথৌমচানুপী লালবাই। 'করিনো ইবেম্ম, রাৱ পর্ব্বতসিংহগী মচানুপীনা মুশলমানগী শেগা মোনখাংনরুবা! নশা মাংথোক্কুনা লম্মন খুম্ব। ঐ লৈরিঙৈদা মদুদি থোকপা য়ারোই। ইমান্নবা নিংথৌমচা কয়া লৈরি রাজস্থানসীদা। নেকউখিগনি, তকখায়মিন্নখিগনি মুশলমান।" খুম্মকই নুঁঙাইতবা য়াম্মনখিবনা নুঁঙাইতফম খঙদ্রবা সামন্ত। 'ইহাকথংদগী আহোর ঈনা লৌখোং চেল্লে, উথন চীংদুম খিল্লে। অনৌবা ঈনোৎ হাপ্তুনা ঈগী তুরেন চেহল্লীংদ্রে, অনৌবা উৎ নোৎশিন্দুনা উৎকী চীং খিন্নীংদরে। ৱাবিরুনু, ঐ রাজপুত-চনুনি। নখোয় খ্বায়গী নমায় অমত্ত চোপ্পোই। ঐনা হায়জরিবা অসীদা শীনবিনবা তৌবিয়ু' তনখুম খুম্মকই লালবাই। 'ইবেম্ম, নংন ঐহাকপু ইপা হায়না মিঙ্গৌরবনি, ঐ নঙ্গী ধর্ম্ম-পিতানি; নংন ইনিংথৌগী মচানুপীনি, অদুগী মথক্ত ঐগী ধর্ম্ম-কন্যানি। নংন তৌগদৌরিবা থবক্কী মওং মুন্ন খঙদনা ঐনা য়াবা ৱাগনি। পাণ্ডব-পাণ্ডবগী নত্তে; মদুদি ঈশ্বরগীনি। থবক্কী মওং ফৈ ফত্তে খন্দুনা পায়বগী থাকফাওদি ঐখোয়গীনি।' হায়রক্লে সামন্ত। 'লুহোংবগী ফীরোয়দা হিদাক থাদুনা মহাকপু লোইশিন্নবা তৌগনি, করিমত্ত ৱাবিরুগনু। করিগুম্ব শোয়রগা থাঙনা ঐগী চঙনফম ওইগনি।' হাইফেৎ ফোঙদোক্লক্লে মপাশকপা মফমদা নিংথৌমচানুপী। অসূন্ন সেগা মাইগা কয়া চিংনরবা মতুংদা ৱা লোইশিন্নরে। অহমদশাহদা পাউ পীরে।

বাদশাহগী নুঁঙাইবা লোইরে। লুহোংনবা থৌরাং চাউনা তৌরে। আহোরগী ফূরা-দোলান মতোন খূদিং, চেকপন মতোন অকোয়বা হিন্দু-মুশলমান অনীগী ফীরান যুঁঙে। ফীরান মখল অনীনা য়েৎন য়েৎন পাই, লৈ মখল অনীগী পরেংগুম নীংথিজরি। থবক পুম্নমক হিন্দু-মুশলমান অনীগী পানা পানা লাঁঙে। লুহোংবশু হিন্দুগী মওংদ অমুক মুশলমানগীদা অমুক হোঙনবা শীল্লে।ব্রাহ্মণ-মুল্লা অনী পুল্লে।

লুহোঁঙমদাই য়ৌশিল্লক্লে। লালবাই বাদশাহবু কৌশিল্লে। লাপ্লপ তৌরিঙৈদা 'শাহনশাহ, নহাক্ক চানবি হায়বা পাউ তাবদগী নহাক্কী ৱাখন্দ তৌজরক্লবনি। নহাকথঙ্গীদমক নাথৈদুনা লোৎহৌজরবীনি। ঐগী লাইবক ফবনা হৌজিক অসুক

কায়নথ্রফাওবা নহাক্ল ঐবু নুংশিবিরম্মি। উবদা ঙসাইনা 'প্রীতম প্যারে' হায়দুনা চোংশিঞ্জনীঁঙবনি। অদুবু লুহোংদ্রিঙৈদদি হিন্দু ঐখোয়গী চৎনবীনা য়াদ্রে। ঙহাক্তং অদুদা পনবিসি। হিন্দু ঐখোয়গী বারাত হায়ব'ম চৎনৈ। মদুদি থোক্রোইদৌরবনিনা ঐনা লাঙজদুনা থম্মিবা ফীরোয় অসী হোংবিরগা চেকপন মথক্ত ঙহাক্তং কাবিদুনা লৈবাক প্রজাদা শক উৎপিসি। মদুনা বারাত শক্লসনু। চানবিবগী চানবিবা হিন্দু ঐখোয়গী হৌনবীদদি সুনবা তৌবিসি' হায়রক্লে কেনা নৌনা বাদশাহগী মবুক শুম্মাত্তুনা লালবাই ফজবীগী নীংথিবা শকফমদা পাখৎলবা বাদশাহ ৱা খুমগে তৌবদা মশা নীকখিবনা মরোন সুবা ঙমদরে। ফৈ হায়বমত্তং ৱানা খুম্মকই। খুন্ন খুন্ন ফীরোয় হোংলে। নিংথৌমচানুপীবু মিতানা য়েঁঙস্মগা চেকপন মতোন কাখরে।

থবক পাঁওগনি হায়বা উরবদা হরাউজরবী লালবাইশু চেকপনগী নাক্কন অমদা কাখৎলক্লে। মতোন্দ অরোইবা মপুক্সিগী মিকুপ ঙাইদুনা লৈরে।

লালবাইনা অহমদশাহদা পীরিবা ফীরোয় হিদাক-থাবা ফিগী ঙাক্লি। পুংফম নাইনা মৈ হৌগদৌরিবনি। ৱানা পুংফম পাদুনা লাঙথ্রবা ঙাক্লি। পুংফম্ন সুরক্লবদা কদাইদগীনো খঙহৌদনা মৈ ফ্রং হৌরক্লে। মিকুপ অমগী মনুংদ বাদশাহ মৈনা পুময়োম য়োমখিদুনা 'য়া রব, য়া রব!' কোয়জেন চেল্লক্লে। লালবাইনা লেপ্লিবরোমদা 'মদদ, মদদ' ফুজিল্লক্লে।

'মদদ, অহমদশাহ, তৌবিরিবদুদি! হিন্দুনুপী লৌবা য়াননবা মৈনা শেংদোকপীরিবদুদি! করম্ব মদদ অমুক পাম্মিবা!' খাক্ল নোক্লক্লে লালবাই। নোক্ল নোক্ল চেকপন মতোন্দগী চাঁদী ঝীলদা চোংথখরে।

লোইশিনখি অসুম নিংথৌমচানুপী লালবাই নুপীওইবা মপুক্সি। খুমখি অসুম মপা-মমা, মবুং-মৌপ্পা, লৈবাক্কী লম্মন মগুণ্ণ মরায়বক থীনরবী আহোর-চনু। চহেলীরে লাদা ভারত কংলৈরোন অবা-নুঁঙাই খন্ন লেঁঙবা নীংথিবা মপাউ।

অমনা শক সাগৎপ হৈব চারণ্ণ মশক তত্তনা সাগথলি; থৱায় হাপচিনবা হৈবা মধুযন্ত্রনা মথৱায় হেক হেক হাপচিল্লি। অদুনা চত্তুনা অসুম মরৈরে লৈতাইথ্রবশু মহকচাংন, নোঙ্গাখবশু মথৱায়না আহোর-চনু

**ফজবী লালবাই।**

# সরদারবাই

রাণীপুর গুজরাটকী মনুংচনবা নিংথৌ-পানবা লৈবাক মচা অমনি। কল্যাণ রাজপুতশিঙ্গী খুভন্নি। শাগৈ অসীগী নিংথৌ অমগী মমিং ক্ষেমরাজ কৌই। মচা অনী পোকই। অমনা নীপানি, অমনা নুপীনি। নীপানা মূলরাজ, নুপীনা সরদারবাই কৌই।

ক্ষেমরাজগী হাক্তক অসী গুজরাটনা মুশলমানগী লোই ওইরবা মতম্নি। অদুনা মহাক দিল্লীদা লোইপোৎ কায়। মখোয়গী সুবাদারনা রহমতখাঁনা ওই। সুবাদারশিংন মখোয়-মখোয়গী সুবা-সুবাদগী কুম-কুম খুদিং তেঙ্গোন পুদুনা লোইপোৎ খোম্নে। অদুনা রহমতখাঁশু কুম-কুম খুদিং তেঙ্গোন পুদুনা লোইপোৎ খোম্ব গুজরাট্ট হেক-হেক লাকই।

কুম অমা সুবাদার অসী রাণীপুরদা থুঁডি। মহাক্ক থুঁডবা মতম অসী সরদারবাই লৈশাবী ফারে। লৈশাবীগী ফজবা থেংলে। নোংম নুমিদাংবাই নিংথৌমচানুপীসী মপান লৈকোন্দ হকচীক লাংব থোকই। তাঞ্জা অদূমক্তদা সুবাদারশু শাদানবা চৎলুবদগী শগোন্দা হেক হল্লকই। লৈকোল্লোমদা য়েংশিল্লকপদা ফজরবী লৈশাবী অমা লৈবদু উরে। কনানো হংনবদা ক্ষেমরাজগী মচানি হায়বা খঙ্খরে।

মী মখল অনীনি। অমনা ফজবগী ফজবা মতৌদা অদুম মপেন্নে, অমনা ফজবগী ফজবা মশাদা, মশাদদা মপেন্নে। রহমতখাঁহোয়সী অনীসুবা কাঙলূপসীগী পম্খেদা তাবা মীতানি। অদুনা সরদারবাইগী ফজবা শকফম উবদা ফজৈদা খল্লকপগা ঈরোয়ননা মশাগী মিতাবা অদুম মবুক্ত হেক্ত মপোকই। অদূনা মিতারবা মমিৎন নীংহন-নীংহন নীঁঙমদনা য়েৎ মশাগী শঙফম তমখি।

শঙ য়ৌরে। ৱাখন অতৈ তৌদে। করি করম সরদারবাই লৌসীগে খল্লি, অদূদা মখল্লি। খন্দুনতা মরৈরবনিনা মমিত্ত শং-শং শং-শং উদুনতা মরৈরে। উবদা

মশা ফুং ফুং লাউই, নীক্রি নীক্রি তৌই, তাল্লক-তাল্লক্ত থগোকই। অসুম লৈরিঙে তাঙ্গাদা ক্ষেমরাজগা মূলরাজগা মপামচা নুমিদাঙ্গী খনবা কারক্লে। সুবাদার মশাগী ফিভম বানা হৃঙ্গিল্লে। নিংথৌ মপা-মচাগা বারী-বাতাই তৌনরে। নুমিদাঙ্গী চান-থক্লবা মতম য়ৌশিল্লক্লবদা নিংথৌবু বিদায় তৌরে। মচাবুদি চৌবর ঙহাক শান্নহৌখিসি হায়দুনা খাম্নৌরে।

চৌবর শান্নরে। য়ু কৌরে। মূলরাজদা লাল্গিল্লে। নিংথৌমচাসী মীঙমদবা মীতোকচাগী জাৎ ওইনা পোকপনি। রাজপুতমক ওইনা পোক্লবশু মীপাঙদ ওইনা তৌবা মীতানি। মশানা পোকপদগী থক্লক্তবা, মশাগী লোনচৎ য়াদ্রবা য়ু অদু অঙম্বগী য়াথংনি হায়দুনা থকচিল্লে। মশাগী নিংথৌ মচানুপানা থকহৈদবা য়ু থকউবদগী রাণীপুর গ্রহ চঙলে।

মূলারাজ য়ুনা মকোক পাল্লে। নেশানা পূম্পু পুরে। অদু উরবদা রহমতখাঁ মশাগী থবক পাঙথোকপা খরগীমখৈ য়ারনি হায়বা উরে। "কুঁবরজী, শান্নবদা পোষ্টা য়াওনদবসী নুঁঙাইতে। অমমমদং হাপ্পসি। অহিংশু থেংজিল্লক্লবনিনা পঙ্কুই কুইনা শান্নবশু ফৎত্রে। হন্দক অমুক্তং শান্নরগা হেক্ত মরোইরসি। নহাক্ল থোইরগা রাণীপুরগা থংনরিবা অবাঙ্গী লৈবাক অসী নহাক লৌহৌরো, পীরম্মগে; ঐনা ঙম্মগনা নচন-নুপী হেক্তমপীরো। করি হায়বগে?" হায়রক্লে মূলরাজ য়েঁঙদুনা সুবাদার। মূলরাজগী মমিত্ত লৈবাক অমগী নিংথৌখুভম ঈরং-লংন ফাওগৎলক্লে। অতৈ অমা খল্লুনীঙাই শংদে। মচনগা লৈবাক্ক শিন্নবদি করিশু লৈতে খল্লে। "ফরে, সুবাদার সাহেবতনবু শোয়বিদ্রবদি ঐগীদি করিশু লৈজদে, য়াজরে।" তরাই-তরাই খুমদোক্লে।

অরোইবা চৌবর শান্নরে। মূলরাজ য়ুনা ঙাওরবনি; পোমিৎ খঙনা শান্নবা নস্তে, পোরে। মচন পীবা তারে। "হয়েং লৌরবা য়ারনি।" হায়না হায়নরম্মগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

নোং ঙাল্লে রহমতখাঁ সরদারবাই লৌবা মী থারক্লে হৌজিক্তি মরম পুন্নমক ফোঁঙক্লে। লৈম-নিংথৌ পুন্নমক মূলরাজগী মথক্ত মৈ হৌরে। হৌরবশু হৌনা মূলরাজগী বিচার তৌদুনা লৈবা য়াবা মতমদি নৎত্রবনা সরদারবাই করম কনগদগে হায়বা বাখল্ল মাঙওইনরক্লে। ক্ষেমরাজ অরাকপা পুন্নমক ফাজিল্লে। কিলা থোঙ লোল্লে। থোক্লরগদবা অবাবা মায়োক য়াবা ঙম্ননবা শীল্লক্লে।

রহমতখাঁ পাউ ফংলে। শাউবনা মৈ থোক্লে। তেঙ্গোন পুদুনা ফুজিল্লক্লে। কাঙবু অমনা থোঙ নমথেক, কাঙবূ অমনা চেকপন লান কিলা মনুং চঁঙক্লে।

কোনুঙ্গীশু নূপী-নীপা খুৎলাইদবু পায়বা ঙম্মবদি অমত্ত খাক্তনা লান চোংথোক্লে। মনুংদ ঙহাক অঙকপা অকিবা লান য়াম্নরে। অদুবু মুশলমান্ন খুৎ কম্মনখিবনা রাজপুত তেঙ্গোন লোইনা তুম্মে। মূলরাজগী লৈমশু য়াওখরে। লৈহৌরিবা হায়ববু সুবাদারনা হিংনে ফাবা তাল্লকপনা ক্ষেমরাজনে, মূলরাজনে, সরদারবাই মমা-মচানে মখোয় মরিগা মুশলমানগী থাঙ-তানা য়েংবিরবা অঙাং-অহন থরনে অদুদগা মঙায়রে। সুবাদার লানফা মরি পুদুনা গুজরাটকী কোনুং অচৌবা পাটন তাম্ন হল্লে।

লম্বীগী ৱানি। সরদারবাইগী শঙদা রহমতখাঁ নুমিদাং লাক্কনি হায়বা পাউ লাক্লে। নিংথৌমচানুপী পাউ ফংবদা চীংনে ননবমুক ৱাখরে। ৱায় হায়দুনা নুংবংনেবা তৌরুদরে। মশা হিংননবা লম্বী য়েঁঙক্লে। সুবাদার সাহবনা নুংশিবিদুনা ঐগী ইফমদা লাকপিগনি হায়বা তাবদা নুঁঙাইজবা লোইরে। বেগম লোয়নরিবা অতৈনা ফাখিদুনা লাকপিদ্রবদি ঐদি য়াম্ন ৱাবা তাই। নহাক্ন ঐগী ইৱা পুন্নমক চিখদনা সুবাদার সাহবতা তম্বিয়ু। করিগুম্ব সাহবনা চানবিদুনা ঐগী ইফমদা শোয়দনা লাকপিবা থোক্লবা, ঐ নঙোন্দ অঙম্ব মনা পীগনি।' হায়রক্লে পাউদা শিংলবী রাজপুত-চনু।

নুমিদাংনি। রহমতখাঁ লাকপা মতম ওইরে। সরদারবাই মশক মতৌ ঙম্বমখৈ সেম্মে। মহাক্কী য়েক্লবা সুবাদার শুম্বাৎপ য়াননবা ৱাঙাং-ৱাতা কয়া লেং, তৌগদৌবা মওং কয়া খন, ঙাইদুনা লৈরে।

রহমতখাঁ লাক্লে। মহাক লাক্লে হায়বা হেক উবদা থোঙফাওবা থোক্লুনা ওক্লে। কুর্নিশ তৌদুনা ওক মহাক্কী ফম্মুংদ ফম্মাল্লে। ফম্মান-ফম্মান্ন নুংশি-নুঁঙোনগী ইশৈ ঙংখৎলক্লে। ঙংলম্বদগী মখোন থোক্লক্লে। জগোইনা মতুং ইন্নক্লে। জগোইগী খুখেক খুদিংদ, খোংথাং খুদিংদ ফল্লপ অমুক য়েং, চিংনে অমুক য়েং, লুরুক্লনা অমুক য়েং, মিৎচিনা হাইনা অমুক য়েং সুবাদারদু ইঙাও ঙাওহল্লে। নিংথৌমচা ওইবগী হৈফম থোকপদগী হেন্দোক্ল হৈরবী, মশক্সু থেংনে ফজরবী সরদারবাইনা মমিৎন ফজবগী রস, মনানা নুংশিবগী রস থুম্ন থক মবুক্কী অরাম্ব কাউরসনু হায়না য়ৌনা সারক-শরুকপনা রহমতখাঁ নমদুনা নুংবংনরে। ফজবগী মতৌনা শুমখি, ফজবগী মশা মিতাবা ঙহাক কাউখরে। মওং অদু উরবদা নিংথৌমচানুপী সুবাদারদা য়ুগী ইঙ্গিত তৌরে। য়ৌরক্লে। য়ৌরকপগা মখুৎনা তনওক-ওক, লীক্লিদা তনহৈ-হৈ মওদা তাউরবা রহমতাখাঁদা তম্নান লাল্লিল্লে। ঙাথু-থেংদু পুম্মম-মম্মান্দুনা য়ুদা পঙইন-ইল্লিল্লে। য়ু হেঞ্জিনখিবনা সুবাদার মঙক পুবা ঙম্মক্তরে, ফম্মুংদা হাইথখরে।

হৌজিক্তি সরদারবাই থবক তম্খাই অমা পাঙলে হায়বা উরে; চেন্নবা লম্বী য়েঁঙক্লে। থোঙদা হাইদোক্লুনা য়েংবদা মনুঙ্গী নুঁঙাইনবা ফিভম্ন থৌশাদ্রবা থোঙ

ইশি-শিনা তুম্মম্মে। অদু উবদা নুঁঙাইজরে। অহিঙ্গী মতম লৈরিঙৈদা চৎপ য়াবমখৈ চৎহৌনবা পরপ পরপ নীপাগী ফীরোন শেৎকৎলে; লোইবগা থোঙদা তম্বোক থোকখরে; অহিঙ্গী অমম্বদা অদুম তিনখরে। নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপদদি ক্রোশ তরামুক্কী লম চৎলে। অঙানবদদি চৎপ জুগোৎ চারোই খন্দুনা থুপফম অসুম য়েঁঙকপদা লম্বোইবা অমগী খাংপোক অমা উরে। অদুদা চঁঙদুনা লংফেনি হায়না পরিচয় পী নুংথিনগী মতম, য়ারগা নোংম-নিনিদং পল্লনবা তৌরে। লম্বোইবদুনশু মহাক্ক লৈনীঙিবা মখৈ লৈবা য়াগনি হায়দুনা পম্বদুনশু অদুম মতম খর লৈথরে।

সরদারবাইনা লৈরকপা নোংম নিনি শুরক্কবা তাঙ্গাদা নোংম চন্দ্রাবতীগী নিংথৌমচা বৈরীসিংহ শাদানবা থোরকপদগী লম্মুক্করক্কুনা খাংপোক অদুমক্তদা চঁঙক্রে। হান্ন লৈরম্মবী নিংথৌমচানুপীদুনা থুঁঙরিবা নিংথৌমচাদুগী নুঁঙাইনবা রাজপুতকী লোনচৎ চপচানা তৌরক্রে। অদু উবদা বৈরীসিংহ মবুক্ত চিংনবা অমা পোক্রে; শোয়দনমক নুপীসী অচৌবা ইমুঙ্গী ওইরমগনি হায়বা খল্লে; মশক হংলক্রে। "ঐহাক চন্দ্রাবতীগী নিংথৌমচানীপা বৈরীসিংহনি; ইবেম্ম, নশক তাকপদা করিমতা চিংনগনুসি, করম্ব খুদোংথিবগী মখা পোন্দুনা বন অসীদা লমদল্লিবা! ঐনা করি উপায় তৌবা য়াবা অদুশু তাকপীসি।" হায়না কন্ন তক্সিল্লক্রে। লাক্রিবদুগী মশক নীংথিনা খঙলবদুদদি নিংথৌমচানুপীদুশু মশাগী অওইবা মশক তাক্রে; মহাক্ক চেল্লক্কুনা লৈররিবা মরমশু লীরক্রে। তাবদা বৈরী মখদাং ক্রক চীকই; ঙহাক বা ঙাংদনা বাখন তৌই। "ইবেম্ম, ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী নখুৎ থেক্কুনা পাখৎলু। নীপান অহল্লক ওনবা নুমিত্তো পাটন লৌবা নুমিৎনি। ঐ হৌজিক্তি কোনুং হল্লে; ঙসি নীপান্নি সুবা নুমিত্ত অম্বাজীগী মন্দিরদা ঐহাক তেঙ্গোন পুদুনা লাকনি; ঐগা থেংননবা শোয়দনা ইবেম্ম নহাকসু লৈরম্মসি।" হায়না হায়না শগোন কাখরে বৈরীসিংহ। লাইনা নুঁঙাইবগী পাউ পু মমাঙদা চোংথোরকপশুম থোকখি বারবী সরদারবাইগী মফমদা। অঙকপগা নুঁঙাইবগা অনীগী ঈয়ৈ কন্ন চামনখিবনা মরোন অমত্ত থোকপা ঙমখিদে নিংথৌমচানুপী। তুমিন, তিঁঙক-তিঁঙক য়েংদুনা লৈহৌরে অদুম সরদারবাই।

নোংমদু লেল্লে। ওইরগদবা, ওইররোইদরা হায়বা চিংনবা বাখন অনীনা চিংনরকপদা অহিং লোইখিবা অদুম খঙহৌদরে। নোং ঙাল্লে। সরদারবাই লাইগী নোংদম য়েঁঙগে নীংখি। লম্বোইবদা বিদায় লৌরে। অম্বাজীগী লম্বী অমদি চঙ্গদবা মতম হঁঙদুনা খোঙশাল্লে। মহাক্ক লৈরিবদুদগী হায়রিবা মন্দিরসী নুমিৎ মরি-মঙানিগী খোঙনি। চৎলক্রে নিংথৌমচানুপী।

অসোমদনা সরদারবাইনা মহাক্কী অৱাবা, নুঙাইবগী খোঙফম চৎলি। অমরোমদনা রহমতখাঁনা নুঙাইখিদবদগী, নোংম-নোংমগী অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকপদগী মী মনম-মনম থাদোক্লি। 'সরদারবাই পুরকপা ঙম্ব মীদা জায়গীর চাউনা পীগনি।' হায়না লাওথোক্লি। মী কয়ানা মায়গৈ নিপান্দা অউপ্প উনা লোং, অরোংবনা উপ, হন্দূনা থিরি। নিংথৌমচানুপী সরদারবাইগী খোঙফম খরদঙ্গ ৱাখো হায়বদুনা অম্বাজী য়ৌগদৌবা নোংমগী খোঙফমগাদা ঙায়রক্লবা অদূৱাই তাঞ্জাদা রহমতখাঁগী মীগা কোক খোঙথেংনরে। হূইথৌ মথং মথং ফূজিল্লক্কুনা ঙানু অমোম য়োম্বগুম য়োম্মে রহমতখাঁগী মীনা সরদারবাই।

মীওইববু শেন্নবা লাইৱক হায়ব'ম লৈ। মহাক্না নুংশিবিবা, নুংশিবিদবগী মথক্তা মীওইবগী অফ-ফত্ত অদুম মরৈ। মহাক্ক মায়রোং য়াবিরিঙৈদা অশোনবা কনাগী মতু নামা কেন্নবা তৌদে। মহাক্ক মায়রোং য়াবিরিঙৈদা অকনবা কনাগী অকনবনা মঙোন্দকল্লবা লৈতে। অঙম্ব কনাগী অঙম্বনা ঙম্মবা তৌদে। পূন্নমক অরেম্বঙাক্লি। ঙসি সরদারবাই মরায়বক্ক শেন্দুনা চৎলবনা য়েক্লবা ময়াম্ন কোয়দুনশু অদুম হিঙে।

সরদারবাইগা থেংনররিবশিং অসী মপু অমত্তগীদি মনাইনি। অদুদা মশা মশাগীদা য়েংনবা মীতাঙাক্লি। মখোয় খূদিংমক মশা মথন মথন্দনা জায়গীর ফংব পাম্নে। অদূনা মপু অমত্তগী চেং চামিন্নরবশু মখোয় য়াম্ন লাপ্ন লৈনবঙাক্লি। কান্নবগী লম্বীদা কনানা কনাবুশু হন্ন য়েংনরুবা লৈতে। মখোয় কনামতা মরুপ নৎনদে, মরূ ওইনা থোক্লবঙাক্লি। মখোয়গী লৈনরিবা ফিভম অসীদা নিংথৌমচানুপী শেন্নরিবা মরায়বক্ক থক তোংশিল্লে। মখোয় পূন্নমক "ঐনা ফাজবনি, মনা ঐনা লৌগনি" লোইনা হায়নরে। হায়নরম্বদগী শাউনরক্লে। শাউনরম্বদগী খূৎলাই য়াওনরক্লে। লোইনা তুন্নরে। মখোঙ লৌরম্ব শন্নাংন মথন তচ্চখিদুনা খুনুনা কোম্মৌবগুম সরদারবাই কোম্মৌরে; হিঙে। উমঙ্গী শা-ঙা, চীঙ্গী লোনচৎ তিন্নদবা মীওংশিঙ্গী অপনবা কয়া লান অম্বাজী-মন্দির তন্নক্লে; য়ৌজরে।

বৈরীসিংহগা সরদারবাইগা থেংনরে। অনীমক্ক তেঙ্গোন পুদুনা পাটন লান চৎলে। লাইকু অমদগী ক্ষেমরাজগা লৈমগা তানা লেংদুনা হাৎননবা তৌরিঙৈমক্তদা থুঙুরে। রহমতখাঁশু লৈম-নিংথৌ অনী হাৎপদু মমিৎ থিৎন য়েঙ্গনি হায়দুনা টাংবন অমদা থৌগন খরদংদগা ফমদুনা লৈরম্মি। তৌরম্মিবা মওং খঙবদা বৈরী-সরদারবাই অনী মায়গৈ মায়গৈ পুনদুনা লান থৌজিল্লে। মীহাৎপূংদ তিল্লম্মিবা পূন্নমক লান উবদা মথৱায় মথৱায় হিংননবা মায়গৈ খূদিং চেন্নরক্লে। অদূবু মায়গৈ কাগুপ তক্সিল্লকপনা অয়াম্ব তুনরে। রহমতখাঁ মশাশু সরদারবাইগী থাঙদা অদুম মচৎলে।

সুবাদারনা তুরবদা মুশলমান তেঙ্গোন কোনুং থাদোক্লুনা চেন্নরে। বৈরীসিংহগী তেঙ্গোন্ন তান্নবা য়াবমখৈ তান্নদুনা অফংবমখৈ শোইরে। পাটন বৈরী-সরদারবাই অনীগী মখুত্ত তাহৌরে। ধর্ম্ম লৈবা বৈরীসিংহ ধর্ম্মনা তেঙবাংদুনা মশাগী ধর্ম্ম ঙাকপা ঙম্মে। সরদারবাই উন্নবা নুমিত্তগী নীপান অহুম্নক ওনবা নুমিত্ত মুশলমান জয় তৌরে। পাটনগী মপু ওইরে।

পাটন মুশলমানগী মখুত্তগী হিন্দুগীদা হঞ্জিল্লে। প্রজা পুম্নমক নুঁঙাইনরে। মখোয়না পামজবনা সরদারবাইনা লৈম ওইরে। ক্ষেমরাজগা বৈরীসিংহগনা লৈবাক্কী থবক পুরে। লৈবাক ইনৌ-নৌনা নুঁঙাইনা পানখৎলে, পাল্লে।

অমনা, ক্ষেমরাজনা মচাবু বৈরীসিংহদা হৌনবী চুম্ন কৎলে। লম্মুখাংদ শকখঙনরকপা, শকখঙনঙৈদগী হৌনা মথম্মোই মথম্মোই লোন্ন লোন্ন লাম্হোক্লরবা নিংথৌমচা-নিংথৌমচানুপী অনীদো পুন্সি-খোঙবু ওইনরবদা নুঁঙাইনজবা লোইজরে। মতম খরা কোনুং ওন্ন ওন্ন লৈ নুঙাইনা পান্নজরে। নুংশিনজবা থম্মোই অনীগী নুংশিনবনা মশক পান্দুনা চোংথোক্লে। নীংথিরবা তনৌ-তনৌরবা অঙাং অমনা সরদারবাইগী তম্পাক্তগী বৈরীসিংহগীদা লান, বৈরীসিংহগীদগী অমুক সরদারবাইগীদা হম্ন চোং নুঁঙাইবগী মথক্তা নুঁঙাইবা হাপ্লে; নুঁঙাইবা মথোন কারে।

নুঁঙাইবা নুঁঙাইবদশু লোই, অৱাবদশু লোই। মী-মীগী মরায়বক্ক পুই। বৈরী-সরদারবাই অনীসীদি অৱাবনা লোইয়ু তম্ব জাৎনি। অদুনা মতম্ফনা নুঁঙাইজরক্লবা তাঞ্জাসীদা খঙহৌদনা অৱাবা পোলোই খোম্ব থুঁঙরে। দিল্লীগী সুলতান্ন মহাক্কী সেনাপতি খুশরুখাঁ তেঙ্গোন অচৌবা অমা পীদুনা গুজরাট লোই অমুক চন্সিন্নবা থারক্লে। বৈরীসিংহদা 'লোই হাগে হায়রগা হাউ, হারোই হায়রগা লান চোংথোরকউ।' হায়না শীঁঙরে। বৈরী নীপাদ-নীপা ওইনা পোকপা মীনি। মহারু কনাদা লোই হারুগনি! য়েক্লবনা লান লাক্লবদা নাথুপ্তুনা খাঙবা ঙম্ব থম্মোইশু নস্তে; চোংথোক্লে।

হিন্দু-মুশলমান অকিবা লানফম থেংনরে। নুমিৎ মঙানি চুপ্ন য়ান্নরে। বৈরীগী মমাঙদা খুশরু খাঙবা য়াদরে। মুশলমান তোরা তুরে। ঈনা লৌখোং ওইনা চেন সমুদ্রদা তমখরে। অসংব সমুদ্রগী ফীনা অঙাংব ঈনা চল্লে। মুশলমান সেনাপতি মপাঙ্গন্ন ঙম্মরোই হায়বা উরে। লৌশিংন শামু ফারগে নীংলে। লান তোক্লনবা ৱা হৌরক্লে। থাজগনবা রাজপুত অওইবা ওইরবোই নীং লান লেপ্লে। অহিংদ লৌনম-চাউরবা মুশলমান কিলা মনুং চঁঙক্লে। তুমদুনা লৈরবা কোনুংদ লান তারক্লে। রাজপুত তুম্মম্বদগী হৌগত্তুনা য়ান্নরে। য়ান্ন-য়ান্ননা নোং ঙাল্লে। য়েক্লবনা খোঙফম অমা

ফখিবা, মখোয়না খুভম অমা চাখিদবদগী মীদি তোরা তুনরবশু কোনুং মনুংদগীদি তকথোক্লে। তকথোক্লবা মতুংদ নুমিৎ নীনি অমশু য়াম্নরে। অদুবু লাইবক্ল মুশলমানগীদা লেপখিবনা রাজপুত তুবদা মথংজিল্লক্লে। বৈরীসিংহ মশামক্সু অতুবা মরক্ত য়াওখরে। নিংথৌ তুরবদা তেঙ্গোন নীংহন চারে। মুশলমান লানঙম লালাউ লাউদুনা তক্সিল্লক্লে।

মপুরোইবা তুবা, তেঙ্গোন্ন তুমশিল্লকপা উরবদা সরদারবাই রাজপুত-চনু পুন্নমকপু মশা-মশাগী ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোৎনরো হায়না তাক্লম্মে। তাক্লম-তাক্লম্ন শগোনথক্ত ফুদোকখরে। লৈমনা শগোনথক্ত ফুদোরকপা উবদা রাজপুত তেঙ্গোন অনৌবা পাঙ্গন ফংলে। ঙম্মে হাৎলম্মগে মুশলমান, ঙমদ্রে তুখ্রগে লানফমদা হায়না চপমান্নরা হৌরক্লে। য়েক্লবা তেঙ্গোন্ন তক্সিল্লক্লম্ব খোঙফম চেৎন খাঙ মথবায় খুবাক্ত হাপ্তুনা হন্ন অমুক তকপা হৌরক্লে। অসুন্ন তকথোক-তক্সিন কয়া ঈম্নরে। মুশলমান্ন মশীং হেম্মনখিবদগী রাজপুত, অমমম্দা চাম-চামনা য়োমখরে। মায়গৈ নীপান্দগী থাজিল্লকপা, য়াল্লিল্লকপা, থিঞ্জিল্লকপা খুৎলাই ঙাক্ল ঙাক্ল, ওক্ল ওক্ল অথৌবগী য়াহীপ লোইনা তম্নরক্লে। মমৈদা সরদারবাইগা রাজপুত মরিদংদগদা মঙায়হৌরে।

মুশলমান লৈমগা মহাক্কী মী মরিদুগা হিংন ফারে। মরিদুদি ফাবগা অদুম লোইশিনখরে। লৈমবুনা কৈশুমশঙদা থম্মে।

অহিঙ্গী মতমদনি। কৈশুমশঙদনি। সরদারবাইনা লানগী চৈনাখোনগা মপুরোইবা কায়নবগী চৈনাখোনগা মাগী ওইবা পুন্নমক্ল তুমখিবগী চৈনাখোনগা অশোন-অনা, অঙাং পীশক পীশক চিখহৌরিবশিঙ্গী বারুবগী চৈনাখোনগা-চৈনাখোন তরানা য়ৈহৎপদগী নুংবংনদুনা তাদুনা লৈবা মতমদনি। খুশরুখাঁ তুমিন চঁঙক্লুনা লৈমগী মনাক্ত ফম্মরে। মীগী শঊম তাবদা শ্বাই লাউ লৈম ফুক হৌগৎলক্লে। খুশরু উরে। য়েংবদা মবুক খঙলে। শাউগে তৌরকপা মথম্মোই খংফা ফাজিন "সেনাপতি সাহব, করম্বা থৌজানগী মখা পোন্দুনা সরদারবাইগী শঙদা লাকপিরিবা" হায়না নৌশিন্নবা খোনফম্ন তরাম-তরাম ওক খুশরু চিংন য়েঙক্লে লৈম। "নীংথিবি, নহাক্কী নীংথিবা শকফমগী ফজবা মওং উবদা থম্মোইনা গোলাম ওইরগে নীং লাক্লিবনি।" খুম্মকই খুশরু। "মদুদি তমদুনা থোক্লবনি, ঐগী লাইবক ফবনি। অদুদা মুশলমানগীশু হৌনবী লৈ, হিন্দু ঐখোয়গীশু হৌনবী লৈ। সেনাপতি সাহবনা চানবিবগী চানবিবা হৌনবী মতুং ইন্ন চানবিরবদি য়াম্ন নুঁঙাইজগনি।" হন্নক্লে লৈম। হৌজিক্তি লম্নি, মদু থোক্লবা শিনবদি বারনি। খুদানা নঙ্গ ঐগবু শম্ন পুন্নৌ তম্মম্বননি। করিমতা চিংনবা তৌরুনু। ঐগী থম্মোইগী মবেম্ম ওইদুনা নুঁঙাইনা পাম্লো লাও।"

হায়না হায়না মপাম্বোম অনীনা চেৎনা লৈমবু কোন্সিল্লক্লে খুশরু। লৈম হেদৌনবা সাদুনা লৈথোক্কুনা খোঙফম অম'নী চেঙ্খোক্সিন্নরে। নুপী ওইবগী পীথোরকপা নুংশিবগী মিৎকী চীনগী লাং কয়া লংশিন্নরে। খুশরু মঙদা তাউরে। মহাক্কী লাংদা থুরে হায়বা উরবদা মথবাক্ত ফুম্মম্ব থাঙ তনশৎ শৎ মথবাক্ত থিন খুশরু লোইশিল্লে। লোইশিল্লম্বগা কৈশুমশঙদগী লিখোক অমম্বদা তিন চেল্লক্লে।

ঙহাক্কী মনুংদ সেনাপতি লোইশিল্লম লানফা নাম্বোকখরে হায়বা পাউ তেঙ্গোন পুন্নমক শীল্লে। মায়গৈ মায়গৈ চাইথোক্লদুনা লৈমগী খোঙ্গুন লীনরক্লে। অহিঙ্গী মতম্ন লৈরিঙৈদদি লৈমগী গতি খরা লৈরম্মি; নোং ঙাল্লক্লবদদি লৈম মুশলমান্ন মায়গৈ মরিদগী উপশিল্লক্লে। মশা নাম্বোকফম লৈরক্তরে। অদূ য়ৌরক্লবদা মশাগী ধর্ম্ম ঙাক্লবা মশাদা কোন্নবা থাঙনা মশা অদুম লোইশিঞ্জরে। নোংদম্ন মপুন্সি তেন্ন পোক্লবী শিঙ্গারৈনা অয়ুক্কী পুঙ্গোয় লানঙমদা লৈমায় লৈওন্নবগুম লৈমায় য়াহীপ্পখরে মথোক কাবা মপুন্সি লোইঙমদনা মপোক্ল খোঙফম তেল্লু তল্লবী সরদারবাই।

সরদারবাই মশক্ল মশাগী য়েক্লনা পোক্লবী নুপীনি। মশাগীদা নত্তনা মাগী ওইবা পুন্নমক্কী য়েক্লনা লাক্লবী নুজানি। মগুণ্ন মরায়বক থীনজরবী নুপীজানি। খোঙফম খুদিং অৱাবা মৈনংনৌ তল্লবী মপোক্লি। অদূনা তেল্লবা মপুন্সি খোঙফমদা মৈজাউ কয়া মৈনংনৈ, ঈচাউ কয়া ঈনংনৈ। অদুবু মহাক্কী নুপী থোক্লবা মথম্মোই তুকথরুবা তৌদে কৈদৌনুং; নুংবংনরুবা লৈতে করিনুং। মৱৌশিংনে চনবদা মৱৌশিংন, মপাঙ্গন্ন য়াবদা মপাঙ্গন্ন তারক-তারকপা পুন্নমক হকথেং-মায়োক্লদুনা মপুন্সি খোঙফম্নে। অনীনা ময়াই মাঁঙমদাই য়ৌরবদা, য়েক্লবগী মখুৎ চল্লুবরা হায়ববু, মথবায় লায়না থা মমুদুম য়ৈথেক্লম নোঙ্গাখি।

নীংথিরবা মগুণসীনা অথৌবী সরদারবাইগী শুমখি মথম্মোই চারণগী। মধুযন্ত্র মখুৎশু পায় শকখি মগুণ অহিং-নুংথিল। চনখি লাদা ভারত কংলৈরোন্নশু অথৌবীগী অথৌবা খোঙফম।

কুম্লাংন কুমওনবা চামনা খুজিং ওইরক্লে। মুৎখরে কুম্নন্নদুনা নুজা কয়াগী মপাউ। লৈহৌরে, অদুবু অথৌবা মপাউ

**অথৌবী সরদারবাইগী।**

# মরোল

## পদ্মিনী

সিংহল — লঙ্কা। তমশিন্নে — ফংনবা তান্নে। মেবার — রাজপুতনাগী লম অমা। রাণা — চিতৌড়গী নিংথৌ। চিতৌড় — মেবারগী কোনুং। ওঙকই— ময়ুম পাল্লকই। লৈমা — রাণী। রাজস্থান — রাজপুতনা। চারণ — লৈবাক্কী লৈমরোন নিংথৌরোন শকপা মী (অছেবা)।

মপুঙ্গি খোঙফম লোইশিনখিবা — শিখিবা। মমখিবা — শিখিবা। হকচাংন কেম্বদা — শিবদা। মং চনখ্রবশু — শিখ্রবশু। জৌহর কুণ্ডদা — জুহার ব্রত তৌননবা মৈগী কুণ্ডদা (লান্দা য়েক্কবনা লৈবাক লৌখিবা তারবদা ধর্ম্ম ঙাক্কনবা লৈমনা চিংদুনা নুপী ময়াম মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিববু জুহার ব্রত কৌই)। মমখরবনি — মুৎখরবনি। তুঙ্গোইহৌই — তুং কোইনা লৈহৌই।

সুলতান — নিংথৌরেন। শারমথোক — শাগী লমচৎ চৎপা মীতা। কয়ামৎ — খোদানা মীশিংগী বিচার তৌবা নুমিৎ। বেহেস্ত-দুযোগ — বৈকুণ্ঠ-নরক। অল্লাহ্ — ঈশ্বর। অন্দরমহল — লৈমকোন। শগোনপাউ — শগোলনা নিংথৌগী পাউ চৎপা মী। তেঙ্গোন — লান্মী কাঙবু।

পিবা-ফুঙ্গা — পিবা কাঙলুপ। নাচুঁঙুনিঙাই — কিরুনিঙাই। মউ চোকহল্লগা — ব্রাহল্লগা। মবুক — চানঙাই। লাঞ্জাবা — লানগী পাউ লৌবা মী। লানশঙ — লানগী শঙ। তেক্সন্নবা — য়ানবা। হোয়গা মাইগা — য়াবগা য়াদবগা। থৌগনপাউ — লৈম নিংথৌগী পাউ চৎপা মী।

হাকথং থৌগন — শাগোন্নবা থৌগল। মুক্লরিঙে — অঙম তান্নরিঙে। তেনরবদা — য়ানরবদা। লোনচৎ — চৎনবী। ঈঙ্গিত — মিৎ-না খুৎ-শানা তাকপা। নুংবংনবা — ব্রাখন থোক্তবা। ঙাওন শাওনবা — পোত্থাফম খণ্ডদবা। চিতৌড়েশ্বরী — চিতৌড়গী নিংথৌ লাই (দুর্গা)। উংবা — জ্ঞান তাদবা। পোঙবা — ফনবা। থোঙলেন — সনথোঙ। খৃত্তা — কাংবুদা। হোদোকউরে — তম্মুরে। চেনগুম-চেনগানৈ — লৈতাদে। চেং — মপুঙ্গি। হিরুপ্পগুম — হি লুপ্পগুম। গোরা — পদ্মিনীগী মখুড়া। বাদল — পদ্মিনীগী মৌপ্পা। য়াহীপ তমথরে — শিখরে।

রণচণ্ডী — লানগী লাইরেম্মা (দুর্গা)। ভোগ — লাইরুক। জয়কার — মঙ্গলগী খোল্লাউ। অরাবল্লী — চীং অমা। ফুজিল্লবা — পাঙ্গল ফুদোক্তুনা থৌজিল্লবা। শঙ্গায় — নিংথৌ, অঙম অথৌগী য়ুম। মালেম — পৃথিবী। জপ তৌবা — শোনবা। মৈশেং — অশেংবা মৈ। ফিঙাং — অঙাংবা ফি। যজ্ঞ-কুণ্ড — জৌহর-কুণ্ড। মহান যজ্ঞগী — অচৌবা যজ্ঞগী। পূর্ণাহুতি — অরোইবা হোম (যজ্ঞগী মৈদা মন্ত্রগা লোইননা চেং থোইদিংনচিংবা কৎপবু হোম কৌই)। আচার্য্য — পুরোহিত।

বপ্পা — শিশোদিয়া (অগ্নিবংশ) পোকপা। কংলা — কোনুং। ইশলাম — পাঙনগী ধর্ম্ম। হিমাদ্রি — হিমালয়। কন্যা-অন্তরীপ — কুমারিকা লৈচীন। ঙকচাও থেকপা — চাউথোকপা। লুরুক্লবা — নোল্লুকপা। লানঙম্বী — লান্দা মায় পাক্লবী। লানশি — লান্দা মায়থীরবা। চাউদম-বাংদম — বাংচাউনা। শৈরম — ইশৈগী মরম। মধুযন্ত্র — তুম্বাদা তারা তিংদুনা শাবা ইশৈশকপগী খুৎলাই অমা।

## লালবাই

আহোর — রাজস্থানগী লম অমা। লোন্দ — মতমদা। যুগকী — মতমগী। চৈকোক্ত — হৌরকপদা। মৎপ — নমদুনা লৌবা। বাদশাহ — নিংথৌরেন। মপান ফরিবা — চাওখৎলিবা। শাহন্‌শাহ — পাঙন নিংথৌদা কৌনবা মিঙৈ। জহান — পৃথিবী। বেগম — রাণী। বাতেন্নবা — বারোইনবা। লৌখৎপা য়াদনা — থীনা।

থাক্সক — লেংমেক। দুনিয়াগী — পৃথিবীগী। মালিক — মপু। কিলাদা — লানবলদা। সামন্ত — মখাপোনবা নিংথৌ। থেচ্চিনবিখো — হাপচিনবিখো। মোনখাংনরুবা — মন ওইনা খাঁঙুবা। মুল্লা — মৌলবী।

প্রীতম প্যারে — নুংশি থোইবা। বারাত — বর যাত্রা। য়ারব — হে ঈশ্বর। মদদ — মতেং। চাঁদী ঝীলদা — চাঁদী কৌবা পাত্তা। কংলৈরোন — ইতিহাস। লৈতাইখরবসু — লৈবাক্ত তিনখরবসু। নোঙ্গাখরবসু — নোংথক্ত কাখরবসু।

## সরদারবাই

লোই ওইবা — মখা পোনবা। লোইপোৎ — অথোকপা পোৎ কাবা। সুবাদার — লৈবাক্কী লম অমা পুবা মী। সুবা — প্রান্ত। হকচীক লাংব — নুংশিৎ চাবা।

মিতাবা — খৌরাংবা। নীংহন-নীংহন — তুং হম্ন হন্না। শঙফম — শং মফম। শং-শং শং-শং — তশেং তশেং। মীতোকচা — মীরেম। মীপাঙদ — অয়ম্ব মী। গ্রহ চংলে — দশা চঙলে। নেশানা — ময়াইনা। কুঁবরজী — নিংথৌগী মচা। পোমিৎ — পোগী মরম। মৈ হৌরে — শাউরে। য়েংবিরবা — খাকপিরবা। লানফা - লান্দা ফারবা। পাউদা — পাউ চৎপা মীদা। কুর্ণিশ — দরবারনচিংবদা পাঙন নিংথৌবু প্রজা অমনা খুরুম্বা মওং। রস — মহাউ। নুংবংনরে — হৈঙমশিঁঙমদরে। থোঙ — থোঙশংবা। লংফৈনি — লমচৎপমীনি। পরিচয় পী — মশক পীদুনা।

লম্মুক্করক্তুনা — লম্বী ওন্নদুনা। লমদল্লিবা — পল্লিবা। উপায় তৌবা — মতেং পাংবা। খোঙনি — খোঙফমনি। জায়গীর — মনারৌ। কাগুপ — খাব্রাং। লম্মুখাংদ — লম্বী লমখাংদা। ফীনা — ফীগী মনা। নীংহন চারে — মনীং হন্লে। গোলাম — মীনাই। হেদৌনবা — কেজবা। গতি — পাঙ্গন। কুম্নাংন — চহিনা। কুমওনবা — চহী ওনবা। কুম্নম্নদুনা — চহিনা ননদুনা।

# খুদোন-তম্ব

## নুপী অনী,

ইপানা নচীন-ননাওদা লীখিবা ৱারী নীপান সুরে। ঙসি তরুক্সগা লীরি। হন্দক্কীসীদি পৃথ্বীরাজ চৌহানগী লৈম সংযোগিতা, রাণা সমর সিংহগী লৈম কর্ম্মদেবী, রাণা সংগ্রাম সিংহগী মচা উদয়সিংহগী মপী পন্না, পৃথ্বীরাজ রাঠৌরগী লৈম কর্ম্মদেবী, গড়মণ্ডলগী লৈম দুর্গাবতী, অহমদনগরগী শাহজাদী চাঁদবীবী — মখোয় তরুক্সীগীনি। মখোয়সী থৌনাফবী নুপীঙাক্লি। মখোয়গী মতীক-মগুণনা ভারত কংলৈরোন (ইতিহাস) গী লামায় লারোন কয়া কয়া কন্নরিবনি।

নুপীওইবী নখোয়সে অমেঙবনা মপুং ওইনা সেম্বনি। অদুনা অমেঙ-অনৌদদা নথৱায় থমগল্লি। অকন-অরাক অসী কয়া পামগন্দে। মেঙজ-নৌজবদগী নশাদা লৈবা থৌনা কাউথোকল্লি। কাম্বথাং ওইনা মাঙহঞ্জগল্লি। অমরোমদনা, অকনবনা মপুং ওইনা সেম্মকপা নীপানা কন্ন হৌবা, লিংনে চৎপ উবদগী অকন-অরাক পুন্নমক নীপাদগী শরুক ওইনা খন্দোকল্লি। মদুনা তারকপনা, লৈবাক্কী থবক পঞ্জাউদা শরুক য়ারুবগী ৱাদি থম্মদুনা নশামক্ত কঞ্জবা ঙমজদবী ওইনা থোক্লে। জগত্ত পাঙজদবীনি হায়না নশক তাক তাংজবী ওইনা চোংথোক্লে। মদুনা কায়থরকপনা নখোয়গী নপুন্সিদা খোঙথাং খুদিং নশরুক মাঙবদা থংলৈ। মসী পুন্নমক অসী পংথরুবা অমত্তদগীনি।

থৌনা, থবক পাবা পাঙ্গনগী মমিংনি। পাঙ্গন মখন অনীনি। অমনা হকচাঙ্গীনি অদুগা অমনা পুক্নীঙ্গীনি। নুপীনা নোপ্ন হৌবা, নৌনা চৎপনা কন্ন হৌবা, লিংনে চৎপ নীপাদগী হকচাঙ্গী পাঙ্গন্দ নোপকল্লি। মপোক্ন হকচাঙ্গী পাঙ্গন্দ থোং মান্নবা ৱারবশু পুক্নীঙ্গীদদি মান্ননা চৎপ য়াই। করিনা। পুক্নীঙ্গী পাঙ্গন হায়বসীদি, নুপী-নীপা অনীমক্কীমক ফজবা লোনচৎ-নুংজত্তগী পোকপনি। হকচাঙ্গী অকন-অশোন্ন মদুদা পঙচঙ চঁঙুবা লৈতে। পাঙ্গন অনীসীগী মরক্ত পুক্নীঙ্গীনা মকোক্লি। জগত্ত

খিহ্নৌরিবা মিংচৎকী উরোংশিং অসে পুক্নীঙ্গীননি। হকচাঙ্গীনা খিন্নম্বগুম অউবশিংশু পুক্নীঙ্গীনা অদুম ফীভম মওইরম্বনি। নখোয়না নহৈ-নশিং অসুম অসুম তমথরক্লগা মীরক অসুম অসুম তিল্লক্লগা পৃথ্বীগী কংলৈরোন শকখঙনরক্কনি। হায়রিবসী অসুম অসুম খঙলক্কনি।

ঙসি ইপানা মপাউ তন্নিবা নুপীশিং অসীশু নুপীনিনা অমেঙবনা মপুং অদুম ওইনা মহৌবা, মচৎপঙারি। ফজবা লোনচৎ-নুংজত্তগী পোক্লকপা মবুক মবুক্নীঙ্গী মথৌনানা মশা-মশাগী মথৌ পাখিবদগী ভারত-কংলৈরোম্না মখোয়গীদমক লামায় কয়া কয়া কাইথোক, অরাবা ময়েক্ল মপাউ লাচনবদগী মমান্নবা নুপীজা কয়া কয়াগী মমিং মথা মুৎথ্রবমক্তদশু মখোয়গীদি অসুম মরৈহৌরবনি। শিদবা খুভম কা, মতমগী য়াওল য়াও অসুম হিংদুনা মরৈরবনি।

তাশিল্লু, খঙজিল্লু; নবুক্নীং নবুক্নীংগী মচীঙ্গাক ওইনৌ। নুপী ওইনশু নুপী থোক্লশু পুল্সি-খোঙফম খোঙফম্লনবা হোৎনৌ। মিংচৎকী উরোং খিন্নম্লবা হোৎনৌ। হোৎনবদা ঙমদবদি ফৈ। ফত্তবদি হোৎনরুদবদনি। করিনা!

**হোৎনজবনা মীগী থৌদাংনি।**
**হোৎনজমন পীবনা লাইগীনি।**

ইম্ফাল,
লাংবন নিন্দূং মঙানি চনবা
নিংথৌকাবা
১৮৭৪ শকাব্দ।
(৮ সেপ্টেম্বর ১৯৫২ ইং)

**মঙ্গল**
**শ্রীমীনকেতন সিংহ**

# করিগী ই

**কীর্তি যস্য স জীবতি।**

মিংচৎকী উরোং খিনবা ওম্ব মীদি শিবা কৌবা লৈতে হায়না মীরোন-মীথাং পাউরৌনরক্লবা বাফম্নু নোংম মৈত্রবাক কোইররগদৌবী মৈতে নুপীমচাশিংদ খুদমগা কোম্লনা তম্নীংবদগী ভারত-কংলৈরোন্ন ময়েক লানা লাচল্লবী অথৌবী নুপী খরদঙ্গী মপুন্সি খোঙফম লীরুবনি।

লাংবন নিন্দুং মঙানি চনবা
নিংথৌকাবা
১৮৭৪ শকাব্দ।
(৮ সেপ্টেম্বর ১৯৫২ ইং)

মীনকেতন।

# সংযোগিতা

সংযোগিতা রাঠৌর নিঁঙোল্নি। কন্নৌজগী নিংথৌ জয়চন্দ্রনা পোকপনি। মহাক অসী ফজবী নুপীনি। মহাক্কী লোঙ্গাদা মাগুম্বী তাঁন্ডি। তাঙবা নত্তে, সুক্রে-লৈতবনি। অদুগু কন্নৌজদদা নত্তে, তানফম অদুগী রাজপুত-জগৎ পুম্বদনি। লোঙ্গা অসীগী নিপাদনা দিল্লীগী চৌহান-নিংথৌ পৃথ্বীরাজনা ইফ-ফজে। ফজবদা নত্তে, কনব-হৈবদসু ইহেন হেল্লি। অদুনা তাঞ্জা অদুগী চারণশিংনা মখোয় অনী অসীগী মতীক-মগুন্ন মখোয়গী শৈরম ওইনৈ।

নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনীসী অমনা অমগী মগুণ তানরক্রে। মবুক-মবুক্তা রাখল তৌনরক্রে। মমৈথংদদি চারণশিংদ পাউ চৎনদুনা মবুক-মবুক হোদোক্লরে। সংযোগিতা পৃথ্বীরাজদা লৈবা লেপ্লে। পৃথ্বীরাজগু সংযোগিতা লৌবা লেপ্লে। মবুক - মবুক্তা নীংনজরবগু, মতীক-মতীক চানরবগু হেক লৌন-লৈনবদি তরাই-তরাইবা থোক্লমদে।

জয়চন্দ্র থম্মোই-ৱাংব নিংথৌনি। কন্নৌজগী খুভমদনা পেনবা থম্মোই নত্তে। রাজপুত-জগৎ পুম্বগী মপুগী খুভম নীংবা নিপানি। মহাক্কী অৱাংব থম্মোইগী লম্বীদা লানঙমদবা পন অমা ওইবনা মহাক্ল পৃথ্বীরাজবু মমিৎ য়াম্না নাই। মদু উবনা পৃথ্বীরাজনসু সংযোগিতাগী মরমদা মঙোন্দ ৱাহৌবা ঙম্মমদে।

অসুম্না নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনীনা নীংন-নীংননা ফিভম্ম য়াক্লদুনা লৈরিঙৈসীদা নিংথৌ জয়চন্দ্র রাজসূয় যজ্ঞ তৌরক্রে। ভারতকী নিংথৌ অরাপ-অনক পুন্নমক বার্ত্তোন তৌরে। পৃথ্বীরাজ অমদি মহাক্কী খুৎ নত্তনা অতৈ পুন্নমক্তি যজ্ঞদা লাক্রে। রাঠৌর-নিংথৌনা চৌহান-নিংথৌবু অঙম্ব শক্লনবা লৌশিং অমা তৌরক্রে। খুৎহৈবশিংবু মহাক্কী (পৃথ্বীরাজগী) মশক্লক মানবা মূর্ত্তি অমা তন্না সাহন্দুনা যজ্ঞ-মণ্ডপকী থোঙদা থোঁঙাকপা ওইনা থিল্লে। তিল্লরিবা নিংথৌ পুন্নমক্কী কুম্মৈ ওইনরে।

যজ্ঞ অসী লোইবদা জয়চন্দ্র মচানুপীবু মথবায়না তাবা মপুরোইবা খঞ্জনবা পুথোক্লে। সংযোগিতা রাজপুত-নিঙোল্নি। মবুক, মচীন, মখুৎ চপমান্নবী নুপীনি। তিল্লিবা নিংথৌ অমম্ভ হন্ন য়েঁঙমদনা থোঙদা প্রপ প্রপ চৎখিদুনা পৃথ্বীরাজগী মূর্ত্তিদা লৈ হক্লুরে। জয়চন্দ্র শাউবনা মৈ থোকখিদুনা মচাবু মশম লাক্লুনা চিংশিনখরে। লৈমকোনগী নিংথেম্নুবী মরক্ত থমখরে। ইকাইবগা নুঁঙাইতবগা মবুক্লীং নুংশিনা লৈরে।

অসোমদা কন্নৌজদা থোক্লরিবা পুন্নমক পৃথ্বীরাজগী নাকোং য়ৌরে। চৌহান-নিংথৌ মহাক্কীদমক্ত নুপীমচা অমনা বারিবদু তাবদা পম্বুবা ঙমদ্রে। তাবগা ফৎ দিল্লীদগী তেঙ্গোল পুদুনা লাক্লে। মফম অচা-অচাবদা লানবন সা-সাদুনা থনম্মগা অখন্নবা অকন-অথৌ থরা পুদুনা মশা কন্নৌজ য়ৌরক্লে। জয়চন্দ্রগী কোনুং নমথেক্লুনা চঁঙক্লে। লৈমকোন্দগী সংযোগিতা শগোন্দ হাপ্তুনা পুখরে। দিল্লী কন্নৌজ অনীগী রাজপুত-ফুঙ্গা অনী মঙানি চুপ্ন লান য়ান্নরে। চৌহান্ন ঙম্মে; রাঠৌর মমায় খুরে। সংযোগিতা দিল্লী য়ৌরে। হৌনবী মতুং ইন্ন লুহোং-খোঙদোংদুনা চৌহান-নিংথৌগী লৈম হাপ্লে।

সংযোগিতা-পৃথ্বীরাজ মবুক-মবুক থুংনজরবদা মতম থরা নুঁঙাইনা পাঞ্জরে। অদুবু কুইনা নুঁঙাইজৌ হায়বদি মরাইবক্ত তম্মমদে। জয়চন্দ্র নুঁঙাইখিদবদগী গোরগী নিংথৌ মুহম্মদ লান হৌক্লরে। নিংথৌ অসী অহানবা লান লাকপদা পৃথ্বীরাজগী মখুত্ত থীনা খুথীমনখিবদগী অমুক্তং হায়দুনা শীংদুনা লৈরিবনি। রাঠৌর-নিংথৌগুম্ব অকনব মীচং ফঁঙবদুদদি লান তল্লাক লাক্লে। কন্‌গর তুরেন মপান্দ কন্নৌজগী নিংথৌনা থারকপা তেঙ্গোনগা পুন্দুনা লানবন সারে।

মুহম্মদ গোরীনা অমুক্ত লান লাক্লে তাবদা পৃথ্বীরাজগী মখাপোনবা নোংচুপ্লোমগী নিংথৌগী মখৈ দিল্লীদা পৈররে। নোংপোক্লোমগীদি জয়চন্দ্রনা ফৈগাক থৎখিবনা য়ৌরকপা ঙম্নদরে। অদুমকপু নুংশিনরবা মরূপ চিতৌড়গী রাণা সমরসিংহনা মহাক্কী কল্লবা শিশোদিয়া তেঙ্গোন পুদুনা মতম চানা লানবাংব থুঁঙবদগী মীদা থোইদোকপা বাবা তৌনদ্রে। লানগী লাংবা লোইরে। চৌহান-শিশোদিয়া অনীনা লান্মাং থংব তারে।

লান চৎলমদাইনি। পৃথ্বীরাজ লানগী ফীরোয় হোংবা লৈমকোন্দ চঁঙক্লে। শাগোন্নবা শাপোৎ-লানপোৎ পুন্নমক শেচ্চিন-খোচ্চিনবা লোইরক্লে। থাংলোনগা থাংলেনগদা ঙাইশিল্লক্লে। থাংলোন য়েপ্লফাওবা লৈম সংযোগিতা বা ঙাঁঙমদে।

থাংলেন থাংলী কিরকপা মতমদদি মপুরোইবদা য়েঁঙক্রে। ঈংনে, মেঙনা অথুকপ-অবাবগী মনম অমত্ত চঙদনা "থবায়গী মপু লানফমগী থাংলক-তারক্ত ঐ চৌহানগী মপুনি হায়বা কাউবিগনুসি। লানগীদমক পোকপা রাজপুতনি। ঙম্নগা য়েক্নবা শোইবা, ঙমদ্রগা মখৃত্ত তুবা রাজপুতকী ধর্ম্মনি। লানঙম্ব মপুরোইববু হরাউনা চেনথোক্তুনা ওকপা, লান্দ তুরবদনা চেল্নিন্দুনা কোনখৎপ, ফৈরাথক্ত কোম্ন কোম্ন মৈনুংদা লোইবনা রাজপুত নিঁঙোনগী ধর্ম্মনি। ইহাক-ইহাকথংদগী চৌহান-নিপা, চৌহান-মৌ চিংথবা য়াদে।" নিংথৌবু বিদায় তৌরক্লে লৈম সংযোগিতা। "চৌহান-মৌগী ময়াথং চৌহান-নিপানা শোয়দনা ঙাক্কনি। রাজপুত-নিঁঙ্গেনগী মপুরীং রাজপুত-নিপানা শোয়দনা থুংহল্লগনি বারুগনু থবাইগী মবেস্ম।" মোমোন নোক্ল বিদায় তৌরম থোকখ্রে তেঙ্গোন্ন ঙাইরিবা মফমদা নিংথৌ।

কন্‌গর-তোর্ব্বান য়ৌরে। হিন্দু-মুশলমান তেঙ্গোন অনী মায়োক্লরে। হিন্দুনা হণ্ণহৌরো, মুশলমান্ন চঙজহৌরো হায়বা লান হৌরমদাইগী বাঙাং কয়া ঙাংনরে। য়ানসি হায়নবা বাঙাং অমত্ত য়াওনদবনা য়ানদরে। লান য়ান্নবদা তারে। হিন্দুনা লান হৌরে।

অকিবা লানফম্নি। লান্দ হরাউবা রাজপুত, লান্দ নুঁঙাইবা আফগান অনীনা মায়োক্লখ্রবদা করি ওইবা হৌনৈ। শিবা নীংসংনদে, মমাঙদা লেপ্প লাম্বদা মউনৈ। কক্লগা কক্লে, ককখ্রগা ককখ্রে। দৃষদ্বতী ঈগী তুরেল ওইরে। তিরৌরী মীশা মীকোক্ল লৈনাং তানা লৈখোম থোক্লে। নোং ফুং ঙানবদগী য়ান্নরকপনি। লাম্মাংনে তুবগা লাম্নীংনে হেক্ত মশিন্নবনি। অসুম য়ান্নরকপনা নুমিৎ ময়ুম চম্খরে, মমশিল্লক্লে, মীশক খঙনরক্তরে। লান মশানা লেপ্প তারবনা লেপ্নরে। তেঙ্গোন অনীমক মশা মশাগী লাম্নং হঞ্জিন্নরে। মতুঙ্গী নুমিত্ত তৌগদবা মওং লেপ্পরগা ঙহাক ঙহাক পোত্থানরে।

লান নীনিচনবনি। নোং ঙাল্লম-ঙানফাৎখ্রিঙৈনা মুশলমান লাঞ্জংলক্লে। হিন্দুশু লান ওক্লে। মমাঙ্গী নুমিংশু নীনি-চনবা নুমিংসীশু হিন্দুনা লান অসী লাকচরপ লাকচরপ চৎলি। অদুদা হিন্দুগী মরায় চায়রো হায়বদুনা অকায়বা অমা লাক্লে। হিন্দুগী তেঙ্গোন্দ শামু য়াওই। বিতত্তাগী লানফমদা যবন-নিংথৌ শিকন্দরগী মখুত্ত পুরুনা মায়থীখিবা মতা অদো হন্দক দৃষদ্বতীগীদশু থোক্লরে। মুহম্মদকী তেঙ্গোম্ন বম্বুলা কাপ্পকপদা শামু থক্লে। মনীং হন্দুনা খোং-লাউনা চেম্লে। মাহুতশিংনা লাকপা ঙমদ্রে। লাম্নীংশু মনীংদ লান ঙাইদুনা লৈবা তেঙ্গোন্দু কায়রকপা শামুনা তকখায়রক্লে, নেত্তুনা কয়া, কোত্তুনা কয়া, হাইহত্তুনা কয়া ফৃজিন্দুনা কয়া হাৎলে। হিন্দু হায়-হায় লাউনরে। তাঞ্জা অসীদা মুশলমানগী শগোল লাম্মী তক্সিল্লক্তুনা পৃথ্বীরাজগী শামু

কোয়খরে। চৌহান-শিশোদিয়া তেঙ্গোন্ন মথবায় মখুবাক্ত হাপ্তুনা কন্নবা হোৎনবদা মথবায় মাঙবদ মথংলে। নিংথৌ ফাখরে। নিংথৌ ফাখিবদগী চৌহান-শিশোদিয়া অনীমক লান অমুক হেন্ন কল্লিন্নে।

লান কায়থিগনি কিবনা ফাখিবগী পাউদি অঙম্বশিংন থুপচিন্নে। লৈমদদি য়ৌখরে। পাউ হেক ফংবদা সংযোগিতা লানগী ফীরোয় তনহোং-হোং শগোন শয়াং থক্ত ফুদোরক্রে। অদুবু মহাক্না লানফম য়ৌরকপা মতমদদি পৃথ্বীরাজবুনা ফাদুনা হাৎখিবা, মরুপ কন্নবগীদমক্ত সমরসিংহনা শিশোদিয়া তেঙ্গোনগা তুখিবগী পাউ হান্ন তানরম্মে। তেঙ্গোন পুমকায় কায়রম্মে। গতি লৈত্রবী সংযোগিতা মহাক্কী মতুং ইনবা মী য়েঁঙদুনা "বারুরনু, রাজপুতকী মতম লোইরো তন্নবনা অকিবা শকখঙনদ্রবা রাজপুত কায়রম্মে। ঐগীদি ইপুরোইবগী থৌগন থীনখিবা তারবনিনা চৎলগে, বারৌগনু।" হায়রন্নগা শীং তঙ্গেম সেম্বান্দুনা মৈনুংদ চঙলে। উৎপুং ওইনা তারে উনা উনা লৈম সংযোগিতা। শক্লরে মগুণ হান্নদগী হেন্ন মধুযন্ত্রদা কয়া রাজপুত-চারণ।

মধুযন্ত্র কয়া তুমখরে, চারণ মীরোন কয়া লোইখরে, লৈহৌরে, অদুবু, নীংথিবা মপাউ।

লৈম সংযোগিতাগী।

# কর্ম্মদেবী

সমরসিংহ মেবারগী রাণানি। পৃথ্বীরাজ চৌহানগী মরুপ্নি। মৌবানী কন্‌গরগী অনীসুবা লানফমদা তুমিন্নবনি। রাণাসীনা লানফমসী চৎলমদাইদা লৈম কর্ম্মদেবীদা খুভম শিন্নরম্মি। "কর্ম্মা! লান হায়বসীদি শিব-চঙবা খঙবা নত্তে। ঐনা করিগুম্বা শোয়বা থোক্রবা, নহাক ঐহাক্কী তুং ইল্লকনু। ইচা করণসিংহনা পীক্লিবনিনা মহাক কোন্দুনা লৈয়ু। মহাক্ল শেন্নবা ঙমজদ্রিঙৈদা বপ্পাগী সিংহাসন ঈরান অমনা মাঙথোকখিদনবা হোৎনৌ। নহাক শিশোদিয়া মৌনি, বপ্পাগী খুভম শেনবা সমরসিংহগী লৈমনি; থোইদোকপনা রাজপুত-চনুনি। অতৈ অমুক হায়রুন্নীঙাই লৈতে।" হায়না কন্ন শিন্নে। "মপুরোইবগী ময়াথং ঙাকপদনা রাজপুত-চনুগী ধর্ম্মনি। কর্ম্মাগী থৱায়গা হকচাঙ্গনা খাইনদ্রিঙৈ কনাগুম্বা অমত্তনা বপ্পাগী সিংহাসন শোকপা ঙম্মোই। চিতৌড়েশ্বরী লৈরি। সনাপুক্লীং করিমতা লাঙবিরুগনু।" মপুরোইবগী ময়াথং মকোক থোংন ওকচৈ লৈমগু। বিদায় অসুম তৌনদুনা পৃথ্বীরাজগী লান পাংব চৎপনি রাণা সমরসিংহ। অদুনা মহাক লান্দ তুরবদা কর্ম্মদেবী মতুং ইন্দ্রে। বপ্পাগী খুভম শেন্নদুনা লৈবাক পুদুনা লৈরে।

কর্ম্মদেবী রাজপুত-চনুনি। মপুরোইববু লাইদৌনা নীংজবী নুপীনি। লান চৎলমদাইদা মপুরোইবনা শিন্নরম্ব ৱাহৈশিং অদু কাউবা লৈতে। অদুদা নীংসং-নীংসংদুনা কদাইদা করি শোয়খিগদগে হায়না কিনা চৎলি। অহিং-নুংথিন অনীদা লৈবাক্কী ৱাখন্দ খল্লি; লৈবাক্কী থবক্ত তৌই। অদুনা রাণা লৈতবগী অৱাবা লৈবাক্ল করিমত্ত খঙনদে, ঈংন অদুম মপাল্লি। অদুদা মপান্দগী অৱাবা অমা চঁঙক্রে। সমরসিংহনা তুরুরিবা লানফম অসিদগী ভারত্ত মুশলমান পানবা হৌবনি। পৃথ্বীরাজ হেক লৈতবগা দিল্লীগা অজমীঢ়গা লৈবাক অনীমক আফগান মখুত্ত অদুম তারবনি। মুহম্মদ গোরীগী মনাই কুতবুদ্দীন ঐবক্ল লৈবাক অনী অসিগী সুবাদারনি। মহাক অসী লান য়াম্ন হৈবা, লৈবাক য়াম্ন পাম্ব মীতানি। মুশলমানগী খুভম চেৎননবা

য়াম্ন য়েঁঙি; চাউননবশু য়াম্ন হোৎনৈ। মতম অদুগী খরা মহূ কনবা লৈবাক্নখৈ লান তাই। চিতৌড় মহূ পানবা লৈবাক্নিনা য়াম্ন য়েথেক্লীঙি; মখূৎ য়াম্ন চন্নীঙি। অদূনা অচৌবা তেঙ্গোন অমা পুদুনা মেবার লান্দারক্লে।

তাঞ্জা অসীদি কন্‌গরগী লানফম নক্লিবনা মেবার মী খরা নাঁঙি। অদূনা লৈম কর্ম্মদেবী য়ারবদি লান লৈথোক্লবা য়েঁঙক্লে। "ভাই সাহব! নংন নিপানি, ঐহাক্ন নুপীনি। নুপীনা পুবা লৈবাক্ত নিপানা লান তারকপা চুম্বরা! জগৎন করি হায়নগনি হায়বা অমুক্ত খঙ্গসি। তুংদনা করি অমুক হায়নহৌগনি হায়বদুশু নীংসংসি। ঐগী লৈবাক লৌবগা ঐগী ইবা তাবগা অনীদা ঐগী ৱা লৌবনা নঙ্গী মিংচৎ ফজবা হেনগনি। পাঙ্গন্ন সেম্ব খুভমদি নীনিগীদনি; ধর্ম্মনা সেম্ব খুভমদি নুমিৎ-থানা মুৎত্রিমখৈগীনি হায়বা নঙ্গী কুরাম্ন শোয়দনা তাক্লমগনি। নংন ঙসি ঐগী লৈবাক্নী থাদোক্লম্মবদা নোংম নুপীমক ওইরবশু ঐনা নতেং পাঁঙগনি। ঐমক্ল কাওথোক্লবশু ঈশ্বরনা শুক্সোয়মক শোয়দনা পাঙ্গনি। অফবা থবক্নী তৌজমন মহাক্ন কনাগীশু মাঙহনবা লৈতে।" হায়না পত্র অমা থারে কুতবুদ্দীন্দ লৈম কর্ম্মদেবী। কুতবুদ্দীন হৌজিক-হৌজিক্লীদ য়েংব মীতানি। লাইরিক অদু ফংবদা কিরে হায়না নীংদুনা মথোইদুম কারে। 'রাণি! করিগী ৱারুরি? নংন ঐগী বেগমশিংদ হেক চঞ্জবদা নঙ্গী অৱাবা অমত্ত লৈররোইদৌবনি। নপুম্নি চুপ্ন নখোঙ লৈপাক তাদনা পাঞ্জরগদবনি। নঙ্গী নশক্তি খঙড্রি, অদুবু নৱা তাবদা য়াম্ন নুংশিরুরে। ঐগী লাম্সংদ লাক্লীংব মতমদা ননীং তম্ন লাকচবা য়াগনি।" হায়না পাউ হল্লক্লে।

কর্ম্মদেবী রাজপুত-চনুনি। অধর্ম্মগী ৱা মনানা তাবা য়াবা পোৎ নত্তে। শাউবনা মৈ থোক্লে। লৈবাক্ত লানবাউ তঞ্জেন চেম্ভোক্লে। মশাশু লানগী থৌরাং তন্দৌ তৌরে। শগোন শয়াং থক্ত শিশোদিয়া তেঙ্গোন লাঞ্জিংদুনা ফুদোরক্লে। মহাক্নী লাল্লাউ তাবদা মুশলমান তেঙ্গোন মতু চুংদবা ঙমখিদে। বম্ন লাল্লম থৎত্রবদি শোয়ররনি কিবনা বমগী নোং হৈথরে। গুরুম গুরুম গুম, গুরুম গুরুম গুম হায়বা বমগী মখোন্ন অরাবল্লী চীংমায় নীঙ্খাইগদৌগুম নিনখরে। রাজপুত তেঙ্গোন মৈনা থৎখিবনা থৌজিনবা ৱারপ থোক্লে। মওং অদূ উবদা কর্ম্মা লান শিরগদ্রা খল্লুরে। মপুরোইবগী ময়াথং তন্নীং নীংসংলে। "জৈ চিতৌড়েশ্বরী" হায়না লাউরম কুতবুদ্দীনগী শামু শমাং তম্ন মৈরক্ত ফৃজিনখরে। চুপ্নী শাবন মকোক্ত থা, খোঙনেৎ অনীদা লেপ, মফেনা শা থৌনা থৌনা তেন তেঞ্জিন-তেম্মৈ লোম্ন কাপশিল্লক্লে। তেন মঙা তরানা শামুগী মরায়বক্ত তেঞ্জিন থুম্ন থুম্ন য়ুঁড়ুরে। অনী-অহুম্ন কুতবুদ্দীনগী মশাদা ফুরিৎ ফীরোন ফাওনা ফাওনা পাল্লুরে। লৈমগী তেনগী চৈনাখোন মমিৎ

উইশিন, মণ্ডক থুপ্ন খাওলম্বদগী গুমদ্রদুনা শামু মনীং হল্লক্লে। কুতবুদ্দীনগু তেনগী হূনা ওহাক জ্ঞান মাওলে। তাঞ্জা অসীদা মথৌ শওলবা শিশোদিয়া তেঙ্গোন ফূজিল্লক্লে। মুশলমানগী বম তৎখরে; কায়দুনা মনীং হন্দুনা চেল্লে। লূনা হঞ্জহৌ হায়রিঙৈদা য়াহৌদ্রবা কুতবুদ্দীন রাজপূত-চনুনা হূই-য়েন তানবগুম তানবিদুনা চেল্লে। কল্লে লৈম কর্ম্মদেবী ধর্ম্মগী থৌনানা মপুরোইবনা শিন্নরম্ব বপ্পাগী খুভম।

মীরোন কয়া লাক্লম্মে, মীরোন কয়া হনখরে। মমিং-মথা লোইনা মুৎনখরে মূৎপ কৌবা লৈত্রে মিংফম

লৈম কর্ম্মদেবীগীদি।

# পন্না

রাণা বিক্রমজিৎ রাণা সাঁগাসিংহনা পোকপনি। মহাক্কী মতমদা গুজরাতকী নিংথৌ বহাদুরসাহনা চিতৌড় লান তারকই। লানফম অসীদা রাজপুত লীসিংকুম্থানিথোই তুই। নুপী লীসিং তরাহুমদোইনা জুহারব্রত তৌই। রাণা সাঁগাসিংহগী লৈম উদয়সিংহ-পোকপী কর্ণবতীনা মকোক্নি। লৈম লৈত্রবদা উদয় মহাক্কী মপী পন্নানা মমা শক্তুনা কোল্লি। পন্না হায়রিবীসী খীঞ্চী রাজপুত-চনুনি। নীংথেম্নুবী ওইরবশু য়াম্ন খঙনা চৎপী নুপীনি।

বিক্রমজিৎ মথৌনাদি ফবা নিংথৌনি। অদুদা হেদৌ-হেলাং খরা থাঁঙি, খরা নুঁঙাইথোকপা পাম্মি। অদূনা লৈবাক পুবদা খরদং নোপ্লপ চৎলি। অদূ উবদা রাণা সাঁগাগী হাক্তক্তগী লৈরক্লবা লৈবাক্কী অঙম্ব অহন ওইরবা করমসিংহনা ৱারক-ৱাতেম্বগী মওংদ নোংম রাণাদা ৱাহৈ অম'নী হায়রুই। রাণানা করিশু নত্তবদা য়াম্না তনা তনানা হেক খুম্লক্লে। অদুদগী ৱাহৈ অম'নী তাথনবদদি রাণা খংশাউ হেক শাউদোকখরে। ফিংলপ চৎপ মীওং ওইবনা অহন অদূবু চৈ কোক থারুরে। মদুগুম্ব শাজত্তি রাজপুতকী ঈনা খাঙবা ঙম্নদবনা অঙম্ব পূম্নমক চপ মান্নখরে। বিক্রমবু কৈশুমশঙদা থারে। রাণা সাঁগাগী ময়াম্ব পৃথ্বীরাজনা নিংথেম্নুবীদা লান্নদুনা পোকলম্ব বনবীরবু রাণা থিন্দোক্লে। মতম খরগীদমক্তনি। উদয়সিংহনা মীরোন খরদং হেক তাবদা ফমগুমগদবনি। থোক্লিবসীমক্তি উদয়সিংহনা চহী তরুক্কাদি মচঙলক্লবা অদূৱাইদনি।

নিংথেম্নুবী বনবীর মমা হৌজিক্তি নিংথৌ-পোকপীনি। লৈম-নিংথৌগী পোইরৈদা য়েংদুনা খুদোন লৈতারক্তবী নিংথেম্নুবী ঙসিদি মেবারগী নুপী-মকোক্নি। মীগী থৌগল তৌবদা থংলক্লবী মীনাইনুপী ঙসিদি নাইগা শেনগগী মথক্ত পাল্লবীনি। টাইবংদদি থম্নদুনা মমঙমক্তদ মঁঙমদ্রবা খুভম কারবীনি। মহাক্কী নুঁঙাইজবা

লোইরবনি। অদুবু নোংমতা মনুঁঙাইরুই। নীনি সুবদদি নুঁঙাইব য়াদরে, ৱাবদা মথংলে। মচানা ফমগুম্ব নুমিত্ত লোইরবনিকো খল্লুবদগী চাক চঙদ্রে; ঈশিং য়াদ্রে। অদুনা অনাবা লোয়রে। মমৈথংদদি করি করম তৌরগা খুভম লেঙদবা য়াগদগে খল্লক্রে। বিক্রমজিৎক উদয়সিংহগা লৈত্রবদি মচাগী খুভম কায়ররোই খল্লুরে। খল্লুবদগীদি মচাদা অনীবু লোইথোক্লবা অহিং-নুংথিন নাইদনা তক্লবা হৌরক্রে।

বনবীর মবুক পঙফৎ-ফত্তবা মী নত্তে। বিক্রমজিৎপুশু মনীংজবনি; উদয়সিংহবুশু মনুংশিজবনি। অদুবু মমানদি অহিং-নুংথিন নাইদনা মঙংশিল্লক্রবনিনা মবুক ওল্লক্রে। ময়াম্ব-মনাও অনীবু নুংশিরক্তরে। মৌবানীবু মহাক্কী য়েক্লব তিঙ্খংনি হায়না উরক্রে। অমরোমদনা, নোংম নোংমগী ঐশ্বর্য্যগী ময়াইনা মমিৎ অসুম অসুম মমশিল্লক্রে। অদুনা ময়াম্বগা মনাওগা অনীমকপু লোইশিল্লগে লেপ্লে। মমাগী থৌইনশিন্দগী মখুৎমক্ল লোইশিনবা তারে। নোংম অঙনবনদি তুম্ন-হিপ্নরবা, অথেংবনদি চান-থক্লরিবা তাঞ্জা অদুৱাইদা বিক্রমজিৎপু কৈশুমশংদ লোইথোকউরে।

বিক্রমজিৎ লোইশিনখিবগা লোইশিনখিবগী পাউগা পাউনা হান্না ফুদোরক্রে। কোনুঙ্গী নুপী-অঙাং ৱা-ৱা কপ্নরক্রে। তাঞ্জা অসীদা পন্না উদয় মচা চন্দনগা শুম্ব লাক্লরি। অনীমক তুমশু তুম্লে। কোনুং মনুংদ খঙহৌদনা য়াম্ন কপ্ন-লাউনরকপা তাবদা মবুক্লীং তথুক-তথুক্রে। পাউ লৌগদবগী মপান তত্থোক-থোক্লকপদা ইমুং-মনুং কোইবা বারী চেল্লক্তুনা বিক্রমজিৎ হাৎখিবগী পাউ পীররে। পাউ হেক ফংবদা অতৈ খল্লুবা নংদে, উদয় থিরকপা তারে হায়বা ৱাখন অমা পোকখি। ৱাখন অদু পোকপগা লোয়ননা বারীবু ইমুংদ মখুৎ লাক্তুনা চিংশল্লে। থুম্মোক অচৌবা অমদা তুমিন্ন উদয় তাপ হাপচিল্লগা "বেরিস তোর্ব্বান্দ ঐবু......" হায়না হায়না বারীগী মকোক্তা থোঙ্গৎলে। থোনগৎ-থোনগৎন "থুনা" হায়দুনা তাল্লক্রে। বারীশু ভাব খংদা তারে। থুম্মোক অদু পুদুনা প্রপ প্রপ কিল্লা ৱাংম তানখরে।

উদয় থৈশ্রবদা পন্নাগী খোঙ্গুল হাইফেৎ লাক্রে। "থৈরিবসীনদি উদয় মহিংঙনি হায়বদি য়াদ্রি।" খল্লক্রে। করম তৌরবদি শোয়দনা হিংব য়াগনি খন্থরকপদা মন্থৎ পীরবদি য়াগনি হায়বা উরকই। উরকপগা তুম্লিব মচাগী মনাক্ত চঁঙক্রে। নীঁঙাইদনা তুম্লবা চহী তরুক্কী মচাগী মমায় মুন্ন য়েঁঙগা মমিৎ মিৎলুদা পি চদুম চদুম শিন্থরকই। পি চদুম চদুমগী তাল্লক তাল্লক্ত হিক-হিক, হিক-হিক হিক্লকই। "ইমানা চারকপা চেং, নংন থক্লিব খোম রাণা সাঁগা, লৈম কর্ণবতীগীনি। ঙসি চাক্লন শিংবা নুমিৎনি।" হায়না মুরুম-মুরুম সোম্ন সোম্ন তনিক তনিকপা মখুৎন চন্দন পমখৎলক্রে; মচাগী

মচীন চুরুপ চুরুপ চুপ্প চুপ্প উদয়গী ফম্মুংদ থাঙ্গত্তুনা হিপহল্লে। খুদক অদুমক্তদ বনবীরগী শউম তারে। পন্না শ্বাই লাউ মিহুল লোইনা চেনখৎখরে। বনবীর ঈ তৈব মখুৎনা ঈ চুবা থাং খুদুম চেৎন পায় "উদয় কদায়" ঙংলক্লে। মিপাইরবী পন্না মচাদা খুদোনবী থিজ্জিল্লে। বনবীর চহী তরুক্কী অঙাঙ্গী থোৎলবা, মেঙলবা মথবাক্তা তমথীরবা মখুৎন থাং থিল্লক্লে। চন্দন তুম্ন তুম্ন থাঙ্গী চৈনাখোন ফংবদা "ইমা" খংপ্রেক লাউরম্মগা মথবায় থাখরে। মচাগী ইমা হায়বা খোনফম পন্নাগী মথম্মোইগী মথম্মোই শেং কায়খ্রে। অদুবু খজ্ঝিগনি কিবনা বনবীরনা থোকখিবফাও কায়রবা মথম্মোই ফা, ময়া ক্রক চীক, লৈমায়দ য়ুং, লেপ্তুনা লৈরে। হিংচাবা বনবীর থোকখ্রবদশু থম্মোইগী অৱাবা মৈচাক থম্মোইদা অদুম মফুম্মে; মচাগী ঈনা পাক্তেনরবা অশিবা মশা মথাদা কোন বেরিস তোর্ব্বান তমখরে।

বেরিস তোর্ব্বান য়ৌরে। মচাবু পোৎলোইনবা মতম লৈখিদবনা ঈশিংদ শিন্নরে। "চৎলো ইমাইবুঙো চন্দন। তিনখরো বেরিসকী ঈচেন্দ। ইমানা নহাকপু পোৎলোইবা তাল্লুরবদি ইমানা পুরিবা মৈচাক, নহাক্ত কৎলিবা নথবায় অরেম্ব তাখিবা তারে। বারৌনু ইমানা পোৎলোইদে।" মচাগী মশা ইহ্লোক ইহ্লোক্ত কপ্পক্লে পন্না।

চন্দনগী মশা তাউথরক্লে। পন্না মমিত্ত মপি শিহু-শিহুনা য়েঁঙি। অসুম অসুম তাউথরক্লে। অদুম মর্য়েঙি। উদয় থুম্মোক মনুংদ মিকপ থোক্লক্লে, পন্না থিরক্লে "ইমা"। পন্না ঈশিংদগী কাখৎলক্লে। উদয় পমখৎলে "ইমা লৈ"। বারীনা হি থিরুদুনা তুরেল লাল্লে। অহিঙ্গী মতম লৈরিঙৈদা মেবারগী লমখৈ লানবা ঙম্বমখৈ লাহ্লোকহৌনবা চৎলক্লে। নোঁঙাল্লক্লবদা নাথুপ্তুনা খাঙলে। অসুম অহিং অহিং চৎ, নুংথিন নুংথিন লোৎ দেবল য়ৌরে। চঙজফম ফংদ্রে। অমুক ডুঙ্গরপুর চৎলে। অদুদশু লৈফম ফংদ্রে। মমৈথংদ কমলমীরদা চঙজফম ফঁঙে। উদয়সিংহবু কমলমীরগী নিংথৌ আশাশাহগী মখুত্তা শিন্নরে।

পন্না মচাগী মথৱায়না মবুঁঙোগী মচা মথৱায় কল্লে। উদয়সিংহনা ফোঙদোক্লক্লবদা মহাক্কী মগুণ রাজপুত পম-পাক্ত খঙনরে। চারন্ন মহাক্কী শৈরম ওইনরে। নীংথিজমনবনা মুখত্তরে মতম্নশু মিংফম

মপুনীংৰী পন্নাগী।

# কর্ম্মদেবী

অকবর শাহগী কোনুংদ থাগী মেলা তৌই। মাপন্নি-পানবা-পানবদনি। অদূনা নৌরোজ হায়না খঙনৈ। হরাউ-তয়াম্নবগী নুমিৎনি হায়দুনা খুশরোজ হায়নশু মখঙনৈ। মেলাসী লৈবাক্কীদি নত্তে, মশক্লাইব খরদগীনি। অঙম-অথৌশিঙ্গী মতু-মচাশিংদনা ফম্মি; বাদশাহদনা মপূং ওইনা য়েঁঙি। নিপা অতৈদি পঙচঙসু চঙনদে। সুকচঙবু চঙনদে হায়রবশু ময়াই। নিংথৌরেন্ন পামজবশু অতে চঙদবদূমক্কি। মশাগী নুঁঙাইবা ঈরাং অমদগী লিংজবনি অমদি লাঙজবনি।

পৃথ্বীরাজ রাঠৌর বিকানীর-নিংথৌগী মনাওনি। ময়াম্বগী মহুৎ অকবরগী সভা য়াওই। রাজস্থানগী অফাওবা পৃথ্বীরাজ অহুমগী মনুংদ কবি পৃথ্বীরাজ হায়নবদো মহাক্নীনি। খৈরোয়না হূইদ্রুগী তল চেনখিবদা মচাশিংন কপ্পবা উরুবদগী নুঁঙাইখিদবনা অকবরগী মখা পোল্লগে নীঁঙুরবা রাণা প্রতাপ কনখিবা মহাক্নীনি। মহাক্কী শৈরেং অমতনা মথৌ শঙদুনা রাণানা ৱাংদ-ৱাংব শিদবা খুভম কাখিবনি। মহাক্কী লৈমগী মমিং কর্ম্মদেবী কৌই। শিশোদিয়া-নিঁঙোন্নি। পনখিবা রাণাগী মনাও, মরিন-খাবদা ফাওরবা শক্তসিংহগী মচানি। মপা-মপুগী মমায় য়েংন চৎপী নুপীনি। মগুণ মাঙ্গনি কিজবনা মফম অমদি মতম চাদনা হরাউ-কূম্মৈ পঙয়াও-য়াওগন্দে। অদূনা লৈম অসী নৌরোজ মেলা খক কাদে।

মেলাদা অঙম্ব কনা-কনাগী মতু-মচা কায়, কনা-কনাগীনা কাদে হায়বসী কন্ন থি। কর্ম্মদেবীদি খক কাদে হায়বা খঙনরক্লে। অদূমকপু নোংম নৎত্রবশু নোংম মকারক্কনি হায়দুনা অদুম মখন্নে। অসুম অসুম মকাশিল্লক্রুবদূদদি ৱা ওইনরক্লে। পৃথ্বীরাজ করিশু নত্তবদা অকায়বা অমা ওইররনি হায়বা উরে। লৈমবু অমুক্তংদি কারন্নবা হায়রে। মপুরোইবনা থৌওইনা হায়রবদূদদি লৈমশু নোংমদি কাগে নীংলে। মতুঙ্গী লাকপা নৌরোজদূমক্তদা অদুম মকারে।

কর্ম্মদেবী নহানি। নহা ওইবদা নত্তে, মশক্ষু য়ৌনা ফজে। নহা ওইবা হকচাংদ ফজবগী মঙান তাবা হায়বসীদি মীগী মিৎয়েংনফম্নি। অদূগী মথক্তা মহাক্নদি অমুক্তসু মপান থোক্তবনিনা অয়াম্বনসু পঁঙু উনদে। অদূনা মীপুম খুদিংন মঙোন্দ মমিৎ থম্নরকই। কনানা ফজৈদা হায়; কনা মনা নীংথিদা সোল্লি; অমুক অতৈ কনানা লূইদা থাগৎলি। অসুম ঙাংনরকপসী অকবরশাহগী মনাকোং য়ৌরে। ময়াম্ন হায়নরিবসী কনাবুনো য়েঁঙকপদা কর্ম্মদেবীবুনি হায়বা খঁঙে। মহাক উরুবদা অকবরগী থম্মোইদা অপাম্ব পূম্নমক হৌখরে। "অমুক্তং ইখূৎ চল্লবদিকো!" হায়ব ৱাখন অমা মবুক্ত পোকখরে। মচীন্দি মপান থোক্তে। মবুক্ত তাঞ্জা অমত্তং তাল্লুম্মগে হায়বা ৱাখন্মদি তৌখি।

নুপীগী ফত্তবা অমা লৈ। নুপী মশেন ময়াম তিল্লগা মথোই কাবা অমা লৈ। মপাগী মমাগী, মচাগী মসূগী, মবুঙ্গী মৌপ্বাগী, মরুপকী মপাঙ্গী মৱা পঙপুদা পুথোক্লে। পুথোকপা হৌখ্রবদা অফবনা পেল্লক্তদুনা ফত্তবা লোইনা থাংদোক্লে। মদূনা লোইরকপদা মশাগী মৱাগী অনী পুথোরকই। মতাং অসী য়ৌরক্লবদি লোইরে। ফজবা লোন্ন পেল্লক্তদুনা খোনচোপ য়াওরকই। খোনচোপ চঙবা হৌখিবদগীদি ফজবা-ফজদবগী ৱাখন অদুম লৈখিদরে। অদুম খোনচোপ-ৱাচোপকী ঈচেন্দ কাওশীং অদুম মওইরবনি। অদূনা নৌরোজ অসী অরূবা অহেনবগী কৈথেন্দ নত্তে; খোনচোপ-ৱাচোপকীসুনি। কনা-কনাগুম্বী নুপীদদি নুপীগী অশোয়বা অসী ইয়াও-য়াওদে। কর্ম্মদেবীহোয়সী অশোয়বসী চঙদবা নুপী মওংনি। অঙম-অথৌগী মতু-মচানি, অচৌবা মচা-মসূনি হায়রিবা মীতাশিংদুনা করিসু লৈতবা মীগী শাজৎ চৎপ উবদা মঙোন্দ য়াম্ন তুক্কচনা থোকউরে। কুইনা লৈথনীঁঙক্তরে। লৈবশু ঙম্মক্তরে। ময়াম কূম্নদ্রিঙৈদা মথন্দ কূম্মে। মহাক মথন্দ কুম্মিবসী মহাক্কী খোঙফমদা য়েংদুনা লৈরবা অকবরশাহনা উখি।

নৌরোজ কারিবসী কোনুং মনুংদ-মনুংদনি। শঙফম অমা ফাওদুনা চৎনৈ। অকবরনা কর্ম্মদেবী ফাগদৌবগী শঙফম অসীগী ময়াদা থুপ্তুনা ঙাইরে। লৈমনা শঙ অসীগী থোঙ হেক লাক্সিনখিবদা তুঙ্গী থোঙ তম্বিং থিঙ্খরে। মতোমদা ঙাশিঞ্জবোই নীংবনা থোইনা চিংনরুদে লৈমশু। মহাক্ন শঙ্গী ময়ায়গা য়ৌশিল্লকপা অদুৱাইদদি মাঙ্গী থোঙশু লোনখ্রে। মীনা তৌবনি হায়বা খঙলে। খুদোংথীব মনা মহাকপু তাল্লুমদুনা লৈরে হায়বা উরে। খ্বায়গী নুপীদৌনা খুদোংথীবা মমি উবদা থুকপীবা কর্ম্মদেবী নত্তে। শিশোদিয়া চনুনা অকিবা মশক খঙবরা! শক্তসিংহগী মচানা করি থুক্লুনীঁঙাই লৈ! থোক্লবা পূম্নমক পাগনি লেপ ঙাইদুনা লৈরে।

কর্ম্মদেবী থোঙলোনবগী মরম থুনমক অদুম মখণ্ডলে। নাকন-থোঙ অমা নাতৈ কাঙলক্লে। নিপা অমা তল্লিৎ লিৎশিল্লক্লে। মশা লিৎশিল্লকপগা থোঙ হেক তঙ্থিং অদুম থিংজল্লে। পৌরোন থারম্বগা মঙোল্লোমদা তন্দম অদুম তমশিল্লক্লে। 'নীংথিবি! ঐহাক অকবর শাহ হায়বদুনি। নঙ্গী শকফম অসী উবদা ঙাওরবনি। হিন্দোস্তাঁগী মবেম্ম ওইরো লাউ। ঐনা নঁঙোন্দ লাম্থোকইবা থম্মোই অসী ওক্তুনা লৈম পূম্নমক্কী মকোক্ত অকবরগী টাংবন নাপ্প য়ারো লাউ।' হায়না হায়না বাদশাহ মখুৎ য়েৎন কর্ম্মগী ওয় পায়ররে। লৈম শাউরবশু নীং-মাঙ য়েংদুনা অশাউবা ফাজিল্লে। 'শাহনশাহ! ঐদি ইপুরোইবা পানবী নুপীনি। রাজপুত-চনু ঐখোয়গী ধর্ম্মদি শাহনশাহ্না খঙবিরিবদূমঙাই। মীগী মখুৎ তাগনি কিবনা জুহারব্রত তৌরিবনি। ইপুরোইবা নীংজবনা মৈনুং চঙলিবনি। অপাম্বনা ঐখোয়গী পুক্লীং ফাবা ঙম্বীরোই। অদুগুম্ব লোনচৎ খক তাকপীগনুসি।" ঈংন, মেঙনা খুম্মকই নিংথৌরেন্দ লৈম। বাদশাহ লৈমবু মশক খঙদবদগী ব্বা মখা তারুদনা ঙম্ব তাল্লগে নীঁঙুরে। মখূৎ পায়রম্বা থাদোক্তুনা মশাদ কোল্লক্লে! অদূ য়ৌরক্লবদা লৈমা ফ্রং শাউরক্লে, মৈ থোক্লে। "ঙসি নঙ্গী নিংথৌরেনগী নপুন্সি লোইরবনিদো।" হায়না হায়না মশা থোক লৈথোক, মথাদগী থাং তাপ শৎ. নিংথৌরেন্দ তম ফুজিল্লক্লে। "মায়জান! মায়জান!" হায়না হায়না খুরুখুদক মখুৎ লোন ফমথখরে থক্কৎলবা অকবর। ইমা হায়বা মিঙ্গৌদু তাবদা কর্ম্ম থাং খংফা ফারে। "অকবর, শোয়দ্রবরা!" ঙংলক্লে। "নচানি, কনবিয়ু মায়জান!" থক থক নীক্তুনা খুম্মক্লে বাদশাহ। "কুরাণ পন্দুনা ব্বাশকউ, মতুংদ হিন্দুনুপী অমত্ত মাংথোক্লরোই হায়য়ু।" ঙংথরক্লে কর্ম্মদেবী। "কুরাণ্ণা সাক্ষী, হিন্দু নুপী পুম্নমক ইমা ওইরনি মায়জান! ঐবু কনবিয়ু, লম্মুক্লরুরবা নচানি কনবিয়ু, ফরগনি কনবিয়ূ।" মখোন থক-থক নীক্ল ব্বাশক্তুনা হায়জরক্লে শাহনশাহ। কর্ম্মদেবী থাং হঞ্জিল্লে। অকবর মখুৎন থোং হাংলে। "মায়জান! নংন ঐগী ইমিৎ পাঙহল্লে। খুদানা নংবু বেহেস্ত-খোঙফম পীনরগনি।" হায়না হায়না থোঙ থারে। কর্ম্মদেবী মথৌনানা মশাদ নত্তনা হিন্দু-নুপী পূম্নমক কল্লম ময়ুম কূল্লে।

থোক্লবা থবক ফুমজিনবা য়াদে। মনম ফুং-ফুং লাউরক্লে। মীপম অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অহুমদগী মরি, অসুম অসুম তানরকপনা লৈবাক শিৎ শিৎনা তানরক্লে। কর্ম্মদেবীবু চপমান্ননা থাগৎনরক্লে।

মতম গুণগী মীচঙনি। গুণ থাঙ্গৎপদনা মথৌদাং ওইরিবনি। শক্লে, অদূনা, মীরোন মীথাঙ য়ৈনা নীংথিবা মপাউ

লৈম কর্ম্মদেবীগী।

# দুর্গাবতী

দুর্গাবতী চন্দেল-নিঁঙোন্নি। বুন্দেলখণ্ডগী মহোবা নিংথৌগী মচানি। নিংথৌ মচানুপী ওইবনা নীপা-নুপী অনীগী শিনফম তূনা তম্মি। মরৌশিং লৈবগী হৌনশা পুঙ্গক্ত চাওবকপদা নুপীগী শিনফমদা নুপী মরায় অমা ওম্মি; নীপাগীদশু নীপা মবায় অমা লাকচৈ। মদূ উবদা মপা নিংথৌনা অমুক হেন্ন মহাকপু শারম-লাল্লম তাকপা হৌই। মহাক্স্ তাকপগা হৈবগা হৈবনা হেন্না চৎলি। অসূম তৌরকপনা মহাক্ন লৈশাবী য়াং-য়াং ফারকপা অদূরাইদদি শাগী শারোন, লানগী লাল্লোন সুনা নীংথিনা হেক্ত মহৈরে। অদূগা মহাক্ন খ্বায়দগী হেনবমনা অসীমনা মঙোন্দা খিৎ হেন্ন হৈনৈ, অসীমনা খিৎ থাৎনা চৎলি হায়বা নাইদবনি। মহাক্তি থাঙদশু শিঁঙি, তাদশু পাল্লি. তেন্দশু মখূৎ লোয়। অদূদশু নত্তে, শগোন-শামু অনীগী লাল্লোং থোং চপ মান্ননা হৈ। লাইপোক্তৌনা তৌবী নুপী জাত্তানি। হায়রিবা মওং অসীনদি মহাক্সী নিপাগী শাহৌদৌনা হৌগদৌবা মীতানি। অদূবু তৌদে। মশক, নুপী ওইবী অমনা ফজরবদা ফজফম থোকপা থেংন ফজৈ। নুপীগী অনৌবনা কুপ্লবা মহাক্কী থাঙলোন-তারোন্ন মুল্লবা হকচাং য়েংবদা নাচোংথাগী মাধবী-লতাগুম নীংথিজৈ। ফজমনবা অমদি হৈমন শিংমনবনা মহাকপু বিন্ধ্যবাসিনীনা পোক্লুরবনি নীংনৈ।

নিংথম্ন লোইখ্রবা কাম্বীনা পানখৎলকপা তাঞ্জানি। থাংশূ তাশূবশিংন শাদম-লান্দম্নবা মতম্নি। দুর্গাবতী তেঙ্গোন য়াংতকপা অমা পুদুনা বিন্ধ্য উনুংদ নোংম শাদানবা চৎলি। চীঙখোঙ য়ৌরবদা খূৎপু খূৎপু নাইনদুনা মায়গৈ মায়গৈ শা থিনরকই। নিংথৌ মচানুপীশু মহাক্কী খূৎপু অমা পুদুনা চীঙ্গী নাপোম ময়া অমদা শা য়েঁঙকই। শাখুন অমা ফঁঙদুনা মাগী খৎপু অদু তম্খাই তাথোক্লে। তম্খাই অমনা শাথৌহল্লে; মখোয় তম্খাই অমনা শাঙাইরে। মহাক্কী সম্মুক্ত খরদি লাপ্লপ্ন শা অমা হৌরক্লে। শঙাই তরেঙ-পুবনি। শা অদুনা মহাক উবদা মঙক লোংন থুপ, নুংশিৎকী তাংথক নেৎ চীংমায় তম্ন হুন-হুন্দুনা চেল্লক্লে। শগোন্দ হৈরবী চন্দেল-চনুশু শগোল

শমায় থক লৈ, শাবন ব্রং থীন শগোন ফ্রং থা নুংশিৎকী তাংথক নেৎ, মোংশোং খূদিং চোংনে লান তান্নরক্লে। শা চীঙ্খোং য়ৌরক্লবদা চীংমায় তমখৎখরে। চীংজেপ ফৈন্না ফৈন্না চোং চীংদোন তমখৎলক্লে। শীজ শগোনগী দায় লৈরোইদৌরে হায়বা উরে। উবগা চুপ্লী তাপ য়ৈখৎ, নুংশিৎকী মমাং থাদুনা চেল্লকপা শগোল চপ খাম, খোঙনেত্ত হৌ চুপ্লীদ য়াংনে য়ান তা হুল্লক্লে। মাগী তানা শা য়েৎকী চগোত্তগী ওয়গী নাকথং ফেট্লেননা লেং চীংজেপ মথং মথং য়ৈ ওন্থরক্লে। লীরিবা থৌওং অসে লীবদদা কুইরুবনি। ঙহাক্তগী থবক্কি। ঙহাক অদূগী মনুংদ রাজপুত নীপা অমশু শগোন তোংদুনা শাখোঙ লীবা লাকখি। চন্দেল-চনুনা তৌরিবা পূম্নমক শিৎ শিৎনে উখি। নীংথিমনখিবদগী ঙহাক্তি মী ওইরমগনি হায়বা থাজরুদরে। বিন্ধ্যবাসিনীমক্ল সংসং চোংথোক্লুনা শাদাল্লবরা হায়নদুম নীঙ্খি। মহাক্ল য়েংনে য়েংনে ঙহাক সোর হোন্দোক্লে মতাগুম দুর্গাশু শগোন্দগী চোংথখি। চোংথ-চোংথনা মহাকপু য়েঁঙম্মিবা নীপা অদূ উখি। "এঃ ফজৈদা!" হায়না রেঁঙকখি। মিৎফম মরি তিন্নরকপা তাঞ্জা অদূমক্তদা শাদানবশিঙ্গী তা চারকপদগী শাউবনা লোইদুনা লাক্লবা লমওক অচৌবা অমা নীপা অদূ তম্ন হুঁক হায়না ফ্রং থৌজিল্লক্লে। নক্ল হৌরকপনা য়ৌশিল্লকপনা হাঞ্জিল্লক্লে। লীরুংমুক্ত ঙায়রে। শারোন মুন্ন খঙবা নীপা ওইরম্মদুনা মখোঙ য়েৎ তনফুক ফুক, মখূত্ত পায়রম্ব তানা নাকথংদ লেং হাৎলে। দুর্গাবতী উবদা "হৈদা!" সোনখি। অসুন্ন অমগা অমগা থাগৎনদুনা ঙহাক মিৎক মিৎক য়েংনৈ। মমৈদ শক খঙনৰীঙক্লে। চঙশিন্নদুনা হংনরে। অমনা "ঐহাক গঢ়মণ্ডল মপু সঙ্গ্রাম শাহগী মচা দলপতিনি।" অদূগা অমনা "ঐহাক্ল বুন্দেলখণ্ডগী মহোবা-নিংথৌ মচানুপী দুর্গাবতীনি।" হায়না মশক মশক তাক্লরে। ৱা মতোন্দি পঙতা তানদে। মবুক মবুক্তদি গুল্লৈবা মশেল নীংনবা হৌনবা অদুম নীংনদুনা খাইনরে। মসীদা হেঞ্জিনবা অমত্তংদদি লৈখি। নুজা-পাখং নীংথিব-নীংথিবী অনী ওক্লরবদা অনীনা খন্নফম থোকপা ৱাখন-ৱাখন্দুদদি মবুক-মবুক্ত চেন্ননখি।

রাজপুত-চনু মপা-মপূগী লোনচৎ কায়দনা চৎলি। পুক্লীং-হকচাং-ৱাহৈ থোং মান্নন পুই। মবুক্ল নীঙুরবা নীপা কান্দুনা অতৈ অমদা ওঙ্বা মখোয়দা অচৌবা পাপ্নি। নুপীগী অথোইবা মরল সতীধর্ম্ম কায়বনি হায়না লৌনৈ; য়াম্ন কিনৈ। দুর্গাবতী রাজপুত-চনুনি। দলপতিদা মথম্মোই মবুক্ল কখোকউরবনি। অদূনা মহাক্কী মপুরোইবা হায়ববু মহাক্ল ওইরবনি। মঙোন্দদি মহাক কান্দূনা অতৈ অমগী সেবা তৌরুবদা মশাগী নরক্কী লম্বী মখুৎন য়াঞ্জবা থোক্কদৌরবনি। অদূনা শাদানবা চৎলুঙৈদগী মাগী মবুক্ত অৱাবা অমা ইচেন্দ-চেন্নখি। অহিং-নুংথিন অনীদা বিন্ধ্যবাসিনী নীংদুনা

লেনখি। দলপতিশু লম্মুখাঙ্গী শকখঙনবী দুর্গাবতীনা মশাগী লাইনীং ওইদুনা লেনখি। থব্বায় অনীনা অসূম নীংনজরবশু তরাই-তরাই থুংনৌ হায়বদি মরায়বক্ত তমখিদে।

মহোবা-নিংথৌ মখোঙ য়াম্ন শেংব রাজপুতনি! অদূনা মচাগী মখোঙ অশেংব শাগৈদা থি। গঢ়মগুলগী খূৎ অসী মখোঙ খরা মম্বগুম তৌই। অদূগী মথক্ত গণন্তাশিংন দুর্গাবতীগা দলপতিগদি পুন্সিনরোইশু হায়। অদূনা গঢ়মগুলগী মী হায়বা লাকপদা মহোবা-নিংথৌ মচা পীদ্রে। লৈবাক লোন্নবা শিশোদিয়াগী ঈ অমদা থাজগদৌবগীদুম তৌরক্লে। তানফম অসী য়ৌরক্লবদা দুর্গাবতী নুপীগী ধর্ম্মগীদমক দলপতিদা লৌরনবা লাইরিক ইরে। লাইরিক ফংবদা গঢ়মগুল কোনুংদ নুঁঙাইনরে। মমায় খুরুবগী মৈ মুৎলে। চীন্ন হায়বদা য়ানদ্রবা মফম্লিনা খুৎলাইনা হায়নবা তারদুনা নিংথৌ সঙ্গ্রাম শাহ মচাবু তেঙ্গোন অমগী মকোক্তা মহোবা থারক্লে। দলপতি অহানবদা ঈংন লোইশিন্নবা য়াননবা ব্বাহৌররে; অদূবু কান্নদরে। লান থোক্লবা তারে। মহোবা-গঢ়মগুলগী রাজপুত-ফুঙ্গা অনী অকিবা ফংব লান য়ান্নরে। গঢ়মগুল-না ঙম্মে। দুর্গাবতী পুখরে। ঈমু-নাইমু মীশা-মীকোক মরক্ত নীংনবা থব্বায় অনী থুংনরে।

ব্বানা থুংনৌ, নীঁঙমদনা কায়নৌ তম্লম্মবা দল-দুর্গাবতী অনীনি। চহী মরি লাম্লম-লানফাৎত্রিঙৈনা দলপতি শগোন্দগী তাদুনা লৈত্রে। দুর্গাবতী মপুরোইবগী মতুং ইল্লগে নীংলবদা লৈবাক্ল য়াদরে। অঙাং ওইরিবা মচা বীর নারায়ণ কোন্দুনা মপুরোইবগী খুভম পুরে।

দুর্গাবতী লৈবাক্কীদমক্ত হিঁঙবীনি। অহিং-নুংথিল নাইদনা লৈবাক্কী ব্বাখন্দ তৌই; লৈবাক্কী থবক্ত তৌই। মপু পান্দ্রে হায়দুনা মীরৈবাক্ল য়েংশিল্লকপা য়াই খনবদগী তেঙ্গোল হান্নদগী হেন্ন চাউনা নীংথিনা সেমগৎলি। উমং কয়া কয়া কোক্লুনা মরৌ-মশীং লৈতবা প্রজাদা লম য়েল্লি। পুখ্রী-খোঙলম কয়া কয়া সেমদুনা লৌউ-শীংউবশিঙ্গী ঈশিং হুল্লি। লম্বী-নুংবি কয়া কয়া য়ান্দূনা লম্লোন-ইতিক্কী খুদোং পী। মহাক্কী মহাকথংদগী লৈবাক নোংম-নোংমগী নুঁঙাইখৎলে। থোম্মদগী থোম্ম কারে। মমৈথংদদি লাইর-অনং লৈরক্তরে। গঢ়মগুলদি সনানা, লুপানা নোং চুই হায়নরক্লে।

গঢ়মগুলগী য়াইফবগী পাউ নিংথৌ অরাপ-অনক পূম্নমক তানরক্লে। মালবগী সুলতান বজ বহাদুর লান তারক্লে। দুর্গাবতী মশানা লান পুদুনা থোক্লে। নর্ম্মদাগী তোর্ব্বান্দ অকনবা লানফম য়ান্নরে। লাম্লোং সুনা হৈবী দুর্গাগী মমাঙদা মালব-সুলতান লেপ্পা ঙমদ্রে; লান্নীং হল্লে। মমৈদ-মমৈদদি লানপোৎ অয়াম্ব থনমদুনা

মথৱায় পুদুনা চেনখ্রে। গঢ়মণ্ডল নুঁঙাইনৱে। মবেম্মবু অহিং-নুংথিল নাইদনা থাগৎনৱে। অদুবু মখোয়গী নুঁঙাইবা কুইথৌ হায়না তমখিদৱে।

মুগল-নিংথৌ অকবর লৈবাক লোইচনবদনা মথৌ ওইবা নীপানি। অকনবা থেংনবদনা নুঁঙাইবা থম্মোইনি। গঢ়মণ্ডলগী মপাউ তাবদা লৈবা ঙমদ্রে। মহাক্কী সেনাপতি আশফ খাঁ লান থারক্লে। লৈমা দুর্গাবতীশু মুগল লান লাক্লে তারবদা শামু চাতরামঙা, শগোন লীশীং তরাগা তরেৎ, মশীং লাকঙমদবা খোঙমী লাঙদুনা ঙাইরে।

নর্ম্মদাগী তোর্ব্বান্দনি। মায়গৈ অমদা রাজপুত, অমদনা মুগল। মীগী সমুদ্রনি। ভাটাগী মতমদা সমুদ্রনা ইরেঙ-লেঙনা ঈংবগুম ঙসিগী মীগী অসীশু ইরেঙ-লেঙনা অদুম মঈংলি। তাঙ্গা অসীদা লৈমা দুর্গাবতী তেঙ্গোন য়েঁঙদুনা শগোন-শয়াংথক্তগী 'অথৌবশা! ঐখোয়গীনা তেন্নি; মুগলগীনা বম্নি। হাকথেংনরগা ঐখোয়গী জয়; লাপথোক্লরগনা মখোয়গী। লান্মাং থংব খুত্ত গঢ়মণ্ডল ঐখোয়গী লাইবক লৈরবনি। ঙম্লগা ককপা, ঙমদ্রগা তুবা কাউফদে। বম্ন কাপখায়খ্রগা কাপখায়খরে; ঐখোয়না তকখায়রগা তকখায়রে; অমদি শোয়ফদে। রাজপুত ঐখোয়গী ধর্ম্ম কায়ফদে। লাঞ্জিল ঐনা থঙ্গনি। নিংথৌগী মহুৎ লৈম ঐ লৈ। ৱাগনুসি। অশিবা মায়োক্লসি। শিরে শিনা, হিঙেঁ হিংন অশিবা মতীং থেক্মি। ইহাকথং ইহাকথংদগী ইপা-ইপু লৈতাহনগনুসি।" লাওরকই। লৈমগী অথৌবা মপাউনা অথৌবা রাজপুত মথোই কারে। তা চপমান্ননা খীংলে। শমথরে লৈম তাগী ইনিন "জৈ রণচণ্ডীকী"। ওক্লে তেঙ্গোন লৈমগী লাল্লাউ "জৈ"।

লৈম লান্মাং থৌজিল্লে। রাজপুত মতুং ফুজিল্লে। মুগল বম-তোপকী নোং হৈথরে। চাকথেকখিবনা চাকথেকখরে, কাপখায়খিবনা কাপখায়খরে, রাজপুত লৎপ লৈতরে। ঈচাউগী ঈশিং ঈহাশিল্লকপনি। মাঙনা তুই, তুংন শিল্লি; তুংন তাই নীংন শম্মি; অথৌবগী ঈচেন তৎপ লৈতে। অসুম অসুম গ্রিক-গ্রিক তক্লিনখরে; মুগলগী লাঞ্জিন পায়রুরে। বম-তোপ মচীন মেল্লে। রাজপুত-মুগল হাকথেংনরে। থাঙনা চোপ-চোপ য়ান্নরক্লে। তানা চক-চক থিন্নরক্লে। ঙহাক্কী মনুংদা নর্ম্মদা ঈগী তুরেন ওইরে; মীশা তাউরে, মীকোক ওক্লে। লৈম দুর্গাবতী মখুৎ চাবা লানশাথক্ত থাঙলেন খুদুম চেৎন পায়, ঈনা মশা পুমঙাং ঙাং, নাক্ত য়েত্ত, নীংদ মাঙদা য়েক্লবা শোইরক্লে। অকিবা শকফম্নি। সাক্ষাৎ রণচণ্ডীনি। মহাক্কী লাল্লাউ অমুক অমুক্ত রাজপুত অশিবা লানগ্রেম্নরক্লে; মুগল মনীং থক থক হল্লে। রাজপুত

তোরা তুরে; মুগল শগোন মুৎলে। ঙহাক্কী মনুংদ চামাপন তুম্লে। শগোন মূৎলবদা মুগল লাঞ্জেম্লে। রাজপুত তকখায়নীঙাই তকখায়রুবগা জয় লাউদুনা কোনুং হঞ্জিম্লে।

গঢ়মণ্ডল অরাবা মরেল্লদরা মনীংনকরবনি। অদুবু থোক্লে; মুগল তহন্নন হল্লক্লে। হৌখিবা লানফম অনীদা মী তুমনখিবনা তেঙ্গোন নোপ্প থোকপদগী লৈম মবুক খরা রায়। লৈবাক মবুক তুকথখিগনি কিবনা মচীন অমত্ত থোক্লে। করিসু থৌসাদবা সাদুনা লানগী থৌরাং তৌরে। হান্নগী মতমগুম নর্ম্মদা খোঙবান্দ অচাবা মফম য়েংদুনা তেঙ্গোন সারে।

মুগল থুঁওরে। হন্দক্তি বীর নারায়ণ শগোন তেঙ্গোন পুরে। মমা লৈমনা শামু পুরে। "বীর, ইমাইবুঁঙো! ককপা নৎত্রগা ককখিবা, কাউফদে। মঙ্গল!" মচানু মখূৎ থাঙ্গত্তুনা বিদায় তৌরে শামু শয়াংপক্তগী লৈম। বীর "জৈ রণচণ্ডীকী!" শগোল শমায় লৈ য়েক্লবা লান্মাং তম ফৃজিনখরে। রাজপুত তেঙ্গোন "জৈ" মতুং ইন থৌজিনখরে। মুগলগী তেঙ্গোন্দগী বম্ব গুরুম-গুরুম, তোপ্প ডুং-ডুং অশি-পাউ চেল্লক্লে। রাজপুত, খোঙফম অমগীদমক চাম-চাম তুনরক্লে। বীর অথৌবী মমাগী অথৌবা মচানি। লাইহ্লেবী মমাগী লাইহ্লেবা মচানি। বমগী বম্মায় থৈ, তোপকী তোপচীন লৈ, শগোন্না পোল্লান্দবী চোং য়েক্লবা হাকথেংনবা তাল্লক্লে। বম-তোপ্প রাজপুতকী লম্বী থৎপ ঙম্মক্তবদা তেনগী তেঙ্গোন্না লানবাংশিল্লক্লে। বম-তোপ্প থৎন থৎন, তেন্ন থিংনে থিংনে, রাজপুত মুগল লাঞ্জিন পায়খরে। মুগল-রাজপুত হাকথেংনরে। অকিবা লানফম থোক্লে। মীচং অনীমক তোরা তুনরে। হিন্দুগী মরায়বক লৈতবনা বীর নারায়ণ লানয়ায়দা অথৌবগী য়াহিপ তমখরে। তেঙ্গোন মথৌ চম্লে। মুগলনা তকখায়রক্লে। তানা লেং, থাংন কক, শগোন্ন নেৎ রাজপুত চাম-চাম শোইরক্লে। মথোই কারবা মুগল মায়গৈ খূদিংদ নৌহৌননা লান কম্বিল্লক্লে। শগোনগী তেঙ্গোন্ন শিরকপা, খোঙমীনা শোয়রকপা উবদা শামুগী তেঙ্গোল্সু মবুক্কীং থুক্লরক্লে। লান হল্লক্লে। লৈমা মচাগী পাউ ফংন ফংন, তেঙ্গোনগী মওং উনা উনা মশাগী পন থাবা য়াখিদরে। লান তৌনা তৌনা লান্নীং হল্লে। লেপ্প য়াগদবা মফম য়েঁঙক্লে। চীংলম খুদোংচাবা অমা ফঁঙে। মুগল থিঁঙগে নীং লেপ্লে। অরোইবা থাদুনা লান তৌবা হৌরক্লে। তেনগী লানফম্নি। মুগলনা রাজপুত ফুক্কদৌবগী, রাজপুতনা মুগল তকথোক্কদৌবগী তেনগী নোং হৈথনরক্লে। লান্ন কন্ন য়াইমুন্নরকপা তাঞ্জাদা তেন অমা হাইজিল্লক্তুনা লৈমগী য়েথংবা মিত্ত লেঁঙরে। লৈম ময়া ক্রক চীক তেন শৎলে। তেনখূন্দগী কাম্মকপা ঈনা মশা পূমঙাং ঙাঙ্খরে। চৈনাখোন থক-থক নীক্ল খাঙ লাম্থোং শীনবা হৌরক্লে। অনীসুবা তেন অমা অমুক হাইজিল্লক্লে; চরমদা

লেঁগুরে। লৈম হান্ন মউ চোক্লবনা চৈনাখোল পুবা ঙমদরে। শামু শয়াংথক্তগী ওম্থরে। মুগল "অল্লাহ অকবর!" ফূজিল্লক্লে। মশক্লাইবা রাজপুত অথৌবশিং অথৌবগী খোঙফম তান্নরে। তাঞ্জা অসীদা লৈম জ্ঞান লাক্লে। লান লোইশিনখিগদৌরে হায়বা উরে। হাকথং থৌগন্দ "তা, তা, মুগলনা হকচাং শোক্লরনি, তা" লাউরক্লে মথবাক্ত খুদুম্ন দং-দং য়ৈদুনা লৈম। কন্নানা তা থারুগনি। থৌগন, তা থাবা ঙমদ্রে। লৈমা মখদাং ক্রক চীক অরোইবা মপাঙ্গন ফুক, খংহৌ হৌগৎলক মাহুতকী নাক্কন্দগী থাঙ তাপ মুন, মথবাক থূম্ন থিন, লোইশিঞ্জরে অথৌবা মপুন্সি।

পাইরে গড়মণ্ডল কিলাদা মুগলগী নীনি- পানবা থা য়েকপা ফীরান। অকবরগী জয় শকপরা হায়ববু শক্লে মগুণ দুর্গাবতীগী। সারে মং পেল্লবা প্রজা লৈমগী তুফমদা। চিংশক্লে মখুৎ থুগাইবদা থংলবা মতম য়োকচনীংবনা অথৌবীগী মিংচৎ-উরোং। লেপহৌরে অদূনা, নীঙ্খায়থ্রবশু ফূরা-দোলান কয়া, অথৌবা মংফম

লৈম দুর্গাবতীগী।

# চাঁদবীবী

চাঁদবীবী অহমদনগরগী শাহজাদীনি। সুলতান নিজামশাহনা পোকপনি। মহাক্কী মশক-মতৌ ফজবী, মতীক-মগুণ লৈবী নুপীনি। চুম্নগী শক-গুণ নত্তে, অয়ৌবী-অথেংবীনি। মমাঙদ রিজিয়া বেগমগুম্বী নীংথিবীশু মপোকখি। মতুংদ মেহের উন্নীশাগুম্বী মপানগী ফজবীশু মরাকখি। হায়রিবী নুপীশিংসী শক্ত, গুণ্ড হায়নবীঙাক্নি। মখোয়গী মপাউদনা ভারত-কংলৈরোনগী লামায় কয়া কয়া কল্লিবনি। অদূবু শাহজাদীসীগা পারুবদদি ময়াদ্রে। করিনা! রিজিয়া মশক ফজরবশু মরিন তাউই! মগুণ লৈরবশু দোষ চেল্লি। নুপীওইবা মবুক ফাঙমদবনা মখুভম কায়; মথৱায় লল্লক্ত মাঁঙি। মেহের-উন্নীশাগু অদূমঙাই। মহাকথঙ্গীদমক মথৱায় থারবা মপুরোইববু কাউখোকপা ঙম্মি; মপুরোইবা হাৎপ নীপাগী টাংবল নাপ্প য়াদুনা পানবা ঙম্মি; অদূনা মখোয়গী মতীক-মগুণ পরেং লেঁঙকপদা লৈরেংবদা হূপ্প লৈরক চনবগুম দোষনা গুল্লক চন্নে। শাহজাদীসিগীদি অসীগুম্ব অশোয়বা লৈতে। অদূনা মহাক্কী মতীক-মগুণ পরেংদি মরৈ পূম্নোদা লীক্লু পূম্নোনা লীক্লক চন্দুনা লেংবদা নীংথিজবগুম নীংথিজৈ। রাজপুত-জগৎকী নীংথিবীশিঙ্গী মরক্ত তাবী নুপীনি। ভারতকী মুস্লীম-জগৎকী থাউমৈনি। নীংথিদ-নীংথিজবী ভারত-চনুনি।

নীংথিবী চাঁদ বীজাপুর ঙঁঙি। নবাব আলি অদিলশাহগী বেগম্নি। নীংথিবী শক্তমদা গুণগী মঙান তাবনা মপুরোইবগী মথৱায় মঙোন্দ লুপ্পি। নবাবীগী থবক্ল খরদং কোম্বদা নবাবনা অন্দর-মহল খোঙদারক্তবা লৈতে। বেগমগা ওন্নথোইনা অদূম হেক্ত মরৈরৈ। অসুম্ন মহাকপু য়ৌনা নুংশিজবা মপুরোইবা মমাঙ থাদুনা নুঁঙাইনা পাঞ্জে। অদূবু কুইনা নুঁঙাইজৌ হায়বদি মরায়বক্ত ভম্মমদবনা য়াম্ন ঙন্ন মপুরোইবা কায়নৈ; য়াম্ন নৌনা লুখ্রাশীংদ চল্লি। ইসলাম ধর্ম্মনা নুপীনা মংফম ওনবা থিংদে। অদূনা মহাক্কী মশক-মতৌ মিতারবা টাংবল-লাংব নীপা কয়া কয়ানা

মহাক্কী খূজেং লাম্মকই। অদূবু মপুরোইবা নীংবী চাঁদ মপুরোইবগীদমক লুখ্রাগী অৱাবা কোকথোংনদুনা মপুন্সি লেনগে নীং মখুদাং কনাদশু লাম্থোকখিদে।

লুখ্রা ওইবা অৱাবনি। নৌনা ওইবনা অমুক হেন্ন ৱাবনি। অদুমকপু পান্নবা মপুরোইবা শেৎনবীশিঙ্গী অৱাবদি খৱবু খাঙফনা থোকই। নীংনবা মপুরোইবা খাইনবীশিঙ্গীদি পুদ-পুঙমদবনি। চাঁদ নীংনবা মপুরোইবা কায়নবী নুপীনি। অদুনা পুঙমদবা অৱাবা কোকথোংনবীনি। কপ্পদনা মথৌদাং ওই। মপুরোইবগী কৱদা নোংমগী লৈ চাইরুবা, য়াচংবগী থাউমৈ থাল্লুবা নত্তনা মপান থোক্তে। চাদ-থক্তুবনা অসুম অসুম কংশিল্লক্লে। মমৈদদি শৰূদা ঊন্দনা কুপ্লক্লে। তাঞ্জা অসীৱাইদা খুদানা মহাক্কী অৱাবা খাঙফম অমা পীনরক্লে। মপাম লমদম অহমদনগরদা মবুংন পোকপা ময়া ইব্রাহিম্ন সুলতানত পুবা তারে। ময়ানা অঙাং পীশক ওইবনা মহাক্ক খুভম শেন্নবা তাখি।

চাঁদবীবী চাঁদ সুলতানা ওইরে। মহাক্কি লুখ্রানি। অদূগী মথক্ত মীওইবগী নুঁঙাইবগী ৱাখন পূন্নমক-কক্লবীনি; ফকিরনীনি। লৈবাক্কী ৱাখন্দ খন্দুনা, লৈবাক্কী থবক্ত তৌদুনা মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক মুৎনবদা হোৎনরবীনি। অদূনা মহাক্ক পুঙৈদগী অহমদনগরগী সুলতানত নোংম-নোংমগী খুৎকন-পাঙ্গনবা হেনগৎখি; নোংম-নোংমগী নুঁঙাইবা মথোন কাখি। লৈরোন্নবা লৈবাক পূন্নমক চাঁদ সুলতানাবু থাগৎনখি; অহমদনগরগী নুঁঙাইবা মপাউ ঙাংনখি। মমৈথংদদি চাঁদ সুলতানাগী মগুণ, অহমদনগরগী য়াইফবা মপাউ অকবরশাহগী মনাকোং য়ৌরে।

হৌজিক্কি অহমদনগরদা গঢ়মগুলগী দশা চঙলে। অকবরশাহনা বেরামখাঁগী মচানিপা অবদুর রহিমগা মচানিপা মুরাদকা অনীবু অচৌবা তেঙ্গোন অমগী মথক্ত লান থারক্লে। অথৌবী চাঁদ সুলতানা শগোন শয়াংথক্ত লান চিংদুনা লান থোক্লে। পাঠান-মুগল অনী য়ান্নরে। পাঠানগী তেঙ্গোন্দি মশীং অকক্লবনি। মুগলগীদি মশীং লাকঙমদবনি। মশীং লাকঙমদবা তেঙ্গোন্ন অতৎ-অখম লৈতনা ফৃজিনবদা চাঁদনা মথৌনানা চুপ ওই, মরিন্ন খোংফৈ চন খাঙ্খিবনা পাঠান খোঙফম ফূকপা ঙম্ব লৈখিদরে। শাফূ কন্ন ফূজিল্লকপা ঈশিংন লৈকন ৱাইরকপদা ঈমায়দ কায়দুনা মতোকচবগুম মুগল লাম্মাংদ মাঙদুনা অদুম মতোকচরে। অহমদনগর পীক্ল ঊইবা লৈবাক্কি হায়বা খঙলে। মমায় পাকপা ৱারগনি হায়বা উরে। অদূনা মুগল লাল্লোইশিন্নবা ৱা হৌরক্লে। অহমদনগরশু লাম্বা চাদে খঙনা মরিন্দনা পাবনি। খাঁঙুদুনা কান্নদে হায়বা খঁঙি; য়ারে। পাঠান্ন বেরারদং মাঙলে। মুগলনা বেরারদূদং

ফংলে। লাক্লোইনরে। চাঁদ সুলতানা মথৌনানা দিল্লীগী নিংথৌ, ভারত-আফগানগী মপু অকবরশাহগী মায়োক য়া, মরৌশিংনে লমতুপ অমা থা অহমদনগর কল্লে। লৈবাক-নিংথৌ পূন্নমক মগুণ শরুরে। অকবরশাহগী মনা শীংজানা ফূরে।

চহী ওনবু ওনফাৎত্রি! মুগল তহ্লন হল্লক্লে। হন্দক্তি অকবরশাহ মশামক্ল লান চিংলক্লে। চাঁদ অথৌবীনি। অথৌবীদি তরা লাক্লে তরাগী পাঙ্গন কল্লি; কুন চঁঙক্লে, কুনগী পাঙ্গন পোকই। নিংথৌরেনগী লান ওক্লবা থৌরাং সুলতানাশু তন্দৌ তৌরে। মুগল থুঁঙরবদা মশামক্ল লাঞ্জিংদুনা লান থোক্লে। অমুক হন্ন পাঠান-মুগল পারে। হান্নগী খুম্থোক অদূ অদুম মথোক্লে। অহমদনগরগী মখুত্ত দিল্লীগী তেঙ্গোন তুম্বদা মথংলে। নিংথৌরেন মশাগী পাঙ্গন্ন সুলতানাগী মরিন থেকপা ব্লারনি হায়বা উরে। অহমদনগরগী তেঙ্গোন মরন্ন লৈবয়াবমখৈ লৈদুনা অথৌবী চাঁদ হাৎলগে য়েঁঙক্লে। চাঁদগী সেনাপতি মুনীম খাঁ মশা য়োক্লে। লুপা-সনা থরগী মঙান্দ মমিৎ থকখিবদগী অচুম্বা লম্বী লম্মুক্লরে। লম্ফৈ লামখরে। মশাগী তেঙ্গোন হুপ্ন পুদুনা মুগলদা চঙ্খরে। অদূ উবদা সুলতানা অহমদনগরগী নীংদম পাঞ্জবা লোইরনি হায়বা খঙলে। মহাক্ল হোৎনরুবদা অরেম্বদা ঈগী লৌখোংদ মচেল্লনি হায়বা উরে। 'ইমা, নুংশিবী অহমদনগর! মুগলগী শেগা থাউ তল্লম্মমাল্লে নহাক্কী নরায়বক্ত। খুদাগী মর্জীনি, থাহৌরো; নচা চাঁদগী মিৎসীদনদি করম য়েঁঙুরসিগে! ঙম্মরোই ইমা, চৎলে, লৈহৌরো।' হায়না হায়না মখুত্ত পায়রম্ব থাঙনা মথবাক্ত থিন, লোইশিঞ্জরে সুলতানা অথৌবা মপুন্সি।

চহী চনীয়াঙ্খৈনীথোই সুরে মতম্ন কুমওনবা লীরিবা লানফমসিগী মতুংদ। চনু কয়া লাক্লম্মে, চনু কয়া হনখরে। কন্নানা মশীং থারুনি! ভারত-কংলৈরোন্ন ময়েক লানা লাচনখিবদগী, চনু মরোঙ্গিংসীগী মখোঙ মুৎলকপদা মতম্ন মুৎঙমদরে নীংথিবা মিংফম

**চাঁদ সুলতানাগীদি।**

# মরোল

## সংযোগিতা

রাঠৌর — রাজপুত শাগৈ অমা। চৌহান — রাজপুত শাগৈ অমা। চারণ — রাজপুতশিংনা অশৈববু চারণ কৌই। শৈরম — ইশৈগী মরম।

মবুক-মবুক হোদোক্লরে — মবুক-মবুক্কী ৱা খঙনরে। লানঙমদবা — লানবা ঙমদবা। মমিৎ নাই — য়েংনীংদে। রাজসূয় যজ্ঞ — নিংথৌরেন ওইননবা তৌবা যজ্ঞ মখল অমা।

লৈম — রাণী। লৈমকোন — লৈমশিঙ্গী লৈফম। নিংথেম্নুবী — লৈমগী মনাক্তা লৈবী নুপী। কন্‌গর — দৃষদ্বতী। শিশোদিয়া — রাজপুত শাগৈ অমা। থাংলোন — থাং মরোল। থাংলেন — থাংশাং। মৈনুংদা লোইবা — মৈনুংদা শিবা। বিতস্তা — তুরেন অমগী মমিং। মধুযন্ত্র — তুম্বাদা তারা তিংদুনা শেম্বা ইশৈশকপগী খুৎলাই অমা।

## কর্ম্মদেবী

মেবার — লৈবাক অমগী মমিং। রাণা — চিতৌড়গী নিংথৌ। বপ্পা — শিশোদিয়া (অগ্নিবংশ) পোকপা। ঈরান — ঈ অতোপ্পা। চিতৌড়েশ্বরী — চিতৌরগী নিংথৌলাই (দুর্গা)। কুরাণ — পাঙনগী ধর্ম্ম লাইরিক। বেগম — পাঙন্নিংথৌগী লৈম। অধর্ম্ম — ধর্ম্ম নত্তবা। তেজ্ঞিন-তেম্মৈ লোন্ন — তেন কৃংনা।

## পন্না

রাণা — চিতৌড়গী নিংথৌ। জুহার ব্রত — লান্দা য়েক্লবনা লৈবাক লৌবা তারবদা ধর্ম্ম ঙাক্লনবা লৈমনা চিংদুনা নুপী ময়াম মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিবা। খীঞ্চি — রাজপুত শাগৈ অমা। রাণা থিন্দোক্লে — নিংথৌ হাপ্লে। ফমগুমগদবনি — ফম তোক্কদবনি।

অনাবা লোয়রে — অনাবা ওইনরে। লোইথোক্লবা — হোৎনবা ঐশ্বর্য্য — মতীক মগুণ। কিল্লা — লানবন। চাক্মন — চাক মমন। নাথুপ্পুনা — লোত্তুনা। পামপাক্ল — কাঙবুনা।

## কর্ম্মদেবী

নৌরোজ — (নৌ - মাপন, রোজ-নুমিৎ) মেলাগী মমিং। খুশরোজ — (খুশ-নুঙাইবা, রোজ-নুমিৎ) নৌরোজগী মমিং অমা। খৈরোয় — শা মখল অমা। হুইদ্রু — নাপী মরূ মখল অমা। তাল্লুম্মগে — মতম চাবা ঙাইরগে।

হিন্দোস্তাঁগী — ভারতকী। টাংবন — ফম্বাল। শাহনশাহ — পাঙনগী নিংথৌরেল। মায়জান — ইমা ইবেম্ম। খুদানা — ঈশ্বরনা। বেহেস্ত — বৈকুন্থ।

## দুর্গাবতী

শারম-লাল্লম — শাগী লালগী মরম। মখুৎ লোয় — হৈনৈ। বিন্ধ্য-বাসিনী — দুর্গা। কাম্বী — শজিবু। তেঙ্গোন — লান্মী কাঙবু। য়াংতকপা — কয়া চাউদবা। বিন্ধ্য — চীং অমগী মমিং। নাপোম — চীংশা মচা। শাখুন — শাগী মখুন। শাথৌহল্লে — শা থিদুনা তানখাইহল্লে। শাঙাইরে — শা হাৎকদগী ঙাইদুনা লৈরে। সম্মুক্ত — মায়োক্ত। হৌরক্লে — হৌদুনা চেল্লক্লে। শঙাই তরেঙ পুব — শঙাই জাৎ অমা। শীজ — নিংথৌমচানুপী। শাখোঙ লীবা — শা থিবা।

সতী ধর্ম্ম — মপুরোইবা নীংব ধর্ম্ম। মখোঙ মম্বা — হৌরকফম ফত্তবা। গণস্তা — পাঞ্জি। রাজপুত ফুঙ্গা — রাজপুত শাগৈ। লৈত্রে — শিরে। থোম্মদগী খোম্ম — মথোন মথোন। ভাটা — সমুদ্রদা জ্বার কারুবদগী হম্বু ভাটা কৌই। জয় — ঙম্বা। লান্মাং — লানগী মমাং। ইহাকথং — ঐগী মতম। লৈতাহনগনুসি — লৈবাক্তাহনগনুসি। রণচণ্ডী — লানগী লাইরেম্মা। ঈহা-শিল্লকপনি — ঈশিং হাজিল্লকপনি। সাক্ষাৎ — অশেংবা।

পোল্লান্দবী চোংবা — পোলান্দবী মওংদা চোংবা। য়াহীপ তমখরে — শিরে। য়াইমুন্নরকপা — অঙম তান্নরকপা। তেনখুন্দগী — তেন মখুন্দগী। মউ চোকপা — মশা চোকথবা। জ্ঞান — লৌশিং। হাকথং থৌগল — নরুন্না শেন্নবা মী। মাহুত — শামু থৌবা মী।

## চাঁদবীবী

শাহজাদী — নিংথৌরেনগী মচানুপী। রিজিয়া* — দাসবংশগী সুলতান আলতামাসকী মচানুপী। মরিন তাউই — মরিন চুমদে। লৈরক — লৈ লেংবদা লৈ অমগা লৈ অমগা তাইনবদা হাপ্পা পোৎ। পূমহৈ — মেক্রুক হান্দবা। লীক্লক — লীক অনীগী মরক্ত হাপ্পা লীকলু। ভারত-কংলৈরোন — ভারত-ইতিহাস। মুশ্লীম-জগৎ — পাঙন-জগৎ।

বেগম — রাণী। নবাবী — লৈবাক। অন্দর মহল — লৈমকোন। ইসলাম ধর্ম্ম — পাঙনগী ধর্ম্ম। মংফম ওনবা — ময়ুম হন্না পানবা। টাংবল-লাংবা নীপা — নিংথৌ। লুখ্রা — মবা লৈত্রবী নুপী। কোকথোংনদুনা —পুদুনা। খাঙফনা — ঝাফাত্তনা। কব্র — মং। সুলতানত — লৈবাক।

ফকিরনী — লম্বোইবী। লৈরোন্নবা — লৈবাক লোন্নবা। চুপ — উচুপ। খোংফৈ — অফৈবা উ। পাঠাল — পাঙন শাগৈ অমা। মুগল — পাঙন শাগৈ অমা। উইবা — অখাং কন্নবা। খুদাগী মর্জীনি — ঈশ্বরগী পূক্নিংনি। লাচনবা — ইবা।

* ভারতকী নুপীনা নিংথৌরেনগী খুভম ফমখিবদি মাদনি।

# খূদোন-তম্ব

জয়,

শান্তি নংশু,

ইপানা লীরিবা ৱারীসে চিন্তামণিগীনে, সীতাগীনে, ধরাগীনে, পদ্মাবতীগীনে অদূগা ক্ষমাবতীগীনে নুপী মঙাগীনি। মখোয় অসী করি করি ওইনা খল্লুগনু। কবিনা ৱাখল্ল পঙসা সাবা শক্তমঙাক্লি নীঙ্ঙুগনু। ঙসি নখোয় পোক্লিবসুমদৌনা নোংম পোকখিবঙাক্তনি। মখোয়গীশু নখোয়গীদৌনা চাক্কী ঈশিঙ্গী মৈখু লাংব, লূগী তোঙ্গী হকচাংনি। অদূনা, মখোয় মখোয়গী মীরোন মীরোনগা লোইমিন্নফম থোকপনা অদুম লোইমিন্নখ্রবঙাক্লি।

লাক্লবদা হনবা, হনখ্রবদা কাউবা মহৌশানি। নবোইবেম্মনা নখোয়বু লূনা চান্ন তৌজরম্মি; নখোয়নশু নথৱায় নথৱায়না নুংশিজখি। হৌজিক নখোয় নুংশিবী শক্তম অদু নীংসঁঙিবরা? নীংসঁঙইরোই। করিনা! মবুক্তগী তাবা ইপামক্তদা ৱাখন ফন্না তামশিল্লক্লে। কয়া কাউজন থীখ্রবা ইপাইচা ঐখোয়সে! কাউজন অসুক থীনরবা ইপাইচা মীওইবা ঐখোয়না মীওংসিং অসিবুদি কাউনদ্রিবসী করিগীনো খঙনীংদরা!

নুপী নিপাগী লাইনা থাবা খোঙবুনি। খোঙলোয়নরুবা নিপাগী খোঙফম অচুম-অরান য়েংব, চুম্লগা লমথৌবা, লাল্লগা লমজুম্ব, মাঙলগা লমতাকপা, নীংহন-চারগা মথৌ হাপ্প, থৱায়-হকচাং-পুক্নীং য়াওনা পনফম য়ৌনা পুবা মহাক্কী থেগাইনি। ঙসি লাচল্লিবা মীওংশিং অসী হায়রিবা থৌদাং অসী নীংথি-নীংথিনা তৌখিবদগী মীওইবনা ফিদম ওইনৈ; তত্তনা মায়রোং থানৈ। অদূনা মতম্ন মখোয়গী ৱাখন মীওইবগী থম্মোইদগী মুখৎপদা কোকপা লৈত্রবনি।

জগৎ অসী নুংশিদরা? নখোয়গী ওইবশিংন নখোয়বু কাউনহৌগনি খল্লুবদা নথম্মোইদা অৱাবা পোকত্রা? কাউনহল্লৌরোই হায়রবদি শিনা শিনা শিদ্রবী ভারত

নমাচাশিংসিগী মরক তিনবা ঙম্নবা হোৎনৌ। হোৎনগে নীংলবদি মখোয়না থাঙ্খিবা খোঙফম নীংথিনা লীগদবনি। পাউ, খঁঙু, খন্দুনা শান্নৌ, নথম্মোইদা অপাম্ব অমা পোক্রক্কনি। অপাম্ব পোক্রক্লবদা নখোয়গী নথম্মোইদা থুপ্লিবা ঈশ্বরনা লম্বী শোয়দনা য়ানবিরক্কনি। লম্বী অদুদা খোঙদাবা হৌখরবদা মাঙবা লৈররোইদৌবনি। হন্দক্কী মপোক্ত খঙদে, মপোক অমদা খঙদে, চামগী মতুংদ খঙদে, নখোয়গী খোঙফম অকন-অশোন মতুং ইন্ন অমুক্তং শিদবা খুভম ফংবদি শোয়দ্রবনি।

ওইনৌ লম্বী নখোয়গী দমক্ত ইরবা ইপাগী **ভারত-চনু**; পীনবা ওইসনু নচীন্ননাওদা থৌজানগী মশক ওইরবা ঈশ্বরনা নোংম

**শিদবা খুভম।**

ইম্ফাল,
থৱান নিন্দুং নিপান্নি চনবা,
জন্মাষ্টমী, যুমসকৈসা।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মঙ্গল
শ্রীমীনকেতন সিংহ

## করিগী ই

**'সাহিত্যহীনঃ পঙ্গু মূকস্তর্ক বিবর্জিতঃ'**

নুপী সংসারনি। নুপীগী দোষগুন্ন সংসারগী দোষগুন্নি। নুপীদা দোষনা মপূং ওইরগা সংসার মাঁঙি; গুন্ন মপূং ওইরগা সংসার ফৈ। সংসারগী কাব-কুম্বগী মরম ওইরবী নুপীনা সাহিত্য ব্রাত্তুনা মপুঙ্গিদা লম্মুক্লগদবা অমদি ন্যায়গী পোরোন উদদুনা অচুম-অরান শকখঙনরোইদৌবা শরুক খরদং কোক্লরবদি খল্লুবদগী

**মানুষো হি অনুকরণস্য দাসঃ**

হায়বা ঋষিবাক্যসী নীংসংদুনা লীরুবনি

ফিদম ওইবী ভারত-চনু খরদঙ্গী মপুঙ্গি খোঙফম।

থবান নিন্দুং নিপান্নি চনবা,
জন্মাষ্টমী, য়ুমসকৈসা।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মীনকেতন।

# চিন্তামণি

অযোধ্যা ঙসিদি উত্তরপ্রদেশকী পীক্লবা সহর অমনি। থায়নঙৈদদি অচৌবা কোনুং ওইরম্মী। কোনুং অদূদা শাগৈ অমা কুইনা পানখি। সূর্য্যগী ধারানি হায়দুনা সূর্য্য-বংশ কৌই। বংশ অসী সত্যগী মনাইনি। সত্যগীদমক্ত অরাবা মৈনংনবদা নাচুংবা লৈত্রবা নিংথৌ ঙাক্ত পোকই। অমদি সত্য-হরিশ্চন্দ্রনি।

হরিশ্চন্দ্র মহারাজ নোংমা মৃগয়া লেংথোকই। লমদাংন বিশ্বামিত্রগী তপোবন্দ তারুরে। নুংশা হাইগৎলকপগী চাকপণা শজি-শঙাই তান্নরুবগী রাবগা ঙহাক পোথানীংদুনা তপোবন মনুংদ লেঙশিল্লি। মফম নুঁঙাইবা অমা য়েংদুনা পোথাগেদা তৌরিঙৈদা 'মঙ্গল ওইসি রাজন!' হায়বা খোঞ্জেন অমগা ইরোয়ননা মঙানগী মশক ওইবী নুপী অহুম চোংথোক্লক্লে। নিংথৌগী মরা ঙাইদনা 'ইমাখোয় বিদ্যা অহুম্নি। বিশ্বামিত্রনা, তপস্যাগী পরৈ থাদুনা ইমাখোয়বু ফাবিরে; ইনীং তমজবা ঙমদ্রে। বৎস হরিশ্চন্দ্র, নহাক্তি ধর্ম্ম চৎপ নিংথৌনি। চুম্নদা চৎপা নত্তে, খঁঙি, ধর্ম্মগী মশক্কক্লি। নহাক্ত নশাগী ধর্ম্মদা ইমাখোয়গী মঙ্গল ঙায়বদি ইমাখোয় শোয়দনা নাম্বোকপা ঙমগনি। তাত, নহাক্ত ঙসি লাক্লিঙৈসিদা ইমাখোয়বু থাদোক্লম্মু।' হায়রকই।

হরিশ্চন্দ্র ধর্ম্ম চৎপ নিংথৌনি। চুম্নদা চৎপ নত্তে, কদাইদা অমদি করিদা শম্ফে অমত্তং শোয়খিগদগে য়েংন চৎপ থম্মোয়নি। চৎফম থোকপা ধর্ম্মগীদমক অরাফম পুম্নমক কোকথোংনগনি চীংবা পুকচেন্নি। চঙজবা কনবা ক্ষত্রীয়গী ধর্ম্মনি। মঙোন্দ চঙজরকপশিংন করি মায়খুরুনঙাই লৈ! বিদ্যা অহুম কল্লুবদা বিশ্বামিত্রদা লঙবা থোক্কনি খঙন খঙন 'ঐনা নিংথৌগী ধর্ম্ম শম্ফে অমা কান্দনা চৎলক্লুবা, ভগবন্, পীনবিসি মুক্তি মাতৃ অহুমগী' কৌরক্লে ভগবান সত্য-হরিশ্চন্দ্র।

ধর্ম্মসু ভগবান্নি, তপস্যাসু ভগবান্নি। হরিশ্চন্দ্রগী ধর্ম্মনা বিশ্বামিত্রগী তপস্যাগী পরৈ হল্লেঃ বিদ্যা অহুম অরাফম কোক্লে; নিংথৌবু মঙ্গল তৌরম্লগা নুমিৎকী মঙান্দ তিনখরে।

সনানা মগুণ লৈরুবদগী কোঙ্গং-মৈফম মৈনংনৈ। হরিশ্চন্দ্র মগুণ লৈবা নিংথৌনি। চাংয়েং-মৈফম মৈনংনদনিঙাই করি লৈ! বিশ্বামিত্র বিদ্যা অহুম উদবদা ঙহাক ঙকই। যোগনা য়েঁঙকপদা থাদোকপা মীশক খঙলে। শাউবনা মৈ থোক্লে। পম্বুবা তৌদনা অযোধ্যা কোনুং তম্ন ফুথরক্লে, য়ৌরে। নিংথৌনা কৎপ অর্ঘ্য লৌনা লৌনা 'রাজন্, চঙজবা কনবা ধর্ম্মনা ত্রিবিদ্যা থাদোক্লে, নিজবা পীবা ধর্ম্মনা নঙ্গী লৈবাক ঐঙোন্দা দান তৌসিদনা' হায়রকই শংত্রিক য়েংদুনা বিশ্বামিত্র। নিংথৌ মুনিগী মবুক উরে। ধর্ম্ম ওইবা ভগবান নীংসং দান তৌগে য়ারে। অঙম-অথৌ, রাজ পুরোহিতনচিংবা পুন্নমক্ত খাম্ব পুম্ব সুপ্নম নম সংকল্প তৌদুনা দান তৌরে।

বিশ্বামিত্র শাপ তৌগে লাকপনি। অচেংব ফংননবা মীনা নিনবা হৌনদবা দান নিবনি। অদুবু ধর্ম্মদা, অধর্ম্মনা মায়খুফম থোকপনা মমায় খুরে। চৈফম ফংদরে। অমরোমদনা নিংথৌগী দাননা মহাক্কী খোয়দৌদা লাইরেল মখোয়দা তৌ থাবগুম তীং শোক্ল য়েরক্লে। অচাকপা মৈদা ঘী হৈরে। মমাঙহল্লগে নীংলদুনা অচেংব অমা অমুক য়েংখৎলক্লে। "অঙকপনি নংগী ধর্ম্ম রাজন্! সূর্য্য-বংশদদা থোকপা ধর্ম্মনি। দান অমা তৌরবদি দক্ষিণানা লোইশিনফম থোকই হায়বা খ্বাইনা খঙনরিবদুমঙাই। হৌজিক্তি লোইশিন্নবা তৌরসি; অদুগা অসীমগা নীংসংবিসি, রাজন্, রাজ্যদি দান তৌথোক্লবনিনা সনা হকচাংদা পকপা পুন্নমক ফাওবা য়াওরবনি। নচা ইবুঁঙো অমদি লৈমগী মরমদসু অদুমঙাই। খাংজেৎ খাংজেত্তদি মমন হল্লগা কোন্নবিখিবা য়াগনি।" হায়থরক্লে মুনি। "চুম্মি মুনিদেব, দক্ষিণাগী রাখল তৌহৌদবনা শোয়রে। ঙসিদগী তরেৎনিদদি ঙাইবিগনি" হায়না হায়না নিংথৌগী সম্পোৎ পুন্নমক থারে। "সত্যগী মনাই ওইবা সূর্য্যবংশনি। বংশগী মর্য্যাদা কায়দনবা তৌবিসি রাজন্!" হায়না নিংথৌবু বিদায় তৌরে মুনিশু।

নিংথৌ লৈমা চিন্তামণিগা মচা ইবুংঙো অঙাং ওইরিবা রোহিতাশ্বগা অনী কৌথোক্লে; ঙহাক্কী মনুংদ থোকখিবা থৌওং পুন্নমক তক্লে। "নিংথৌগী থৌগাই লৈমা ওইনা য়াজরক্লবী চিন্তামণিবু ঙসি লম্বীগী চাক্লিবগী থৌগাই চাক্লিবী ওইনা পুজবা পীনৌ স্বামিন্! নুপী ওইবীগী নীংথিবা সহধর্ম্মিণী মিংথোল মৃৎহনবিগনু।" হায়না হায়না লৈমগী সম্পোৎ পুন্নমক থারে; মচা ইবুঁঙোগী পুন্নমকসু লৌথোক্লে। খাংজেৎ অমমমদগা নিংথৌগী থৌগল তৌরক্লে অবা-অনঙ্গী খোঙফমদা মচা ইবুঁঙো থাদা কোন লৈমা চিন্তামণি।

অঙকপনি সংসার, ঙহাক্কী মমাংদা সনা টাংবল লাঁঙস্ব হরিশ্চন্দ্র, টাংবল নাপ্ল য়ারম্বী চিন্তামণি, সনাগী মথক্ত তম্ফা থিনবগুম য়োক্লকপা রোহিতাশ্ব অনীশুবা

ফি য়াওদনা চৎলক্নে নগরগী পম্থ লান্দুনা বনগী লমদম। চাবা লৈতে, থকপা তৌদে, হিপ্ল নাইদে তূম্ব খঙদে বারানসীগী খোঙফম তাম্লক্নে।

বারানসী য়ৌরে। লৈম নিংথৌ অনীনা কোয়জেন চেন্দুনা শেল থোকফম য়েংলক্নে। অমত্ত ফংখিদরে। নুমিত্তি নোংম নোংমগী হৌজিনখিবনা লৈরক্রে। দক্ষিণা শোয়রবদা হরিশ্চন্দ্র সত্য কায়বা তারি। সত্য কায়বগী পাপতি মশানা তাজবনি। সূর্য্যবংশ চিংথবা তারি। "ঐগীদি নুমিৎ থানা মুৎত্রিমখৈ নরক্ত তারবশু লায়, সূর্য্যবংশগী মিংচত্তি ইহাকথংদগী মাঙহৌবা তারেদকো ভগবন্!" ধর্ম্ম ওইবা ভগবান কৌরক্নে ৱাবগী পন্দোক্লোম্লবা হরিশ্চন্দ্র।

মপুরোইবগী অৱাবা উবদা মথম্মোই পুঙমদরে চিন্তামণি। ধর্ম্মগীদমক্ত অৱাবা মৈনংনরবা মপুরোইববু করি করম মৈকনগদগে খল্লক্নে লুরুক্নুনা সতী। চিন্তামণি ধর্ম্ম চৎপী নুপীনি। ধর্ম্মগী খোঙফমদা মপুরোইবগী থৌগাই নাকপাক য়াবনা নুপীগী অথোইবা ধর্ম্মনি খঙবী নুজানি। খঙবদা নত্তনা মফম, মতম, মরম পুন্নমক্ত য়ারক্রুবী মহাক্নি। মহাক্ক পুক্নি খোঙলোয়নরিবা হরিশ্চন্দ্রনা করি ধর্ম্ম ঙাকপা ঙমদফম লৈ! "করি অদুক ৱাবিরুরি স্বামিন্! দক্ষিণা করিগী লৈরোইদগে? নুপী মপুরোইবগী মরন্নি। য়োনবিসি চিন্তামণি; অশিৎপা শেন্ন দান-ধর্ম্ম লোইশিন্নবিসি। ইপুরোইবা লৈবা ওইবনা ইশানা ইশাদি য়োনবা য়ারোইদৌরে। নীংজিংনবিগনুসি স্বামিন্, ইপুরোইবগী ধর্ম্মগীদমক চিন্তামণিগী দেহ য়োনবিসি।" হঙ্গৎলক্নে মপুরোইবদা সতী।

চিন্তামণি য়োক্লে। নিংথৌগী মচানুপী চিন্তামণি মীনাই ওইরে। সূর্য্য-বংশগী মৌ, হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী লৈমা চিন্তামণি ধর্ম্মগী খোঙফমদা মৈনংনরবা মপুরোইববু মৈকন্নবদা নাইফম চঙলে।

ওইখি অসুম লৈমা চিন্তামণি মপুরোইবগী ধর্ম্ম নাকপাক য়াবদা

নাই শৈব্যা।

পীখি মায়রোং ভারত-লৈমরোনগী

হাপখি নাপল নুপী শাগৈগী।

# সীতা

অযোধ্যা উত্তর-প্রদেশকী লমখৈদনি। সরযূ তুরেনগী মপান্দনি। থায়না মসী অচৌবা কোনুং ওইরম্মী: তাম্ফম অদূগী কোনুং অচৌবশু অদুম মওই। কোনুং অদুদা পানখিবা শাগৈদি সূর্য্য-বংশ কৌই। বংশ অসী ইক্ষ্বাকু-বংশশু কৌনৈ; রঘুবংশশু হায়নৈ। লাইগী ঙমথং ওইবা নিংথৌ ঙাক্ত পোকই। মখোয়না তৌথোরকপা পূম্নমক যুগকী ফিদমদা ওই। মখোয়গী মীনা তানঙমদবা মগুণ অমদি সত্য চেৎপনি। সত্যগী দমক্ত মীনা পুঙমদবা অৱাফম কোম্ন পুই; মথরায়মক থাবা তারবদসু লায়না থায়। অদূনা বাল্মীকিদগী হৌনা কালিদাস, ভবভূতি, ভর্ত্তৃহরি, তুলসীদাস, কৃত্তিবাসনচিংব অচৌ-অচৌবা ভারত-কবিশিংন মখোয়গী ৱারী-ৱাখোঙনা মখোয়-মখোয়গী কাব্যশিঙ্গী মচাক ওইনৈ।

দশরথ মৈচঙবা শাগৈ অসীদা পোকপা নিংথৌনি। লৈম অহুম্ন মচা ইবুঁঙো মরি পোকই। রামচন্দ্রনা অহন্নি। মহাক অসী মশক-মতৌ মপা লৈতনা ফজৈ; মতিক-মগুণ হায়নঙাই লৈতনা লৈ। মপাবুং মহারাজনা মহাক পোকচমন নুঁঙাইজবমুক লৈবাক্ন নুঁঙাইনৈ; মহাকপু নুংশিজবমুক নুংশিনৈ। মচীন-মনাওশিঙ্গী অহন ওইবগা, মশক-মতৌ ফজবগা, মতিক-মগুণ লৈবগা, লৈবাক্লিংথৌনগা চপমান্ননা য়াবগা মপাবুঙ্গী মতুংদ নিংথৌ খুভমদি মঙোন্দ তাহৌবা তাখি। অদুনা লৈবাক্লিংথৌ অনী তান্নদুনা মহাকপু নিংথৌ অখূবা থিন্দোক্নবা থৌরাঙ্খি।

হয়েংদি রাম নিংথৌ অখূবা থিন্দোক্লগনি হায়বা নুমিৎকী অহিংগী ৱানি। দশরথ মহারাজ মচা ইবুঁঙোগী অভিষেক্কী লাঙনঙাই পূম্নমক লাঁঙম্মগা লৈমা অখূবী কৈকয়ীগী শঙ্গায়দা পোখাগে লেঙশিল্লি। লৈমনা মনাই নুপী মন্থরাগী থৌইল্লিন্দগী নিংথৌনা শম্বরগী লানফমদা লাঙ্গেন্নঙৈদা পীগনি তাকপীখিবা বর অনীদা ঙাদুনা, অমনা মহাক্ন পোকচবা ভরতপু নিংথৌ অখূবা থিন্দোকপিয়ু অদূগা অমনা রাম্বু চহী তরামরি লোই থাবিয়ু হায়না তক্লরক্লে। নিংথৌ তাকখ্রবা য়াথংনিনা হন্দোকপদি য়াদরে; পীয়ু হায়বা অনীদি পীবা মতারে। অদূদা লৈবাক্কী অমদি মরাল

লৈজদবা মচা ইবুঁঙোগী খল্লুবদগী বর মহুৎ নিননবা কয়া থেমদুনা নৌদুনা হোৎনখি। লৈমনা য়াবা মরৈখিদরে। হায়দোকখিবা ৱাফম মথৱায়মক চেন্নবা তারবশু চেন্ননা ঙাকপনা রঘু শাগৈগী চৎনরকপী ওইবদগী দশরথ নিংথৌ মথৱায়মক ওইজরবা রাম বন থাদুনা ভরতপু যুবরাজ হাপ্পদা তারে।

নোঁঙাল্লে। নিংথৌ থৌগনপাউ থাদুনা মচা ইবুঁঙো রাম কৌহল্লুরে। খ্রক কংলবা থম্মোই ক্রক ফাদুনা "ইপাই ইবুঁঙো, ইপাগী থম্মোইগী রাম, শম্বরগী লানফমদা নমানা ইপাবু লাঙ্গেন্নঙৈদা পেন্দুনা বর অনী পীগনি, নিনীংব মতমদা নিজৌ হায়দোকউরে। ঙসি কল্লক-খম্বন চাউরবী লোন্নবী থম্মোইনা নঙ্গী য়াইফৰম উবদা খাঁঙমদদুনা নংবু লোইদা থাউ, মচাবু নহুৎ পীয়ু হায়রি। সত্যগী মনাই ওইবা নবুধৌ ইবুঁঙোশিংন চৎনরকপা ইপাবু কায়হনগে কায়হল্লোই হায়বা নঙ্গী নখুত্ত লৈরে। রাম, নতম্বাক্ত ইপা চৎকে নীংবনি, বিধাতানা তল্লমদ্রমাল্লে' থারক্লে য়াথং। সত্যগী দমক্ত নিংথৌগী মিৎকী পি মমিৎন অদুম চুপ পিরাংদ মঙায়খি।

রাম সূর্য্য-বংশগী ঈনি; দশরথগী মচানি। কৈনা তোকপা পোকপ্রা! মপাবুং মহারাজগী অৱাবা কোক্কে নীংলে। "পাবুং মহারাজ, পাবুঙ্গী ৱাশক, ঐহাক ইশাগীনি; পাবুঙ্গী ধর্ম্ম ঐহাক ইশাগীনি; ইমাগী নীংব থুংননবা ঐ লোই কুমগনি; ইনাওদা খুভম শিন্নবিগনি। সনাপুক্লীং ৱাবিগনু; ঙসি পীনরিবা টাংবন মাঙনাইবা সনাগী নত্তে ধর্ম্মগীনি; ঙসি পীনরিবা লৈবাক পীক্লবা অযোধ্যা নত্তে, সমুদ্রনা থাঁঙবাৎ ওইরিবী ইথৎ তরেৎনবী পৃথ্বীনি। অসীদগী হেনবা খুভম করম্ব মপানা মচাদা পীবা ঙমখিবগে; হৌজিকসু তুংদশু ঙম্মরোইদবনি।" অসী হঙ্গৎ-হঙ্গৎন মপাবুং ৱাখিগনি কিবদগী মিৎকী পি মিৎন চুপ বিদায়গী ভক্তি কল্লক্লে। সত্যগী মফমদা চোপকনি কিবনা মিৎকী পি মিৎনচুপ মচা ইবুঁঙো মিৎকুপ্তনা চিংন য়েংদুনা পেনখ্রবা থম্মোইগী খোন্নাইদবা বর মকোক্ত হৈথরক্লে।

রাম বন লেঙবা তারে। মমা ইবেম্মা কৌশল্যাদগী বিদায় লৌরে। মনাও ইবুঁঙো লক্ষ্মণ বিদায় পীয়ু য়াদরে; ময়াম্বুঙ্গী থৌগল তৌগনি হায়দুনা বনগী খোঙফমগী ফীরোয় হোংখরে। হৌজিক্তি মচীন-মনাও সীতাগী মফমদা বিদায় লৌবা লেঁঙক্লে।

রামচন্দ্র শঙ্গায় য়ৌরে। পরপ পরপ মনুংদ লেঙশিল্লক্লে। মনাও ইবেম্ম সীতা য়েংদুনা "জানকি, পাবুং মহারাজনা অযোধ্যাসীদি পীক্মল্লি হায়দুনা পৃথ্বী পীনরক্লে; সনা টাংবন্দি মাঙবা নাই হায়দুনা ধর্ম্মগী খুভম থাবিরক্লে নুঁঙাইত্রা! অদুগা নুঙাইবা

অমনা চহী লাক লাক তপস্যা তৌবদা ফঁঙমদ্রবা খুভম অসীবু চহী তরামরিদা, সুপ্নগী তরামরিখক্ত দণ্ডকারণ্যদা তপ তৌরুরগা ফংজৌ তাকপীরকইবনি। করম্ব মপানা অসীবু মচাদা পীবা ঙমখি! ইপাদনা সত্যগী মনাই ওইবনা ঙম্মিবনি। য়াইফবি, ঐনা দণ্ডক্ত তপস্যা তৌখিঙৈদা নহাক কোনুংদ মঙ্গল কামনা তৌরম্মু। নুঁঙাইবগী খোঙফমদা পম্থবা ৱারে; বিদায় পীরো।" নুংশিনা মোমোন নোক্তুনা বিদায় নিরক্লে।

সীতাদা থোক্লগদৌরিসী হান্ন ফাওরবনি। নিংথৌগী থৌগন পাউ লাক্লবদা মপুরোইববু যাত্রা-মঙ্গল তৌদুনা লেঙথোক্লম্লগা রাজলক্ষ্মী পূজা কৎলি। হোম কৎন কৎন হোমাগ্নি মরক্ত কুইনা শিথে। মমৈদা য়েৎলোইনবা মৈশং নিংথিবা ফাওদুনা পূর্ণাহুতি পী। অদুনা মপুরোইবগী মঙ্গলগী খোঙফমদা খুনু মখোঙ শল্লৌবগুম অকায়বা অপনবা কয়া থেংনেগদৌরি হায়বা উরবনি। জ্ঞানগী মশক্লক ওইরবী জানকী বিধাতানা নুঙাইব অয়ৌবীদি অৱাবগী মশক ওইনা পীনৈ খঙবনা ঈশিং অরুবগুম মবুক তপ্ন "পাবুং মহারাজনা করম্ব সত্যগী মখা পোন্দুনা ঙসি ইবুঁঙোবু চহী তরামরি বন্দ থাগদৌরিবা!" হঙ্গৎলকই। রাম মরম পুন্নমক তাক্তুনা হন্ন বিদায় নিরক্লে।

সীতা থম্বান্ন নুমিত্ত হেদৌনজবগুম মোমোন নোক্ল নোক্ল "ধর্ম্মগী খোঙফমদা চৎকে নীংলগা মহাকপু করম তুংওইনগদৌরিবা! মপাগী সত্য মচাগীনি; মপুরোইবগী ধর্ম্ম নুপীগীনি। জানকীনা করি ইরান লৈরদুনা ধর্ম্মগী খোঙফমদা ইবুঁঙোনা থৎপিগদৌরিবা? ঙসি পাবুং মহারাজগী সত্য ঙাকপগী শরুক য়াদুনা সহধর্ম্মিণীগী ধর্ম্ম ঙাক্কনি। নুপীগী ধর্ম্ম মপুরোইবনা শেনগদবনি। লৈঁঙো লেঙসি।" মৈথিলী মপুরোইবগী বন থৌগনগী দমক লোইরে।

উকু থোল্লে জটা পুল্লে লৈঁঙে সীতা বন্দ উনা য়াহিপ্নরে, উরু মোনখাংনরে। লোক্কী ঈশিং ফান, বনগী উঁহে হা মপুরোইবগী থৌগল তৌরে ধর্ম্মগী ৱারবা চহী তরামরিগী খোঙফমদা। শজি-শঙাই মরুপ ওই, উচেক-ৱায়া ৱারী শা, হৈগা লৈগা তায়োন্ন জনক নিংথৌগী মমোম, দশরথ নিংথৌগী মমৌ, রামচন্দ্রগী তালোয়, বৈদেহী মপুরোইবগী ধর্ম্মগী শরুক য়া তাখি

**দণ্ডক-বন।**

**উৎখি নুপী-শাগৈদা নুপীগী ধর্ম্ম**
**শরুক য়াবনি মপুরোইবগী ধর্ম্ম।**

# ধরা

ভাগীরথী, গঙ্গা তুরেনগী মমিং অমনি। সুর্য্যবংশগী নিংথৌ ভগীরথগী মমিং লৌদুনা খোনবনি। ঈচেন্নাইবা তীর্থশিংদ মসীনা মকোক্নি। মসীগী মপান্দ থায়না কোনুং অচৌ-অপিক য়াম্ন লৈরম্মি। অমদি বারানসীনি। হায়রিবা মফম অসী হৌজিক্তি বনারস কৌনৈ। কাশী হায়নসু খঙনৈ। উত্তর-প্রদেশকী লমখৈদনি। কোনুং অসীগী মচি অমদা ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাও পাল্লম্মি। নীপানা দ্রোণ অদুগা নুপীনা ধরা কৌই।

হৌজিক গ্রেজুয়েট হায়না খঙনরিসী থায়নদি স্নাতক হায়না খঙনৈ। দ্রোণ স্নাতক অমনি। ওইবদা মঙায়রি। হেক ওইবগা ধরা লৌদুনা ময়ুম পানখৎলিবনি। মহাক অসী নহাদি ওইরগা শেনথুম পামদে। মঙোন্দ জগৎকী ঈরাং চঙদে। অফংব লন্দ লুপ্সিল্লুদনা ফংদবদশু মিতারুব তৌদনা ইকোম কোম্ন অদুম পাল্লি। নোংম নোংমগী অফং অফংবদুনা য়ুম্বানবগী হৌনবা যজ্ঞ মঙা তৌনৈ। খক কায়দে, কদাইদা কায়খিগদগে য়েংন চৎলি। ধরা নুপীদা নুপীনি। মপুরোইবগী পোইরৈদা য়েংদুনা চৎলি। কদাইদা অমদি করিদা মহাক্ক নোপখিদুনা মপুরোইবগী ধর্ম্মদা অকায়বা থোকখিগদগে কিনা চৎলি।

নোংম দ্রোন্ন চাকথিব চখোকখিঙৈগী ৱানি। ময়ুমদা অতিথি অহুম লাক্লে। নিপা অমগা নুপী অমগা অঙাং অমগনি। য়েংবদা মপা, মচা, মমানি হায়বা অদুম খঁঙি। ধরা প্রপ প্রপ ইমুংদগী থোক্লুনা মখোয়বু তরাম তরাম ওকখি। "ঙহাক্তং পোথাবিসি, ঐগী ইপুরোইবা হল্লক্রগনি, হল্লক্রগা অঙম্ব সেবা তৌজগনি।" হায়না হায়না কুশগী ফক পুথোক্লুনা ফম্নাল্লে।

অহুম অদু ঙহাক ফম্লে। দ্রোণ্ডি হল্লক্লে। 'ইমা, নীনি হুম্নি পুক্ত করিমতা তারক্তবনা য়াম্না ৱারে। ঐখোয় মফম অমদা য়েঁঙুরগে' হায়রক্লে; হায়না হায়না

হৌগংলক্লে অহুম্মক। অদুমকপু ধরানা হায়জমনবদগী অমুক ফমথরে। দ্রোণ মহাক্লে। 'ঐখোয়বু অমদশু অমদশু শোয়বা তারে; থাদোক্লে; খাল্লগনু ইমা,' অমুকসু হায়রক্লে। হায়জদুনা অমুকসু ফমথরে। অসুম তৌবনা থেম্বাং মরি মঙারক শুজিল্লক্লে। দ্রোণ হল্লকপা মরৈখিদ্রে। নুমিত্তি অসুম অসুম চায়শিল্লক্লে। 'অতিথি অহুম অসীনা হনগ্রবদা ধর্ম্মশু কায়বা তারে, অরাম-খৌরাংবনা তাহংলবা থরায় অহুম্বুশু লাক্লবগুম থোকপা তারে করম্নো।' খল্লক্লে মবুক্ত ধরা। 'অতিথি অহুম্মক, নুমিৎ নুমিৎ খুদিঙ্গীদি ঙসাইনা হল্লক্লবনি। ঙসিদি ঐগী ইরাইবক্লরা করিনো খঙদরে হল্লকপা মরৈখিদরে। ঙহাক্তুংদদি পনবগী পনবা পম্থবিরমখো, ঐ সেবাগী পোৎলম খরদা ফংবরা য়েংজরুখিগে।' হায়রম্লগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখ্রে।

ধরা থোঙ্গাল বাংমদি লাম্রে। তৌফমদি খঙদে। নগরদা চেন্দুনা কৈথেল য়ৌরগা থোকপা অমা লাক্লগনি খল্লদুনা নগর তাবা লম্বীদা মৈথক নেত্তুনা চৎলক্লে। কৈথেল য়ৌরে। কোয়রৈ লৈদুনা য়েঁঙকপদা চেং-চাক য়োনফম উরে। পোৎফম অমদা প্রপ প্রপ চঙসিনখিদুনা পোৎফম-ফম্মিবদুদা "মহাশয়, নং ঙসি ঐঙোন্দ দয়া অমত্ত তৌ। অতিথি অহুম চাবা ওক্লবা চেং-চাক, থুমথাউ খরা পীয়ু। ঐ দ্রোণগী নুপীনি। ইপুরোইবা লৈতে, লাক্লগা তৌনফম থোকপা তৌনৌ। অতিথি-সেবাগী মহৈশু নহাক ফঁঙু।" হায়রুরে। মশকসু খঙদ লৈফমসু খঙদ কনানা মঙোন্দ পীবিগনি! ফংব লৈখিদরে। অদুবু কায়ফদবা অমদি কায়নীংদবা থবক্তীদমক্তি। ধরা মথং অতৈ অদুম চখরকই। মমৈথংদা পাখং অমগী শঙ য়ৌরক্লে।

ধরা ফজবী নুপীনি। নহানি। মশাদা অকে-অনৌ চঙদ্রবসু ফজবীগী ফজবদি মাঙবা লৈতে। থম্বানবু ইশংনা য়েংলগা থিবরা! মহাক্লম্বী নীংথিবী উবদা পাখংদুনা করি মিতাদনীঙাই লৈ। মিতারে। ধরানা অতৈ অতৈদা হায়রুবদু মঙোন্দশু হায়রক্লে। অদুনা অচেংবশু ফংলে। হৌজিক্তি পাখং অদুনা কোইনা লাং থাকতুনা মখুৎ চনবা য়াননবা বাঙাং ঙাংলক্লে। "ইবেম্ম, নহাক্ল অতিথি ওইনা ঐগী থোংদ লাক্লম্লবদি লায়রমগদবনি। নহাক্লদি শোৎপগী মওংদ লাক্লেদোসে। নশক নমিংনদি খঙদবনিনা শোৎপ পীথোক্লবদা লক্ষ্মী মীরায়বা থোক্তদৌরি। অদুনা অশকপা পোৎ অমত্তংদদি থনম্মুদনা।" হায়দুনা চিংন য়েংলক্লে। "মহাশয়, ঐগীদি নংন উরিবসিমঙায়, অনীসুবা ফি ফাওবা য়াওদে। করিনা শকতুনা থনমগনি?" খুম্লকই। পোৎয়োনবা অদুনা তাশিন্নদনা মী অহুমদগী নত্তনা মরি মঙা চাবা ওক্লবা য়োম্ন য়োম্ন "য়েংদুনা অদুম মতৌ; ঐখোয়দি লম্লোনবনিনা লক্ষ্মী মীরায়বদি য়াদে, মীরায়বা থোকহনগনু।" হায়না বেরে বেরে ঙাংথরকই। ধরা নুংবংনরে।

পোৎয়োম্ব লোইরে; মথং মথং লাম্থোক্তুনা থিল্লে। "পুরো, পোৎশক অমত্তং থনম্মো।" হায়রক্লে। "মহাশয়, ঐগীদি ইশা কুপ্পরিবা ফি অসীনা লোইরে। নঁত্তোন্দা পোৎকী শক্তুনা থনম্নিঙাই পোচ্ছক অমত্ত ইশাদা পক্তে। নংন পোৎ লাম্থোকই হায়বদুঙাই ঐগী তৌনঙাই করিমতা লৈতে। অদুনা পীবি হায়বদুমঙাই পীদবগা অম্মানি।" হায়রকই ৱাবনা মমায় কাহৎলবী ধরা। "ফজবি! মীনা মিতানরবা, মিতানফমশু থোক্লবা নহাক্কী তাংথক নাইবা হকচাং লৈরিঙৈদা করিবু ৱাৎপগে! তাংথক অমনা হেন্দোক্ল কোম্নবা পোৎনি।" খুম্নক্লে পাখং।

ধরা তাবদা শ্বাই লাউ, মশা থক থক নীক খোঙফম খঙহৌদনা নীংহৈল্লে। হেক হন্থবদা ময়ুমদা অরাম-খৌরাংবনা তাহৎলদুনা ফৌবোম তাবগুম তাহৌরিবা মীকোক অহুমগী তোল্লবা মিৎফম উরে। মপুরোইবগী ধৰ্ম্ম কায়গদবা নীংসংলে। লাম্লব পুকফম অহুম্ন ৱানা হনখিগদৌবদু খল্লুরে। "ঐগী কৰ্ম্মগী ফল অতাবা অদুম মরৈরম্মসনু। মপুরোইবা লৈবী নুপীনা মীরান মায়োক্লবগী অৱাফম লৈরম্ব পূম্নমক নম্বোনরুরগে। অতিথিশিঙ্গী সেবা তৌদুনা ইপুরোইবগী ধৰ্ম্মদদি মকল্লম্মগে।" লেপ্লে মবুক্ত সতী ওইবী ধরা। "মহাশয়, নংনা মিতারুরিবা পোচ্ছক অসী লৌহৌরো" হায়না হায়না হকচাঙ্গী ফি তঙ্খাই অমা হাইদোক্লক্লে; চঁঙক্তুনা পীরে। "নঙ্গী পাপকী খুৎন শোক্লবা হকচাঙ্গী শরুক অসী য়াওনা ধৰ্ম্মগী য়ুমদা ধৰ্ম্মদি তৌনীংদরে" হায়না হায়না কাংথক্ত তাবা থাঙ পায়খৎ ধৰ্ম্মগী মশক ওইবা ভগবানবু মথম্মোইদা চেৎন কোন মশাগী তাংথক তেম্নক্লে। মমদুনা লৈরিবা পাখং অদুদা "লৌহৌরো নঙ্গী পোৎকী অশকপা ঐগী হকচাং" হায়দুনা পীরম্লে। মখুৎ ওয়না মথবাক্ত ফীজিন নমদুনা "ঐনা নঙ্গী দমক্ত, অমাংব ৱাখন চঙদনা তৌবমক ওইরবদি ধৰ্ম্ম ওইব ভগবন, অতিথি সেবা লোইবফাওবদদি ঈ তাহনগনু, হকচাং চোকথহনগনু" হায়না ভগবান্দ ঙাদুনা পোৎ পুদুনা ময়ুমদা লাক্লে।

কল্লবা থম্মোইনা অনাবা মৈচাক চুপ, চেৎলবা খুৎ ওয়না মথবাক খুম থোং থাক্তুনা অতিথি অহুম পেন্ন পীজদুনা মপুরোইবগী ধৰ্ম্ম ঙাকখি

ধরা সতী।
উৎখি তপস্যাগী গুণ নুপী শাগৈদা;
তাকখি ধৰ্ম্মগী গুণ ভারত-লৈমরোন্দ।

# পদ্মাবতী

নোংপোক বিহারবু থায়নভৈদা অঙ্গদেশ হায়না খঙনৈ। অসুর-নিংথৌ অঙ্গনা পানখিবদগী কৌনবনি। অসুরশিংনে মরায় চায়গ্রবদা দেশ অসীদা নিংথৌ অমা পানখি। মমিংন কর্ণ কৌই।

কর্ণ নুমিৎন পাণ্ডব-পোকপী কুন্তীদা পীনবনি। নিঁঙোল ওইনা ফংবদগী হঙ্গোইখিদুনা কোরি চফুদা হাপ্লগা যমুনা তুরেন্দ থাধে। শাথৌবা শাগৈদা পোকপা অধিরথগী তালোয় রাধানা লোকতুনা য়োকই। অদূনা মহাক অসী সূত মচা কর্ণ হায়না লৈবাক্ত খঙনৈ। খঙনদুনা কৈদৌনি! ফদিনা য়োম্লগা সনাগী মশাগী চেন্নরকপা মগুণ মাঙবরা! উৎন খুম্লগা মৈগী চাকঙম্ব মগুণ মুৎপরা! মরাইবক্ত পাখোঙ লংন পাখোঙ মক্রুবশু মশাগী মগুন্ন ক্ষত্রীয়গী পরেংদ ফিদা অদুম মফঙ্খি।

মহাক অসী জামদগ্ন্যগী সেবক্লি। হাক্লনবদগী গুরুনা করিগুম্ব অকায়বা লাক্কদরা কিবনা যোগনা য়েঁঙকপদা মহাক্কী মশক খঙ্খি। মশক্ত নত্তনা তুংদ ধর্ম্মগা অধর্ম্মগা অনীনা কুরুক্ষেত্রদা লাম্থিন্নরবদা অধর্ম্মগী নাপাক্ত মরাইবক্ত লেপ্লগদৌরি হায়বশু উখি। অদূনা মপাঙ্গল খরদং লৌথোকহৌদুনা ধর্ম্মগী পাঙ্গল সেম্নীংবদগী দক্ষিণাদা য়েৎকী খূবী লৌহৌরবনি। অদুমক্তদা তেনগাপ-তেম্বা মহন্দ্রবনি। ঙম্ব-তুবা অনীনা লেংব লানগী ওইবা ক্ষত্রীয় খোঙফমদা ঙম্মে ঙম্ন, তুরে-তুনা য়েক্লবা থম্মোইদা অথুকপা হাপ্তবা লৈত্রবা নীপানি। বাংলবা, মীনা ফঁঙমদ্রবা গুণ অসে মশাগী দান-ধর্ম্মগীগা য়েংনরুরবদি করিসু লৈতে। মহাক্তি দানগী মশক্লক্লি। মীনা সনা নিরে সনা পী; ষণ নিরে, ষণ পী; নাই নিরে, নাই পী; লম নিরে, লম পী। মতম পূন্নমক্ত মহাক্কী দানগী থোঙনা থিংব লৈতে। চঁঙকপা অমত্ত মখুৎ হাঙন হনখিবা লৈতে। স্বর্গগী কল্প-বৃক্ষনা নিংথৌগী মশক লৌদুনা অঙ্গদেশতা হেক্তমক পাল্লবনি। নুপী-নীপা-অঙাং নাইদনা, ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষি খায়দনা চপমান্ননা মহাক্কী মগুণ শক্লখি, শোন্নখি, ঙাংনখি। কর্ণগী শাথৌবা মচা কর্ণ মমখ্রে; অথৌবা কর্ণশু তুংওইনখ্রে;

পীনহৈবা কর্ণনা মায়পুনহৌরে। অঙ্গদেশতগী হৌরকপা "কর্ণদাতাগী জয়" হায়বা খোঞ্জেল্ল হিমাদ্রিগী চীংমায়দা ফ্রুক্লে, সমুদ্রদা য়ৈরক্লে, নোংথক্ল ওক্লক্লে। অদুনা মখম্মবরা হায়ববু খমদদুনা দান-ভগবানগী নাকোংদ পাল্লুরে। ভগবান পেল্লে। দান্ন পাল্লবা কর্ণগী মচু লোক্লগে নীং অঙ্গদেশতা থুংলরে।

দ্বাদশী নুমিৎনি। নুমিৎ য়ুঁগুমদাই তাঞ্জানি। ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-মুনি-ঋষি কয়ানা কর্ণগী কোনুং পারণগী পীক থনখ্রে। চীৎলু-চায়রূ চন্নদ্রে। দান্দনা নুঁঙাইবা ওইরবা নিংথৌ মশামক্ল কোয়জেন চেন, কোয়নোম নোম অতিথি ময়ামগী পারণ কদাইদা শোয়খিগদগে লাঙবা হোৎনরি। তাঞ্জা অসীদা থোংশংব অমা প্রপ প্রপ চঁঙক্লুনা নিংথৌদা "আয়ুষ্মন্, সনথোংদ ব্রাহ্মণ অতিথি অমা" হায়না হঙ্গৎলরে। ৱারোইবা ঙাইঙমদনা থীল্লে, করিগী পহল্লিবনো?" তাক্লক্লে য়াথং দানগী মনাই ওইবা নিংথৌ। থোঙশংব তহ্লন হনখি মিৎন কুপ্পদা ব্রাহ্মণ অতিথি অমা পুশল্লক্লে।

অঙকপা ব্রাহ্মণ্নি। য়েংবদা ব্রহ্মামক ওইরিদ্রা নীংনৈ। মহাক্কী মমাঙদা হান্ন লৈরম্মিবা ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিশিং অদো থাগী মঙাল লাকপদা থরাম্মিচাক্কী শাগৈনা মঙান শিথবগুম ইমক মকথৈ। নিংথৌসু তিল্লম্মিবা মীপুম পুন্নমক্সু চপমান্ননা মকোক নোনখি। ময়ামগী ভক্তি লৌনা লৌনা "য়াইফবিসি রাজন্!" য়েখংবা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা বর পীরকই! নিংথৌ মখুৎমক্ল কুশগী আসন অমনা ব্রাহ্মণ ওকখি। হৌনবী মতুংইন্না অর্ঘ্য কৎখি। অর্ঘ্য লৌনা লৌনা "রাজন্, ঙসিদি নঙ্গীদা পারণ তৌগে লাক্লিয়ে; অদুবু ঐনা কৎনীঁঙিবা পোচ্ছক অসী ফঙ্গনি ফঁঙোই হায়বদবু খঙদ্রে" হায়রক্লে নিংথৌগী মফমদা ব্রাহ্মণ। ধর্ম্মনা লুরুক্লজরবা কর্ণ মখুৎ তল্লোন লোন্নদুনা "ঐনা কৎপা ঙম্ব পোত্তাদবু ওইরবদি ব্রাহ্মণগী পেন্ননবা কচ্চগনি, করিমতা চিংনবা লৈতনা তাকপীগনি।" খুন্নকই। "অদুদি সত্য তৌ ঐ নুঁঙাইগে" অমুক হায়থরক্লে অতিথি। কর্ণ "সত্যনা সাক্ষী ওইসনু, ঐনা কৎপ ঙম্বমক্ত ওইরবদি, ইথরায়ফাও, ব্রাহ্মণগী পেন্ননবা কচ্চগনি।" সত্য তৌরে। "নুঁঙাইদা রাজন্, নংনবু দাতা হায়না ফাওদবদি কন্নানবু ফাওগদগে" হায়না থাগৎ থাগৎন "রাজন্, ঙসি ঐগী পারণ্ডি মীশানা তৌগে নীঁঙি, মীশাগু মশক নাইরি, নচা ইবুঁঙো বৃষকেতুগী য়েখংবা হকচাঙ্গী শদোংন কৎকে নীঁঙি।" হায়রক্লে। "মহারাজগী সনাখুৎন হোরায় চিং ননাও ইবেম্মমক্ল ওক ফজনা খায়রগা অনীমক চঙদুনা সেম্লগা থোঙ্গদবনি, মিত্তগী পি মরীক অমত্ত তাবা য়ারোই। হেক তাবদা ঐগী পারণ শোয়বগী পাপ পুবিগদবনি, ঐ পারণ তৌরোইদবনি।" তাবদা নিংথৌ মচীনবান খ্রক কঁঙি। পুন্নমক মতু খ্যাউ চুংনৈ। অদু উবদা "অদুরা কর্ণদাতাগী গুণ!" নোকক্রেম্নরক্লে ব্রাহ্মণ। "ফৈ রাজন্, ঙম্মরোই

হায়বা উরে, ঐ চৎলে।" হৌগৎলক্লে। "ঙহাক্ত পম্থবিখিসি, শাউবিগনু ব্রাহ্মণ, মমা ওইবা খুবাংন মচাদা হোরায় থাবা ঙম্ফম থোক্তবনা ঐগী চীনবান কংলুবদনি, ঐনা কৎনিংদদুনা তৌজবা নত্তে; লৈমগা অঙাঙ্গ লৌজরুরগে" ফারক্লে ব্রাহ্মণবু দানগী মনাই ওইবা কর্ণ। ফমথ ফমথনা "ঐগী পারণ মতম হেনখিগনি।" তাক্লকলে কন্ন ব্রাহ্মণ।

পাউ মিকুপ্ত কোনুং থুংন শিনখরে। মীপুম খুদিংমক হিঃ হায়বদগী মতোন তাবা ঙম্নখিদে। লৈমা পদ্মাবতী তাবদা থম্মোই থূক লাউ, মকোক উরুরু লৈ লীক্ল-তৎপ লীক্লাংগুম লৈমায়থক্ত হাইথখরে। লৈমায় লৈওন্নবী লৈরাংগুম পুঙমদবা অৱাবগী মৈশা লাম্ভিবনা ফৎ ফৎ ওল্লক্লে। অৱাবগী পম্বেং য়ৌনঙাই মিৎলুদা পি তাখিদরে, লৈয়েং লৈতোল ফাখরে। তাঞ্জা অসীদা কর্ণ খ্রক কংলবা থম্মোই ধর্ম্মগী দমক ক্রক ফা, তুরোইনবা খোঙফম সত্যনা শৌ লৈমকোনগী থোঙজিল য়ৌরক্লে। "সতি, ঙসি দান-ভগবান্ন পূর্ণাহুতি তাম্লরে। ঐখোয়না চহী তরাগা হুমদোই চুপ্ন তৌরক্লবা দান-যজ্ঞ ঙসি লোইবা তারে। পূর্ণাহুতিগী পোচ্ছংদি বৃষকেতুনি। ঙসিগী পূর্ণাহুতিসীদা পদ্মা-কর্ণ অনীগী থৱায়শু পূর্ণাহুতি কত্তুনা যজ্ঞগী দমক পোক্লবা পুন্সি লোইশিন্নগদবনি। প্রিয়ে, থীন্নন, ব্রাহ্মণগী পারণ মতম শোয়খিগনি" থম্মোইগী অৱাবা থম্মোইনা ফা, মিৎকী পি মিৎন চুপ, থারক্লে য়াথং দানগী মনাই ওইবা নিংথৌ। "মায়াগী সংসারদা মায়াদা থুদনীঙাই লৈতবনা স্বামিন্, ঙহাক মম্মুরমাক্লে; সনা-পুক্লীং নুংশোয়নবিগনু; নচা ইবুঁঙো পুজবক্লগনি, লেঙথোকপীরম্লসি" লৈতারবী মধুমালতী মপানবু লৈশংবনা লৈঙাক পীদুনা হাইগৎপগুম ধর্ম্মনা ঙাক্লৌ থা কাঁঙমদনা কাঙলবী লৈমা পদ্মা মপুরোইবদা ভক্তি কৎলক্লে।"

বৃষকেতু যূপকাষ্ঠদা পুন্লে। দানগী মনাই ওইবা কর্ণ "দানশু নংনি, কচ্চরিবা ঐসু নংনি, লৌবিরিবা ব্রাহ্মণশু নংনি, কৎনরিবা ইচাশু নংনি। নঙ্গী কর্ম্ম নংন মপূং ফাহল্লু দান-ভগবন!" মিৎকী পি মিৎন চুপ হোরায় পায়খৎলে। লৈমা পদ্মাবতী গর্ভগী তীল, মথাগী অঙাং বৃষকেতুগী মকোক্ত থাবা হোরায় থম্মোইগী থম্মোই ফূক্ল নীক্লকপনা ফাঙমদনা নীক্লবা মমাগী খুবাং ধর্ম্মগী, নুপী ওইবীগী ধর্ম্মগী, মপুরোইবগী ধর্ম্মগী মশক ওইরবা পরৈনা অহুম তুনা ফা মতোন য়ারক্লে। "জৈ দান-ভগবন্" হোরায় চিংলক্লে কর্ণ। "জৈ যজ্ঞেশ্বর" মথম্মোই শেং কায়না মথম্মোই মখূৎমক্ল লেন হোরায় ওক্লক্লে লৈমা পদ্মাবতী। "জৈ যজ্ঞ" মিৎস্না অনী উইশন্দুনা চৈনাখোল খাঙলক্লে নিংথৌগী মচা বৃষকেতু। য়েঁঙক্লে মতু খ্যাউ খ্যাউ চুংননা

দানগী মনাই ওইবা কর্ণ অদুগা ধর্ম্মগী মনাই ওইবী পদ্মাবতী অনীগী তুজুংনে নুঁঙাইবা কৃম্মৈ তিল্লম্মিবা পূন্নমক!

বৃষকেতু খাইবোক তারে। ধর্ম্মনা মরৈ পান্দূনা খোঙ্গুল তাদনা হোরায় লেল্লম্ব লৈম-নিংথৌ অনী মচাগী মশানা তুপখিদুনা খঙ্গোম কোম্মকপদা মচানা খাইবোক তাদুনা লৈরম্ব উরে। হৌজিক্সু অমুক সেমদুনা থোঙ্খিবা তারি। মরৈনা ঈনবা নূঙ্গী মূর্ত্তিগুম য়েংথংব শরুক পায়খৎতুনা সেল্লক্লে। চহী তরাগা হুমদোই পাল্লকপদা কৎলকপা দান-যজ্ঞগী পূর্ণাহুতিগী দমক মখুৎন খায়রবা, মখুৎন সেল্লবা মচাগী, মহাক্কী গর্ভগী তীনগী, মমা ওইবী মহাক্কী মথাদগী শেৎলবা অঙাঙ্গী মশা থোংদুনা কৎখি ব্রাহ্মণগী পারণ

লৈমা পদ্মাবতী।<br>
তাকখি ভারত-লৈমরোন্দ<br>
পুগাদবনি পুঙমদবা মৈচাক ধর্ম্মগী<br>
খাঙ্গদবনি খাঁঙমদবা মৈশা ধর্ম্মগী।

# ক্ষমাবতী

মালব দেশকী উজ্জয়িনী সহর অসী থায়নঙৈদা উজ্জয়িনী মহানগরী হায়না খঙনৈ। মহানগরী অসীদা নিংথৌ অমা পানখি। বিক্রমাদিত্য কৌই। গুণ্ড নুমিৎনি; পাঙ্গন্দ সোরারেন্নি; মহৈদা শগোলশেন্নি; লেস্বদনা সনজীংনি। মতম অদুগী মহৈ-হৈবা পুন্নমক্কী তৃংনফম্নি। ভু-ভারতকী ফাওরবা পণ্ডিতশিংনে মহাক্কী অঙস্ব ওই। মখোয়শিং অদুগী মনুংদ অখন্নবা মাপল অমগা য়াওরি। মখোয়বু মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী নব-রত্ন হায়না খঙনৈ। রত্ন অমদি বরাহনি। ভারত-জ্যোতিষকী জগতত্ত ফাওরিবা বরাহ পণ্ডিত্তুনি।

বরাহ, পণ্ডিত ওইবশিঙ্গী হৌনশা ইচম চম্ন ব্রাহ্মণীদগা পাল্লি। লাইগী নোংদম্ন মহাক্কী ব্রাহ্মণীসী নীংথিজরবা মচানীপা অমা পোক্রম্নগা লৈত্রে। কুইথনা লৈরম্ব নৎত্রে, মচা পোকপা নোংম-নীনিগী মনুংদ অদুম মরৈত্রবনি। মীরোল লৈজদবনা বরাহ মশানা মমানা থনম্নবা অঙাং অসী হোৎনবা তাখি। মহৈ হোৎনবদনা নুঁঙাইজবা ওইরবা বরাহগী ৱাবগী হায়নঙাই লৈত্রে। অদুমকপু মচা নুংশিবগা নমদুনা য়োকপা তাবগা অদুম মখাঙদুনা নুমিৎ খরা লেল্লক্লে।

নোংম বরাহনা মচা কোন্ন কোন্ন মচাগী মপুন্সি য়েঁঙকই। খোর্ব্বাক্তা উৎফুল চাইরগা খোর্জ্জেনা লগ্ন ফাদুনা অসুম অসুম হোৎলকপদা অঙ্কগী থাকফম অমদা ময়েক খরা মুৎখিবদগী মপুন্সি চহী চামা তাফম থোকপদা তরাদা মতাররে। অদূ উবদা "চহী তরা সুবদা মপুন্সি লোইররগদৌবা অঙাং অসীবু নুংশিরুদুনা ঐগী ইহৈ হোৎনবা কায়গদৌবগী শরুকপুদি হৌজিক্তগী কায়নবনা ফরে" খল্লকই। খন্ন খন্ন মচা পন্নদুনা শিপ্রা তুরেন মপান্দ য়ৌরে। তোর্ব্বান য়ৌরবদা খোঙ্গুল লাকই। "ঐগী ইচাসীদি হৌজিক্সক শিগদৌবা নত্তে, মপুন্সি চহী তরা লৈরি; শোয়দনা মসী হিঁঙুখিগনি। করিগী মরাল লৈতবা ইচা ৱানা থাদোক্লুগদগে!" খল্লক্লে। ময়ূমদা তহল্লন হঞ্জিন্দুনা কোরি চফু অচৌবা, অকোম্ব অমদা অমোনবা ফি থাবিরদুনা মচা

হাপচিল্লগা তোর্ব্বান্দ অমুক লাক্লে। "জৈ জ্ঞান ভগবন্, নঙ্গী সেবাগী দমক ঙসি ইচা থাদোক্লবনি।" হায়না হায়না শিপ্রাগী ঈচেন্দ চফু ঈষ্থেক্লক্লে। তুরেনগী ঈচেল ঈরোয়ননা চফুনা নোম্ম নোম্মদুনা তাউথখিবা উবদা বরাহগী পণ্ডিত-বরাহ মাঙ্খে; মপা-বরাহ ফুগৎলক্লে। জ্ঞানগী কল্লবা মিৎলুদ পি শিঙ্খরক্লে! "ঈচেন-কনবী শিপ্রা! চফু অদো লুপহনগনুকো; চহী তরাগী চেং লৈবা মহাক্কী মফমদ নহাক্ল মমা শক্কুনা কোন্দুনা পুবিয়ুকো ইচাদো।" হীক্ল হীক্ল শিন্নরক্লে। "করিনো ঐনা তৌরিবসে!" হায়না মুরুম মুরুম শোন মমদুনা অদুম ফমথখরে তোর্ব্বান-চাংজৌদা বরাহ।

তাউথখরে কোরি চফূ। অঙকপনি, অমম্বনি সংসার! শিপ্রা চীঙ্গী তুরেন অঙাওবীনি, মহাক্কী তাংথক্লবা ঈচেন্দ কৌবী-শীংনাং ফাওবা লুপ্তবা লৈত্রবনি। অদুবু চফুদুদি লুপত্রে। শিপ্রা চীংলোন তল্লোন কয়া লান্ন চেল্লক্কুনা সমুদ্রদা তিনখরে। কোরি চফুদুদি তিনদ্রে। সমুদ্রগী ঈথক চীংলোন কয়া লোক্লম কয়া থেংনরে, লুপত্রে। অসুম অসুম তাউখিবনা লঙ্কাগী তোর্ব্বান য়ৌখরে। মমানা থনল্লবা, মপানা হুন্দোক্লবা অঙাং চীঙ্গী তুরেন অঙাওবী শিপ্রা ইরোয়ননা তাউথখি তাংথক্লবা সমুদ্র ঈপাক লান লঙ্কাগী মপু চন্দ্রচূড়না মচা শক্ল য়োক লৈমা বিলাসবতীনা মথানুংদ কোন লঙ্কা-কোন্দ মিহির হায়না শান্নরুরে। নিংথৌগী পুরোহিত্ত মহৈ তমদুনা জ্যোতিষতা থেংন হৈরে। জ্যোতিষ বিদ্যানা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লবী নিংথৌগী মচানুপী ক্ষমাবতী নত্তনা মহাকপু নম্বীনিঁঙাই জগত্ত পোক্কনা হৈরে।

চহী তরাগা তরুক্কী মতুঙ্গী ৱানি। মিহির ক্ষমাবতীনা তাকপীবদগী মরৈবাক খঙলে; মপাগী মমিংশু খঙলে। মরৈবাক অমদি মপা মশক উনীংবনা মপা শক্লবা নিংথৌ, মমা শক্লবী লৈমা অনীবু থাদোক্লমদুনা উজ্জয়িনী তম্লক্লে। নিংথৌগী মচানুপী ক্ষমাবতীশু মহাক্কী তালোয় ওইনা ইন্নরক্‌লে।

ক্ষমা-মিহির উজ্জয়িনী থুংলে। সমুদ্র লম্বীদা থেংনরকপা নিংথৌগী চন্দন থিরুবা সৌদাগরনা কোনুংদ পুশিনবিরে। মহাক মশানা খঙলক্লবা অমদি মমিৎমক্ল উরক্লবা জ্যোতিষী মতৈ-মনাওগী মগুণ মনিংথৌদা হঙ্গৎলে। মহৈ পাম্লবা, মহৈদবু লুনা তৌরবা নিংথৌ হরাও-হরাও তরাম-তরাম ওকপীরে। মখোয়গী মগুণ য়েংনীংবদগী মিহির য়েঁঙদুনা "পণ্ডিত, ঐগী সৌদাগরগী মপাউদগী নহাক অসে সাক্ষাৎ অশ্বিনীকুমারমক্সি নীঙ্খরে। নহাক্ল ঐগী সভাদা হৌজিক্মক তিম্লিবা মীকোক মসীং হায়দুনা ঐবু পেহ্লনবা ঙম্লবদি ঐ স্বর্গ খূৎনা লাম্বা ফংবমুক নুঙাইরগনি।" তাক্লক্লে য়াথং। মিহির থোঙফম পুম্নমক থিংননবা হঙ্গৎলম্লগা খোর্জ্জে-খোর্ব্বাক

পায়খরে। ঙহাক হোৎনীঙাই হোৎলগা লৈরিবা মীকোক মসীং পীরক্লে। চুম্ন মীকোক্ত তাকপ নত্তে, মখোঙ-তৎপ, মমিত্তাঙবা, মনা-তৎপ, মখূৎ-য়াওদবা পূম্নমক মচা তানা তানা থারক্লে। মসীং থীহনবদা মীকোক অমা ৰাৎলে। অদূনা খোঙদা অনী, খূত্ত অনী, নাদা অনী হোনরে। অদুগা মিৎসীংদদি চপ-চানরে। অহম্নক হনবদা অদুম মতারে। মিত্তদি চানবনিনা নিংথৌ চুম্ন চুম্ন করিগুম্ব অমা লৈরে হায়বা কন্ন নীঁঙদুনা “পণ্ডিত, চুম্মি হায়বদি ঐগী থম্মোইদা কন্ন মনীঙ্খরে। অদুদা মীকোক অমা, মতুং ইনবা খোঙ অনী, খূৎ অনী, না অনী ইম্ননা হোবসীদা ঐবু য়াম্ন ঙক্লে। মিত্তদি চপচানা তারি। করিননো অমুক্তগা য়েঙ্খিসি।” অমুক্ক তাক্লক্লে য়াথং। মিহির তহন্নন হন্দুনা য়েংবদা হাম্নগীদু অদুম মতারে; অদুদা করিগী হোনরিবদু হোরিবনো হায়বদুদি পুথোকপা ঙমখিদরে। মমায় ইচপমুক ঙাংদুনা মরু থোক লুকখিবা উবদা মনাক্ত ফম্নস্বী ক্ষমাবতী “আয়ুষ্মন্, ঐগী ইপুরোইবনা হঙ্গৎলিবা মশীং অসীদি খূৎহোৎ অসী য়েংবদা চুম্মি হায়বদি খঙজে। করিগুম্ব ইকাইখিবদগীরা, হাই হায়বমদগীরা, হোনরিবসীগী মরমদি পুথোকপা ঙমদরে। সনা য়াথং ফংদনা হেক হঙ্গৎপদি রাজব্যবহার থোক্তবদা নত্তনা শাস্ত্রনা য়াদবনা সনা য়াথং অমত্তং নিজরি, ঐগী অমুক্তং মেঞ্জবা ঙম্বরা য়েংজগে।” হঙ্গৎলক্লে মখূৎ লোম্নদুনা নিংথৌদা। নিংথৌনা অঙকপগা লোয়ননা য়াথং পীরবদা ক্ষমাবতী হাইফেত্ত হোৎলগা “আয়ুষ্মন্, নোংপোক থোঙ্গী থোঙনাদা কাপালিক অমা ঙাদুনা রাজ-সভা য়ৌঙি। মাগী খাউদা অতূম্ব অঙাং অমা হুরক্তুনা য়াওরি। কোম্নরগনি।” হঙ্গৎলক্লে। নিংথৌগী প্রতিহারী তঞ্জৎ চৎতুনা য়েংবদা কাপালিক লৈরম্মে, মহাক্কী খাউদগী অতূম্ব অঙাং অমা পুথোরক্লে। নিংথৌ, লৈবাক, অঙম-অথৌ পূম্নমক হক্সনখিবদুদা থাগৎপ কাউখিদুনা ইস্ হায়না তেম্নখি। ইস্ হায়বা খোনফম্ন সভাগৃহগী থক-খা অমদি মায়গৈ মরিদা থং থং খোনয়েনরকপনা শঙনুংদা খোনগী খোল্লাউখোন অমা কুইনা পোকখি। খোল্লাউখোন অসীনা মুৎফাৎত্রিঙৈদা মচা মাঙ্খিবদগী খোঙ্গুল তাখিদুনা অনীসুবা ফি অমা য়াওদনা মমা-ওইবী নহা অমা চেজিল্লক্তুনা “রাজন্, ইচা” হায়রম্লগা নিংথৌগী ফাঙ্খোংদ তুথখরে। নিংথৌনা “অঙাংদো” সনায়াথং তাক্লকপদা তনবু পুশিল্লক্তুনা য়েংহনবদা ওইরম্মে। মচা ফংবদা হরাওরবী মমাদুনা “বিক্রমাদিত্যগী বিক্রমদা অধর্ম্ম চঙবা য়াবরা। মতম কুইনা প্রজা কোনবিসি আয়ুষ্মন্।” হায়না বর পীরমদুনা মচা মথাদা কোন, মমায় চুরুপ চুরুপ চুপ থোকখ্রে। নিংথৌ মহৈগী ঙকখিবগা অঙাং অমগী মথরায় কন্ মমা ওইবী অমগী অৱাবা কোক্লখিবগী নুঙাইবগা অনীনা ঙাওখিদুনা “চুম্, সনা পুখম অচোনবা অমা” হায়না হায়না সনা টাংবন্দগী

লেঙথরক্লে। সনা পুখম পীনা পীনা "ঙসি নৌবানীবু ফংজবা নিংথৌ ঐগী মপোক ফরকপনি। মসীদি ঙসিগী অদুক মায়োক্লবদনি। মতীক চায় তৌবা নত্তে।" তাকপীরক্লে য়াথং। মনাইশিংদনা সঙ্গায় মনুংদ পুশন্দুনা পোখাহল্লুনবা তাকপীরে। ক্ষমা-মিহির অনী নিংথৌদা ভক্তি কৎলম্মগা থোকখ্রে। লৈবাক্ল মখোয়গী অঙকপা মগুণ থাগৎনদুনা লৈহৌরে।

মঙানি তরানি মতুঙ্গী ৱানি। মিহির মপাদা ফোঙলগে নীংলে। অদুবু চুম্ন তাকপনদি চৎলোইদৌবা উবদগী মপা মশানা খঙজরক্লবা লৌশিং তৌরক্লে। "মহাশয়, গৃহদা গৃহিণী লৈবা উদববু কৌমার-ব্রত চৎপনরা?" হংলক্লে। বরাহ ঙহাক মরু লুক্লগা "পণ্ডিত, নোংম ঐগী গৃহিণী লৈরম্মি; ইচাশু অমা পোক্লম্মি; হৌজিক্তি অমত্ত লৈত্রে।" খুম্লকই। "অনীমক মিৎন উনা লৈতবরা" হংথরক্লে। "গৃহিণীদি মিৎন উনা লৈতবনি অদুগা ইচাদি উদনা লৈতবনি। উদ্রবশু উবগুম্বনি।" সোর মপী শাংন হোন্দুনা খুম্লকই। "ৱারৌবদি ৱারৌবিগনু, উবগুম্বনি হায়বগী অর্থদুবু অমুক্তং শুগাইবিবা য়াগদরা?" অমা অমুক লৌথরক্লে। বরাহ খিত্তং নুঙাইফাত্তনা "ঐনা হোৎপদা আয়ু চহী তরাদা মরৈ; হৌজিক্তি মহাক কায়নবা চহী তরাগা তরুক মপুং ফারে; অদুনা হায়বনি।" হায়রকই। মিহির নোকফেৎ তৌরগা "জাতক-কী লগ্নদুদি করিনিনা" অমুক্ত্ব মহংথরক্লে। বরাহগী শাউনিংবা য়ৌশিল্লক্লে। অদুবু মবূক ফাদুনা মচাগী লগ্ন তন্ন তাক্লকই। মিহিরনা তনহোৎ হোত্তুনা য়েংবদা আয়ু চহী চামা তারে। চহী মসীংদ খোর্জেনা থিন্দুনা "মহাশয়, শিখ্রে তাকপিরিবা ইচাদো শিদ্রি য়েংবিসি, মহাক্কী আয়ু চহী চামনি" উৎলক্লে। বরাহ তাবদা শ্বাই লাউই। মিহিরনা হোৎলিবদু য়েঙকপদদি চুম্মি হায়বা উরে। গতি লৈখিদ্রদুনা "ইপাগী ইবুঁঙো, ইপা ওম্ভোক্ল লাইবক থীখ্রেদা!" হায়না হায়না মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। মিহিরনা "হিঙি হায়বদি খঙবিরেদনা, উন্নরবসু ময়ারি। কদাইদা লৈরিবা, করি তৌরিবা, উন্নরখিগদরা অমদি সুকউন-মউন্নররোইদরা অদুনচিংবদুম য়েংবিসি। কপ্পদুনা করি তৌগদগে" হায়রক্লে। বরাহ চুম্মি খল্লদুনা হোৎতুনা য়েংলক্লে। "মহাশয়, ঐ ইচাসি ঐনা কোরি চফুদা হাপতুনা ঈশিংদা থাধখিবনি। মহাক্ল চৎখ্রিবা পুংফম অসীদি সমুদ্র লাল্লু হায়বা তাইনা, লাপ্লেনা, এঃ লঙ্কাদা লৈরেনা .....।" খোর্জে থাদোক্তুনা কপ্লক্লে বরাহ। মিহির থেমজিন থেমজিন্ন "অতৈদুম য়েংথবিসি, কপ্লিদ্রবশু" হায়রক্লে। "লঙ্কাদা লৈত্রেনা; ভারত কারেনা; উজ্জয়িনী য়ৌরেনা! হায়।" হোখরক্লে বরাহ। মনাক্ত ফম্মিন্নরিদো মচানি হায়বা খঙবদা বরাহগী নুঙাইবা করি হায়ক্লরনি। "ইবুঁঙো, ইপানা তৌবা নত্তে, বিধাতানা নহাকপু নহাক্কী তানঙমদ্রবা বিদ্যা অসী পীগে ইপাদগী

পুথোক্‌লুবনি।" মচা কোন্দুনা কপ্লক্লে। মিহিরশু মপাগী মথবাক্ত মমায় লোত্তুনা কপ্লক্লে। মপা মচা মশক খঙনরে, উন্নরে। লৈবাক পূন্নমক নিন্নখরে। নিংথৌগী নাকোংশু য়ৌরে। নুঁঙাইবিবগী খম থেংলে। বরাহশু মচাগা মমৌগা অনীমক ফংজরদুনা নুঁঙাইজরে। নুঁঙাইনা পাঞ্জরে।

মতম খরগী মতুঙ্গী ৱানি। নোংমা নিংথৌনা সনা-মিৎয়েংন তক্সনবদগী বরাহদা থৱান্মিচাক মশীং হায়বা ঙমগদরা তাকপীখি। বরাহ্ মহৈগী দমক মহৈ হোৎনবা নীপা নত্তে। মশাগী দমক মহৈ তৌবা নীপানি। মশানা হৈতববু হৈতে হায়বা কদাইদা ঙম্মুগদগে! ঙমদ্রে। মমায় ইচপমুক ঙাংদুনা মরু লুক্তুনা লৈখ্রে। নিংথৌশু চীল্লান খারাল ওইনা হঁঙুবদগী তৌরিবা মতৌ অদুদা হেক ইকাইথোকখরে। "মীনা ঙম্নফম থোক্তে হায়বা খঙনরিবনি; অদূদি কৈদগী মীনা ঙম্নগদগে হায়রগা মরোইরবা পোৎনি; ঐনবু খঙদে, হৈতে হায়বা য়াবরা মতাগুম তৌবদি নাপন তৌমল্লিদনা।" হায়না হেক খন্দোক্লুরে নিংথৌ। "খঁঙগা খঁঙি, খঙদ্রগা খঙদে হায়বা পণ্ডিতকী লক্ষণ চৎত্রবদি মমু য়েথেকপা তারেদনা" নাঁঙদুনা পণ্ডিত, ঙসি তরেৎনিগী মনুংদরা সুবদরা তাকপীদবা য়াদরে।" কিৎ নমথরক্লে। বরাহ্ অদূ ফাওবা নাপল থাবা ঙমদ্রি। ঙম্মরোইদৌবা অদুমক্তদা "হঙ্গৎকনি" হায়দুনা সভাদগী কুম্লে।

বরাহ চাদ্রে, তুমদ্রে, থক্রে। অঙাওবগুম মুরুম মুরুম সোন্দুনা লৈরে। নোংম নোংমগী মশক অসুক ওল্লি হায়বা উরে। ময়াঙ অসুক কংশিল্লি হায়বা খঙলে। মিহির মপাগী মতৌদূ উবদা অকিবগা লোয়ননা মরম থিরক্লে। মচানা তোয়না তোয়না তক্সিল্লক্রবদা বরাহশু তাক্রক্লে। মপাগী মপাউ তারবদা মিহির "অদূদি করিশু লৈতবা পোৎনি; ঐদবু হৈজদে, ক্ষমাবতীদদি মিৎন কুপ্পগী থবক্লি; করিগী অদুক ৱাবিরুরি?" হায়রক্লে। বরাহ স্বর্গ খুৎন লাম্ব ফংলে। প্রপ প্রপ ইমুংদ চঙশিনখরে। চাক থোংদুনা লৈরিবী মমৌদা "ইমা, নংবু থৱান্মিচাক মশীং তাকপা ঙমগনি হায়রিবসীবু চুম্বরা?" হঁঙুরে। ক্ষমাবতী "ভগবতীগী কৃপা লৈরবদি ঙম্ব য়াই" হায়না হায়না চাকথোং চেগপ মনীংন উৎ মথক্ত হাইফেত্তং হোৎলগা মশীং তাক্রক্লে। মকুনা পাম্বদগী খুৎহোৎশু তাক্লে। বরাহ নুঁঙাইরে; চারে, থক্লে, নোক্লে; নুঁঙাইনা তুম-হিপ্তুনা পোত্থাজরে।

নোঁঙাল্লে। নিংথৌগী সভা কারে। বরাহ্ মায়থোং মকা লাম্ন সভাদা চঙলে। নিংথৌগী য়াথং ফঁঙদুনা থৱান্মিচাক মশীং অপূনবদা নত্তনা অচৎপগী, চত্তবগী, মখোঙ-নাইবগী, মখোঙনাইদবগী লোইনা মচা তানা তানা হঙ্গৎলে। প্রমাণগী মশক ওইনা খুৎহোৎশু উচ্চরে। নিংথৌ ঙহাক ৱাখল তৌরগা "পণ্ডিত, মসীদি মশীং

থীদুনা চানবা য়াবা নত্তবনিনা চুম্মি হায়বদি করম খঙফম থোকই?" পীনরক্রে য়াথং। বরাহনা লৎকক্ত তৌরিঙৈদা নিংথৌগী ঙাংবদা হালেংদ্রবা, ঙাংনীংবদা ঙাংলবা সনা মিৎয়েং নোকফেৎ তৌদুনা "আয়ুষ্মন্, বিদ্যাদি ক্ষমাবতীগীনি, চৈবিগে চৈবিয়ু, ঐ ঙরাং লোন্ন তারুই; পণ্ডিতনা খুম্ব ঙম্মরোই।" হায়দোরক্রে। বরাহ গতি লৈত্রদুনা "অচুম্বনি আয়ুষ্মন্!" মখুৎ লোন্নরক্রে। নিংথৌ "ঐগী পণ্ডিতনা পণ্ডিতকী লক্ষণ চেন্দবদি ঐ পামজদে। ঐদি হৈত্তে, ইমৌদগী তম্মকপনি তাকপীরম্লবদি নিংথৌ ঐনা কয়া পেঞ্জগবা! মীগী বিদ্যানা মরম্নাই বিদ্যা সাবা ঙম্ব পণ্ডিত্তি নব-রত্নগী রত্ন ওইবা মতীক চাবা ৱাৎকদরা নীংজে। পণ্ডিতকী আসন ইমৌদা শিন্নবিবনা চুমগদরা?" তাক্লক্রে য়াথং। বরাহ শীরে, শিরে। থিঁঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোং তাইনবা জগৎনি। "নহান রাজসভাদা নিংথৌনা মগুণ খঞ্জিবদগী ঐগী ইহুত্ত মহাক হাপ্পীংদুনা তৌরকইবা ঙাক্লি। মহাক লাকপদগী ঐগী দশা অসী থোকইবনি। ঐগী মাঙনঙাই মহাক্ত হেক লোইশিল্লগা লোইরে। নিংথৌগীশু মদুতনা চপ চাবা অমা থোক্কনি।" মরাল করিশু লৈজদ্রবী মমৌবু মবুক্ত শীঙ্খে বরাহ।

মী মহৈ হেক হৈরগা জ্ঞান লৈবা নত্তে। পণ্ডিতকী মনুংদ মূর্খ কয়া য়াওরিবনি। বরাহ জ্যোতিষ বিদ্যাদা ভারতকী মায়রোং ওইদুনা পণ্ডিত অচৌবা ওইরবসু পাণ্ডিত-মূর্খগী কাঙলুপ্ত লৈরম্মে। মায়পাকপা, মায়খুবা অনীবু চাং পুবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী নুঁঙাইনবতা য়েংদুনা চচ্চরিবী মমৌগী মাঙনবা শীল্লক্রে। মহাক্কী পরুৱা অমগা লৌতুনরে। "ঐগী মিহিরবু অহিং মপান্দ থমগে; নহাক লোন্ন ক্ষমাবতীগী কাদা শরক য়েংদুনা লাপ্পিনখ্রগা অথেংবদা হায়ন-শীংনবা মীনা থোরকপদৌনা থোঙ হাংদুনা চৎখো ..........।" শিন্নরে।

থানিনগী অহিংনি। য়াচংবদগী হৌনা থাবন্ন কবোক পোক্ল ফজরি। নুমিদাঙ্গী চাব-থকপা লোইনরবদা বরাহনা দোলান মতোন্দ কাখৎলগা মিহির কৌখৎলে। চন্দ্র-গ্রহনগী মরম খরা নৈনসি হায়দুনা মচা ফাজিন্দুনা থমখ্রে। অসুম অসুম ফম্মিন্নরকপনা পুং অমা হৌখি, অনী চৎখি নোংয়াই চবুক লোল্লক্রে। তাঞ্জা অসীদা ক্ষমাবতীগী থোঙ লোন্ন হাংব তারে। বরহা মুন্ন য়েংদুনা লৈরে। মপানা য়েংবদুদা মিহিরশু অদুম য়েঁঙকই। নীপা পাখং অমা লোন্ন কিরু কিরু য়েংলম্লগা প্রপ প্রপ শম্বন লান্দুনা চৎখ্রে। বরাহ "এঃ" হায়রম্লগা মরু থোক লুকথখরে। মিহির শ্বাই লাউ মশা থক থক নীক্কুনা ৱা মচেৎ অমত্ত ঙাংদনা মরু থোক লুক্কুনা অদুম ফমখরে। মপাদি ঙহাক ফম্নিঙাই ফম্মম্মগা "থবক পাল্লেদনা" খন মবুক হরাউনা ইমুংদা কুমথখরে। মিহিরদি অদুম লৈহৌরে।

নোঁঙাম্লে। ক্ষমাবতী হৌগৎলকপদা মশাদা অমঙ্গলগী খূদম পুন্নমক ফঁঙে। থোক্লগদৌরবা অৱাবগী মমি মঙওইননা উরকপগা হৌগৎলকপদা অমঙ্গলগী খূদম পুন্নমক তৌবগা মবুক্লীং তয়াং-তশোয়ননা মপুরোইবগী প্রাতঃকৃত্যগী পোৎলম পুন্নমক লাঁঙম্মগা প্রপ প্রপ স্নান তৌদুনা ভগবতী পূজা হৌখরে। নুমিৎ খূদিঙ্গীদি মহাক্ল মন্ত্রগা লোয়ননা হুঞ্জিনবদা হৈ-খাগোক মনা পুন্নমক চরন্দ তপ-তপ নপ্লি। ঙসিদি মহাক্ল হুক্লকপা পুন্নমক চরন্দগী হেক হেক ওষ্টে। অদূ উবদা ভক্ত-ক্ষমা মিৎলু অনীদা তরঙ তরং তরং শিষ্থ্ শিষ্থনা "ইমা, করিগী ইঙ্গিত তৌরি. তাকপীরোনা!" হায়রম্লগা মমিৎ উইশিন্দুনা ভগবতী আরাধনা তৌখরে। ভগবতীনা শিৎ শিৎন তাক্লে। মশাগী অরোইবা পূংফম নক্লে হায়বা উরে। "নচাগী অরোইবা পূজা লৌহৌরো অদূদি ইমা!" ভগবতীদা অরোইবা পূজা কৎলক্লে ক্ষমাবতী।

অমরোমদনা. শাবুক ককঙমদ্রবা বরাহ প্রাতঃকৃত্য তৌনা তৌনা করম্ব অৱাফম ক্ষমাদা পীসিগে খঙ্লি। "মরোল লোন্নরিবা মরৈ অসিদা লৌরগা লোইরে।" লেপ অহিংদগী ফমদুনা লৈরিবা মিহিরগী মনাক্ত কাখৎলক্লে। "মবুক চুমদবী নুপীগী মতীক চাবা অৱাফমদি খঙজবরা নহাক্তে?" তমথিরবা খোনফম্ন য়ৈরকই। "অমদি, ওইদবনা অওইবা সাদুনা মপুরোইবা নম্নরিবা অমাংব মবুক অতোপ্প নীপাদা ফোঙদোক্লরিবা মরৈ ককপনি। শাস্ত্রগী ৱানি; ঐগী নত্তে। চৎলু, ধর্ম্মগী দমক অৱাফম পুন্নমক পুগদবনি। নপা ঐগীশু য়াথংনি। সদব্রাহ্মণ্ন ধর্ম্মগী থবক্ত হনফদে; মপাগী য়াথংশু হিক্তোকহৈদে। মপাগী য়াথংগী দমক জামদগ্ন্যনা মমা ফাওবা হাৎখ্রিবদুনি। চৎলু, থাঙ লৌ. ককউচো মরৈ। নঙ্গী তমথিবগুম উবা থৌরম্ন জগৎকী মঙ্গল ওইগদবনি।" খৎলক্লে বরাহগী পাপকী লৈয়েং। পাপ-চৎপ মীনা মশাগী পাপ পাঙননবগীদমক ধর্ম্ম-চৎপ মী কয়া মংথোক্লৈ। বরাহশু জামদগ্ন্য মাংথোক্লে।

জগৎ অসীদা পাপনা পূণ্য সাদুনা মী কয়া কয়া হৌই। মিহির মপানা হোইরে। পাপকী থাং পায়দুনা ধর্ম্মগী মরৈ কক্কনি চঁঙক্লে। ক্ষমাবতী য়েঁঙকপদা ভগবতী পূজাদা লুপ্তুনা লৈরম্মে। পাপনা পূণ্য উবদা থুক্তবা লৈতে। হৈনখ্রবা পাপীদনা থুক্ল থক্ল নমজানখিবদনি। মিহির পাপী নত্তে; পাপকা থরদং তাইনরুবদগী মক্সিল্লুবদনি। পূণ্যগী মশক ওইবী ক্ষমাবতীগী গুণ্ন মহাক্কী অতৈবা পাপ কোকখ্রে। "করিনো ঐনা তৌরিবসীবো!" নীংহন্নরে। তাঞ্জা অদুমক্তদা সতী ভগবতী পূজা লোইদুনা মমায় লৈথোরক্লে; মপুরোইবা উরে। "স্বামিন্! কক্লো করি নীংহন্নরি" ইপাগী য়াথং হিক্তোকহৈদে। জগৎন ফত্তবা ফিদম লৌখিগনি। ঐহাক ভগবতীগী কৃপাদগী লোইনা খঙলে। নহাক্ল ইপাগী য়াথং ঙাকপদা শরুক য়াবা ঙম্ব পাঙ্গল

পীনৌ হায়দুনা ইমাদা নীরস্মিবনি; পীনরে।" হায়রক্লে ক্ষমা। "ক্ষমা, ঐ লাক্লে; ঐগী থবায়না ঐনা তৌরুরিবসী লাক্লে হায়না লেপ্তুনা লাউরে। মীওইবগী অমম্বনা ঙহাক কুপ্লুরে; ঐবু কল্লু ক্ষমা!" মখোন থক থক নীক্তুনা হায়জরক্লে সতীদা। "নশাগী ইশাগী দমক হিংব নত্তে, জগৎকী দমক হিংবনি। ইপাগী শাবুক্কী হিদাক লৈররোই; মহাক্কুম্ব পণ্ডিতকী শাবুক মচা ওইবা ঐখোয়না কোকহন্দ্রবদা জগৎকী কল্যাণ লৈররোই! লাউ, চঁঙকউ, জগৎ কল্যাণগী দমক কক্লো ঐগী লৈয়েং। মচা অতৈ অমা পোকচদ্রবা ইপা, ইমা অনীগী নুংশিবা, সনালঙ্কাগী সিংহাসনগী মায়া, ইরৈবাক্কী প্রেম লোইনা কক্তুনা নতুং ইঞ্জরক্লবী ক্ষমা ঙসি সহধর্ম্মিণীগী ফমফম নিরি স্বামিন্! " মখূৎ লোন্নদুনা হায়রক্লে ক্ষমাবতী। মিহির ময়াদ্রে। "ইপাবু কল্লু, নীঁঙমদবা মৈ চু, মহাক্কী শাবুক মৈদা আহুতি কৎলু" তত্ত্ব কয়া মপুরোইবদা নীংসংলক্লে সতী। মিহির থাং চঙ্খিদরে। "অদূদি নহাক্কী তৌফম থোকপা পিতৃ উদ্ধারগী দমক ক্ষমানা নহাক্কী থৌগাই পু ইশানা ইশাগী ইরৈ কক্তুনা পীরবনি।" হায়না হায়না ভগবতীগী কৃপাণ পায়খৎ মরৈ কক্তুনা থাধরম তুথখরে লৈমায় থক্ত

ক্ষমাবতী।

**পুরে মপুরোইবগী থৌগাই পিতৃ-উদ্ধারগী,**
**উৎলে ভারত-লৈমরোন্দ থৌগাই নুপী ওইবিগী।**

## মরোল

## চিন্তামণি

মৃগয়া — শা তানবা (শজিবু মৃগ কৌই অদুগা থায়নগী নিংথৌশিংনা শজি শঙাই তানবা চৎপনা নুঙাইবা খোঙফম অমসু অদুগা খুৎলাই ঔরাইবসু ওইনরম্বনা শজি শঙাই তানবা চৎনৈ অদুনা শাদানববু মৃগয়া হায়নৈ)। তপোবন — লাইনীংফম (উমংগী অচিকপা মফম অমদা মুনিনা লাইনীংফম শেম্বা মফম্বু তপোবন কৌই)। তপস্যা — লাইনীং। বৎস — ইচা। তাত — মপা মচাদা অহন্নসু অঙাংনসু কৌনবা মিংগৌ। কোকথোংনগনি — কোক্তা থোংদুনা পুগনি। মুক্তি — কোকপা। মাতৃ — ইমা। মৈনংনৈ — মৈচংনৈ। যোগনা — লাইগী শক্তি চিংশিন্দুনা। ফৃথরক্লে — কুমথরক্লে। অর্ঘ্যা — পূজাগী পোৎলম। সংকল্প — লেপ্পা। শাপ — মীচৈ। অধর্ম্ম — ধর্ম্ম নত্তবা। রাজ্যদি — লৈবাক্তি। সম্পোৎ — পোৎলোই। বংশগী — শাগৈগী। মর্য্যাদা — ইকাই খুম্নবা। লৈমা — রাণী। স্বামিন — ইপুরোইবা (কৌবদা শিজিন্নবা মওং)। সহধর্ম্মিণী — মতু (ধর্ম্মগী থবক্ত লোয়নৈ হায়দুনা নুপীবু সহধর্ম্মিণী কৌই)। সনা টাংবল লাংঙম্ব — নিংথৌ ওইরম্বা। টাংবলনাপ্প য়ারম্বী — মহারাণী ওইরম্বী। পন্থ — লম্বেল। বারানসী — কাশী। দেহ — হকচাং। নাইফম — নাইকোন। নাকপাক — শরুক, মচি। মায়রোং — নাপন। ভারত-লৈমরোনগী — ভারত নুপীশিঙ্গী।

## সীতা

নিংথৌ অখুবা — যুবরাজ। অভিষেক্কী — নিংথৌ হাপ্পগী, ঈশিং হৈবগী। লৈমা অখুবী — অনীশুবী লৈমা। শঙ্গায় — লৈম নিংথৌ য়ুম। লাঙ্গেম্নঙৈ — লান চৎপদা থৌগন তৌঙৈ। থৌগনপাউ — নিংথৌগী পাওচৎপা মী। য়াইফরম — য়াইফবা মরম। টাংবন — সিংহাসন। মাঙনাইবা — মাংবা নাইবা। ফীরোয় — ফিজেৎ। মনাও ইবেম্ম — নিংথৌগী অমসুং মচা ইবুংঙোগী নুপীদা অচম্বনা কৌনবা মিঙ্গৌ। জানকি — জনক্না পোকই হায়দুনা সীতাগী মমিং জানকীসু কৌই (কৌবদা শিজিন্নবা মওং)। দণ্ড-কারণ্য — দণ্ডক কৌব উমং। তপ — লাইনীংবা। মঙ্গল কামনা — য়াইফনবা নীংবা। রাজলক্ষ্মী — কোনুং কৌইবী লাইরেম্বী (য়ুমজাও লাইরেম্মা)। হোম — মন্ত্রগা লোইননা মৈদা ঘীনচিংবা দান কৎপা। হোমাগ্নি — হোম কৎনরিবা মৈ, যজ্ঞগী মৈশেং। পূর্ণাহুতি — অরোইবা হোম। হেদৌনজবগুম — কেনজবগুম, নুংঙাইনজবগুম। মৈথিলী — মিথিলা-নিংথৌগী মচানুপীনি হায়দুনা সীতাগী মমিং মৈথিলীশু কৌই। থোক্লে — শেৎলে। লেংঙে — চৎলে। বৈদেহী — সীতা (মিথিলাগী মমিং অমা বিদেহসু কৌই অদুনা বিদেহগী নিংথৌ মচানুপীনি হায়দুনা বৈদেহীসু কৌই)।

## ধরা

অতিথি — য়ুমদা লাকপা মী। কুশগী ফক — কুশনা শাবা ফক। চায়শিল্লক্রে — থেংজিল্লক্রে। নগরদা — সহরদা। মৈথক নেৎতুনা চৎলক্রে — থুনা চৎলক্রে। দয়া — থৌজাল। অশকপা পোৎ — পোৎ মহুৎ। তাংথক নাইবা হকচাং — থবাক। তাংথক নামা — থবাক নামা। ফৌবোম — খাওরবা লৌ লেঙ্গোল অমা। অরাফম — দণ্ডি, পাপ। নম্বোনরুরগে — নম্বো পোরুরগে। তাংথক তেম্লক্রে — থবাক কল্লক্রে। ভগবন — ঈশ্বর (কৌবদা শীজিন্নবা মওং)।

# পদ্মাবতী

সুত — শাথৌবা শাগৈ। চেন্নরকপা — লোয়নরকপা। চাকঙম্ব — চাকপা ঙম্ব। মরুবসু — মোৎলবসু। ফিদা অদুম মফঙ্খি — ফমফম ফঙ্খি। জামদগ্ন্য — মুনি অমগী মমিং (পরশুরাম — জমদগ্নিনা পোকই হায়দুনা জামদগ্ন্য কৌই)। তেনগাপ-তেন্থা-তেন মকাপ তেন মথা। হিমাদ্রিগী — হিমালয়গী। পাল্লবা — লংলবা। মচু লোক্লগে নীং — মচু শেংহল্লগে নীংদুনা। পারণগী — চরা হেল্লবগী মতুংদা অহানবা চাবগী। আয়ুষ্মন্ — পুন্সিবা (নিংথৌদা কৌনবা মিঙ্গৌ)। লুরুক্লজরবা — নোল্লুক্লবা। লীক্লু তৎপা — হৈরু তৎপা। দান-যজ্ঞ — দানগী থবক (ঈশ্বরগী উদ্দেশ্যাদা তৌবা থবকপু যজ্ঞ কৌই অদুনা দানসু যজ্ঞ অমনি হায়দুনা দানযজ্ঞ হায়বনি)। মায়াগী — পংথবগী (অপাম্বা, অশাওবা, কল্লকপা পংথবনচিংবা মীগী পুক্নিংদা পোকইবশিং অসি ঈশ্বরগী মায়া-শক্তিনি হায়নৈ অদুগা জগৎ অসিসু ঈশ্বরগী মায়ানি)। মম্মুরমাক্লে — জ্ঞান মাংঙুরমাক্লে। নুং-শোয়নবিগনু — চিংনবিগনু। লৈতারবী — লৈপাক্তা তারবী। লৈশংবনা — লৈকোন শেনবনা। লৈঙাক — লৈ ঙাকপা চৈ। যূপকাষ্ঠ — উচুপ (যজ্ঞদা বলিদানগী শা পুন্নবা উচূপপু যূপকাষ্ঠ কৌই)। যজ্ঞেশ্বর — যজ্ঞগী মপু।

# ক্ষমাবতী

জ্যোতিষ — পাঞ্জিগী মহৈ। খোর্ব্বাক — মথক্তা উৎফুল চাইথোক্লগা ময়েক ইননবা উবাক। খোর্জ্জে —খোর্ব্বাক্তা ইননবা চৈ। লগ্ন — খেনফম। তাংথক্লবা — অকুৎ অতোং নাইবা। তালোয় — মতু। সৌদাগর — লল্লোনবা। অশ্বিনীকুমার — নুমিৎকী মচানিপা অনিগী মমিং। কাপালিক — তন্ত্র শাস্ত্রগী লম্বোইবা মখল অমা (কাপালিকশিংনা কালীদা মী কৎতুনা পূজা কৎলি)। প্রতিহারী — থোংঙাকপা। বিক্রমদা — মথৌনাদা। চুম — নিংথৌগী লনগৈ পান্নবা। কৌমার ব্রত — ধর্ম্ম অমগীদমক নুপী থিদবা। গৃহিণী — নুপী। সনা-মিৎয়েং — নিংথৌগী পোত্থাফম

ওইবা মী। স্বর্গ খুৎন লাম্ব ফংলে — নুংঙাইরে। প্রমাণগী — খুদমগী। খুৎহোংশু — হোৎপগী মরমশু। আসন — ফিদা। শীরে — শীদোক্নে। থিংঙেন — শোয়রেল। নাশিখোং — ইথৈমচা। শরক — অহাংবা মতম। হায়ন-শীংনবা — নুংশিনবা। কবোক পোক্লফজরি — কবোক পোকপদৌনা ইঙৌ ঙৌনা ফজরি। মঙওইননা উরকপগা — মঙদা ফাওরকপগা। প্রাতঃকৃত্যগী — অয়ুক্কী তৌগদবা থবক্কী। তরঙ — পী। শাবুক — শাগী পুকচেন। সদ্‌ব্রাহ্মণ — অফবা ব্রাহ্মণা। হোই — হোইদুনা পুই। কল্যাণ — য়াইফবা। আহুতি — হোম। তম্ব — অচুম্বা মরম। থৌগাই — মথৌ। কৃপাণ — থাংশাং। পিতৃ উদ্ধারগী — মপা কন্নবগী।

## খূদোন-তম্ব

**মেম্ম,**

**তোম্বী নংশু,**

ইপানা হন্দক লীরিবসীনা দময়ন্তীগা দ্রৌপদীগা শকুন্তলাগা নুপী অহুমগী ৱারীনি। মখোয় অহুম অসীশু হান্নগী মঙা অদুগুম্বনি। মখোয় মখোয়গী মপুন্সি খোঙফম ফজ-ফজনা চৎমনখিবদগী মতম্ম মখোয়গী মিংফম মুৎঙমদ্রদুনা ইপানা ঙসি নখোয়দা মপাউ তম্নরিবসীনি।

হান্নগী মঙানা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবগী ধর্ম্মগী খোঙফম খোঙশেন্নবদা অৱাবা মৈরক চঙব তারবশু হেক্তা মচঙবা, অনংব মৈপাল লাংব তারবশু হেক্ত মরাংব, মথৱায় মাঙবা তারবশু হেক্তা মপাম্মুদবা, মহকচাং কেম্ব তারবশু নাচুংব কৌবা মরৈতবা কাঙবুনি। হন্দক্কী অহুম অসীনা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবা মথৱায় কৎন নুংশিজবা, নুংশিজবদগী অৱাবা মৈরক চোংশিনবা তারবশু হেক্ত মচোংশিনবা, অনংব মৈথক নেৎপ তারবশু হেক্ত মনেৎপ, মথৱায় অমত্ত মহকচাং অমত্তনি উখিবনা মীনা লায়চেন্নবা মহকচাং নুংশিনজবগুম মপুরোইবনা শাজৎ শোয়রক্লবদশু নুংজৎ লূরকত্রবদশু অদুম মনুংশিজবা কাঙলুপ্নি। খূৎপু অনীসীগী অমদা ওইরবশু অমদা ওইরবশু তিল্লূবদা মাঙবা কৌবা লৈররোইদবনি।

ইপানা ফিদম তোঙান্নব অনী পীবসীদা হিফাং তোঁঙু হায়বগুম থোকপা য়াই। অদুম খক খল্লুগনু। মী শক্সান্নদে। শক্সান্নদবনা পুক্সান্নদে। পুক্সান্নদবনা অপাম্ব তিন্নদে। নখোয় নখোয়না অপাম্ব য়েংদুনা চৎনবা ইপানা তোঙান্নবা ফিদম উৎলুবদনি। ঈশ্বরনা পাঙ্গল পীনরবদি ফিদম অতৈশু নখোয়গী নমাঙদা খিল্লখিগনি। অদুগা অসীমশু খঁঙু। হিফাং তোংব য়াদ্রবশু খাবক লাক্লবদি হিদোমদগী মরম অয়াম্বদা খুদোং চাবা হেল্লি।

অদুগা অসীমশু খঙ্ঙু। মী মীগী হৈনবা হৈনবা হায়দুনা লৈনরিবসী হান্ন হৈরকপনি। পুন্সি খোঙফম অমদা হৈখিবদু তুঙ্গী খোঙফমশিংদ হৈনবী অদুম ওইরুগদবনি। ইপানা পীরিবা ফিদমশিং অসী নীংথিনা মুন্ন খঙদুনা চৎথ্রবদা মখোয়না পীরিবা খোঙফমশিং অসে মতুংদ নখোয়গী হৈনবী ঙাক্ত ওইরুগদবনি। অফবা ময়াম্ন হৈনবী ওইশিল্লক্লবদনি নখোয়না পাল্লুগদবা; মতম্ন নখোয়গী মিংফম মুখৎপ ঙম্মোইদৌবা। খোঙফম কয়া অফবা তৌরক্লবদদনি মীনা লাইপোক হায়না পোক্লররিবা; মীনা ফিদম ওইনররিবা; শিনা শিনা হিংনররিবা।

মুন্ন পাউ, খোয়জংন য়েংশিল্লু, নথম্মোইদা হাল্লু, তত্তনা নীংসঁঙু, নীংসংদুনা শান্নৌ ভারত নমাচাশিংসীগী মপুন্সি খোঙফমশিংসে। মীথোই মীহেন্সিঙ্গী খোঙফম খঙজিন উশিনবসী পুক্লীংন কৎপ ঈশ্বরগী পূজাগী মনুং চনবনি। নথম্মোইগী মথম্মোইনুংদা থুপ্তুনা লৈরবা ঈশ্বরনা পেনগনি। মানা পেল্লবদদনি মীনা মাঙবা নাইবা জগত্ত মাঙদবা খুভম ফংনররিবা।

ইম্ফাল,
থরান নিন্দুং নিপান্নি চনবা,
জন্মাষ্টমী, য়ুমসকৈসা।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মঙ্গল
শ্রীমীনকেতন সিংহ

# করিগী ই

**महाजनो येन गतः स पन्था ।**

মীথোই-মীহেন্সিঙ্গী পুন্সি খোঙফম খোঙ্গুল লীবদনা মীওইবগী চাউখৎলম ওইবা অমদি নুপী ফবা লৈবাক্তনা নুঁঙাই-য়াইফবগী মপু ওইনঙাই ওইবনা মৈতৈ ঐখোয়গী মৈতৈ-সংসারগী মশক্কক ওইরবী মৈতৈ-চনুশিঙ্গী ফিদম খরদং পীনীঁঙুবদগী মতম্ন মখোয়গী মিংফম মুৎঙমদ্রবী ভারত মমাচা খরদংদগী মপুন্সি খোঙফম লীরুবনি।

থবান নিন্দুং নিপান্নি চনবা,
জন্মাষ্টমী, য়ুমসকৈসা।
১৮৭৪ শকাব্দ।

মীনকেতন।

# দময়ন্তী

বিদর্ভ হৌজিক বেরার হায়না খঙনরিবা লমদমসীনি। লৈবাক্কীদা নিংথৌ অমা পানখি। মমিংনে ভীমসেন কৌই। মহাক্কী ধর্ম্ম খঙি; খঙবদা নত্তে, নীংথিনা চৎলি। মদূগী মহৈনা মীনা ফঁঙমদবা মচা অমা ফম্খি। নুপীনি; দময়ন্তী কৌই।

দময়ন্তী মকুমগী লৈনা লৈরেপ তানবদুমঙাই, হম হম চাউরক্লে। চাউরক-চাউরক্লগা ফজবা মশক হেন্ন হেন্ন ফজরক্লে; নীংথিবা মতৌ হেন্ন হেন্ন নীংথিজরক্লে। মহৈ-মশিংসু মপা লৈতনা হৈরক্লে। লৈগী লৈনম্ন লৈখোঙদা তুংব মীগীনা লৈরক-কোম্সাং শীনবা মহৌশানি। বিদর্ভগী লৈরক-কোম্সাং খুদিংদ মহাক্কী নুংশিবা মনম শীল্লক্লে। অদূনশু লোইদ্রে। লৈবাক লমখৈ লান মায়গৈ খুদিং শীল্লক্লে। নোংম নোংমগী লম অসুম অসুম তান্সিল্লকপনা মমৈথংদদি সমুদ্রনা থাঁঙবাৎ ওইরবী পৃথ্বী লৈমায় থুম্খরে। মহাক্কী মগুণ তাবদা লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ পূন্নমক ঈরাং-লাঙনরে। অহন ওইবা কাঙলূপ্ন মমৌ ওইগদৌবগী মচা মচাগী মতীক-মগুণ কোন্নবা অয়েকপা মশক থানরক্লে; নহা ওইবা খিবিক্ল তালোয় ওইগদৌবগী মশা মশাগী। নিংথৌ ভীমসেন্সু অরাকপা পূন্নমক মচাদা হেক হেক লাম্থোকই; লাক্লিবশিংদুগী মরক্ত নিষধ-নিংথৌ নলগীশু য়াওরক্লম্মি।

নল মশক হায়নঙাই লৈতনা ফজে; মতৌ তম্নঙাই লৈতনা নীংথি; মহৈশু পানঙাই লৈতনা হে। নুপী-লক্ত দময়ন্তীনা ফম্মিবা ফম্ফম নিপা-লক্ত নলনা ফম্মি। চহী মতাশু দময়ন্তীগা থাংম-নাউমনি। নিংথৌ-নিংথৌমচানুপী অনীসিনা শরুক লাইবক থোক্তুনা পান্নররবদা থাদা রোহিণীনা নিনবগুম থোক্কদৌরিবনি।

অকাবগা অকাবগা অতাবগা অতাবগা খন্নবা মহৌশানি। নিষধগী মপু বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপীনা মাগী লৈমা ওইরবা লাইনীঙ্খি। বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপীশু নিষধ-মপুনা মাগী মপুরোইবা ওইনা ফংজবা লাইনীঙ্খি। চুম্নদা নীংনবা নত্তে; তূম্ব-হিপ্ন,

চাব-থকপা নাইদনা নীংনগ্রবা মনীংনি। মৌবানীনা মথম্মোইগী মথম্মোইনুংদা কৌজবা লাইনা তাবিরে। মৌবানীগী নীংব থুংনজনবা শীনবিগে কুম্নক্লে।

নোংমে নিষধগী কোনুং পুখ্রীদা সনাগী কাঁঙ অমা তাররে। অমনা উরক, অনীনা উরক নিংথৌগী নাকোং য়ৌরে, লেঙথোরক্লে। "মসীদি পাইহনখিবা য়াদ্রে" খল্লদুনা উচেক্তু ফাননবা হোৎনরক্লে নিংথৌ। মহাক্ক লাং হুন্দুনা উপকদৌবগী হোৎনবা উরবদা "নিংথৌ, ঐঙোন্দ লাং হুনগনু; ঐহাক বিদর্ভ-নিংথৌ-মচানুপীদা নপাউ পুবিগে লাকপনি; নংনে নীংজরিবা থুঙ্গনি তাকপীরমগে নঙ্গী পুখ্রীদা তারবনি" হায়রম্লগা নোংথক্ত পাইখৎখরে। কাঁঙনা মীরোল লোনবগী ঙকপনে, মহাক্কী থম্মোইগী মরা খঁঙম্বগী ঙকপনে নিংথৌ তুজুং-খ্যাউ লাউখি। মহাক্ক খোঙ্গুল তারকপদদি কাঁঙদুদি ফনা তাম্লম্লে; উনা উনা লৈচিল মরক্ত চম্খে।

কাঁঙ বিদর্ভ কোনুংদ অমুক চৎলে। লৈমকোনগী পুখ্রীদা মচীঞ্জাক তাশিন্নদুনা অমুক লৈরুরে। দময়ন্তীগী থৌগল লৈশাবীশিংনে উরুদুনা মবেম্মদা হঙ্গৎলুরে। ময়াম লাঙ্গোই চন্দুনা ফানবা থৌরাংলক্লে। "শকহেনবি, ঐবু ফাবা ঙম্মোই, ৱাননবনি। ঐ নিষধ-নিংথৌ নলগী মপাউ পুরকইবনি, নংনে নীংজরিবদো শোয়দনা থুংজগনি, ৱারুগনু," হায়না হায়না ঈশিংদ মশা ফূ নোংথক তম্ন পাইখৎলক্লে। পাইখৎ পাইখৎন "নিষধগী মপুনশু নহাকপু অহিং নুংথিল অনীদা কাউবা লৈতে" হায়রকই। দময়ন্তীশু নলনা ওইবগুম মতু খ্যাউ চুংদুনা অদুম মরেহৌরে। কাঁঙদি উনা উনা নোংদোন লৈচিন্দ অদুম তিনখরে।

হৌজিক্তি ঙাইনরে মতম ৱানা ৱানা নিংথৌশু নিংথৌ মচানুপীশু। লেন্নরে মতম ৱানা ৱানা অনীমক। লৈকা তিন্ন শাৎপ লৈরাং উরুই, মিহৌনে। উকা তিন্ন তোংব চেক্লা থেংনরুই, কম্লক্লে। মখোয় অনীগী মফমদা মিকুপ অমনা পুংফম অমগুম শাংলক্লে। পুংফম অমনা নোংম অমগুম কুইরক্লে। নোংমে অমনা থাবুম অমগুম উইরক্লে। ৱাবগী পম্থেং য়ৌরে। অদুদা কাঁঙগী মৱাদনদি খর-খরদং পোত্থানজৈ।

নীংনজবা থম্মোই অনীনা ৱানা ঙাইনজরিবা নুমিৎ অদো লাক্লে। ভীমসেন মচা থাজরগে নীংলে। অফবা নুমিৎ অমা লেপ্লে। মশানা মবুক্ত তাবা খঞ্জনবা হায়দুনা মতম অদুদা পানবা নিংথৌ পুম্নমক বার্তোন তৌরে। অচৌ-অপিক পুম্নমক্কি। অমত্তফাও চিথদে। মখোয়শু মশক্ত ওইরবস্যু য়েংহৌগে মতাগুম লোইনা অমত্তফাও চিথদনা, বিদর্ভ-কোনুংদ লাক্লে। নিষধগী মপু নলশু য়াওরক্লে। দময়ন্তী মহাক্ক মতম

কুইনা নীংজরক্লবা নৈষধদা লৈ হুক্লে। হৌনবী মতুং ইন্ন মতীক চপচানা চাউনা লুহোংলে। মপুরোইবনা শেল মপাবুংন ইন নিষধ কোনুং য়ৌরে।

নল-দময়ন্তী নীংব থুংনরবদা নুঁঙাইনা পাল্লে। মতম্ন মচা নীপা-নুপী পীনরে। লৈবাক্কী লৈম-নিংথৌ ওইনশু য়ুমগী নুপী-নীপা ওইনশু নুঁঙাইনা লৈতানা পাল্লক্লবদা অকায়বা অমা চঁঙক্লে। মী মানা মানা হৈবা মহৈদা শিগল্লি। থাংদ হৈবনা থাংদ, তাদা হৈবনা তাদা, লিন্দ হৈবনা লিন্দ, শাদা হৈবনা শাদা শোয়নগল্লি। নল চৌবর য়াম্ন হৈ; পামশু য়াম্ন পাম্মি। অদুনা মহাক্কী শিফম অমদি চৌবরনি।

পুষ্কর নলগী মনাওনি। হেক পোক্মিন্নবনি। ময়াম্বুং নিংথৌগী য়াইফবা উবদা কল্লক্লে। মীওইবগী হৌনশা ময়াম্বগী ঈ মখাক্ল মহাক ওইবনি হায়বা কাউথোক্লে। ময়াম্বুংন ফম্মিবা সনা-টাংবল করম্ন মূন্সিগে খল্লক্লে। অসুম অসুম খল্লকপদা নিংথৌনা মতীক মগুণ লৈমনবনা পাবা য়াবা মরম অমত্ত উখিদরে। মশানা হৈনা, পাম্ন শান্নরবা চৌবরদা মায়া তৌবা ঙন্নবদদি থোক্কনি হায়বা উরে। অদুনা নোংমে ময়াম্বুঙ্গী মফমদা চঁঙদুনা "য়াম্বুঙ্গী চৌবর থৌগল অমুক্তুংদ ফংজবা য়ারবদি ....!" হায়দুনা হুঙ্গৎলুরে পুষ্কর। নল জ্ঞান লৈবা ময়াম্বনিনা ইবুঁঙো, শান্নবা হায়বসীদি হূকাবনি, মিকানবনি। কায়নবা য়াদবা অমদি কায়নহৈদবা মশেন শান্নহৈদে।" থেমজিল্লক্লে। মনাওনা ইয়া ময়ারক্তবদা মপোক্ল অশাবা ঈ চেন্নঙাই ফ্রং শাউরক্লে। "ঐগী ইবা মতাদ্রবনিনা নংন নমায় খূরবদি কমদৌবা?" য়েঁঙক্লে শাউনা নিংথৌ। পুষ্কর অদু হায়বদা ঙাইরিবনি। "য়াম্বুঙ্গী থৌগল মতীক চানা তৌজবা ঙন্নবা হোৎনজগনি। লুপাগা লুপাগা, সনাগা সনাগা, হেরা-মণি-মুক্তাগা হেরা-মণি-মুক্তাগা, লমগা লমগা মতীক চানা থৌগল তৌজগনি। লৈবাক থাদোকপা তারক্লবশু নাচুংলুনীঁঙাই থোইনা লৈজদে।" তরাই-তরাই হৌদোং ভক্তিনা হঙ্গৎলক্লে ময়াম্বুং নিংথৌদা পুষ্কর। "ফরে অদুদি" ওক্লম্লগা চৌবরগী ইঙ্গিত তৌরক্লে মনাইশিংদ নিংথৌ।

চৌবর শান্নরে। অশাউবনা মাঙওইনখিবনা হৌজ হৌজ থেম্মাং কয়া পোবদা থংলে; মাঙবদা থংলে। পুষ্কর অচেংব য়েঁঙ-য়েঁঙদুনা, অরৌ লঁঙ-লঁঙদুনা নিংথৌবু পঙশাউদা শাউগৎহল্লে। শাউগৎলবনিনা পোমিৎ উরক্তরে, খূৎহুন য়েঁঙক্তরে নল। পুকৈ খোৎলে, লনগৈ তাক্লে। লৈবাক্ল খাম্বা য়াখিদরে। হায় হায় লাউনরে। লৈমা য়ৌরে; লেঙথোরক্তুনা কয়া হঙ্গৎলে, লৌবা লৈখিদরে নিংথৌ। হূনা লুতোন কুপ খূজিন-থম্বাল শোকথ্রবদা হিদাক করম্বা চঁঙুগনি। হিদাক লোইনা ময়াই চল্লে। লৈবাক্ল খামজ-খামজনা, লৈমনা কপচ-কপচনা থারে নিংথৌ মশাগী খুভম। মাঙলে।

পুষ্কর হৌজিক্তি মচু শেংলক্লে। "য়াম্বুঙ্গী খোঙফম নিষধ-লৈবাক্ত লৈত্রবনিনা লেম্মিঙৌদা লেঙবিহৌবনা ফরগদরা?" থারক্লে ময়াম্বদা লায়না অয়াকপা ৱাহৈ। নল "হাগনু ইবুঁঙো, ইয়াম্ব খঁঙি। ইয়াম্বগী মাঁঙিবসে মপানগী ওইবা লন খরদংদনি। হৌজিক্সু ইপাঙ্গল লৈরি; ইরৌশিং মমদ্রি; ইরিল লেঙদ্রি। ইয়াম্বনা তৌগে হায়রবদি নহাকপুদি হুই-য়েন তানবগুম খুৎলাই অমত্ত য়াওদনা তানবা ঙম্মি। অদুবু, ইখুৎন থাখ্রবা ঐগী ইরল, ইখুভম নহাক্কীনি। অমনা নহাক অসে ইয়াম্বগী ঈ মখাক্ক ওইবনি। মরম অনীসিদগী নহাকপু ঙসি ইয়াম্বনা য়েঁঙম্বনি। নংনশু ফংজরবা ঐনশু থারগদবা পোত্ত করিগী থাংফমদা থাংনোৎলি? তৌফদে লোনচৎ-নাইবা মচানা। অদুগা অসীমশু খঁঙু। ফাঙমদবা শাদা শাগ্রেম্নরুগনু; পাঙমদবা লান্দ লানগ্রেম্নরুগনু; অপঙবনি। নথৱায়দা মাঙদুনা তোক্কনি। ঙসি নলনা ধর্ম্ম-চৎপ নল, অমনা, মনাও খঙব-নল ওইরমদ্রবদা খঞ্জৌ নহাক্ক ফমজগনি নীক্রিবা সনা টাংবল ফম্ব ঙম্মমগদরা? অমত্তংদগা তাহৌখো। নঙ্গীশু ঐগীশু বৈরসেনি হায়বা মিংফমদি মুৎপা খক য়ারোই। ঙসি বৈরসেনি অনী কায়নদুনা পাবুং নিংথৌ চিংথরে। নংন লৈবাক পুবা হৈতদুনা অমুক্ক পাবুং চিংথবদি তৌগনু। লৈহৌরো।" হায়না মনাও ৱারকপীরম্লগা লৈমকোল তম্লক্লে।

লৈমা দময়ন্তী মতম্মু মশক নীংথিনা খঙবী নুপীনি। নৈষধগুম্ব নিংথৌনা বুদ্ধি চোইবা উরকপদা মতম্ন চক্রি হৌরে হায়বা উখি। তারক্কদৌবা ফিভম মাঙজৌননা খঁঙবনা মচা-ইবুঁঙো-ইবেম্ম অনীমক লৈমনাই অচানবগী মখুত্ত শিন্নদুনা হান্ন তম্পাক-য়ুম য়ৌহনখ্রবনি। মশাদা কোম্ন মপুরোইবগী থৌগল ঙাইদুনা লৈরবনি। নিংথৌ লেঙশিল্লকপা উরবদা ভক্তি কৎন কৎন "ঐ সনা থৌগল লোইজরে" হঙ্গৎলক্লে। "নচা-ইবুঁঙো-ইবেম্ম অনীশু বিদর্ভ কোনুং য়ৌখরে সনা পুক্কীং লাঙবিরুদবা য়ারগনি।" তাথরক্লে মতোম্মু। লৈমগী নীংথিবা মপাউ তাবদা ঙহাক ৱারবা খোঙফমদা অৱাবা পোকথোকপা ফংজৈ নিংথৌ। "নপাউখোন থুম্লবী নিংথিবী! শিদয়াইনা থৱায় পীনবগুম নঙ্গী নুঙাইবা নপাউনা নল ঐগী থৱায় পীনরে। ইচা অনীগী ৱা তাবদা ঈংলে। ঐগীদি ঐনা থাকচরুরবা লাংনি; ইশাগী ইরান্নংনি। মী পুন্নমক মশা মশানা লঙজরুবা থবক্কী মহৈ অদুম মশা মশানা মচানজবনি। ঐ নংফম থোকই। নোংম-নীনি মতমগী চক্রি লম্লক্ত খাঁঙুখিগে। ঐগী ইহাকথং নংন ৱাবদি চুমদে। মনুং অসী পাবুং নিংথৌগী বিদর্ভ-কোনুংদ লৈরম্মু। মতম্ন খরদং হেক ফরকপদা ঐ নহাক্ক উন্নরগনি; ইচা অনী য়েঁঙগনি।" তাক্রক্লে য়াথং লৈমদা নিংথৌ। "নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি মপুরোইবা কায়নবদনা অৱাবনি। মপুরোইবনা

মাঙদদবু থাজবা ফংলবদি অৱাবা লৈতে। অদুগা অমনা, ইপুরোইবনা সনা-টাংবল লাঁঙিঙৈ নাপ্প য়াজরবী দময়ন্তী ঙসি উরু ফম্বৈনবদগু নাপ্প অদুম ময়াজগনি। নুপী ওইবী দময়ন্তীগী ধর্ম্মগী খোঙফমদা খুরৌ থাংবিগনু। লেঁঙসি থৌগল লোইজরবনি।" হঙ্গৎলক্লে মপুরোইবদা সতী।

লৈমা-নিংথৌ অনীমক কোনুং থাদোক্লে। তমথীরবা পুষ্করনা লৈচিন্দ তেন কাপখিবনা মথৱায় মঙামক য়াওনা নুংশিজরবা মীকোক অনীদুনা অনীগুবা ফি য়াওদনা লমশাং চৎলকপদা লৈবাক কনামতনা ঈশিং খুয়া অমত্তং ওকপা ঙম্নখিদরে। পুক্ত চাক চখোম অম তাদ, ঈশিং খুয়া অম থক্ত বনগী খোঙফম তাল্লক্লে মতম্ন খুভম মুনবিরবা নিষধগী মবুঁঙো-মবেম্ম অনীদো। ঙসাইদা সনা-টাংবন লাঁঙম্ব নল নিংথৌ, টাংবন-নাপ্প-য়ারম্বী লৈমা দময়ন্তী কায়দোং লৈতবা উচেক্কী পাঙ্খক ওইরে। অমুক করি ওইগদৌরি! কনানা করি হায়রুবা ঙমগনি! চৎলক্লে, অসুম অসুম চৎলক্লে। অহিং নাইদে, নুংথিল খায়দে, পোখাবা লৈতনা চৎলক্লে। পোখাফমগু লৈতে। করিনা! অনীদুনা পন্মাংদ ঙহাক্তং পল্লম্বদা খুঙ্গংদু'ম তুম্ন মাঙ্গদৌরিবনি। ফৎত্রবা পুষ্করগী য়াথংনি।

বন য়ৌরে। নুমিৎ তরেৎনীগী মতুংদনি। লৈম দময়ন্তী য়াম্ফক তাখরে। অদুবু উখোঙদা ঙানা ঙানা "সনা হকচাং য়াম্ন ৱাররিগনি, ঐগী তম্বাক্তা মোন খাঙদুনা ঙহাক্তং পোখাবিখিসে। হৌজিক্তি বন য়ৌরবনিনা ইপু-নাই ইনীং তম্ন পাঙ্গবা য়ারগনি!" হায়না হঙ্গৎলক্লে মপুরোইবদা চোকথরবা মিৎফম্ন য়েঁঙদুনা সতী। নিংথৌ লৈমগী প্রেম উবদা অৱাবা পূম্নমক কোকখি। অঙকপগা নুংশিবগা অনীনা ফুম্বংনখিবনা ৱাদি অমত্ত ঙাংদে; মুম্ন, চিংনে য়েংদুনা লৈখি সতীগী মায়থোং। দময়ন্তীদি ৱা মতোন অতে তারম্ব ঙমদনা অদুম খঙহৌদনা উইথখরে। "লৈমনা ঙহাক্তং পোথারিঙৈসীদা মশাগী অরাম-খৌরাংব ঙাকচনবা অফংব খরদং থিবিহৌরুখিগে" নীং ময়া অদুৱাইদা করি করি লৈবগে য়েঁঙকই নিংথৌ। উচেক শঙ্খ অমা মচীঞ্জাক তাদুনা লৈবা উরে। অম-নীদং ফাবা ঙম্বরা য়েঙ্গে নীংলে। মখূত্তদি করিশু য়াওদে। কোয়েং য়েঁঙকপদশু করিগুম্ব অমত্ত তাখিদরে। তৌনীঁঙাই অতে উখিদ্রদুনা মশা কুপ্নরিবা ফি লৌথোক্লে। উচেক তমদুনা লাং হুনবদৌনা হুল্লক্লে। অঙকপনি মতম্ন য়েরুবিরবা মীগী ফিভম! উচেক্সিং অদুনা পাইবদা অমত্ত ঙাইরবা ফিদুদুম চেন্নখ্রে। নল অকোকপদা কোড়েক মাঙলে। পূম্মম মমখিদুনা চপ যুঙ্খরে। দময়ন্তী ঙহাক তুমথরুবদগী নুংশা থিবগা লোয়ননা হৌগত্তুনা য়েঁঙকপদা উরে। মপুরোইবগী অৱাবা উবদা মিৎস্না থম্বাল অনীদা মপি তরং তরং শিম্বরক্লে। তুমিন, করিগুম্ব

অমত্ত ঙাংদনা মশাগী ফি তম্খাই অমা হাইদোক্কুনা মশা কুপ্সিনবিরে। ফি অমত্তনা ফিরোয়নদুনা কোয়রক্লে লৈম-নিংথৌ অনীদো বনগী লমদম। চাক্কী ঈশিঙ্গী হকচাংনি; কয়াবু কুইনা খাঙ্গনি। খোঙ থাংবে য়ানরক্তরে; হাইথনরক্লে লৈমায়-থক্ত। দময়ন্তী ফি অমত্তনা ফিরোয়নরবনা মপুরোইবনা মাখিবা য়াররোই খল্লুবনা লৈতানা তুমথোকখরে। নলদি ৱাখনগী চাংজৌ ফম্খিদবনা মিৎ উইশিনবা য়াখিদরে। "ঐগা চেন্নদুনা লৈরবদি দময়ন্তীসী য়াম্ন ৱাবা তারে। ৱাবদা নত্তনা চাদ-থক্তবনা শিবা তারে। লোম্ন হুন্দোক্লম্ব নত্তনা মহাকপু নীংথিনা থাদোকপদি য়াররোই। ঐনা থাদোক্লম্মবদি ঐগী দমক্ত অমদি পীক্লিবা মচা অনীগী দমক্ত মশা হিংনবা হোৎনগনি নীঁঙি। অদূনদি থাদোক্লম্মগে।" খল্লক্লে। খন্দি খল্লগা ঙমদ্রে। করিনা! শেৎমিন্নরিবা ফি অদূ ছেৎপদা শোয়দনা তাগদৌরি। অদূনা তোকপদা তাদুনা লৈরে। অদূদা মতম্ন মহাকপু লাক্লবা পেল্লমদ্রমাক্লে! সতীগী মনাক্তগী চিংথোক্তবদি মখুৎ পেন্ন চৈ থাবা য়াররোই খল্লুরবরা! মনাক্ত থাং অমা তাবা উহল্লে। অদূ উবদা নুঁঙাইবনা লোইরে নিংথৌ। থাং তনখুন খূন্দুনা ফি কক্লক্লে। কক্ল কক্ল "নংনা মিকপ থোরকপা মতমদা ঐবু তমথি হায়না খনবা য়াই। অদূবু তমথিবা শাজৎ অসীনা নঙ্গী নথৱায় কনবা য়াববরা য়েঁঙগে তমথিরবনিকো সতি!" দময়ন্তী য়েং শিন্থক্লে তরং মিৎলু অনীদা অতৎ-অখম লৈতনা। কককপা লোইরে। "নঙ্গী ধর্ম্মনা নংবু ঙাকপা ওইসনুকো!" হায়রম্লগা থাংলক্লে নল ৱারবা খোঙফম। খরা থাংদোক্লুরগা অমুক নীঁঙম্মক্তরে, হঞ্জিল্লি। হৌজ থেঙ্খাং কয়ারক্লি অসুম তৌবা নিংথৌনা। অদূবু মতম্ন মহাক্কী তমথিরবা খুবাংন চেৎন পায় লাক্কুনা চিঙকপদা চত্তবা ঙম্ফম করি লৈ! হুন্দোক্লম্মে দময়ন্তী শুক্লবা বন্দ মথন্দ; চৎখরে নল বন্দ মশাগী মখৈদা।

দময়ন্তী মিকপ থোক্লক্লে। মপুরোইবা উদরে। তৌরম্মিবা ফিভম অদূনা মাখে হায়বা খঙলে। পাখৎলে, অঙাওবীগী পান্দম ওইরে। কোয়জেন চেন্দুনা মপুরোইবা থিরক্লে; পোত্থাবা লৈতনা কোয়কৌ কৌরক্লে। সতীগী ৱারবা খোনফম লোক্ত, তায়দা, চীংদ, মান্দ য়ৈদুনা অদুম মতোক্লে। খুল্লকপা তৌদরে নৈষধনদি। ৱারবা, মিপাইরবা খোঙফম্ন বনগী লমতূপ লমতূপ লাল্লকপদা অৱাবা তমথিবা কয়া থেংনরে। শক্তম নীংথিবা নুপী ওইবীশিঙ্গী মরন্নি। মতম্ন য়েক্লবশু ওই! ফজবী দময়ন্তী ঙসি মশাগী ফজবা শকফম্ন য়েক্লরে। মহাক উবদা বনগী শাদানবা অমা ঙাওদুনা ফূজিল্লক্লে। মহাক্কী মওং উবদা ওইরগদৌরিবা ফিভম খঙলে সতী। করি গতি লৈত্রদুনা ধর্ম্ম নীংসং শাদানবগী মায়োক য়ারে। ধর্ম্মগী গুণ্ন ঙসি দময়ন্তী নোংশা অমোম্নি। নোংশা অমোমদা হুইথৌ লাবনা করি দৌনি! শাদানবা মায়থীরে।

অসীদা নত্তে; লাইরেন কয়া, শা কয়া বম্নুংদ থেংনরে। মৈনা পাইশিল্লকপা মৈরাম্বী মখৈ চাকথেকপগুম সতী ধর্ম্মগী গুন্ন চাকথেক্লক্লে। চৎলক্লে, কোয়রক্লে অসুম অসুম দময়ন্তী মথন্দ খোঙফম খুদিং অৱাবা, অকিবা খোঙথেং-খোঙথেংননা শুক্লবা বন্দ। মমৈথংদ লপ্লোনবা চৎপ কাঙবু অমা থেংনরে। মখোইগী মতুং ইঞ্জদুনা চেদি লৈবাক য়ৌরে। লৈবাক অমদি মফংলে; মীরম্লেন্দি ময়ৌরে; তৌফমদি খঙদে। কোনুং চঙদুনা নিংথেম্নুবী ওইবা নত্তনা তৌনীঁঙাই লৈত্রে; ওইরে। নৈষধগী লৈমা, বিদর্ভ-নিংথৌমচানুপী দময়ন্তী মতম্ন চেদি কোনুংদ নিংথেম্নুবী ওইরে। নিষধ মপু নলশু তানফম অসীমক্তদা অযোধ্যাগী মপু ঋতুপর্ণগী সাথৌবা ওইরে। অঙকপনি মতমগী মিৎলৈ! নল-দময়ন্তী সনা-টাংবন্দগী কুম বাহুক-সৈরিন্ধ্রী হায়না তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্ত নাইফম চঙদুনা ৱানা লেন্নরক্লে।

বিদর্ভরোমদা লৈম-নিংথৌ অনীগী খুভম কায়বা পাউ তারে। ভীমসেন নিংথৌ ৱাব পঙ্হেংলে। মচাগা মমাক্ত অনীবু মশাগী কোনুংদ পুরক্লবা মী থাবদা খোঙ্গুল মুৎখিবদগী লেম্ন হল্লক্লরে। অদুদগীদি মায়গৈ নীপান্দ মশীং নাইদনা মী থাদুনা থিহল্লক্লে। দময়ন্তীবুদি চেদি লৈবাক্ত ফংলে; নলবুদি ফংদ্রে।

লৈমা দময়ন্তী মপাবুঙ্গী কোনুং য়ৌরে; মচাইবুঙো-ইবেম্ম অনী উন্নরে। অৱাবা কোঙ্গায় অমদি শেনফরে। নুঁঙাইবগী শরুক্তি য়াওদে। মপুরোইবগা ছেৎনরকপা ফি অদুদগী হেন্ন মশাদা ফিথোংদে। বনগী খোঙফমদা চামিন্নখিবা উহৈ-ৱাহৈ অদুদগী হেন্দোকপা য়াতোন তংদে। লৈমায়থক্ত মখুৎ মোনখাংনদুনা পোত্থাবদগী হেন্ন-কোনুঙ্গী মোন্দুম-মোন্দেক শোক্লরুদে। হৈকোন অচীকপা লৈকোন মীতাদবদা চীক্ল চীক্ল কপ্পি। মিৎস্না অনীদা পিনা অতৎ-অখম লৈতে। নোংম নোংমগী কংশিল্লকপনা শরুদা উন্দনা কুপ্লে। বিদর্ভ-নিংথৌ মথৱায় পুবা ঙস্মক্তরে। মমা ওইবী লৈমগীদি করি হায়রুগনি! লৈম-নিংথৌ অনীমক অঙাওবা সারে। করম্ন নল ফঙ্গদগে হোৎনবদনা মখোয়গী মথৌ ওইরে। অদুবু ফংনবদি মরৈখিদ্রে। মচাগী ৱাখিবনা চাদ্রে, থক্তে, তুমদ্রে, করিগুম্ব নুঁঙাইবগী ৱাখন অমত্ত তৌখিদ্রে। মী মনম মনম থোমজিন্দূনা থিরকপদা ফংবা মরৈখিদ্রে। মমৈথংদ তৌনীঁঙাই মরৈশিল্লক্লবদা "ইপাগী ইবেম্ম, ইপা গতি লৈত্রে। নঁঙোন্দ হায়গদৌবা হায়ববু নপুরোইবনা করিগুম্ব হল্লকপা থোক্লবদা উন্নদুনা ঈংজনবা, অদুগা অমনা মপা কায়নবগী মৈশা-লাঁঙবা নচা অনীদা মমা খাইনবগী মৈচাক হাপ্তনবা নশাগী খরদং য়েঁঙু অসী মঙায়রে। অমুক অমনা ইপানা থারীবা মীথিত্ত মী থোমজীন্দুনা নবুক থুংনবা তৌজৌ। ইপাগী হায়নীঁঙাই অতৈ লৈত্রে।" তাক্লক্লে য়াথং বিদর্ভ-নিংথৌ।

মপুরোইববু তরাই তরাই ফঙ্গনি হায়বা উদ্রে সতী। মথম্মোইগী মপাওখোন্ন মথৱায় ওইবা মহাকপু থিরগে নীংলে। পাউতপল্লক্রে শৈরেং সা অচৎপ মীপূম থীৎন ৱারবা থম্মোইগী মপাউখোল। শক্লক্রে লৈবাক খূদিং, কোনুং খূদিং, কৈথেন খূদিং, মীতিনফম খূদিং বিদর্ভগী দূতশিং

কৈদা চাক্তারি নুংশিবা চেক্লা,
চরৈ তম্খাই চেন পাইখিবা থৱায়!
হল্লক্লোগবা নুজাগী ইফম,
মুৎলরোগবা থম্মোইগী মৈচাক!

পুখি অসূম অৱাবা কোকথোং মপুরোইবগী; লীখি অসূম মহাক্কী খোঙ্গূল মপুরোইব-নীংবী

**দময়ন্তী।**

**তাকখি ভারত-লৈমরোন্দ**

**মপুরোইব-নীংবদনা ধর্ম্মনি নুপী ওইবিগী।**

# দ্রৌপদী

উত্তর প্রদেশকী রোহিলখণ্ড মশাং অসী থায়নঙেদা পঞ্চাল কৌনৈ। কোনুংন হৌজিক বেরিলি লৈরিবা মপাসীনি। অহিচ্ছত্রা কৌই। কোনুং অসীদা পানখিবা নিংথৌশিংবু লৈবাক্কী মমিংদগী পাঞ্চাল হায়না খঙনৈ। পাঞ্চালশিঙ্গী মরক্ত দ্রুপদনা ইফাও-ফাওই। নিংথৌ অসী মহৈ হৈ; মরল লৈ; খুৎ কল্লি; ধর্ম্মশু চৎলি। অফবদা অফবা চঙবা মহৌশানি। লাইনা অফবা মচা পীনৈ। অনীনি। অমনা নীপানি, ধৃষ্টদ্যুম্ন কৌই। অদুগা অমনা নুপীনি। মপানিংথৌনা যজ্ঞ কচ্চমন ফংজবনি হাযদুনা যাজ্ঞসেনী থোঞ্জে। কুচুনা মৃরৈনবা মণি ঙমজনঙাই কৃষ্ণাশু কৌজৈ। লৈবাক্কদি মপানিংথৌগী মিংফমদগী দ্রৌপদী কৌনৈ। ফাওবসু মিংফম অসীনা অদুম মফাওখি।

দ্রৌপদী লাইপোক্লি। মশক্ত উমানি, মতৌদ সাবিত্রীনি, মগুণনা গায়ত্রীনি। মলয়গী চীংলাইবক্ত হৌবা চন্দনগী মগুন্ন জগৎ শীনবগুম মহাক্কী মগুণ মায়গৈ নীপাল শীল্লক্লে। নিংথৌ ওইবা পুম্নমক ঈরাং-লাঙনরক্লে। লৈবাক লৈবাক্তগী হায়বা লাক্লবনা ঈচাউগী ঈশিং হাজিল্লকপদু মঙায়রে। ওকপা ঙমশিল্লক্তরে দ্রুপদ নিংথৌ। নিংথৌসীনা মচা থাজজগে নীংবদি পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুন্দনি। অদুদা কোনুং চাকপদা মৈনুংদ মচীন্মনাওশিঙ্গা য়াওখরে হায়বা পাউ অমা থোকপদগী তৌফম খঙদরে। মমৈ-থংদ শিদে, নাথুপ্তুনা লৈখিবনি হায়বা মীনা অসুম পঁঙাং ঙাংনবা অমশু তারক্লে। অদুদগীদি অর্জ্জুন শিরমদবা থোক্লবদি চোংথোরক্লবা হায়দুনা লম্বী অমা য়াল্লক্লে।

রাধাচক্র অমা সারে। মখোঙনা নোংদোন খেৎলি। মতোন্দ উচেক অমা তৌঙি। মরক্ত চক্র অমা পাল্লি। চক্র অদুগী মচীন্দ তেন্দ লিৎপ য়াবা অহোবা অমা থম্মি। চক্র অদুনা লৈরক-লৈরকপদা উচেক অদুগী মঙক মপাদা অহোবদু হেক হেক তাহল্লি। মখোঙদনা ঈশিং থম্মি। মশক্লাইবা থাঁঙমদ্রবা, মুকঙমদ্রবা লীরুং অমা তেঞ্জে মঙাগা কোন্নবা লাঁঙি। লীরুং অদু লীরি পাল্লগা ঈশিংদ তাপা মমি য়েংদুনা মথক্কী উচেক অদ কক্কদোবা চক্রনি। চক্র অসী লাঙবা লোইরবদা রাধাচক্র কাপ্প

ঙম্ব মীদা দ্রৌপদী থাজগনি হায়বা পাউগা লোয়ননা লৈবাক লৈবাক খূদিংদ বার্ত্তোন চৎলে।

লাক্লরে নিংথৌ ময়াম। মাগী মাগী মতীক মগুণগী মতুংইন্ন স্বয়ম্বর সভাদা ফম্নরে। নিংথৌ অমদি অঙম্বশিঙ্গী মশাদা পকপা হীরা-মণি-মুক্তাদগী মঙান্ন লুহোংব মগুপ অদু ঙাঁঙ্গ্রানন পূমঙান ঙানখরে। অয়ুক্কী ঙাঁঙ্গ্রানবা নুমিৎনা মশক শক্লোন লীশিং লীশিং পুথোক্নুনা ঙাল্লবদু মঙায়খরে। 'নিংথৌ পূন্নমক তাবিসি, ঐনা সাজরিবা রাধাচক্র অসী থমজরিবা লীরুং-তেন অসীনা কাপ্প ঙম্বদা ঐগী ইচা কচ্চগে নীংজরি। চানবিবা নিংথৌশিংন লেঙশিন্দূনা য়েংবিবা য়াগনি।' লাউথোক্লে দ্রুপদ নিংথৌ। নিংথৌ পূন্নমক চঙলে; মমায় খূরে। অঙম্ব অথৌবা পূন্নমক য়েংনরে; মমায় থীরে। পূন্নমক শাউনরক্লে, মায়াগী চক্রনি হায়নরক্লে। দ্রুপদ নিংথৌ মচা থাজবগী নুঁঙাইবা ফঙ্গবরা হায়ববু অবাবদুম লঙবা থোক্কদৌরে। মমৈথংদদি 'ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র হায়বা য়েংবিরনু; ঙম্বদবু ঙম্মবদি ইচা হেক্ত কচ্চরগনি; য়েংবিরো।' লাউথোরক্লে নিংথৌ। অদু তাবদা ব্রাহ্মণ মরক্ত ব্রাহ্মণ সাদুনা লোৎলম্ব অর্জ্জুন চোংথোরক্লে। মীনা থাঁঙমদ্রবা লীরুং মখূৎ ওয়না অরাক তম্ন পায়খৎলে। য়েৎন লীরি তাপ লৌ মুকঙমদ্রবা লীরুং শুগু মুক্তুনা লীরি পাল্লে। অদু উবদা তিল্লিবা পূন্নমক ঙকপনা নুংবংনখি। লীরি পানবা লোইরবদা লীরি থং থং কাপ্তুনা য়েঁঙম্মগা তেন অমা তাপ খূনগত্তুনা ঈশিংদ চক্রগী মমি য়েঁঙক্লে। খুকউ নামনা লৈদা তা, খুকউ নামনা পাম্বোম শৌ, মিৎফম্ন ঈশিংদ থম চক্রগী খোঙলৈ ফা, মখূৎ অনীনা লীরুং থক্ক-খাগ চিং থারক্লে তেন অর্জ্জুন। তেন্ন শৎ হাইগৎখিদুনা চক্রগী অহোবদা শ্রেং লিখৎখি উচেক্কী মঙক কক্কুনা থাধরে। দ্রুপদগী নুঁঙাইবা করি অমুক হায়রুগনি! মানা নীংজরিবা অর্জ্জুনদুমক্লি নীখ্খি। হরাউনা কৃষ্ণা পুশিল্লক্লে। তাঙ্গা অসীদা নিংথৌশিংন লান হৌরক্লে। অঙকপা অকিবা লান অমা থোক্লরে। থোকচৈ হায়বদূমঙাই। ভীমার্জ্জুনগী মমাঙদা কনা লেপকনি। মচীন্মনাওনা থাংজপ্পদুনা মিহৌবদগী ইকাইবা খঙদ্রবা নিংথৌশিং লোইনা তকথোক্লক্লে। মতুঙ্গী নুমিত্ত দ্রৌপদী কুন্তীগী ময়াথংদগী মচীন মনাও মঙাদা লুহোংলে।

অর্জ্জুন মচীন্মনাও মঙাগী য়াইমনি। মথক্ত যুধিস্থিরগা ভীমগা লৈ। মখাদনা নকুলগা সহদেবগনি। মখোয় মঙাসী হস্তিনাপুরগী চন্দ্রবংশগী পাণ্ডু নিংথৌনা পোকপনি। মপাবুং নিংথৌনা ঙস্তা থুপখিবদগী মপন্নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা য়োকই। মখোয়না মপাঙ্গল চাউজরক্লবদা মবুধৌ ভীষ্মগী য়াথংদগী মপন্নিংথৌনা ইন্দ্রপ্রস্থাদা খুভম সেম্খি। মখোয়নদি লাইপোক ঙাক্ত ওইনা তৌবা, পানবদা ইয়া-দ-য়াদবদগী

মপন্নিংথৌনা পোকপা দুর্যোধন্নচিংব মচীন্মনাও চামনা য়াম্ন য়েংথি। অঙাং ওইনরিঁঙেদগী হৌনা চামসীনা মঙাসীগী মাঙননবদা মশীল্লকই। অদুদা লাইনা য়োকপা মচাঙাক্ত ওইনা তৌদুনা হৌজ থেঙ্খাং থেঙ্খাং হিঁঙক্লবনি। অদূমক্তদা তমথীরবা দুর্যোধন্ন লেপ্প লৈতে। মখোয়না হস্তিনাপুরদগী ইন্দ্রপ্রস্থদা হোংদোক্তুনা লৈজরবা মতমদা অহিংদ কোনুং মৈ থাবীরে। মৈনুংদগী মচীন্মনাও মঙা মমা লৈমা পুদুনা চেল্লকখি। পঞ্চালগী লমখৈদা লৈবা একচক্র হায়বা খুঙ্গং অমদা নাথৈদুনা থুপ্তুনা লৈরিঁঙেদা দ্রৌপদী স্বয়ম্বর তৌরক্তুনা য়াওররিবসীনি। অর্জ্জুন্ন লক্ষ্য করুবদা নিংথৌশিংন হৌরক্তুনা কাঙ্খোং চাইখিবদগী মচীন্মনাও মঙানা দ্রুপদ নিংথৌ উন্নরমদনা দ্রৌপদী পূদুনা একচক্রদা হল্লকখি। মনাওনা মহৈগী মপান্ন ভারতকী নিংথৌ পুন্নমকপু মায়থিবা পীখিবা অমদি জগত্ত তাঙলবী নীংথিবী দ্রৌপদীবু ফঁঙকপদুদা হরাউজরবা যুধিস্থিরনা "ইমা ঙসি ঐখোয়দি নীংথিরবা পোৎ অমা ফঁঙকই" হায়না মমা লৈমদা হেক হায়রুরে। লৈমা কুন্তীনদি মমৌ পুরকপগী ৱাখন্দি তৌরুদবনিনা "ফরেদা ইচাশা, ইমাদি নখোয়বু ওক্লনবা পোৎলম অমত্ত থম্ব ঙম্মৌদ্রে। নচীন্ননাও নখোয় মঙা অদুম য়েন্নদুনা চামিন্নরো।" য়াথং কোক তাকথোক্লক্লে। "অচাপোৎ নত্তে ইমা, ঙসি ইনাও অর্জ্জুন্ন ভারতকী নিংথৌ অমদি অথৌবশিংন কাপ্প ঙম্নদ্রবা রাধাচক্র কাপ্তুনা দ্রুপদ-নিংথৌগী মচানুপী যাজ্ঞসেনী ফঁঙকপগী ৱানিনে। অদুদগী অমনা, নিংথৌ ময়াম্ন লাহৌরকপদা য়াইমগা মচীন্মনাওনা শামুনা লফু নৈহৎপদৌনা লোইনা নৈহৎখ্রবনি। ঐখোয় অহুম অমদি ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিসিং শেন্নদুনা অদুম লৈরবনি। মৌবানীদনা অদুম লোইশিনখ্রবনি। ইমা, ঐহাক্সে লাইবক ফৈদকো!" মতোন তাথরকই যুধিস্থির। কুন্তী মরু থোক লুকই। "ঙসি ইচাশিঙ্গী মঙ্গলগী পাউ তাবদা ইমা হায়নঙাই লৈতনা নুঁঙাইখ্রে। অদুদা ইমাবু অৱাবা অমা লৈরে। নখোয়নদি হান্ন তাক্তবনিনা ইমানদি য়েন্নদুনা চামিন্নৌ হায়দোকখরে ...।" তাক্লক্লে য়াথং লৈমা কুন্তী। মমাগী ৱা তাবদা অর্জ্জুন নত্তনা অতৈ মচীন্মনাও মরি মরু থোক থোক লুক্লখরে। অর্জ্জুন "ইমা করিগী ৱারি? ঐখোয় ইচীন-ইনাও মঙানা ঙসি ফাওবদা ইমাগী য়াথং অমত্ত হিক্তোক্লক্ত্রি। যাজ্ঞসেনী ইচীন-ইনাও মঙাগী সেবা তৌনগনি। জগৎন হায়নীংমখৈ হায়জসনু; ঐখোয়গীদি ইমাগী য়াথং লৈবাক তাহন্দবদনা ধর্ম্মনি।" খুম্লক্লে। "ইমামুক য়াইফবী জগত্ত কনা লৈ!" হায়না হায়না মচাবু মকোক্ত নুংশিনা নাল্লক্লে কুন্তী। "ইমা, নংন সেবা তৌগদৌরিবা মঙাসে, নংদি শকখঙলরোই, পাণ্ডব মঙানি। কায়নখ্রবা রাজলক্ষ্মী ঙসি ইমা নং ওইনা লাক্লে। ইচাশিঙ্গী খুভম হজ্জিল্লগনি হায়বা উরে।" হায়না হায়না

মমৌবু কোন্সিনবিরে। কৃষ্ণা পঞ্চপাণ্ডবনি খঙলবদা হায়নঙাই লৈতনা থম্মোইদা নুঁঙাইজখি। অঙকপা মমা মনীংনি পাণ্ডব মঙাগী! নিংথৌনা খোঙ্গুল লীরক্লবদা পুম্নমক কোনুং কারে। মরী-মখোঙ শেংদোক্লরে। দ্রুপদ-নিংথৌ মনীং থুংজরে, নুঁঙাইজরে। মমাগী য়াথং নিংথৌদা লোইনা হোদোক্লরে। মচীম্মনাও মঙামক্ত কৃষ্ণা লুহোংনবগী হায়নরে। নিংথৌশু মুনি-ঋষিশিঙ্গী মরাদগী য়ারে। অদুনা মঙামক্ত দ্রৌপদী লুহোংনররিবদুনি।

'পাণ্ডব মঙা শিরমদ্রে। হন্দক লক্ষ্য ককপদো অর্জ্জুন ওইরম্মে। নিংথৌ ময়াম তকখায়বদুনা ময়াম্ব ভীম ওইরম্মে। প্রজা ময়াম শেন্নবদুনা মচীম্মনাও অতৈ ওইরম্মে।' হায়বা পাউ অসী ঙহাক্কী মনুংদ পঞ্চাল শীনখরে। হস্তিনাপুরদশু থুরেম্মখৈ য়ৌখরে। ভীষ্ম-দ্রোন্নচিংব লাই-গুরুশিঙ্গী ময়াথংদগী ধৃতরাষ্ট্র মনাও বিদুর থারক্লুনা মঙা কৌররে। মঙাশু কৃষ্ণা-কুন্তী লোয়ননা ইন্দ্রপ্রস্থ হঞ্জিল্লে। কোনুং নৌনা সাগৎলে। কোনুং সাবদা মপা লৈত্রবা ময়দানবনা হৈজবমখৈ থাক্লনা সাখিবদগী ইন্দ্রপ্রস্থ অমরাবতীগী মায়খূভম ওইরে। চন্দ্রবংশগী নিংথৌরেঙ্গিংন মথং মথং কুইনা পাল্লকপদগী নীংথিব-ফজবদনা তিল্লবা, ভারতকী কোনুংশিঙ্গীদা নত্তনা পৃথ্বীগী পুম্নমক্কী মায়থীফম ওইরবা হস্তিনাপুর য়েংব য়াখিদরে। মঙানা শিরমদবগী নুঁঙাইতবনে য়ুমজাও লাইরেম্মগী মশক্লক ওইরবী দ্রৌপদী ফম্বিবগী কল্লকপনে, কোনুংন তানঙমদনা ফজখিবনে দুর্যোধন লৈফম খঙদ্রে। মহাক্ল লৈফম খঙদদুনা লৈরিঙৈ অসীদা মঙা রাজ-সূয় যজ্ঞশু তৌথোকখ্রে। ভারতকী নিংথৌশিংদনা নত্তনা পৃথ্বীগী পুম্নমক্ল ঈশিং হৈদুনা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী খুভমসু কাথোকখ্রে। দুর্যোধন লৈবা পুমঙম ঙমদ্রে; অঙাওবা হায়বদো পুমওই ওইরে। 'করম্ন পাণ্ডব মাঙহনগদগে! ' হায়বা ৱাখল্সীদনা মহাক্কী লাইনীং ওইরে। চাফম খঙদে, থকফম খঙদে; মহাক্কী মশাদা নুঁঙাইফম অমত্ত খঙদে। মশক ওল্লে, মচু শংলে। মথন্দ মুরুম মুরুম 'পাণ্ডব', নখোয়বু করি নুমিৎ থাদা ...।' সোন্দুনদা লৈরে। মহাক্কী মতৌ উবদা কর্ণ-শকুনি অনী ৱাবা লোইরে। ৱায় হায়দুনা কৈদৌনি! মখোয়না পাণ্ডব লোইরুবা ঙম্বদি নত্তে। ফোংনদি থল্লদুনা অরোনবা লম্বীনা হৌজ কয়া কয়া মাঙননবা হোৎনবদা ঙম্মক্তবনি। অদুনা চৌবরদা মায়া তৌদুনা হাৎলসি লেপ্নরে। মায়া চৌবর লাঁঙে। মখোয়গী শীন্নবা-খোৎনবা পুল্লোই লোইরবদা যুধিষ্ঠিরদা চৌবর শীঁঙুরে। চুম্ন নুঁঙাইনসি হায়রিবনি হায়বা ৱাখন্দ যুধিষ্ঠিরসু হরাউ-হরাউ অদুম ময়ারক্লে। অঙকপনি ফজবা পুকচেন! ফত্তবনা অফ সাদুনা হৌজ হৌজ হাৎলবমক্তদশু ফত্তে কৌবদা খনবা ঙমদে। দুর্যোধন মচিনঙৈদগী পাণ্ডবকী মাঙননবদা শীল্লক্লবনি। হ পীজদুনা

হাৎননবা থৌরাঁঙি; য়ুম মৈ চুদুনা লোইশিন্নবা হোৎনৈ। মহাক্ক তৌদবা করি লৈখরে! অদুবু যুধিষ্ঠির মহাকপু ফত্তে হায়বা খন্দে। করম্নদি খল্লুগনি! নুমিৎন অমম্ব মশক খঙবরা!

চৌবর শান্নরে। অপৈবা অচুম্বগী খুদি থীফম্নি। অচুম্বনা খুদি অসুম অসুম হঞ্জিল থীজিল্লকপদা মমৈদ মমৈদা অপৈবা মশা চেন্নরকপদনি। যুধিষ্ঠির অচুম্ব চৎপ নীপানি। অপৈবা চৎপা দুর্যোধনগী মফমদা খুদি করি চাদনীঁঙাই লৈ! খুদি চারে। চুন্নগী মচা নত্তে, পুমহ হুবনি। লনকৈ তক্রে; পুকৈ তাক্রে; খুভম মুৎলে। অদুদগু নৎত্রি; মনাও মরি চৎলে; দ্রৌপদী মাঙলে। মশামক্ক্তু ইল্লে। ফত্তবা মহৈ হৈরুবগী নংফম থোকপা অয়ৌবী নংলে। ধৃতরাষ্ট্রগী সভাদা অচুম-অরাল অনী রাখৎনরে। চৈ তোয়না তোয়না হন্ন হন্ন মুক্রবা মতুংদা রারোইশিন্নরে। মচীম্নাও মঙা বন্দ চহী তরানিথোই চৎলগা তরাহুমদোই সুবনা লোৎপ তারে। দুর্যোধন্ন লোৎপ ফোঙবা ঙন্নগা মঙানা তরানিথোই অমা অমুক চখবা, ঙমদ্রগনা লৈবাক হনবা য়ানরে। অপৈবনা চৈ থাবা অচুম্বনা চৈ খাঙবা মহৌশানি। অচুম্বগী মগুণগু অদুদনি। খাঙহৈবগী দমক্তনি অচুম্বনা পোলোই হেক হেক খোল্লিবা। যুধিষ্ঠির দুর্যোধনগী চৈ খাঙদুনা তৌরিবমখৈ তুমিন ইয়াদ-য়ারে।

চৎলে মচীম্নাও মঙা বন্দ। দ্রৌপদী থৌগল ইল্লে। মনাই নুপী-নীপা চাম-চামনা থৌগল চঙম্বা মঙাগী লৈমা মথন্ত মঙায়রে। কদাইদা অমদি করিদা হোখিদুনা মবুক্লীং নুংশিরিঙৈদা অমুক্ক হেন্নদুম নুংশিনখিগদগে কিনা হোৎনরক্রে। অদুবু নোংম-নীনিগীদা নত্তে; শাংলবা, রারবা চহী তরানিথোইগী লম্নি। অয়ুক উচেক মখোন্দ তারকপদা হৌগৎ মশাগী তৌনঙাই পুন্নমক প্রপ প্রপ লোইশিল্লগা মপুরোইবা মঙাগী অয়ুক্কী তৌনঙাই মরম হেক লোইথোকচৈ। মতম চানা লুক হৌদুনা চল্লি। নুংথিলগী পোখানবা তন্নীন শীন্দোকচৈ। য়াচংবগী থবক তন্ন অমুক য়েংশিঞ্জে। নুমিদাংদ মঙাগী লুক থৌগল তৌরগা চেপ্পবা অমুক তল্লাং লাঙজৈ। মিকুপ অমত্ত শংদে, পোখারুবা লৈতে। নোংম কৌবা নুমিৎকী মপুরোইবশিংনা চেপখ্রবদা ঙহাক্তং পোখাজবদুনা লোইরে। মহাক্না নুংশিজনা, মথরায় মঙামক হাপ্তুনা হোৎনবদু উবদা মচীম্নাও মঙা বনগী অরাবা কাউই। রাফম থোক্রবা চহী তরানিথোইগী বনগী খোঙফম্বু অরাবা ইখঙ-খঙহৌদনা অদুম মরেনখরে মঙামক।

তরাহুমদোইশুবা চহী লাক্রে। হায়নখিবা মতুং ইন্ন লোৎপ তারে। তরাই তরাই লোৎপনি হায়দুনা হেক লোৎপা য়াবশু নত্তে। ফৎত্রবা দুর্যোধন্ন হন্দুনা হন্দুনা

মনম শুৎ-শুৎ নমদুনা থিরক্কদৌরিবনি। অমুক চহী তরানিথোই অমা চখবা তারবদা পুন্সি খোঙফম তান্সিনখিবনা অদুম মহানখিবা মতারক্লবনি। য়াম্ন খম্নরে। মমৈথংদা লোৎফম্ন মৎস্যদেশদা তারে। যুধিষ্ঠির ব্রাহ্মণ পণ্ডিত সাগনি তাক্লে। ভীম ব্রাহ্মণ পূজারী ওইগনি হায়রে। অর্জ্জুন জগোই ওঝা সাবা পাম্লে। নকুলনা শগোলগী মাইবা সানীংলে। সহদেবনা ষণগী ওইনীংলে। বিরাট-কোনুং চঙবদি দ্রৌপদীনা ইহান-হান্ন চঙ্গদৌরিবনি। মপুরোইবা মঙানদি মহাকপু অসীগুম্ব অমা সাদুনা চঁঙুদনা হায়নীঁঙাইদি খঁঙক্তরে। পোকপদগী মীগী সেবাদা লৌদুনা লাক্লবী, মপুরোইবশিঙ্গী দমক্লি হায়দুনা মশানা মখুত্তনা বারবা চহীতরানিথোইগী বনগী খোঙফমদা তুম্ব-হিপ্ন নাইদনা সেবা তৌজরক্লবী দ্রৌপদীবু মঙানা করম্বা চীনফম্ন লৈমকোন্দ মীনাই সাদুনা লোৎলু হায়গনি। অদু নত্তনশু তৌনীঁঙাই অতৈশু লৈতে। মঙা তুমিন তুমিন মরু লুক্তুনা লৈখরে। মপুরোইবশিঙ্গী অৱাবদূ উবদা "ঐগীদি করিমতা সনাপুক্লীং ৱানবিরুগনু। ঐ লৈমা সুদেষ্ণাগী য়োয়গোন্দ নিংথেম্নুবী সাদুনা লোচ্চরুগনি। সনায়াথং ফংদবনা পঞ্জবনি।" হায়না হঙ্গৎলক্লে মপুরোইবা মঙাদা সতী। "যাজ্ঞসেনি। নঙ্গুম্বী সতীগী থবক্তি নশাদনা খঁঙি। অতৈ অমনা করি খঁঙুগনি।" তাক্লক্লে য়াথং মঙামক।

চঙলে, মপুরোইবশিঙ্গী য়াথং ফংলবদা বিরাট-কোনুং, ওইরে নিংথেম্নুবী স্বৈরিন্ধ্রী, তৌরক্লে থৌগল মখা-থাবী লৈমা সুদেষ্ণাগী মপুরোইবশিং নুংশিজবনা পঞ্চাল-নিংথৌগী মমোম, চামনা থৌগন তৌদুনা পোক্লক্লবী সতী

দ্রৌপদী।

উৎখি ভারত-লৈমরোন্দ

মপুরোইব-য়েংবদনা ধর্ম্মনি নুপী-ওইবিগী।

# শকুন্তলা

প্রয়াগ উত্তর-প্রদেশতনি। হিন্দুশিঙ্গী অচৌবা তীর্থ মফম্নি। মমিং অমনা ত্রিবেণী কৌই। তীর্থ অসীগী নোংপোক খোঙবান্দ থায়না কোনুং অমা লৈরম্মি। প্রতিষ্ঠান-নগর হায়না খঙনৈ। চন্দ্রবংশগী নিংথৌশিঙ্গী খূভম অমনি। কোনুং অসীদা দুষ্মন্ত কৌবা নিংথৌ অমা পানখি। ঐখোই-লৈবাক্কী মমিং ভারতবর্ষ থোন্নরিবা ভরত নিংথৌ পোকপনি।

নোংমা দুষ্মন্ত নিংথৌ শাদানবা লেংথোরকই। মদূগী নুমিৎকী খোঙফম মালিনী তুরেন খোঙবান্দ থোকউরে। হিরণ্যবন তুরেন-খোঙবান অসীদা লৈবা বন্নি। উনুং অসীদা শজি-শঙাই অসুম অসুম তান্ন তান্ন লাকপদা নীংথিরবা আশ্রম অমা থেংনরে। ঙহাক পোথাবা ওইনা কোয়বা লেঙশিল্লি। মতা থোকউবদগী কণ্বমুনিগী থোঙদা তারুরে। আশ্রম মশক খঙনীংবদগী প্রপ প্রপ থোঙ অদুদা লেঙশিনখি। তাঞ্জা অসীদা মুনিদি উনুংদ হৈহেকপা চৎখিদুনা লৈতে; মচানুপী শকুন্তলানা য়ুম শঙদুনা লৈ।

শকুন্তলা বিশ্বামিত্র মুনিনা মেনকাদা পোকপনি; কণ্বনা য়োকপনি। মপাগী মগুণ, মমাগী মশক অনীনা পুন্দুনা পোকপনি। ফজে, নীংথি য়েংবগী পেনবা নাইদবা শক্তম্নি। মহাক লাকপদগী হিরণ্যবন্দ শাৎপা লৈগী শাগে অৱাবা ওইনরবনি। নেম্ন শাৎপা লৈনা মহাক উগনি কিবনা নারক্ত থুপ্তুনা শাৎনৈ। ৱাংন শাৎপা খিবিক্ল নোংথক য়েংন শাৎনৈ। উকা-য়ান্ন শাৎপা পূম্বনা নাথুপ-নাথুপ্পনা শাৎনৈ। উতাংদুনা শাৎপ কাঙবুনা কারক-কারক থিদুনা শাৎনৈ। অদূগা অমরোমদনা শজিনা মিৎপু তমগনি লাকচৈ। ৱাহোংনা শাথেক লৌগনি চঁঙকচৈ। কোকিন্ন খোনফম ইনগনি পাইরকচৈ। তেনৱানা মচীল মচু লোক্কনি য়েংজরৈ। শক্তম অসীনা চহী তরাগা মঙা তুংওইনরকপা, তরাগা তরুক্তনা মখোঙ থাংজিল্লকপা অদুৱাইদদি করিনো হায়গদবা।

করিশুবু লৈতে। ফজরে হায়দুনা লোইশিনবা নত্তনা করিনো তৌগদৌবা। ফজরে লোইরে, মহা ওইরে। মতাং অসীমক্তদনি দুষ্মন্ত নিংথৌনা আশ্রমদা লাকপা।

দুষ্মন্ত নিংথৌশু নিংথৌ ওইনা পোকপগী অদুক মগুণ অমা লৈদনা হায়বা জাত্তা অদু নত্তে। লুপা চেনবা, সনা হৎপা, মণি থিনবা ফীরোয়-ফীঙাম থোন্নঙাই ঙাঙ্গরুবা শক্তম নত্তে। ঝাংলপ তাবা শাবান্নি। অদুদা মঙাল ফজনা চেনবনা চুং-ফীরাল চপ চানা তাই। কুচুনা সনাহিংবনি, মায়থোংন থানি। নোঙ্খি-নোঙ্খি উবা মায়থোংন মশা নীংথিজজবদা নত্তনা কুচুশু অমুক থৌগৎলি। হকচাংনা পোঙফম চানা পৌঙি; চেংফম চানা চেঁঙি; নোয়ফম চানা নোয়। মিত্তাদা নাতাদা খোঙদাদা খুত্তাদা অসীমত্তংদি লৌথোক্লীঙাই লৈদনা হায়নীঁঙাই লৈতে। অদুনা মায়রোং য়ৌঙি মপেন্দ্রবা, তুংয়ান য়ৌঙি মওক্তুবা, নাকচেক য়ৌঙি অদুম মযেংনীঁঙবা শক্তন্নি। নিংথৌনা আশ্রমদা লেঙশিল্লকপা মতমসে চহী মতাংসু পঙহক হকপা নৎত্রি। পাখঙ্গী মতম্ন লোইবদা মঙায়রিবা শরিগীনা চঙবদা মহৌরকইবা থামৈ-থাকোক লোন্নবা তানফম্নি। পাখংন 'ঐগীনি' হায়জবশু ময়ারিবা, শরিনা 'ঐগী ওইরেনা' হায়রবশু ময়ারবা নীপাগী নীংথিজবা মতাংদুদনি নিংথৌসীনা লৈরিবা।

নিংথৌ লমশক হংনীংদুনা লেঙশিল্লকপনা ইচুম তাফম য়ৌশিল্লক্লে। শকুন্তলাশু মীগী শউমগুম্ব তায় হায়দুনা ইমুংদগী থোরকপনা থোঙজিল য়ৌরে। মিৎফম মরি থেংনরে। অনীমক ফুঁ লাউবা চপ মান্নে। ঙহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ। খোঙ্গুল তারকপদা শকুন্তলা ইকাইখাং হাইফেৎ নোক্রম ইমুংদা তহ্লন হঞ্জিনখরে। অমুক তহ্লন হন্দোরক ফিদা অমা নিংথৌদা ওক্ল ওক্ল 'লেঙসিনবিসি, মিঙ্গৌফম নাইদে ঝারৌবিগনু; খঙজদবননি।' ঈংন, মেঙনা নুংশিরবা খোনফম্ন হায়রকই। নিংথৌগী কোন্নরকপা সনা হাকথং অদুনা 'নীংথিবি, ননিংথৌনি; দুষ্মন্ত নিংথৌনি লেঙশিল্লক্রিবসে।' খুম্মকই। থৌগল অদুগী মরা তারবদা শকুন্তলা 'ইনিংথৌ, লমজাউদা পোকপী নুপীমচানি, অশোয়বা পুন্নমক য়েংবিগনি।' হায়না হঙ্গৎলম্নগা প্রপ প্রপ ইমুংদগী হৈ-রা অরৈবা দোনা দোনাদা হাপ্তুনা পুরক্লে, নিংথৌগী মাঙদা থারে। অরূবা পাত্রদা মালিনীগী লুনা ঈংলবা ঈশিংশু পুরক্লে; খিল্লে। 'ইনিংথৌ, ঙসিগী অতিথি সেবাদি অপোকপনা লৈতবনিনা ঐনা তৌজরি। বনগী য়ুম্বান্নিনা চিন্দম্বদি অমত্তশু য়ারোই। অদুবু লৈজবা খরদনা য়ুমগী ধর্ম্ম ঙাকচবনি হায়না সনা পুরুীংনা লৌবিগনি।' হঙ্গৎলক্লে মখুৎ লোন্নরদুনা ফজবী।

দুষ্মন্ত ঙসাইমখৈ ঝা অমত্ত ঙাংদ্রিবনি। হৌজিক্ত ঙাংলক্লে। 'নীংথিবি, নহাক্কী নশক উবদা অরাম-খৌরাংব লোইনা কোকখরে। থম্মোইগী খৌরাংবসীমত্তগা

নুংশিবনা কোকপীরবদি ... ... ...।' হায়দুনা খৌরাংব মিৎফম্ন য়েঁঙদুনা থারক্লে য়াথং শকুন্তলাদা নিংথৌ। তাবদা শকুন্তলা ফুঁশু শ্বাইশু অনীমক চপমান্ননা লাউমিম্লে। ঙহাক নুংবংনৈ। করিগুম্ব অমত্ত খুমদে, খুম্ব ঙমদে, মমায় লুকথদুনা লৈমায় য়েংদুনা লৈ। নিংথৌনা মরোল পীননবা তক্লিম্লক্লবদা 'ইনিংথৌ, মপা লৈবী নিঙোন্ন মপাগী য়াথং ফংদনা করম্ন মশা কখোকপা ঙমগনি! ইনিংথৌনা চানবিগে হায়রগা অপোকপনা হল্লকপা ঙাইবিরগা ঐগী দানগী তাকপীয়ু। সনা ইঙ্গিত ফংবদা অপোকপনা ননাইবু কৎলোইদৌবা করি লৈ!' হায়না মখোন তনিক-তনিক হঙ্গৎলক্লে নিংথৌদা লোনচৎ-খঙবী।

নীপাগী দোষ অচৌবা অমা লৈ। অপাম্বনা মাঙওইনৈ। মহাক মহাক্ল নীঁঙু-নীঁঙুবা নুপীশিঙ্গী মফমদা অঙম হেক্ত তাল্লি। নুপী-ওইবিশিংদুনা খঙজবা অচুম্ব হায়জরকপা থোক্লবশু হেক্ত মককই। নুংশিজিন্নবা ৰাহৈনা মশাগী অপাম্ববু নুংশিবা ওইনা থোকহল্লি। মখোয়গী লৌনম্বগী মশক ওইবা লাংদ থুদুনা থাজগন্ন পোকচরবী নুপী কয়া কয়ানা মাঙনৈ। দুষ্মন্ত নিপানি; অপাম্বনা মাঙওইনৈ। নহানি; ঈরাংন পুই। কোনুংদ চাউবনি; ৰাঙাং হৈ। নিংথৌনি; নাপন্ন নমঙা ওইনরিবনি। মিতারুরবা শকুন্তলাবু মিৎয়েং তাগদৌবগী অঙম তাল্লক্লে। সাজিন্নবা নুংশিবা ৰাহৈ কয়ানা নীপাগী সাজৎ খঙদ্রবী বন্দ কোইজবী নুপীমচা অদূগী মথম্মোই শুল্লে। অদুদগী মশাগী কান্নগদবা শাস্ত্রগী ৰা পুশিন্দুনা শকুন্তলাগী থম্মোই মরৈ থাদুনা ফুক্লক্লে। "নীংথিবি, অপোকপগী দান ঙাইদ্রবশু করিমত্ত দোষ লৈরোই। নুপী-নীপা অনীনা মশা মশানা য়ানদুনা লৌনববু শাস্ত্রনা গান্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই। লুহোংব মখল তরেৎকী অমনি। মুনিদেবদি জ্ঞানগী মশক্সক্লি; শাস্ত্রগী মশক্সক্লি; খঙদবা, উদবা লৈত্রবনি। নহাক্ল নবুক্ল তাদুনা ঐগী লৈমশিংদ য়াথং ঙাইদনা চনবদা করিমতা শাউরোই। ...." তাক্লক্লে য়াথং মথং মথং। খঙজ-উজদ্রবী শকুন্তলা নিংথৌনা মহাকপু নুংশিদা নুংশি থল্লুরে। হৈঙম-শিঁঙমদবা ৰাখন্মনা পুখিদুনা দুষ্মন্তগী তালোয়শিংদ চল্লে। নিংথৌ মবুক থুংলবদা "চান্নবি, ঐনা নংবু কুইনা কানবা ঙম্মোই। ঙসি নোংম-নীনিগী মনুংদ ঐগী মী লাক্লুনা লৌররগনি ৰারুনু।" হায়না থেমজিল্লম্লগা আশ্রমদগী খোঙশানখ্রে।

ঙহাক্কী মনুংদ কণ্ব মুনি হল্লক্লে। মপান থোঙদগী হৌনা 'ইমা, শকুন্তলা, শকুন্তলা কৌরক্লে। নুমিৎ খুদিঙ্গীদি প্রপ প্রপ চেহ্মোক্লুনা ওকই। ঙসিদি ওক্লে। কণ্ব মচানা চেহ্মোরকপ উদ্রবদা পুক্লীং তয়াং-তশোয়না খোঙফম প্রপ প্রপ থাংলক্লে। মপান্দ হৈ থারম্লগা ইমুংদ অমুক প্রপ প্রপ চংশিনখরে। মচাগী তুফক-তুফাই চনবা ফিভম উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। যোগনা য়েঁঙকপদা লোইন উরে। শাউনা "নপাগী

য়াথং লৌদবা পাপকী লম্বীদা চঁঙুরে পাপচেনবি।' চৈরক্লে। শকুন্তলা মপানা শাউবা উরবদা কিবনা কোকচাউবী কারে; থক থক নীক্লে। অমাঙবা থোকপনা হানখিবা তারে কিখিবনা মশা তনফা ফাজিন, মপাগী মখোঙ পায়দুনা 'অপোকপা, ঐনা লঁঙুবা পূন্নমক য়েংবিয়ু।' হায়না হৌদুনা ঙহাক্কী মমাঙদা থোকখিবা পূন্নমক তম্লে। মুনি মচাবু নিংথৌরেন্দ থাজগে ঙাইরম্বনি। নিংথৌ দুষ্মন্তগী ঝা তাবদা মবুক ঈঙে; শাউবা হম্বরে। 'ইচানা পোকপা ইসূনা মপাগী খুভম ফংজহৌবা ওইসনু; সমুদ্রনা থাঁঙবাং ওইবী পৃথ্বীগী মপু ওইসনু' হায়না মচাগী মকোক নাল্ল-নাল্লদুনা বর পীরক্লে। শকুন্তলা খুরমদুনা মপাগী বর ওকচরে। মপানা চানবিরবদা অকিবমদি কোকচরে। অকিবনা কোকফাৎত্রিঙৈদা নৌনা শকখঙনবা মপুরোইবগী ঝাখন্দ তাউদুনা লৈরে। করম্ব নুমিৎ থাদ কোনুঙ্গী মী লাক্কুনা লৌররগদগে য়েংব হৌরক্লে; ঝানা ঙাইরক্লে।

দুষ্মন্ত কোনুং য়ৌরে। নোংম-নীনিদি শকুন্তলা নীংসঁঙম্মি। হংসপদিকানচিংবী নীংথিবী লৈমশিঙ্গী মতম চানা সেম্ব শকফম, মতাং চানা ঙাংবা ঝাঙাং, পোইরৈ য়েংন থাংব খোঙফম পূন্নমক উবদা অসুম অসুম কাউশিল্লকপনা মমৈথংদদি পূন্নীংবু নীংসম্খিদরে। লমজাউ-খোঙফমগী লৈহেক্লি। লম্বীদা লৈনা নীংথিনা শাৎলম্ব উবদা পৎ মথৎপীরুবা; মচিল্লগেনা হায়বদি লৈতবনিনা ঙহাক পায়নীঙাই পায়রগা অমুক মথাদরম্ব; লৈদনা অদুম মমাঙজহৌবা; অদূদনি। অদূগা অমনা নিংথৌ হায়বা জাৎ অসীদি অয়াম্বনা খোইমু শাহুল তম্ব ঙাক্লি। নুংশিবা মশক খঙবা নত্তে। লায়না মনীং থুংবনা নুপী খূদিং লায়না খনবনা অদুম মনম্বনি। খোইমুনা নোংম-নোংমগী লৈখোঙ লৈশক হোংন লৈহি চুপ্পগুম মখোয়গু নোংম-নোংমগী ফজবা মখোঙ মশক হোংন রস অদুম চুপ্পদনি। অদুনদি দুষ্মন্তগুম্ব নহাগু ওইরিবা অচৌবা নিংথৌনা বন্দ থেংনরম্বী শকুন্তলাবু কয়া কুইনা নীংসংবিফম থোকই! কাউরে, পূমকাউ কাউরে, নোংমফাওবা নীংসংবিদ্রে। থাজগন্ন পোক্কুরবী শকুন্তলা থাজগনবগী মহৈ চারে; মপুরোইবনা থৌওইবিদবগী অৱাফম পুরে। লৌবিরদরে। নোংম মরৌবিরবা য়াই, মরৌবিরগদরা হায়না ঝানা ঝানা অদুম মরেল্লে। মমৈথংদদি লৌবিরগনি হায়বগী ঝাখল ইরৈ লৈরক্তরে। মরাইবক্ত ঈষ্ণোক্কুনা শিসি শিঙমদ হিংসি হিঁঙমদ কপ্প কপ্প অদুম লেনবদা মতারে। লেল্লক্লে।

ঝানা ঝানা অদুম লেল্লকপনা থাবুম তরাগা নুমিৎ শীংবুম তরানি শুরক্লে। শকুন্তলা নীংথিরবা মচানীপা অমা ফংজরে। কণ্ব মুনিগু মচাগী মসূ অমা ফংজরবদূদা নুঁঙাইজরে। অঙাংদুগী পোকপা পুংফম ফারকপদা নিংথৌরেনগী ক্ষেশফম য়ং লাউনা পান্ন পোকই হায়বা উরে। অদুদা অমুক হেন্ন নুঁঙাইজরে। শকুন্তলা য়োকচমন

লাইনা জম্বুদ্বীপ সেমগদবা মসূ পীনরে খঞ্জরে। মঙ্গলগীদমক লাইথোঙ খূদিং চঙজরে। পৃথ্বীবু মপী-মপা শকুনা কোল্লরনি খঙবনা মসূগী মমিং ভরত থোঞ্জরে। শকুন্তলাশু মচাগী মায়থোং উবদা মশাগী অরাবা ফনা শেনফজরে।

ভরত, নীনি পানবা থানা থানিল তমখৎলকপদুমঙাই, হুম-হুম প্রপ-প্রপ চাউখৎলক্লে। লোংন কাওরম্বদগী উপ্পক্লে; উপ্পম্বদগী ষণ সারক্লে; ষণ সারম্বদগী ফম্নক্লে; ফম্নম্বদগী লেপ্পক্লে; মখোঙ অমা-অনী থাংব হৈরে; চৎলক্লে, কোয়জেন চেল্লক্লে। উচেক-ব্রায়ানা খোংবা তল্লক্লে; শা-ঙানা খোংবা হৈরক্লে। মথন্দনা লাঙবদা কণ্বগী আশ্রমদা নত্তনা বনগী শরুক ফনা য়াম্ন নিঙ্গিলক্লে। তুংদা মীথোই-মীহেল্লগদবা অঙাং ঙাওগল্লি। মশানা চেন্নরকপা গুণ অদু অঙাং ওইবা হকচাংদ পুঙমদনা থোকই। অদূনা থক্কনবনি। ভরত জম্বুদ্বীপকী নিংথৌরেন ওইয়ু থারক্লবা অঙাংনি। খ্বাইদগী হেন্দোকপা গুণ চেল্লবনি। অদুনা লাকঙম-ফাঙমদরে। মমাগা মপুগদি মহাক শেন্নবদা মথৌ ঙেক ঙেক অদুম মফারে। অসুম ঙাওনা ঙাওনা, নোংম-নোংমগী ঙাওখৎ-ঙাওখৎন লাকপনা ভরত চহী মঙা মপূং ফারক্লে, তরুক্তবু মখোঙ থাংজিল্লক্লে। তাঞ্জা অদু য়ৌরক্লবদা কণ্ব মুনি মচা য়েঁঙদুনা 'ইমা, নুপী ওইবনা মপুরোইবগী থৌগল কানবা অরাবনি। অদূশু অরাইবনি। ইসু পীশক অসী মহৈ-মশিং তম্ব মতম ওইরক্লে। মপাবুঙ্গী মফমদা থাদবা য়াদরে। ঙসি নোংম-নীনি অসীদা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা নমা-নচা চত্তবা য়াদ্রে।' হায়রক্লে। শকুন্তলা মপাগী ব্রা তাবদা অমুক্সু নুঁঙাই অমুক্সু ব্রায়।' মপুরোইবা উন্নগনি, মচানা মপা মশক খঙজরগনি খল্লুবদা নুঁঙাইজবনি। মহাক্কীদমক্ত তপস্যা লেপ্পবা, শাংলবা চহী কুনবু য়ুম্বান্দনা য়ুম্বানবগী মথৌ পুরক্লবা মপা কায়নগনি খন্থরুবদা নুঁঙাইজরম্ব ব্রাখল খ্যাউ মাঁঙি। মপাগী ফিভমশু অদুমঙাই। মপা-মচা-মচা পুঞ্জরুরনি খল্লুবদা অমুক নুঁঙাই। মচাগা মসুগা উররোই খল্লুবদনা অমুক ব্রায়। অদুবু থানদবদি য়াদ্রবনিনা থানবদা মরেপ্পরে।

শকুন্তলা চৎপ নুমিৎনি। চৎলমদাইনি। কণ্ব মুনি মসুগা মচাগগী মঙ্গলগী দমক যজ্ঞ কৎলক্লে। মপূং ফারবদা মমা-মচা অনীবু পূর্ণাহুতি কৎহল্লে। হৌনবী মতুং ইন্ন মৈফম মুৎলম্মগা যাত্রা মঙ্গলগী য়েংলক্লে। মুনি-ঋষিশু মীনি মখোয়গীশু থম্মোই পাল্লি। অরাব-নুঁঙাইবা থম্মোইগী মপোৎনি। অদূনা মখোয়শু অরাবা খঁঙি; নুঁঙাইবা হে। মখোয়গী হায়ববু অরাবা নুঁঙাইবনা পুমচেন চেনবা ঙমদে অদূদনি। মুনি কায়নরগদবা মসূগা মচাগা অনী মুন্না য়েংলগা মিৎলুদা পি শিন্থরক্লে। চুন্নগা শিন্থবা নত্তে; চীংজেপ্তগী লোক হাথরকপদুমঙাই, অতৎ-অখম লৈতনা হাথরক্লে। শকুন্তলাশু থনম্মগদবা মপাগী শক্তম মুন্ন য়েঁঙম্মগা মরু লুকথখরে। মিৎলুদা পি

হাথরক্লে। মপানা লেপ্পি; মচানা মখোঙদা মকোক থম্মি। ৱাদি অমত্ত ঙাংব ঙম্নদে। মপাগী মিৎলুদগী হাথরকপা পিনা মচাগী মকোক্ত তা লৈমায় তম্ন চেষ্ঠরি। মচাগী মিৎলুদগীনা মপাগী খোঙথক্ত তা লৈমায়দা হাথরি। পিগী ঈচেন অনীনা মুনিগী খোঙফম অনীগী কারক্ত তিন্নদুনা পিরম অনীগী প্রয়াগ অমা সেম্মি। ৱাদি ঙাংব ঙম্নদে, অমত্ত ঙাংনদে। অদুগা মথম্মোই মশেন্দি ঙাংনৈ। "তোল্লবী নচাগী দমক্ত চহী কুন মায়া কক্ক মায়া পুরকপা ঙাকপীয়ু অপোকপা!" হায়জরি শকুন্তলাগী থম্মোই। "নংন ইপাদা চঁঙক্লুনা ইপাগী তপস্যাগী থাক পীরম্বগী লম্মন ইপাদা লৈহৌরে ইমা!" খুন্নকই কণ্বগী থম্মোই। মমাগা মপুগগী মমিত্ত পি উবদা কপ্লক্লে অঙাং ওইরিবা ভরতসু। প্রেমগী ঈচেল অহুম পুল্লে। ঙসি কণ্বগী আশ্রম প্রেমগী ত্রিবেণীনি। ত্রিবেণী অসীদা স্নান তৌদুনা কণ্ব প্রেম মশক তশেংনা খঙলে। শকুন্তলা শকফম অমা খঙজরে। ভরত মনম হাইফেৎ খঙজবগুম তৌরে।

শকুন্তলা মমা-মচা থিনগদৌবা কাঙবুশু থিন্দোক্কদৌবা কাঙলুম্সু হান্ননা অঙনবদগী পৈদুনা লৈরবনি। অহানবদদি মখোয় খ্বায় পুন্নমক মথৱায় মথৱায়না লুপ্ন নুংশিজরবী শকুন্তলা লৈম ওইরুবগনি, মহাক্ক পোকচবা মখোয় খ্বায়গীনা কবোক ওইনরবা ভরত নোংম নিংথৌ ওইররগনিগা হায়বা ৱাখন্দ মখন্নরম্মি। অদুনা মখোয় মশেন অমগা অমগা নোক্মিন-খেমিন্নদুনা লৈরম্মি। মমৈদা চত্ত-চৎলমদাই য়ৌশিল্লক্লবা মতমদা মপা-মচা-মসু অহুম্ন কায়নরমদাই কপ্পরকপা উবদা লোইনা মবুক্লীং ইনৌ নৌনরক্লে; মমিৎ মমিত্ত মপি শিষ্ঠনরক্লে। শকুন্তলাগা হৌমিন্নবী মমান্নবীশিংদি মথম্মোই পুঙমদদুনা মখোন থোক্ল থোক্ল কপ্পরক্লে। মী, খল্লুবদা অঙকপনি। কনাশু কনা লোয়নদুনা লাক্তে; মথন মথন মরাক্লে। কনানা কনা পুদুনশু হন্দে; মতোম মতোম মহন্নে। অদুবু তরানিদগী খোঙদিন্নরবা মশেন পঙপক্ত মপক্সিন্নে। কায়নরমদাইদা মৈশা পঙলাংদ মরাংনৈ; মৈচাক পঙপুদা মপুনৈ। চাক্লে হায়দুনা কায়নদবশু ঙম্নদে। মিৎকী পিনা মৈচাক কন্নবরা হায়ববু মৈশাদুম হাপ্ন হাপ্নদুনা অদুম মকায়নৈ। মদুনা তারবনা শাগী শানমদা হৌখিবা শগোন্ন শাগী খয়াত্ত হঞ্জিন তাজরবগুম মায়াগী মৈশাদা পঙথখিবা থৱায়না মায়াগী মখুত্ত অদুম মতারৈ। মীপুম কনা খঙদবা লৈ। খঙদুনা কৈদৌনি। অদুম মপঙনৈ। পুন্নমক কপ্পরে; লাউনরে; চীক্ল, ঈংন পাল্লবা কণ্ব মুনিগী আশ্রম মশাগী অচীকপা শকফম কায়রে। মতৌ অদু উবদা বনগী শা-উচেক পুন্নমক ইঙক-ঙক্লরে; চেন্সিন্নরক্লে পরেং পরেং, পাইশিন্নরক্লে শঙ্গু শঙ্গু। চোঁঙা-তেনৱা পুন্নমক করিনো হায়বদি খঙদনা, খোয়জেং-নুংজেংননা উশাদা তুমিন-তুমিন তোংনরি। মঙক চত্তুনা মচীঞ্জাক তাবা তৌরুদরে। ৱাহোঙ্গী

শাগৈ পূন্নমক লৈমায়থক্ত তুমিন-তুমিন, চিপক-চিপক কূম্নরি; মখোঙ তাল পুনা মচীঞ্জাক থিবা নীংসঁঙুদরে। খার্সা-শঙাই নূংন সাবগুম তুমিন-তুমিন পুল্লপ-পুল্লপ লেপ্লরি; নুংশিৎকী তাংথক নেঙ্গন চোং শক্তিক মফম তম্ব কাউনরে। মখোয় মখোয়গী মথম্মোই মনুংদ করিগুম্ব অবাব'ম থোক্লে খনবনরা নৎত্রগা থোক্লবা তারে কিরুবনরা উচেক অমত্ত মশা ফ্রুং কন্দে, শা অমত্ত মমৈ ফৎ হাইদে।

থাংলক্লে খোঙফম শকুন্তলা কণ্ব কণ্ব বনগী লমখৈ বাংম তম। মহাকপু থিল্লিবা কাঙবূশু থিন্দোকইবা পূম্বশু মঙোন্দ অমুক য়ৌঙি; খোঙদা মচা য়েংদুনা লৈহৌরবা মপাদা অমুক য়ৌঙি; মশা মশাগী মথম্মোইগী তেংথাখোল অমুক তায়; তত্তনা মমিৎ মমিত্ত পি শিঙ্খরি। ভরত মফম খঙলম-খঙফাত্তনা পিরাং চেনবা মমিঙ্গন তুংওইনহৌরবা মপু অমুক য়ৌঙি; কণ্ব কণ্ব চৎলিবী মমাদা অমুক য়ৌঙি; মপি শিঙ্খ-শিঙ্খনা ইন্নরিবা ময়ামদা অমুক য়ৌঙি। বাদি অমত্ত ঙাংদে। অঙাং ওইবা মথম্মোইদশু কায়নবগী মৈশা লাংব তাই। অসুম্ন খোঙফম অমা থাঁঙক অনী থাঁঙক চৎলকপনা বনগী লমখৈ লোম্মক্কদৌরে। ঙসাইমখৈ খঙমদবা শা-উচেক্কী শাগৈ খঙকপগুম তৌরবরা! তুমিন-তুমিন উশা তোঁঙম্ব চোঁঙা-তেনবা পূন্নমক অরাক-অরাক্লন খোং শকুন্তলাগী মমাঙ থৎন থৎন হন্দোক-হঞ্জিন পাইরক্লে। তুমিন তুমিন, চিপক-চিপক কূল্লম্ব বাহেং তনবাই পাইশিল্লক লম্বী থৎন মশা ফ্রুং-ফ্রুং ফ্রুং-ফ্রুং খপ্লক্লে। নূঙ্গী মূর্ত্তিগুম য়ুঁঙম্ব খার্সা-শঙাই প্রপ-প্রপ চেন্নরক ময়া-ময়ানা ফীনা চিক্লুনা য়াল্লক্লে। শকুন্তলা চত্তবা য়াদ্রবনি। কণ্ব কণ্ব চহী কুন লোয়নরক্লবা, অবা-নুঁঙাইবগী খোঙবু ওইমিন্নরক্লবা মশা-পানবা, মতু-পানবা মহাক্কী মরুপ-মপীজাশিংদুবু খূবাংন নুংশিনা নাল্ল-নাল্লদুনা বিদায় তৌরক্লে। মখোয়বু বিদায় তৌরম্লগা মহাকপু থিন্দোক্লকইবা আশ্রমগী নুপী-নীপা, অঙাং-অহন পূন্নমক্ত অচা-অচাবা বাহৈ খোনফন্ন বিদায় নিরক্লে। কণ্বরে কয়া; পাউমেন্নরে কয়া। অসুম বান ছেৎন-খাইনরম বনগী লমখৈ লাল্লক্লে শকুন্তলা। মালিনীগী তোরৈ ইন, হিরণ্যবন লান্দুনা তপ্ন তপ্ন তাল্লক্লে প্রতিষ্ঠান-নগরগী খোঙফম।

কোনুং য়ৌরে। আশ্রমগী পূন্নমক ইরু-মায়থথোক্লরে। সভা মতমদা নিংথৌগী দর্শন চঙলে। নিংথৌ পূন্নমকপু আশ্রমগীনি খঙবনা য়াম্ন তরাম-তরাম ওক্লম্মে। পূন্নমকসু "ইনিংথৌ, মঙ্গল ওইবিসি" হায়না মখূৎ থাঙ্গৎতুনা মঙ্গল তৌরে। তুংওইনরপ ইঞ্জবী শকুন্তলাশু মপুরোইববু লৈতানা খুরমজরে। খুরমজরুবদগী খুকউ লৈতা-লৈতানা ওয়ওইননা শমজরকপা মচাবুসু মকোক পায়দুনা মপাগী ভক্তি কৎহল্লে। নিংথৌগী পাউহং ঙাইরুদনা "ইনিংথৌ, ঐখোয় খ্বাইগী গুরুদেব কণ্ব

মুনিনা ইনিংথৌবু মঙ্গল আশীষ তৌরকই। আশীষকা লোয়ন-লোয়ননা ফঙমদ্রবা মণিগী মশক ওইরবা নচা ইবুঙো ভরতপু মমা লৈমগা সনা নাক্ত কোন্সিনবিনবা থারকই।" হায়না হায়না শকুন্তলা মমা-মচাদা খুদোনবী থিন্দুনা হঙ্গৎলক্লে মখোয় খ্বাইগী অহন্ন। নিংথৌ শকুন্তলা শকখঙনরম্বদি লম্মুখাঙ্গী লৈহেক্লি। মতা থোকউদুনা মখুৎনা পৎ থৎলগা অদুম মহন্দোক্লম্বদনি। করি ওইররিদগে থনবিরুবা নত্তে। মঙোন্দ মচা মিতম্মৌরে হায়বশু খঁভুবা লৈতে। মিকুপ অমগী মনুংদ মশাগী লানখিবা ময়াম পুন্নপ্ন নীংসঁঙকপদা মশা মথন্দ ইকাইজখিবনা জ্ঞান মাখ্খরে। অদূগী মথক্ত অঙম্ব অমদি লৈবাক্কী মমাঙদশু মশাগী ওক্তবা পুথোকপগুম থোকখরে। সংসারদা নাপন কোকথোংনবা মীদি মশাগী নাপন্দ ময়েংনৈ। মশাগী নাপন্দ খজিক্তংদ ঙারুবা থোকপদা মশাগী অচুম-অরান য়েংব নংদে, অশাউবনা হেক্ত মাঙওইনগম্লি। দুষ্মন্ত নাপন নমঙানবা নিংথৌনি। অশাউবনা মাঙওইনখিদুনা "করি, কণ্ব মুনি ফাওবা অপৈবা লক্ষী চৎলবা। দুষ্মন্তনা করি লঙবা লৈদুনা কদাইদগী শকখঙনদবী নুপী অমগা অঙাং অমগা থারক্নুনা দুষ্মন্তগী মমায়দা মুক নম্মরিবা! থোঙ, পুথোকখো, য়েংনিংদে।" ফি ফি কামদুনা ঙংলক্লে নিংথৌ। আশ্রম-মচা অচুম্বগী মনাইনি। অপৈববু উৎ ওইনা উবা ঙাক্লি। "ইনিংথৌ, তুমগে তুম্মে হায়বা উরে। হৌদোকপা য়াররোই। থৌগল থোঙদা থৌদা অমুক হান্নীরুদবশু ঐখোয় ইশানা থুরেম হেক্ত মচচ্চগনি। ঐখোয়না হেন্না পাপগী নাক্ত লৈশু লৈজনীংদে, পন্মু পম্বজনীংদে।" হায়না নিংথৌদা শাউনা তনা তনা খুম্মম্মগা মমায় হৎ হৎ লৈথোক্লরক্লে। লৈথোক লৈথোক্ল 'নোংদমথিবি, পাপ খোঙনংনরুরবনিনা নংদি খরা নংহৌবা তারে। পাপকী পাপ্ন নশাদা চঁঙবনিনা আশ্রম হজিন্দুনা মাংথোকপদি চুমদ্রে। লৈহৌরো; নঙ্গী তম্ব অমা লৈরম্নগনি।' হায়না শকুন্তলাবু থনম্মগা থোক্লখরে, চৎখরে। নিংথৌ থাঙফমদা থাঙনোৎ চারে। শাউবনা ফি ফি কাম্মে; মৈ থোক্লে। শাউনীঙি হায়দুনা পাঙ্গল থোকউবা য়াবা মীওংশু নত্তে। থিঙেন তাইনবা ঙম্মুদবনা নাশিখোংদ তাইনরক্লে। 'নুপী তৌঙম্বি, করম্ব নীপাগী মীরাং খাঁঙমদদুনা নচা চেন্নরুরিবা! দুষ্মন্তদি অঙাওবনি, শক্ত চৎকনি, থঙজিনবা হেক্ত ময়াগনি করম খল্লুরিবা! করিগী লেপহৌরি, চৎলোদনা। করম্ব লৌ অমা অমুক শুঁঙি! চঁঙরোই পেম্ম, ব্বাননবনি।' থারক্লে য়াক্লবা খোনফম শকুন্তলাদা নিংথৌ। ঈ কারবা মিৎফম্ন উরুরু লৈনা তুম্মসনু মতাগুম য়েঁঙক্লে। শকুন্তলা মকোক লৈরে। লৈমায় থক্ত হাইগংলক্লে। মশা খোঙফম ফাবা ঙম্মক্তরে। তনকুন্ন কুম্বখি মখুৎ অনী লৈমায়দা শৌদুনা নিংথৌগী তমথিরবা শাজৎকী চৈনাখোন খাঙলক্লে। নুঁঙাইখিদ্রবা মথম্মোইনা ব্বাহে অম'নী হায়সিরা খল্লকই।

মপুরোইববু মশাগী য়েথংবা শরুক্তি খনবী শকুন্তলানি। অনাবা পকপা হকচাঙ্গী শরুকপু নুংশিনদবা কনা লৈ! শকুন্তলা মপুরোইববু দোষ লৈদুনশু অদুম মনুংশিজে। অদুনা করিমত্ত খুম্ব, হায়রুবা তৌদরে। 'মপুরোইবগী পোইরৈ ইনবদনা নুপী ওইবী ঐখোয়গী ধর্ম্মনি। শকুন্তলানা অৱাফম পুবনা ইপুরোইবগী নুঁঙাইগদৌবা লৈরবদি করিগী পুরোই!' খন, মরাইবক্ত চিংব মায়গৈদা চৎলগে নীঁঙদুনা মপুরোইববু খুরম্মকএ শকুন্তলা। তাঞ্জা অসী ফাওবা মমিত্ত মপি তাদে সতী। মশানা ভক্তি কৎপ লোই মচাবু কৎহনগে মকোক মখূৎ ওয়না পায়রকপদদি পি থিংব য়ারক্তে। মমিৎ মিৎলুদ মপি জর জর নাম্বুরক্লে। 'কৎলম্মো ভক্তি পাবুংদা, চৎলসি ইমা ইচাগী লাইবক্ত চিংব মফমদা!' হায়না মচাবু খুরম্মাল্লগা মমায় ফীরুক খুমদুনা তম্লক্লে মপানগী থোঙ লাইবক চাউবী।

শকুন্তলানা মরান অমফাওবা ফোঁঙমদনা কল্লশ্ব উবদা নিংথৌগী অশাউবা মৈ খংমুৎ মুৎখরে। সতীগী ধর্ম্মনা পাপকী থম্মোই জয় তৌরে। নিংথৌ অঙাওবদৌনা সনা টাংবন্দগী ফুক হৌগৎতুনা 'শকুন্তলা, ঐ লাল্লে; ইপাগী ইবুঁঙো ইপা লাল্লে!' লাউনা লাউনা চেম্থোরক্লে। মচা তাপ পমখৎ ওয়দা থা শকুন্তলাবু য়েৎন মপাম্মোম পায় "ঐনা ইকাইখাঙদগী নঙোন্দ খর লম্থরে শাউগনু।" হায়না চিংশিল্লক্লে। শকুন্তলা মপুরোইবগী মখোঙ মকোক্ত শোকচরে।

জয় তৌখি অসুম দুষ্মন্ত নিংথৌগী পাপকী থম্মোই সতীগী ধর্ম্মনা মপুরোইবা নীংজবী

**শকুন্তলা।**

**তাকখি ভারত লৈমরোন্দ**

**সতী ধর্ম্মদনা তৌই জয় মপুরোইবগী থম্মোই।**

# মরোল

## দময়ন্তী

মকুমগী — পাম্থাগী। লৈরেপ — লৈগী মরেপ। শীনবা — শন্দোকপা। খোঙ্গুল তারকপদদি — জ্ঞান তারকপদদি। তাম্নম্লে — থাপ্লম্লে। লৈমকোনগী — লৈমশিঙ্গী লৈফমগী। উইরক্লে — কন্না খাংলক্লে। নৈষধদা — নিষধ-মপুদা। শেল—শেন্নদুনা। সনা-টাংবল—ফম্বাল। মায়া তৌবা—সুম্মৎপা। চেন্নঙাই—চেনবনা। নাচুংলুনীঙাই—বারুন্নীঙাই। হৌদোং ভক্তিনা—থৌওইদবা বেভারনা। লৈমা—রাণী। ফাঙমদবা—ফাবা ঙমদবা। শাগ্রেম্নরুগনু—শাদা লঙনরুগনু। পাঙমদবা — পাবা ঙমদবা। বৈরসেনি — বীরসেনগী মচা। লৈমনাই — মহারাণীগী মনাই। তম্পাকয়ূম — মহারাণীগী মপাম। শিদয়াইনা — শিদহিদাক্লা। সনা-টাংবল লাংঙিঙৈ — নিংথৌ ওইরিঙে। নাপ্প য়াজরবী — শরুক য়াজরবী। উরু ফম্বেনবদশু — উরু ফম্বদসু। খুরৌ থাংবিগনু — খাম্বিগনু। পন্মাংদ — পন মমাংদা। য়াম্ফক তারে — য়ৌনা চোকথরে। কোড়েক — তুম্বা। ফিরোয়নদুনা — ফি শেৎনদুনা। তরং — পি। য়েক্লরে — য়েক্লবা ওইরে। নিংথেম্লুবী — লৈমগী মনাক্তা লৈবী নুপী। নাইফম — নাইকোল। খোঙ্গুল মুৎখিবদগী — থিননবা মরী তৎখিবদগী। শেনফরে — হম্থরে। মোনখাংনদুনা — মোন ওইনা খাংদুনা। মীতাদবদা — মী তাদবদা। পাউতপ্লক্লে — পাউ চেল্লক্লে। শৈরেং সা — শৈরেং সাদুনা। খোঙ্গুল লীখি — থিখি। ভারত-লৈমরোন্দ — ভারত-নুপীশিংদা।

## দ্রৌপদী

ঙমজনঙাই — ঙমজৈ হায়দুনা। উমা — দুর্গাগী মমিং অমা। সাবিত্রী — দুর্গাগী মমিং অমা। গায়ত্রী — দুর্গাগী মমিং অমা। মলয় — চীং অমগী মমিং। নাথুপ্তুনা — লোত্তুনা। থাঁঙমদ্রবা — থাংবা ঙমদ্রবা। মুকঙমদ্রবা — মুকপা ঙমদ্রবা। স্বয়ম্বর — মশানা অপাম্বা নীপা খঞ্জবা। মমায় খুরে — ঙমদ্রে। মমায় থীরে — ঙমদ্রে। মায়া — সুম্মৎপা, লৌনম্বা। লঙবা — পুথোকপা। অরাক তন্ন — লাকথুনা। লৈদা তা — লৈবাক্তা তাদুনা। লক্ষ্য — পান্দম্ফম। নখোয়বু ওক্লনবা — নখোয় লাকপদা পীননবা। রাজলক্ষ্মী — কোনুং কোইবী লাইরেম্বী (য়ুমজাও লাইরেম্মা)। খোঙ্গুল লীরক্লবদা — থিরক্লবদা। পাণ্ডব — পাণ্ডুগী মচা। রাজসূয়

যজ্ঞ — নিংথৌরেন ওইননবা তৌব যজ্ঞ মখল অমা। অপৈবা — অরানবা। খুদি থীফম — অৱাবা নংফম। চৈ মুক্নবা — শাওগৎনবা। য়োয়গোন্দ — লৈমকোন্দ।

## শকুন্তলা

আশ্রম — মুনিশিংগী লৈফম। নাথুপ-নাথুপ্পনা — উনা মরক্তা লোৎ-লোত্তুনা। থোন্নঙাই — শেৎপগী। ঙাঞ্জরুবা — লংজরুবা। চুং-ফীরাল চাবা — মৱেপকা মঙানগ চানবা। পঙহক হৃকপা — পঙ্‌য়াম য়াম্বা। সনা হাকথং — নিংথৌগা ঙাইহাক লৈতনা লোয়নবা মী। অতিথি — য়ুমদা লাকপা মী। অপোকপা — ইপা। চিন্দম্বদি — চাবদি। দোষ — মরাল। নমঙা — ঙাফম। কোইজবী — লৈজবী। শাস্ত্র — ধর্ম্মগী লাইরিক। গান্ধর্ব্ব বিবাহ — লুহোংবা মখল্ম। লৈমশিংদা — নুপী শীংদা। হৈঙম শিঁঙমদবা — পঙথবা। কানবা — থানবা। যোগনা — লাইগী শক্তি চিংশিন্দুনা। লঁঙুবা — লাল্লুবা। শাহ্বল — শাজৎ। রস — মহাও। পূর্ণাহুতি — যজ্ঞগী অরোইবা হোম। পিরম — পিগী ঈরম। প্রয়াগ — গঙ্গাগ যমুনাগগী তাইনফম। মায়া কক্ল মায়া পুরকপা — "কণ্ব মুনিনা মচা মশু নুংশিবগী মায়া ককতুনা লাই নিংদুনা লৈরবমক্তদা শকুন্তলাবু নুংশিবগী মায়া পুদুনা লৈরকপবু" হায়বনি। তপস্যাগী — লাইনীংগী। প্রেমগী — নুংশিবগী। ত্রিবেণী — ঈরোং অহুম ফাংবা (গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী অহুম তিন্নফম্বু ত্রিবেণী কৌই)। শানমদা — শাগী মনমদা। শঙ্খ — মপৈ। চিপক-চিপক — তুমিন তুমিন। মিতম্মৌরে — মমি তম্মৌরে। থোঙ — থোঙশংবা। লৌ — চক্রি। লম্বারে — লানখরে। জয় — ঙম্বা।

# খূদোল-তম্বা

**প্রেমাস্পদ**

**শ্রীযুৎ সনসম গৌরহরিসিংহেষু।**

ইনাও,

লৌ রামায়ণগী ৱারী খরা

নয়াম্বনা নঙ্গী তন্নিবা খূদোন!

"নীংথিবা লৈরাঙ্গী নুংশিবা লৈয়োন্দা পোক্লবা লৈনমসু মমাঙই।
ফজবা হৈরাঙ্গী অথুম্বা হৈয়োন্দা থোক্লবা হৈহাউশু মকম্মি।
অহেনবা শকফমগী অরূবা শক্তমদা ফাওরবা শক্লেশু মমকই।
খোল্লোবা তান্নাগী মেঙলবা খোম্থাংদা পাল্লবা তাম-তামশু মতাম্মি।
নামিবা নুংশিৎকী নাশংবা কুমজিন্দা হৌরকপা ঈপোমশু মমুৎলি।

নুংশিবা মহাক্কী মনমদি মাঙবা লৈতে কদৌঙৈ।
নুংশিবা মহাক্কী মহাউদি কম্বা নাইদে কদৌঙৈ।
নুংশিবা মহাক্কী শক্লেদি মকপা তৌদে কদৌঙৈ।
নুংশিবা মহাক্কী খোল্লেদি তাম্বা লৈতে কদৌঙৈ
নুংশিবা মহাক্কী শউমদি মুৎপা নাইদে কদৌঙৈ —

তনৌ তনৌ ফাওখিবা নুংশি মাগী মশকফম নুংশিজবা থম্মোইনুং
নৌজবদা মথংজৈ, হেঞ্জবদা মহেঞ্জে মতম মাগী খোঙলৈনুং।

মাঙবা-নাইবা লৈনম্না মাঙলমদা হাদূনতা লৈরবা
কম্বা-নাইবা হৈহাউনা কল্লমদা থুমদুনতা লৈরবা
হোংবা-নাইবা শক্লেনা কায়রমদা নৌদুনতা লৈরবা
তাম্বা-নাইবা খোম্থাংনা তাল্লমদা ঙংদুনতা লৈরব!

তাকপা-নাইবা ঈপোম্না তাক্লমদা হৌদূনতা লৈরবা —
পুন্না পোৎলম মঙাসীনা শক্তম্নরম্বা য়াগদবা
লিরে লিরে নৌহৌনজরবা নুংশিবা মাগী মশকফম !"

নয়াম্বা,

মীনকেতন

১৭/৬/৫১ ইং

ঈঙা তরাহুমদোইনি-পানবা
নোংমাইজিং নুমিৎ।

## করিগী ই

"यदा यदा हि धर्मस्य ग्लानि र्भवति भारत ।
अभ्युत्थानमधर्मस्य तदात्मानम् सृजाम्यहम् ॥
परित्राणाय साधूनां विनाशाय च दुष्कृताम् ।
धर्मसंस्थापनार्थाय सम्भवामि युगे युगे ॥"

হায়না তাকপীরবা, জগৎ-কল্যাণগী দমক তত্তনা অরাবা মায়ামানুষগী শকফম পুরবা ভগবানগী প্রেম্না থুম্লবা মহর্ষি বাল্মীকি-না তমসাগী খোঙবান্দা বীণা পান্দূনা শরুম্লবা রাম-চরিতকী মহাউ খরদং নহারোনগী শরুক তমজনীংউবনা মপূং ওইবা শরুক খরদং লৌখৎতুনা ইজরুবনি।

গ্রন্থকর্ত্তা

# রামায়ণ

কাব্যনি। কবিগুরু বাল্মীকিনা শক্লস্বনি। শক্লিবনা রামগী চরিতনি। রাম অতৈ অমা নত্তে, ভারতখণ্ডনা মাগী মণ্ডণ কাওঙমদদুনা

**জয় রঘুপতি রাঘব রাজা রাম।**
**পতিত পাবন সীয় রাম।।**

হায়না ঙসিফাওবা সোন্নরিবা রাম অদূনি।

চুম্নগী কাব্য নত্তে, ভারতকী আদিকাব্যনি। মহাক্না মমি তম্বদা ভারত-কাব্য-জগৎ মমি তম্বনি; মহাক্না পোকপদা জগৎ মহাক্সু পোকপনি। তমসাগী খোঙনুংদা শাদানবগী থৌশাদবা পাঙ্গলগী নাচুংদবা তেনগাপ উবদা থিৎলবা, অৱাবা খুদিনবদনা পুক্সি মশিঞ্জাং ওইরবা মতু-শোনবা উচেক্কী শাগৈদা পোক্লবা, নুঙেঙাল চীল্লোক্লজনরিঙৈ তূমা কায়নরবা ঙানু-থঙ্গোংগী পুঙমদবা অৱাখোল তাবদা হীক্লবা তপস্বী বাল্মীকিগী থম্মোইনুংদগী, তমসা মহাক্কী মুরৈনবা ঈশিংনা মঙাল-কোঙ্গোল-থিল্লবা অঙৌবা ইপোম পুদুনা মশাগী ইতাফম তম্না হাথবগুম, ঙানু নামা কাপথুরুরবা শাদানবা তম্না অৱা-নুংশি অনীনা ইরৈননা হাথরক্লবা

**মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শ্বাশ্বতীঃ সমাঃ।**
**যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্।।**

হায়বা শান্তিগী মপাউ পুরবা শাপনা আদিকাব্যসীগী বীজনি; ভারত-কাব্য জগৎকীনা ওঙ্কারনি।

আদিকাব্যদা ওইবা নত্তে, মহাকাব্যনি — রসকী পীরেন্নি। কাব্যগীনা কাব্যনি; জ্ঞানগীনা জ্ঞাননি; নীতিগীনা নীতিনি। কালিদাসকী রঘুবংশ, ভবভুতিগী উত্তর-রাম-চরিত, তুলসীদাসকী রাম-চরিত-মানস, কৃত্তিবাসকী রামায়ণ, মধুসূদনগী

মেঘনাদ-বধ নচিংবা যুগ-কাব্য কয়ানা, লৈগী শাগৈনা মশাগী নীংথিজবা শকফম্না অমদি মশাগী নুংশিবা মনম্না নীংথিদ-নীংথিবা, নুংশিদ-নুংশিবা ঈশ্বরগী মপাউ জগৎ-তা তম্বগুম অমদি মদুদনা মশাগী থৌগাই মপুং ওইজবগুম, মহাকাব্যসীগী মপাউ তম্মী — মগুণ শকই। যোগ-বাশিষ্ঠরামায়ণ, অধ্যাত্মরামায়ণ্নচিংবা কয়ানা, ভজন-না অঈংবা নুঙঙাইবনা শকপান্নরবা ঈশ্বরগী খুভম পুথোকপগুম, মহাকাব্যসীগী পন্দুপ তরেৎ-তা মশা মশাগী মশীং-লাকঙমদ্রবা উপরসকা লোয়ননা চেল্লীবা রস মপানগী ঈরোন্দা ইল্লিবা অধ্যাত্ম তত্ত্ব ফোঙিঙ। যুগ, যুগান্ত খুদিংদা রাষ্ট্রনীতিদা ভারত-মাতানা লমতাকই।

## রামরাজ্য।

ভারত-কাব্য-জগৎকী মন্দাকিনীনি। মন্দাকিনীনা মশানা পোকচবা নন্দন-কানন কোইবগুম, ভারত-কাব্য-কানন কোল্লবা মহাকাব্যনি। ভারত-কাব্য জগৎকী ময়োন্দা যুগ-যুগান্ত লান্না হৌরক্লবা কল্পবৃক্ষনি। কল্পবৃক্ষনা মশা মশাগী অপাম-অপাম্বা মঙোন্দা চঙজরকপশিংদা পীনবগুম, কবিদা কবিতা জ্ঞানীদা জ্ঞান অদুগা ভাবুক্তা রস পীনরবা মহাকাব্যনি। ভারত-জগৎকীনা সঞ্জীবনী মন্ত্রনি! সঞ্জীবনী মন্ত্রনা মথবায়-য়াওদ্রবা হকচাংদা থবায় হাপ্পগুম, মতম্না য়ৈহৎতুনা ভারতখণ্ডনা হেক হেক তারবদা ভারত মাতানা জীব সঞ্চার তৌনরবা মহাকাব্যনি। অদুনা যুগ-যুগ খুদিংদা ভারতখণ্ডনা চীষ্টাং য়ৈনা শকনৈ

**জৈ রাম, সীয় রাম**
**পতিতপাবনা সীয় রাম।।**

# রামায়ণ পোকপা

তমসা তুরেল অমনি। মাগী তোর্ব্বান্দা বন অমা লৈ। বন অসীগী মচি অমদা, তোর্ব্বান-থংবা মায়গৈদা তপোবন অমা লৈ। তপোবন অসী ঙক্লা নীংথিজে। খোর্জেনা য়েকথোক্লবদা মাঙদনীঙঙাই লৈত্রবা মনীংথিজনি। মশাদি য়েকঙমদবা অমা ওইরবনা ভাবোক্তা মাগী নীংথিবা উৎননীঙঙাই মওং অতৈ য়েঙঙকপদা মরম অনীদংদদি লৈ। মসী মশক-খঙবা ভাবোক অনীখক লৈ। অমনা — তমসানি; অদুগা অমনা — নুমিৎনি। মখোয় অনীনা ওইবা মওংদগী ভাবোক অতৈনা মসীগী নীংথিজবা লাকপা ঙমগনি। তমসানা মশাগী ইতাফম ৰা ৰা বা তান্থরকপদা মাগী মচীল য়ৌবদা খোঙ্গাপ খক পল্লি, থক নীংহন্নে — নীংহন্ননা মরায় হাইগৎতুনা নীংথিজবা য়েঙিঙ; চেন্থবদনা মশাগী থৌগাই ওইবনা খোঙফম পন্থবা য়াদ্রবমক্তদা তোরৈ তুথেক্লনা মিৎচি হাইনা হাইনা য়েংদুনা চেন্থৈ, তপোবনগী লমখৈ লোইদুনা নীংওইনরম্বা তারবদা ইহন-ইহন্ননা নীংহন-নীংহন য়েংদুনা চেন্থৈ। নুমিৎকীসু অদুমঙাই। মহাক্কী উদয়দগী অস্তাচল তানবা খোঙফমদা তপোবন অসিগী মনুংদা মশেক ওইনা কুমথদুনা উখোঙ খুদিং কোয়দুনা, উকা খুদিং তোংদুনা শান্নরমদবা লৈত্রবনি। তমসাগী ঈচেল ফারবা নুমিৎকী খোঙফম পল্লবা তপোবন অসে মাবু কোইবা ঋষি বাল্মীকিগী মমিং লৌদুনা বাল্মীকি-তপোবন হায়না খঙনৈ।

নোংমা নুমিৎ-য়ুংবা মতম্নি। তমসাগী তোরৈ তুথেক্লনা তপথনা চেল্লবা ঈচেনগী, ইপোম-থক্তা নেৎতুনা ঙানু-থঙ্গোং লাবা-অমোম অনীনা অহিং ৰানা লেন্নরুই হায়বা মতাগুম পেন্না নুঙঙাইনা শান্নমিন্নজরি। অমুক ইপোম তাংথক নেৎনা তাউশিন্নজে; চীল্লোক্লজে; অমুক ঈরোন্নুংদা চুপ চুপ লুপ্নজে, লাপ্লপ্না ফোঙ-ফোঙ ফাওনজে, য়েংনৈ; অমুক চুপ লুপ্নে, খাব্রাংনা ফোঙ ফাওমিন্নজে চীল্লোক্লজে। অসুম্না শান্নমিন্নজরিঙৈ শাদানবা অমা মফম অদুদা তল্লাক লাক্লে। উজাউ অমগী মরুমদগী মহাক্কী তমথীরবা তেল নাপ্পা লান্না চিং নুঙেঙাল-চীল্লোক্লরিবা উচেক

তমদুনা কাপ্লক্লে; নামা পাল্লে। পীক্লবা জীবনা তেনগী চৈথা ফংবদা শিরম-শিফাত্তুনা ফর ফর ওন্দুনা ইহন-ইরৈ ঈরোয়ননা লৈবা হৌরক্লে; মপাং ওইবা উচেক্লা ঈশিং ঈমায় মথক্তা, তেল অমনা মথৱাই মাঙগনি হায়বগী করি নাচুংবা লৈতনা লৈনা তাউরিবা মপাংগী মতুং ইন্দুনা কোয়রৈ কোয়রৈ লৈদুনা পাই খোংবা হৌরক্লে।

তাঞ্জা অসীদা মহর্ষি বাল্মীকি তমসা স্নানগী মহাক্কী শিষ্য ভরদ্বাজগা লোয়ননা লাকখি। ওইরিবা মওং অদু উবদা মহাক্কী থম্মোই ছেৎ কায়খি। অকায়বা থম্মোইদগী অৱাবা, নুংশিবা অনীনা ইরৈননা, তমসাগী মুরৈনবা ঈশিংনা কোরৌ-মশেক-কোঙ্গোল থিল্লবা অঙৌবা ইপোম পুদুনা ইতাফম তম্না চেষ্টবগুম, শাপকী মশক লৌদুনা শাদানবা তম্না হাথরক্লে

**য়াইফরনু শাদানবা মতম্নুংদা কদৌঙৈ।**
**থঙ্গোং নামা হাৎনঙাই নুঙেঙাল-চীল্লোক্লরিঙৈ।।**

... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

তাল, লয়, সুরগা কোন্নরবা পাদ অসীনা তপস্বী বাল্মীকিগী মচীন্দগী থোরকপদা ব্রহ্মাগী থম্মোই হুখি। মহাক্লা মোমোন নোক্লদুনা 'নঙ্গী ঙসিগী সুরধুনীগী ঈখোল ঙম্না নীংথিজরবা পাদ অসীনা ফিভম ওইদুনা রামগী চরিত জগৎ-কল্যাণগী দমক শকউ, তাকপিখি।

বাল্মীকি তমসাগী খোংবান্দা, মশানা সেমজবা কাব্য-জগৎকী ময়োন্দা বীণা পান্দুনা শক্লক্লে রাম-চরিত — ফংজখি জগৎনা

আদিকাব্য মহাকাব্য
রামায়ণ।

# বাল্মীকি

ভারতকী আদিকবিনি। আদিকবিদা ওইবা নত্তে, মহাকবিনি — কবি পুম্নমক্কী গুরুনি। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-খঙদবা তপস্যানা মরম্নদুনা ফংলবা মহাক্কী জগৎ-প্রেম্না, উচেক-কাপ্পনা চীঞ্লোক-হেদৌমিন্নজরিবা ঙানু থঙ্গোং নামা হাৎখৈদা, কবিতাগী মশক ওইনা হাদোরকখৈ ভারত কাব্য-জগৎ পোকপনি। অসুম্না পোক্লবা জগৎকী ময়োল তমসাগী খোঙবান্দা মেঙনা নুংশিরবা বীণাদা তাল, লয়, সুর পান্দুনা মহাক্না শক্লম্লবা রামায়ণ ভারতকী আদি-কাব্যনি। ঈশা-মাপন্নরবা শীংনাইদবা উপরসকা কোন্নরবা রস মঙোন্দা পোকপনি। রস অসিনা ভারত লৈমায় শীনথুংনা চেন্দুনা ভারত-কাব্য-কাননদা নাশং-থাদা ওইবনি। ভারতকী অতৈ কবিশিংনা মাগী শৈশক-শৈদা, শৈরম-শৈপাল লৌদুনা মখোয় মখোয়গী মশা মশাগী যুগ-তা পুবা নত্তনা যুগ-যুগান্ত পুম্নমক্কী কবি ওইনজরিবনি। ঋষি কয়ানা কাব্য-সমুদ্র অসী নৈদুনা তত্ত্ব জ্ঞানগী মপু ওইনরিবনি। শক্লোল অহুম্নবা নীতিনা লম্মুক্লখৈ ভারতনা লৈখা হেক হেক তারবদা থেম্খাং খুদিং মসীদনা কন্দুনা লাক্লবনি। অসিগুম্লবা মহাকাব্য পীনরম্লবা মহাকবি বাল্মীকিগী পুন্সি খোঙফম্না জগৎপু শান্তিগী লম্বী তাকপদা নত্তনা খুভম্মক য়ৌনা লমজিঙিঙ।

বাল্মীকি মিং নত্তে, মিংথোন্নি। মিংদি রত্নাকরনি। রত্নাকর ব্রাহ্মণ মচানি। ব্রাহ্মণ মচাদি ওইরগা শিক্ষা-দীক্ষাদি পঙলৈ লৈতে। অদুনা মহাক অসে দ্বিজ-বন্ধুগী কাংলুপ্তা তাবা মীওংনি। জগৎ মপূংনা চৎনরিবা শাজৎ, অবিদ্যাবু বিদ্যানি উনরিবা মিৎয়েং মাগীসু ওইনা ওইনা মশাদা মশাগীদি য়েংদে। মচা অমা ওইনা মমা-মপা নীংজে; মপুরোইবা অমা ওইনা মশাগী নুপী য়েংঙিঙ, মপা মমা ওইনা মচা কোল্লি। অহল-ওইরবা মপা মমানা মপুন্সি খোংফম লোইবা ফাওবা অন্না-অনংগী ঈয়ে চাদনবা ব্লাখল তৌই; মহাক্না কোনফম থোকপা নুপী অঙাং কোনবা ঙম্নবা লম্বী য়েঙঙি। জ্ঞানগী থোঙদা নৌবনা পাঙ্গনগীনা মহাক্কী গৃহধর্ম্মঙাকে মবুক্তা লেপখি।

অসুম্না লেপ্লদুনা মহাক্না বনগী লম্বীদা মী ঙাইবা হৌরে। মী লাকপা হেক উবদা মহাক চোংথোকই। অরোনবা শাজৎনদুনা অচেংবা য়েংদুনা মীবু ঙম্বদি তানদে। 'ঙসি ঐগী ইপা ইমা, নুপী অঙাং চাবা ওক্লবা থনমগে থনম্মু নৎত্রগা নপাঙ্গন্না ঐবু নমদুনা লানগে লানখো' অরাকপা খুদিংদা হায়। অরাকপশিংনা খঙনা থনল্লে মহাক করিসু তৌদে; থনম্মু য়াদ্রবদি মহাক্না মপাঙ্গল পুথোকতুনা নোংমগী মহাক্কী গৃহগী ওক্লবা লৌহৌই। অসুম্না তানবা শেন্ন মহাক্না গৃহধর্ম্ম ঙাকখি। মহাক্কী ওইবশিংনদি — মহাক্না চৎলিবা শাজৎ অসী খঙবা লৈখিদে; মহাক্নসু খঙহনবা তৌরুদে।

মহাক্কী তুররিংবা পুন্সি খোঙফম অসী উবদা জগৎ-পোকপা ঈশ্বরনা মহাক্কী লমজুম্নবা শীল্লক্লে। নোংমা লোকপিতা ব্রহ্মাগা দেবর্ষি নারদগা রত্নাকরগী বন অসীদা ফাওরক্লে। মখোয় অনী উবদা মহাক চোংথোরক্লে — হায়রকই,

রত্নাকর — লংফৈ অনী, নখোয়গী করি য়াওরি, ঐগী ইপা ইমা নুপী অঙাংগী ঙসিগী করিমতা লৈত্রি, থনম্মু।

নারদ — রত্নাকর, নঙদি ব্রাহ্মণ মচানি; মীগী মপোৎ মুন্দুনা চাবগুম্বা তোল্লবা বৃত্তি অসী নঙনা চৎপা চুমদে।

রত্নাকর — ইপা ইমানা ঐগী ইশাগী পাঙ্গল নত্তনা পুন্সিগী হৌদোক্লম্বা সম্বল পীদে, অদুনা মখোয়না পীনবা সম্বল অসীনা ঐ মখোয়গী সেবা তৌবনি; ঐগী নুপী অঙাং য়োকপনি। নখোয়না ঐনা নীংথিনা হায়রিঙে ঐগী ওক্লবা, ওক্লবদনি, থনম্মু; নীংথিনা অদুম মচৎখো; য়াদ্রবদি ঐগী পাঙ্গলগী গুণ খঙবা তাই।

নারদ — নঙনা হায়রিবদুদি অরেম্বনি; ধর্ম্ম তানবরা হায়ববু নঙদি নোংম-নোংমগী পাপতা লঙশিনবা থংলে। পাপনা নহাক অসে নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ, মৈনা ঈশিংনা মুৎত্রিবমখৈ মহা-নরক্তা তারগদবনি।

রত্নাকর — তারবশু ফৈ। পাপকী লম্বীনা তানবা শেন্না চামিন্নবনা ইপা ইমা, ইতু ইচা পুম্নমক অমতা কায়নদনা নরক্তা অদুম লৈমিন্নরুগনি। মখোয়বু কায়নদ্রবদি নরক করি থি, স্বর্গ করি থি, হান্নগী হান্নগুম অদুম মপাল্লুগনি।

নারদ — নঙনা তৌবা পাপতি নশাদনা চাগদবনি, অতৈ কনানশু চাগদৌবা লৈতে, চামিন্নসি হায়বশু য়াবিগদবা লৈতে।

রত্নাকর — ঐগীদি লোইনা চামিন্নসি য়াগনি।

নারদা — অদুদি অমুক্তং হঙঙুখো, মখোয়না নঙ্গী পাপ লৌগে য়ারবদি নংনা ঐখোয়দা তৌনিংবা তৌজৌ ঐখোয়বু থাজরগা অসুম ঙাইরমগে, থাজদ্রবশু পুনগেরা করিনো নঙনা থোকপা অমা তৌরম্মু।

নারদগী মৱা তারবদা রত্নাকর খঙনীংবা অমা পোক্লদুনা ব্রহ্মাগা নারদগা অনীবু উরীনা পুক্সিল্লম্লগা ময়ুম তান্না চেনখিদুনা হঙঙুবদা কনা অমতনশু পাপকী শরুক লৌ হায়বা য়ারমদবা অমদি মখোয়বু পাপবৃত্তিনা য়োকপগীদমক নুংশিনা চৈরকপা মীচৈ তারকপদগী মমিৎ পাঙলদুনা মবুক্লীং নুংশিনা, নীঙঙমদব-মৈশা-লাংবদগী পূক্লীং লৈতাফম খঙদনা নারদগী মফমদা হল্লক্লে, মানা পুল্লম্বা অনীবু থাদোক্লে, মখুৎ লোন্নদুনা হীক্লবা খোনফম্না হায়রমই —

রত্নাকর — মহাশয়, ঙসি নঙনা ঐগী মিৎ পাঙহনবিরে। ঐনা তৌরকপা পাপকী কোক্লনবা লম্বীদগা তাকপীদুনা নঙ্গী নুংশি-হৈবা থম্মোইগী নুংশি-হৈবা মওং উৎপীয়ু।

অদু তারবদা নারদ মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই — 'রত্নাকর, নমাঙদা লোকপিতা ব্রহ্মা য়েংজৌ, ঐনা নারদনি।'

রত্নাকর হরাউ-তুজুংনা ব্রহ্মা-নারদ অনীবু স্তুতি তৌজরে।

লোকপিতা ব্রহ্মানা মহাকপু য়েঙঙদুনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই 'জগৎ-পিতানা নঙ্গী তুররিংবা শাজৎ উবদা পেল্লদুনা নঙ্গী জ্ঞান পীনবগীমদক দেবর্ষিগা ঐগা লাকপনি। ঙসিদগী নঙ তপস্যা তৌবা হৌ। দেবর্ষিদা তারক ব্রহ্মনাম দীক্ষা লৌ।'

অসী হায়রম্লগা ব্রহ্মা অন্তর্ধান তৌখরে। রত্নাকর দেবর্ষিদা দীক্ষা লৌদুনা মৈ ঈশিং-নুংশিৎ খঙদনা তপস্যা তৌবা হৌরক্লে।

অঙকপা মহাক্কী তপস্যানি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা মশা মশাগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক পুথোকতুনা তাহৎপদা মঙোন্দা অরাম-খৌরাংবা হাপ্লা ঙমখিদ্রে অচীক অশাগী মৈচাক পীবা ঙমখিদ্রে। মমৈথংদদি মহাক্লা জয় ওইরে মহাক্কী ঈচীক-হুল্লবা থম্মোইগী মঙান্না অকোয়বদা লৈরিবা বনগী শরুক ঈচীক পুম্মুল হুনখরে। কৈ-নোংশানা শজি শঙাই তান্নরকপদা মাগী মপা হেক য়ৌবদা মথৱায় শিগনি কিবনা নুংশিৎকী তাংথক নেত্তুনা হুন্দুনা চেল্লম্বা খংলেপ লেপ্লি; সোর পীক্লা উনা

অকংবা তাদবা য়েংল-য়েংলদুনা মখোঙ থাঙিঙ; মশা তাশিন্না শউম পীক্লা চৎলি। কৈ-নোংশাদুশু অদুমঙাই। মশাগী হিংসাবৃত্তি কাওথোকখিদুনা হিংসা-লৈতবা জীবগী কাঙলুপ্তা পোকপদৌনা তপ্না মশা মশাগী য়াতাফম হক্লি। নুংশিৎনা লৈচিল-লাম্পিংনবা বনস্পতি উবদা মশাগী পাঙ্গল নিফুগা মাপল লোইনা পুথোকতুনা হৌরকপদা খংনেম নেমদুনা নাশোল পীক্লা থৈদূনা চৎলি; নুমিৎনা মশাগী নোংমগী খোঙফমদা লৈচিন লৈরোল থৈদুনা নারোন্দা চৎলি। অসুন্না মহাক্লা তপস্যা তৌরকপসী চহী অমত্তা অনীদা নত্তে, যুগ-যুগান্ত লান্না তৌরকপনি। লৈতাবা মশাদা লৈশৌনা অসুম অসুম শৌজিল্লকপনা লুতোল অদুম লানখ্রে — মশা লৈশৌপূং অদুম ওইখ্রে।

কল্লবা মহাক্কী তপস্যানা জগৎ-পিতা জগদীশ্বরগী থম্মোইদা য়ৈরক্লে। মহাক কৃপা ফংলে। মহাক্কী থম্মোইদা মঙাল অমা ফাওরে। মঙাল অদুনা মরম্নদুনা বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড মশক খঙলে। চীং-মাল, তুং-খোং, উ-ৱা, উরী-ৱারী, শা-উচেক, তীল-কাঙ, কৌজেং-কৌয়া—লেঙ-পানবা পূম্নমক্তা ভগবানগী রূপ উবা ফংলে। জগৎ পূম্নমক মাগী মশক্কি হায়বা খঙলে।

রত্নাকরগী তপস্যা সিদ্ধ ওইরে-মহাক্কী যুগ-যুগান্ত লানবা তপস্যাদা লৈশৌপূংগী মশক ওইরুবদগী, সংস্কৃতনা লৈশৌপূংবু বাল্মীকি কৌনবনা জগৎনা মহাকপু বাল্মীকি হায়না খংনখরে।

বাল্মীকি ব্রহ্ম মশক খঙলবনি. উরবনি; জ্ঞানগী জ্ঞান মহাক্কী ওইরবনি। ভগবানগী অফোংবা শকফম বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডগী জীবগী মকোক ওইরবা মীওইবগী মরক্তা কনাগুম্বা অমদা ভগবানগী গুণ পূম্নমক নৎত্রবশু অয়াম্বদি ফাওরমগনি হায়বা খঙলে। যোগনা উবা শকফম অদূগী মমি মশাগী মপানগী মমিৎ অনীনা উনীংলক্লে।

তাঞ্জা অসিদা দেবর্ষি নারদ মহাক্কী আশ্রমদা ফাওরক্লে। মহাক্লা দেবর্ষিগী সেবা লোইরবা মতুংদা 'চীং-লেম্বা, মরিল-লৈবা, লোনচৎ খঙবা, তৌজমল-খঙবিবা, অওইবদা-ঙাঙবা, ব্রত-কনবা, লীচৎ-ফজনা জীবগী য়াইফবদা নীংবা, মহৈ-লৈবা, হীরম-পূম্নমক-খঙবা, ফজবদা-মপা-লৈতবা, মবুক-লাকপা-ঙম্বা, অশাউবনা চঙজবা, মঙাল-ফবা, কল্লক-খম্বল চঙদবা অমদি য়েক্লব-শাগৈনা থুকনবা জগৎ অসিদা কনা লৈবগে' হঙঙকই। নারদনা মহাক্কী অন্তরগী ৱা খঙঙদুনা নুংশি-মোমোন্নবা ৱাহৈনা 'নঙনা হায়রিবা গুণ পূম্নমক অসীনা পূনবদি অযোধ্যাগী মপু রামনি, রামচন্দ্রদনি'

তাকপীখি। রামচন্দ্রনা লঙ্কাদগী হল্লক্কুনা অযোধ্যাদা পানবা হৌবা মতম ওইবনা মতম অদু ফাওবদা ওইখিবা রামগী চরিত মঙোন্দা নীংথিনা লীবিখি।

অসূন্না দেবর্ষি নারদদগী ফংলবা রামগী চরিত থম্মোইগী থম্মোইনুংদা ঙংল-ঙংলদুনা তমসা-স্নান লাকপদা শাদানবগী নাচুংদবা তেন্না মপাং-কায়নরবা ঙানু-থঙ্গোং অমোমগী শোক্লবা থম্মোইগী মতু-শোনবা মপাউখোল তাবদা মহাক্কী অমগীনা থিৎলবা, অমুক অমগীনা হীক্লবা থম্মোইদগী ৱাবিহৈবা, নুংশি চাওবা অনীনা শকপান্নদুনা থোরক্লবা শাপকী মশক ওইবা

**য়াইফরনু শাদানবা মতম্লুংদা কৈদৌঙৈ।**
**থাঙ্গোং নামা হাৎনঙাই নুঙেঙাল-চীক্লোক্লরিঙৈ।।**

হায়বা কবিতানা ব্রহ্মাগী থম্মোই শুমখি। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না কবিতা অসীমক্না ফিভম ওইদুনা রাম-চরিত শকখি। মহাক্না শকখিবা রাম-চরিত ভারত-খণ্ডদা রামায়ণ হায়না ফাওরি।

যুগ-যুগান্ত তপস্যাগী অমদি কল্প-কল্পান্ত মৌনব্রতগী ফল রামায়ণ মহাকাব্য জগৎ-কল্যাণগী দমক শক্লম্লগা ব্রহ্মালোক-তা কাখি আদি-কবি, মহাকবি, কবিগুরু

**মহর্ষি বাল্মীকি।**

# ব্রত-চেৎপা রাম

বিশ্বামিত্র নিংথৌনি। নিংথৌ ওইনা ওইনা অকন্নবা তপস্যা তৌদুনা রাজর্ষিগী খুভম ফঙিঙ। রাজর্ষিদগী, অমুক হেন্না অকন্নবা তপস্যা তৌথদুনা ব্রহ্মর্ষি ওই। লৈব্রেবনা লনখোঙ থিবা জগৎকী হৌনবীনি। অনেম্বা জগৎনা সনা-লুপানচিংবদা পেনবা নাইদবগুম অৱাংবা জগৎনা জ্ঞান-ধর্ম্মনচিংবদা ওকপা খঙদে। অদূনা বিশ্বামিত্রগী তপস্যানা লোইবা লৈতে। তপোবৃদ্ধিগীদমক হিমাচলগী কৌশিকী তুরেনগী তোর্ব্বান্দা লৈবা মশাগী নুংশিজরবা আশ্রম থাদোক্কুনা তীর্থরাজ সিদ্ধাশ্রমদা যজ্ঞগী দমক লাকখি। মফম অসিদা মহাক্না যজ্ঞ হেক হেক হৌরকপদা সুন্দগী মচানিপা মারীচগা উপসুন্দগী মচানিপা সুবাহুগা হিংচাবা অনীনা মখোয়গী খুৎ পুদুনা হেক্তা থুগায়রে। মহাক্না মশাগী ব্রহ্মশক্তিনা মখোয়বু তাড়ন তৌবগু পাল্লমদে অদুগা ক্ষত্রিয়কুল-দা লৈরিঙৈদা হৈখিবা অস্ত্রবিদ্যানা মখোয়বু ৱারক্তুনা ক্ষত্রধর্ম্মদা অমুক হঞ্জিনবগুম থোকপশু থোক্লীংলমদে। অমরোমদনা অপাম্বা যজ্ঞ পাঙথোক্লীংবনা মশাদা পোত্থাফম খঙলমদে। অদূনা করি করম তৌরগা যজ্ঞ অসী পাঙবা ঙমগদগে হায়না ৱাখল তৌবা হৌরক্লে।

মহর্ষি যোগস্থ ওইরে। যোগগী পাঙ্গলনা অযোধ্যাগী মপু দশরথগী মচানিপা রামচন্দ্রনা ঙাক্লবদদা মহাক্কী যজ্ঞ পাঙ্গনি হায়বা উরে। পনবা তৌদনা অযোধ্যানগরী তম্না খোংশাল্লে; মতম চানা য়ৌরে।

নুপী-অঙাং-ষণ-ব্রাহ্মণগী সেবাদনা মশাগী অথোইবা ধর্ম্ম ওইনরবা নিংথৌ দশরথ বিশ্বামিত্র উবদা হরাউবা, নুঙঙাইবগা লোয়ননা অর্ঘ্য কৎখি। মহাক্না ৱারোন কয়া থোক্লা ঙাঙনরবা মতুংদা মচা-রামদা-লূপ্লবা মপা-দশরথ মহাক্কী মফমদদি যুগ তরাগা পারবা নুমিৎ তরানিগী দমক মচা রামবু মনাও লক্ষ্মণগা লোয়ননা মহর্ষিগী যজ্ঞ ঙাক্লুনবগীদমক থাবা লেপখি।

রাম মপানিংথৌ, মমা কৌশল্যা গুরু বশিষ্ঠনচিংবগী বর লৌরদুনা মনাও লক্ষ্মণগা লোয়ননা মহর্ষিগী মতুং ইন্দুনা চৎলক্লে। অহল-ওইরবা অঙৌবা জটাগী মতুংদা চহী তরামঙাগী নৌরবা কোকফম অনীগী থোৎনা মুরবা শল্লাংগী শম্বুল অনীনা ইল্লকপা, অমুবা শম্বুন্দুগী নাক-য়েত্তা তেন্দোং কারন-য়ানবা অনীগী মতোন্না হাইনা তারকপা ভাবুক্কী ফঙঙমদবা উঙমদবা কুম্মৈ অমা ওইখি। য়েঙঙু য়েঙঙুরগা উল্লোয়নবা সনজীং নাপোম ময়াদা মকোক অহুম-ফাংবা লিল অনীনা মকোক থাঙ্গৎতুনা জগোই শাবগুম উখি। অসুম্না লাকপনা গঙ্গা, সরযু অনীগী ঈরোং য়ৌরক্লে।

ঈরোং অসীগী ময়া অসে মলদ, করূষ হায়না কৌবা লৈবাক অনীগী লম নি। মী তাখিদবনা মফম অসে শুক্লবা বন ওইরে। চুন্নগী নত্তে, নুমিৎ-থা-মঙাল চঙদ্রবা শুক্না মল্লবা বননি। মফম অসী য়ৌরবদা বিশ্বামিত্রনা রামদা মফম অদু কোইরিবী তাড়কাগী ৱারী তৌখি। শামু-লীশিং পাঙ্গন্নরবী হিংচাবীসীনা নুপী-অঙাং ষণ-ব্রাহ্মান্দা পীরিবা অৱাবা পুম্নমক তমদুনা হাৎননবা হায়খি। রাম জগৎ-কল্যাণগীদমক নুপী হাৎপগী পাপ অমদি অথিবা মিংচৎ নোক্লা মকোক থোংনা লৌখি। তাড়কাবু অকনবা লান্দা হাৎলে। থাদা কালিমা রাশি হাপ্লগুম নুপী তাড়কা হাৎপগী পাপনা রামদা মিংচৎতুম ওইখি। জগৎ অসীদা গুণ-চেন্দ-চেনবা মীগী মফমদদি দোষনশু গুণ ওইনা মথোক্লে।

তাড়কা-বন লাম্থোক্লবা মতুংদা সিদ্ধাশ্রম য়ৌরে। লৈরম্বা মুনি-ঋষি পুম্নমক্না মহর্ষিবু অমদি রাম-লক্ষ্মণবু ওক্লরে। মচিন-মনাও অনীবু মতীক-চাবা সৎকার তৌরে।

মসীগী নোঙঙানবদনি। মহর্ষি বিশ্বামিত্র যজ্ঞগী দমক দীক্ষা লৌরে, মৌনব্রত তৌখরে। নুমিৎ তরুক্কী তৌগদবনি। তরুক্কী সুবদা যজ্ঞগী পূর্ণাহুতিনি। তরুক্কী অসী রাম্না মনাও লক্ষ্মণগা অহিং-নুংথিন নাইদনা হিংচাবা শঙ্গদবনি।

যজ্ঞ হৌরে। বেদমন্ত্রগী তাল নেৎতুনা যজ্ঞগী মৈখুনা অতিয়াদা নোংজু থাগী মালং-তাংথক নেৎতুনা নোংগী তাবুল ফাওরকপগুম সিদ্ধাশ্রমগী অতিয়া অকোয়বদা হাইদোরক্লে। রাম-লক্ষ্মণ চাদে, থক্তে, তুমদে, পোত্থাদে, ৱাবা নাইদে, করম্বা শরক্তা তৌঙমদবা-লৈতবা হিংচাবশিংনা হাইজিল্লক্কুনা যজ্ঞ কায়খিগদগে কিবনা মখূত্তা লিরুং পায়দুনা বনগী অকোয়বদা য়েংবা হৌরক্লে। অমরোমদনা, মরীচ-সুবাহু মচীন্মনাওনা যজ্ঞগী মৈখু উবগা মমা তাড়কা হাৎখিবগী নুঙঙাইতবগা মখোয়গী অরোইবা হৌদুনা লাক্লে। যজ্ঞ হান্না থুগায়ননবা নারোন্দা যজ্ঞ-কুণ্ড তমদুনা শদুম

লংশিনবা ঈ চাইশিনবা হৌরক্লে। রামনা মদু উবদা নুংশিৎ-পোকপা তেন্না লংশিল্লক্লিবা অমদি চাইশিল্লক্লিবা অমাংবা পোৎলম পূম্নমক ঙাকথোক্লগা মারীচবু তেন্না পুদুনা সমুদ্রদা থাদখরে। সুবাহু অমদি মহাক্কা লোয়নরকপা হিংচাবা লীশিং লীশিংবু মখোঙ-মখূৎ মঙক কক্তুনা থাদরে! হৈহেকপনা হৈপাল নোম্লবদা মমূন-ফরবা, মখোক-লোয়রবা হৈগী মপৈনা পোরোপ পোরোপ তারকপগুম হিংচাবা পূম্নমক পোরোপ পোরোপ তারে। লেম্লৌবা খরনা মথৱায় পুদুনা চেনখ্রে। বিশ্বামিত্রগী যজ্ঞ লোইরে, পূর্ণাহুতি কায়দনা পীরে। মুনি-ঋষি পূম্নমক্না রামগী গুন শকপা হৌরে।

রামগী কল্লবা ব্রতগী পল্লোন্না চেৎমনখিবনা মারীচ-সুবাহু অমদি মখোয়গী তৌঙমদবা লৈত্রবা হিংচাবশিংগী মায়া চঙবা ঙমখিদবা উবদা রামবু পূম্নমক্না শোন্নখি

ব্রত-চেৎপা রাম।

# নিপা অথোইবা রাম

জনক মিথিলাগী মপুনি। তপস্যা-লৈবা নিংথৌনি। অদুনা মহাকপু রাজর্ষি জনক হায়না খঙনৈ। মহাক্না মশাগী তপোবৃদ্ধিগী দমক মখুৎমক্না যণপোৎ পায়দূনা কোকচবা যজ্ঞভূমিদা তত্তনা যজ্ঞ তৌই। রাম-লক্ষ্মণন্না মহর্ষি বিশ্বামিত্রগী যজ্ঞ ঙাকপা তাঙ্গা অসিদসু মহাক্কী যজ্ঞ তৌরি। মহর্ষি বার্ত্তোন ফঙিঙ। মশাগী যজ্ঞ নীংথিনা লোইরবদা হরাওবগা লোইননা নিংথৌগী নিমন্ত্রণ ঙাক্কে অমদি মচীন্মনাওবু মিথিলা য়েংহনগে হায়না মহাক্কী শিষ্য পূন্নমক পুদুনা চৎলে।

মিথিলা নগরী য়ৌরে। রাজর্ষিনা মহর্ষিবু হরাউনা অর্ঘ্য কৎলে; লোয়নরকপা পূন্নমকপুশু মতীক-চাবা সৎকার তৌরে। মুনি-ঋষিশিং অদূগী মরক্তা মখোয়দগীদা নত্তনা জগৎ পূন্নমক্তগী তোপ-তোপ্পবা শকফম অনী য়াওরকপা উবদা রামদা মিৎফম থন্নদুনা 'মহর্ষে মিৎস্নানা থম্বাল মাল্লবা, থোৎন নৌনা শংবানবা অনৌবা তিংথৌ ময়োন্দা কোরৌ মশেক য়েবগুম নীংথিজবা কুচুনা মহাক্কী ওইরবা, মদনগী তনৌ-তনৌবা ইক্ষুদণ্ডগী লীরুংনা ঈশ্বরমকপু ঙম্বা শক্তি পুবগুম চহী তরামঙাগী থোৎনা নৌরবা হকচাংদা দিগ্বিজয়ঙমগদবা পাঙ্গল থূপ্পা পুবগুম তৌরিবা অমদি শরৎকী অশংবা অতিয়াদা তান্নক-তান্নক্তা নোংথাংনা শান্নবগুম পাঙ্গনসীগী ঈস্থন হেক হেক ফাওরিবা কুমার অসীগী পরিচয় ওম্থোক্না খৌরাঙ্খরে' হায়রকই।

রাজর্ষি জনক্কী পাউহং অদূ তারবদা মহর্ষি বিশ্বামিত্রনা 'রাজর্ষে, দেব-দানব-যক্ষ-রক্ষনচিংবা পূন্নমক্না মমিংদা তাবদা থুক্নরবা তাড়কা হাৎপা, মচা মারীচবু সমুদ্রদা লংথদুনা সমুদ্রনা থাঙঙবাৎ ওইরবা জম্বুদ্বীপ অসীদা মখোঙ অমুক তাহন্দ্রবা অমদি উপসুন্দগী মচা সুবাহু রাক্ষসবু হাৎতুনা রাক্ষসগী উপদ্রপতগী দ্বীপ অসীবু কল্লবা অযোধ্যাগী মপু দশরথগী মচা রামচন্দ্রগা মনাও লক্ষ্মণগনি। নহাক্কী কোনুং য়েংহনগে অমদি নহাক্কী হর-ধনু উহনগে পুরকপনি। নঙ্গী হর-ধনু অদূ অমুক্তা য়েংহন্নবা তৌবিরবদি ঐগী নীংবশু থুঙ্গনি অদূগা নহাক্কী নীংবশু থুংবা য়াই।'

হর-ধনু বিষ্ণু-শিবগী লানফমদা শিবনা পায়খিবা অমদি মহাক্না পায়খিবদগী হর-ধনু হায়না খঙনরবা লীরুংনি। মহাদেবনা মহাক্কী ভক্ত মিথিলাগী মপু দেবরাতকী মফমদা ধর্ম্মগী সাক্ষী ওইনা পীনবনি। জনকনা মপা মপুগী মপোৎ ওইনা ফংজবনি। মহাক্কী মপা লৈতবী সাবিত্রীগী মশক ওইরবী সীতা লীরুং অসী লীরি হাপ্পা ঙম্বা অমদি থুদেকপা ঙম্বা মীদা থাজনি থম্বনি। নিংথৌ কয়া কয়ানা নীংথিবী সীতাগী মগুণ তাবদা লাক্কুনা চাং য়েংলম্লবনি। লীরি পানবদি থম্লদুনা পায়দুনা কাওবফাওবা ঙম্নদ্রবনি। নিংথৌশু হায়দোকখিবদগী মচা থাজবা য়াদ্রদুনা অৱাবা অমা ওইদুনা লৈরবনি। মহর্ষিগী মৱাহৈ অদূ তাবদা মপূক্নীংদা হরাওবগী ঈথক কাখি। মহাক্কী মন্ত্রীশিংদা অন্তঃপুরদগী লীরুং চিংথোরক্নবা য়াথং পীরে।

লীরুং চিংথোরক্লে। অঙকপা লীরুংনি। কল্লবা চাউরবা মী লীশিং মঙানা য়োৎলম নীপান্না য়ৈদূনা শারবা, কাম্খোঙ নীপান পানবা কাংদা চিংদুনা পুরকপদা ৱানা থোকই। লৈগী পরেংনা অমদি নুংশিবা চন্দন্না লৈতেংলবা লীরুং অসী উবদা রাম লীরি পানগে নীঙঙদুনা মহর্ষিগী অমদি নিংথৌগী য়াথং ঙাইরকই।

রামগী ইঙ্গিত উবদা রাজর্ষি জনক হরাউ-মোমোন্নবা ৱাহৈনা হায়রকই 'দাশরথি, নঙ্গী কল্লবা পাম্বোম্না হর-ধনু লীরি পান্দুনা টঙ্কার তৌ, থুদেকউ, নপাগী লেংদা-লৈরবা ৱাশক্কী লাংদা থুরবা ঐ অসীবু কল্লু।'

রাম নিংথৌ পূন্নমক্কী মায়খুফম ওইরবা লীরুং অরাক তম্না পায়দূনা করিগুম্বা অমদা শৌবা তৌরুদনা পাম্বোমদনা মুক্কুনা লীরি পাল্লে - লীরি ফ্রং-ফ্রং কাপ্পক্লে, লীরি-কাপ্পা ঈনিন্না যজ্ঞগৃহ লান্দুনা অতিয়া পূন্নমক ঙংখি। যজ্ঞগৃহদা তিল্লিবা মুনি, ঋষি, নিংথৌ প্রজা পূন্নমক্না ঙক্না য়েংনখি, ইস্ হায়বা চপমান্নখি। অসূম্না অমুক-অনীরক লীরি কাপ্পম্লগা লীরুংগী মকোক-মতোন অনী পায়দুনা লীরুং থেক্লক্লে। লীরুংনা মহাক্কী পাম্বোমগী পাঙ্গন খাঙবা ঙম্মক্তদুনা ময়াই খুৎপায়ফমদা তেক্লে। মা তেকপগী মখোন্না নোংমৈশীংজং কোটিনা অমুক্তদা তামিন্নবগুম হৌখি; জগৎ পূন্নমক য়ৈহৎখি। অতেকপা মতেক অনীনা লৈমায় য়ৌরকপদা মালেম লপত্রে হাইখি।

লীরুংগী মখোন্না য়ৈহৎতুনা জ্ঞান-মল্লবা, অমদি লীরুংগী ভারনা য়ৈদুনা মালেম্না লপত্রে হাইবগুম হায়রকপদা থুক্কুৎলবা থৱায় পূন্নমক্না পাখৎখিবদগী মাগী মাগী নীংজবা লাই কৌনরকপদা চপ মান্ননা খোঞ্জেন অমতা ওইনা লাওথোক্লরকখি।

**রাম রাঘব, রাম রাঘব**
**অঙকপনি নঙ্গী লীলা**
**নিপা অথেইবা রাম**

... ... ... ... ... ... ...

রাজর্ষি জনক-কী নুঙঙাইবা করি হায়রুনি! থীনবা তৌদনা কুলাচার্য্য শতানন্দনা চিংদুনা মতীক-চাবা, অখন্নবা মী কয়া নিংথৌ দশরথ অমদি লৈমশিংগী খূদোনপোৎ নীংথিবা তমদুনা অযোধ্যাদা থারে। মৈথিলগী কুল-পুরোহিতকী মচীন্দগী মরম পূন্নমক খঙলদুনা কুলাচার্য্য বশিষ্ঠ, ঋষি পুঙ্গিবা মার্কণ্ডেয়, মহর্ষি জাবালিনচিংবা মুনি-ঋষি কয়া, লৈমা অহুম, মচা অনী, চতুরঙ্গ সেনা পুদুনা অফবা লগ্নদা দশরথ যাত্রা তৌরে।

নিংথৌ অনী উন্নরে, নুঙঙাইনরে। অফবা নুমিত্তা, অফবা পূংফমদা লূহোংবগী হৌনবী নান্দীমুখ শ্রাদ্ধনচিংবা অমদি গোদান্নচিংবা দান ধর্ম্ম কয়া তৌদুনা হরাউ-তয়াম কয়াগী মনুংদা রামগা সীতাগা, লক্ষ্মণগা মনাও উর্ম্মিলাগা ভরত-শত্রুঘ্নগা জনক-নিংথৌগী মনাও সাঙ্কাশ্যানগরীগী মপু কুশধ্বজগী মচানুপী অনীগা লূহোংলে। জনক নিংথৌনা মচা মরিগী সনা লুপা-মনি-মুক্তানচিংবা পোৎলমদা নত্তনা চতুরঙ্গ সেনা ফাওবা উনখি।

জগৎ-নিয়ন্তাগী পোইরৈ-উরবা মহর্ষি বিশ্বামিত্রনা রামগী মফমদা মহাক্কী খূৎলাই পূন্নমক মন্ত্রগা লোয়ননা শিন্নবদা নত্তনা সীতাগা তিন্নহল্লবদুদা মশাগী থৌগাই লোইরে উরদুনা মহাক্কী হিমালয়গী আশ্রমদা নিংথৌ অনীগা রামনচিংবা পূন্নমকপু সৎকার তৌদুনা মশাগী অমদি জগৎকী কল্যাণগী তপস্যাগীদমক বিদায় লৌহৌরে।

...... ...... ...... ..... ..... ...........

দশরথ মচা-মমৌসিং পুদুনা মিথিলাদগী মশাগী কোনুং যাত্রা তৌরে। কোনুংগী লমখৈ হেক লাম্ভোরকপদা ওম্ভোকপা মওং অমা থোকখি। বনগী মশীং-লাকঙমদ্রবা শা উচেক্কী শাগৈনা অকিবা অথুকপা খোনফম্না অরাক-অরাক্না খোংদুনা দশরথগী খোঙফম মতুং ইনখি। শজি-শঙাইদনদি য়েৎওইননা মখোয়গীদা ওইবা মশা ফিথুপ্পনা চোং, মালং তাংথক নেৎ পেরাউনবা মিৎফম উইরপ তৌ ঙকফম লৈনা পু চৎপা খোঙচৎনা ঈংনা অদুম মচেল্লি। শা-উচেক-শিঙ্গী তথক্লবা খোনফম লক্ষা লক্ষানা মথম্মোইদা খোঙফম খুদোং থিগদৌবা ফিভম অমা উবদগী নিংথৌনা বশিষ্ঠনচিংবা মতম-অহুম-উরবা গুরুশিংদা থোক্লগদৌরিবা মওং অদূনা করি ওইরগদৌরিবা হংখি।

বশিষ্ঠনা 'থোকপদি অমা থোক্লগদৌরি, অদূমক্লা ৱাবদি ৱারোই, কিরুগনু মহারাজ' খুম্লকই।

অসুম্না ঙাঙবু ঙাঙনফাৎত্রিঙৈদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্লে। বন-পুবা উজাও পূম্নমক লৈনা, হাইনা, নম্না তাহৎপা হৌরক্লে। উজাউগীদি নুংশিৎ থিন্নবা মশিঞ্জাংনি। ঙাক্লগা ঙাক্লে তেক্লগা তেক্লে। নুংশিৎ মাবু কিবনা লৈমায় য়াহিম্নরবা তিংথৌগী শাগৈ ফাওবা খোন্দুনা শিংখ্রে লাক্লিবা নুংশিৎনা। অদূনা অতিয়া মকোয় উফুন্না পূম্মম মমখ্রে; খুৎ হাইবা উখিদ্রে; খোং-লাউখিবনা অমগা অমগা ৱা ঙাঙনবা তাখিদ্রে। মশানা থৌনা পোক্লবা দশরথ, মশানা তপ্লবা বশিষ্ঠনচিংবা ঋষি খরদং নত্তনা জ্ঞান মমদবা লৈখিদ্রে। মী পূম্নমক মহাপ্রলয়গী নুংশিৎ হৌরক্লমাক্লে কিখিবনা বিষ্ণু বিষ্ণু সোন্নখরে।

অকিবগী মশক-ফংলবা নুংশিৎ ঙহাক্কী মনুংদা খংলেপ লেপখ্রে। নুংশিৎতুদগী হেন্না কিরবা অকিবা হায়বদূমক্লা শকপান্নরবা পরশুরাম শীংজং য়েৎনা পায়, নুমিৎ-থা থোকপগুম লংলবা লীরুং অমা ওইনা পায় ফাওরক্লে। মহাক্কী শকফম উবদা থৌনা পোক্লবা দশরথ থুক্কবা ঙমখিদে। মহাক্তি লায়বু লায় অকিবা জয়-তৌরবা বশিষ্ঠনচিংবা ফাওবা থুক্কবা লৈখিদে। কালগী মমাঙদা কনা কিরোইদৌবা লৈ! পূম্নমক্লা 'মাঙেঙ মাঙেঙ করিনো'! চপমান্ননা সোন্নখি।

পরশুরাম মহাক্কী খোঙফম অমমন্না মালেম থক থক নোম্না দশরথকী তেঙ্গোল তমশিল্লক্লে; নোঙ্খোংনরবা খোনফম্ন 'রাম হায়বদু কদায়নো' হঙঙকই।

অদূ তাবদা দশরথ পাখৎখরে; মকোক্তা অতিয়া নীঙ্খায়দুনা নল্লবগুম ৱাখ্রে; মখুৎ লোন্নদুনা 'তপথবিয়ু রাম! কিরাতার্জ্জুন্না মহর্ষি জমদগ্নি হাৎতুনা নঙোন্দা লঙনবদগী নহাক্লা তরেৎ অহুল্লক পৃথিবী কোয়দুনা ক্ষত্রিয় পূম্নমক গর্ভদগী হৌনা শোইরগা বিজয়যজ্ঞ তৌদুনা কশ্যপমুনিদা পৃথিবী দান তৌখিবা কাউবিরবরা, অমদি ইন্দ্রগী মফমদা চানবিদুনা শীংজং থাখিবা নীংসংবিদ্রবরা?' 'অঙাং ওইরিবা, মপান থোক্লিবা ঐগী ইচা রামনা করম্বা অকায়বা লৈদুনা নঙনা ঙসি মাবু অসুক শাউবিরিবনো?' 'তপথবিয়ু, চানবিয়ু, নঙ্গী শীংজংগী মমাংদা লেপকদবা জগৎ কনা লৈ?'

দশরথগী মৱা তাদে। মমিৎ কোরি কাদূনা রাম থিরক্লে। রাম মোমোন নোক্লদুনা পরশুরামগী মমাঙদা চঙঙক্কুনা 'ব্রাহ্মণ! নঙনা করি হায়নীংবা হায়য়ু' হায়রকই।

পরশুরামনা 'নঙলা রাম? ফৈ। ঐ নঙ্গী নগুণ তারে; হর-ধনু থুদেক্লে হায়বা খঙলে। ঐনা পায়রিবা লীরুং অসে লীরি পাল্লু। নঙনা লীরি পানবা ঙম্লবদি ঐগা মল শান্নগনি। লীরুং অসে বিষ্ণু-শিব অনীগী লান্দা বিষ্ণুন্না পায়খিবনি। মহর্ষি ভৃগুমুনিনা ফংহৌবনি। অদুনা ঐনা ফংবনি। পাল্লু রাম, লীরি পাল্লু' লীরুং লাম্থোরক্লে।

রাম লীরুং তরাই-তরাইনা লৌরে। মখুত্তনা অশৌবা নাইদনা লীরি থক পানশিল্লে। হায়রকই, 'লীরুংদা লীরি পাল্লবদি ব্রাহ্মণ, করি তৌবা হৌনৈ?'

পরশুরাম ঙকচুনখিবদগী মশাগী তেন্দোংদগী তেল জ্ঞান ইতা তাদনা লাম্থোকখি। রামনা তেল অদু তল্লৌ লৌদুনা তেনগা থোংলে, নাপ্পা লান্না চিংলে। চীংদুনা চীংদুনা থম্না থম্না অমুক হায়রকই, 'তেল চীংলবদি করি তৌবা হৌনৈ? নঙদি ব্রাহ্মণ্নি নঙোন্দদি কাপ্পীংদে। নঙ্গী অমাঙ-অতা লৈত্রবা তেল অসী ঐনা থাদোক্লবদা স্বর্গ খঙদে মর্ত্ত্য খঙদে পাল্লুবা অমদি মাঙবা তারে। হায়য়ু, করি হায়নীঙিঙ হায়য়ু।' পরশুরামনা নুংবংনবা উবদা অমুক হায়রকই, 'ফরে, নঙনা হায়বা ঙমদ্রবনিনা নংগী পুণ্যনা তানবা স্বর্গগী লম্বী পুন্নমক্কা নঙ্গী চৎঙম্বা পাঙ্গনগা লোইননা কক্লগে।' অসী হাঙ্গনা হাঙ্গনা তেল থাগে তৌরক্লবদা পরশুরাম তফিং তফিংনা হায়রকই, 'ঙাইখো রাম! চৎঙম্বা পাঙ্গন্দদি খাকপিয়ু ঐ ইশাগী মাহেন্দ্রগিরিগী আশ্রমদা চচ্চখিগে। নঙনা খাকপীদ্রবদি ঐদি সত্যভঙ্গগী পাপ অচৌবা অমা চাবা তারে। ঐ কশ্যপকী মফমদা ৰাশকখিবদগী পৃথিবীদা অহিং লেনবা য়াদে।'

রাম ফৈ হায়রম্লগা তেল থারক্লে; পরশুরামগী পুণ্যনা তাঞ্জবা স্বর্গগী লম্বী উৎ ওইখ্রে। পরশুরাম রামবু চিংনো য়েংলগা 'খঙলে রাম নঙ রামনি, মাঙজসনু ঐগী স্বর্গগী লম্বী, মাঙলমদ্রবদি ঐনা নঙবু উবা ফংলম্মোই, নুঙঙাইরে, পরশুরামগী তপস্যা সিদ্ধ ওইরে, জৈ রাম! নঙনা জয় ওইয়ু' হায়রম্লগা মশাগী আশ্রম তমখ্রে।

শকপান্নবা কাল-না খোঙশানখ্রবদা পুন্নমক খোঙ্গুল তারে, হায়রকই, দাশরথি রাম মানি শোয়দে

**অখোইবা রাম।**

# মপা-নীংবা রাম

অযোধ্যা মহানগরীনি। সরযু তুরেন্না কোল্লবা, লন-থুমগী তুংনফম ওইরবা, মতমগা ঈরোয়ননা চাওখৎপগী থাক্লোন থাক্লোন কাখৎপদনা মশিঞ্জাং ওইরবা নীংথিরবা কোশল লৈবাক্কী কোনুংনি। মানবেন্দ্র মনুনা সেম্লম্বনি; লিরবনি। ময়ুংনা যোজন তরাগা নীথোইনি। অদূগা মরাক্তনা অহুম্নি। বর্গ ক্রোশ চামঙাগা হুমফূতরাতরুক চম্লবা মহানগরী অসিগী অকোয়বদা পাক্লবা, লুরবা, ঈশিংনা চাংজৌ মান্নরবা, লানঙমদ্রবা থাঙঙবাৎনা লিরি-হুমবা নুংশিৎকী তাম্থা চানা ইপোম্নরি। মপূং-মরৈ-থারবা, ৱাং-চাউরবা লানগী পন্না চীংগী নাপোম শক্তম্নরি। ঈশিংনা অমদি পন্না কোল্লবা কোনুং অসীগী মনুং অঙকপনি। য়েঙঙু-য়েঙঙুবা মায়গৈদা মিৎফম হোংনীঙঙাই লৈতে; উরু-উরুবা পোৎলমদা মুন্দনীঙঙাই ওইদে। নুংঙৌ-নুংঙাং-নুংমু-চম্লবা পাক-চাওরবা, খোঙলম-কাংলম-খায়রবা রাজপথশিংনা নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং কাইরংননা চেল্লি। অচৌবা লম্বীশিং অসীদগী খাইথরকপা, কোক-তোল মান্নরা সেম্লবা লম্বীমচা লীশিংনা লীরোন্ননা তারি। লম্বীশিং অসীগী মতুং ইন্না লাপ্তুক-লাপ্তুক্না, খাব্রাং-মায়োক্লনা মথোন-তরেৎনবা য়ুমগী পরেংনা লম্বীগী মপান্দা থারিবা তেরা-পাম্বী, মফম মফমদা হৌরিবা হৈকোলগী হৈনৌ-পাম্বীশিংগা মরেপ তান্নরি। হৈকোল-লৈকোল, ইন্দিরানচিংবনা য়ুমথোং খূদিংগী লৈতেং ওইরি। মতম পুন্নমক্তা ঈশিংনা উফুল-ফারবা, মনম-নুংশিবা লৈ-খিক্তুনা চাইরবা লম্বীশিং অদূদা শগোল-শমু খোঙমী-দোলাই — চতুরঙ্গনা পরেং পরেং চৎতুনা লৈবাক্কী খূৎকন-পাঙ্গনবা ফোঙলি। নাট্যশালাগী পূং-ইশৈগী মখোল অমদি ৱাত্ত-পাদনা-পাম্লবা য়ুমথোংশিংগী নুঙঙাইবা শঙ্গাই-মীনোক্লা লৈবাক্কী য়াইফম্বা পাউদম্মি। ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিনচিংবগী বেদগান অমদি মন্দিরগী শরিক খাংশি মখোন্না লৈবাক্কী শান্তিগী মপাউ চেল্লি। মফম মফমদা শাদুনা লৈবা চীৎলু-ৱায়রূ চন্নদ্রবা ধর্ম্মশালানা অরাপ-অরাপ্পা লৈবাক্কী মীরাকফম, মীতিনফম্নি হায়বা তাকই। নগরী অসীগী মীপুম খূদিং

নোয়-পেল্লি, মশক-মতৌ ফজে, খোঙতেক-মিতাং উদে - মনমফাও তাদে। ঙাঙনরিবা ৰাঙাং, চৎনরিবা শাজৎ অঙকপা ফংনা নীংথিজে; শিক্ষা-দীক্ষা নীংথিজে হায়বা তাকই।

অসীগুম্বা নীংথিজরবা মহানগরীদা ফজরবা প্রজাগী মথক্তা, ইন্দ্রনা অমরাবতী কোনুংদা লাইয়ামগী মথক্তা পানবগুম, পাল্লিবা দশরথনি। রঘুবংশগী নিংথৌশিংগীদা-ওইবা শাগৈ অতৈগীশিংনা ফঙঙমদ্রবা, জগৎ-শীনবা নুংশিৎনা জগৎ মঙোন্দগী তোঙঙাল তোপ-তোপ নীংদম লৈবগুম, ঐশ্বর্য্যদা লুপতুনশু ঐশ্বর্য্য মহাক্না থুম্নাৎপা ঙমদবা গুণগী মপু ওইরবা মহাক্নি। জগৎ মশক খঙনা মীওইবগী চৎনরম উনা হিংবা মহাক্নি।

নোংমা শজিবু থাবুক্তনি। অনৌবা য়েন্নীংনা শংজিল্লক হৈমি লৈমি তন্নকপা কুমগী হেদৌনবা ইম্বুল চারবা জগৎনা মফম থোইনা খঙঙ্দনা হেদৌনজবা তাঞ্জানি। অদূনা নিংথৌ দশরথগী থম্মোইদশু হরাউবগুম নুঙঙাইবগুম্বা অমগী ঈথক-ইপোম মচা অমা ফাওরকপগুম তৌই। করিগী ফাওরক্তনীঙঙাই লৈ! চাংজৌ-মরিনবা ঈফম্না ঈচেন নাইদে হায়দুনসু নুংশিৎনা লাক্লবদা ইপোম্নদবা লৈবরা! মফম ইখঙ খঙহৌদনা ফমফমদগী ফুক হৌগৎতুনা শঙ্গাই মনুংদা খিনবা সনানা উফম্নরবা শকয়েং নুংশেন্দা চিংনা অমুক, লৈনা অমুক, হাইনা অমুক মশাগী শক্তম পেন্ন পেন্না য়েংজরকই। অসূম্না য়েঙঙকপসীদা মহাক্কী চূবা নাক-য়েৎকী অমুবা শন্নাং মরক্তা অঙৌবা অমা অনীনা থেৎলকপা উথি। মহাক্তি দর্শীনি, জ্ঞানীনি। সাধারণ জগৎনা হৈদা অহাউবা লৈদা নীংথিবদা খঙবা মফমদা জ্ঞানীশিংনা খ্বাইনা খঙনরিবসীদা নত্তনা হৈ লৈগী মগুণশিং অদূনা অহাউবগী অহাউবা, নীংথিবগী নিংথিবা মহাক্কী মপাউ তম্নরিবদুশু তাই। জ্ঞানী দশরথ অঙৌবা শম্বুমশিঙ্গী অঙৌবা মশকফমদা উদুনা তোকপা মীওং নত্তে। মখোয়না পুরক্লিবা হকচাং মন্থরকপগী অরোইবা পুংফমগী লোইনাইদবা নুঙ্গী পুন্সি খোঙফমগী পাউ পূন্নমক তাখি। শকয়েং নুংশেন্দগী তহ্লল হন্দোরক সনা তাংবল মথক্তা ফমদুনা মথং মথং খন্থরকই, ইপানা খুভম শিন্নরম্বদগী ঙসি ফাওবদা ঈশ্বরবু কাউবা লৈতনা, ঐগী রঘুশাগৈগী লৈবাক্কী নুংঙাইনবদা হোৎনবনা মশা মশাগী পূন্সি থৌগাই ওইনখিবা নিংথৌশিংবু নীংসংদুনা কোশল লৈবাক কোইরক্লে; নুঙঙাইবা, য়াইফবা, অঈংবা লম্বীদদা ঈশ্বরগী কৃপাদগী পুরক্লে; নোংম-নোংমগী অকাবগী লম্বীদদা চিংলক্লে। হৌজিক্তি ঐগী ইন্থুৎ শিহ্লৌবিনীঙাই মতীক-চারবা ইচা রামগা মনাও অহুমগা লৈরে। তরানিদগী খোঙফমদা অরেম্বা ঐশ্বর্য্যদা লমদন্দুনা পোলোইদা খূৎ হান্নমল্লগা নুমিৎ-থাগা কোন্নবা

পুক্সি খোংফম তানবদি ঐগীদি মাঙজরসনু হায়ববু রঘু শাগৈগী অমাঙবনি। ঐ চৎপা তারে, বানপ্রস্থ ধর্ম্ম লৌদবা য়াদরে।'

নিংথৌ ফীজোল তহ্লোং হোংদুনা সভাগৃহদা থোক্লে। বশিষ্ঠ, ঋষি পুঙ্গিবা মার্কণ্ডেয়, বামদেব জাবালিনচিংবা মহৎশিংনা পুরবা সভাদা নিংথৌনা লাউথোরকই 'কুলাচার্য্যনচিংবা সভাসদ পূম্নমক তাবিসি! পিতৃদেব-না লৈবাক্কী ভার ঐঙোন্দা শিন্নবিরম্বদগী ঙসি ফাওবদা শাস্ত্রবিধি কায়দনা অমদি গুরুশিংনচিংবা সুমন্ত্রশিংগী সহায়না ঈশ্বরগী সেবা তৌজদুনা লৈবাকপু য়াইফরমদদা পুজরকপা ঙমজরে। হৌজিক্তি ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা লৈবাক্কী ভার পুহৌনবা ইচা রামগা মনাও অহুমগা ভগবান-না পীনদুনা মতীক চারক্লবনিনা ঐগী জীবগী য়াইফরম খরদং থিজনবা হকচাং কোমথোকপা পামজরে; লৈবাক্না ঐবু বিদায় পীনবিদুনা ঐগী ইহুত্তা অহন রামবু খূভম পীনবিহৌরবদি অচৌবা ধর্ম্ম তৌবিবা থোক্কনি, হয়েংগী হংচিৎকী ৱাফম ওইনা থম্বিদনা ঙসিমক্কী সভা অসীদা অরেপ্পা অমা তাবিবা পামজৈ।'

নিংথৌগী ৱাফম অসী তাবদা সভাসদ পূম্নমক্না চপমান্ননা 'সাধু সাধু, মহারাজ, নঙ্গুম্বা নিংথৌদগী মতীক-চাবা ৱাহৈনি। নঙ্গুম্বা নিংথৌবু করম্বা প্রজাগী থৱায়না বিদায় তৌনীঙ্গনি। অদূবু কর্ম্মক্ষেত্রসীগী নথৌ লোইরদুনা নশাগী লেঙদবা নরন তানগে হায়বদা কোশলগী শিক্ষা-দীক্ষা নীংথিনা ফংলবা প্রজানশু বিদায় তৌরোইদৌবা লৈতে। নঙ্গী নচা লৈবাক্কী নুপী-নিপা-অঙাং-অহল মীপূম খুদিংমক্কী থৱায়গী থৱায় ওইরবা রামনা নিংথৌ খুভম করি ফংহৌদনীঙঙাই লৈ! নহাক কায়নরগনি খনবদা নুংবঙলুরবা ঐখোয় রাম ফঙ্গনি নীঙঙুবদা অশিবা হকচাং অমৃত খিকপগুম থোক্লে, নুঙঙাইরে; মহারাজনা নীংবা থুংবিয়ু' সভানা নিংথৌদা খুম্লক্লে।

লৈবাক্কী ৱা অদূ তারবদা মবুক থুংলবা দশরথকী নুঙঙাইবা করি অমুক হায়রক্নীঙঙাই লৈগনি! বশিষ্ঠ-বামদেবনচিংবা ব্রহ্মর্ষিশিংদা অভিষেক-কী দ্রব্যসম্ভার পূম্নমক লাঙননবা শিন্নরে; অতৈ সুমন্ত্রশিংদা ব্রাহ্মণ মুনি-ঋষি, সামন্ত-নৃপতিশিং, লৈবাক-প্রজা পূম্নমক নিমন্ত্রণ তৌননবা শিন্নরে; সুমন্ত্র সারথি থাদুনা রামচন্দ্র কৌহন্লুরে; মরম পূম্নমক হোদোক্লরে। রাম মপাবু অমদি সভাবু মতীক চাবা মওংনা ভক্তি কৎতুনা মঙোন্দা তাকপীবা মরম পূম্নমক মকোক থোংনা ওকখি।

হয়েং রামগী অভিষেককনি। অযোধ্যানগরী, মপোক্লা ফজ জরবী নুপী ওইবী কন্নাগুম্বীনা অচম্বা ফিজোন্না য়ুমগী লৈতেং ওইরম্বদগী উৎসব-পর্ব্ব লাকপদা মশাগী মকে সেমদুনা নীংথিনা অরূবা ফীরোয় হোংদুনা থোৎনা মেঙনা নীংথিবা শক্তমগী

শক্রোন নীংথিবা অমা অমুক পুথোক্তুনা ভাবোক্কী মিৎফম হুবগুম, য়েংবদা পুক্কীং হুনা নীংথিজরে য়ুমথোঙ খুদিং সরযুগী ঈশিংনা মার্জ্জন তৌখরে। মথক্তা ফীরাল থেৎলবা, অকোয়বদা হৈনৌমনা-পরেং শিরবা অদূগা মমায়দা স্বস্তিক চিহ্ন নম্লবা য়ুমগী পরেং দেবালয়গী মতৌগুম নীংথিজরি। থোঙ্গান থোঙ্গান্দা লফু-পাম্বী থারে; মঙ্গল ঘট খিল্লে; আগর-মকুপ-য়াল্লবা মনম-নুংশিরবা ধুপ থারে লুপানা য়ৈদুনা শারবা অবাংবা থাউমৈ-মখোঙদা ঘীগী মৈ থাল্লে; মন্দির মন্দিরদা, আশ্রম আশ্রমদা ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিশিংনা বেদগান তৌরে।

মওং অসীমনা অসী ওইরে। অযোধ্যাগী নুপী নিপা লৈরিবা পুন্নমক্না মখোয় মশানা সেমজরবা নীংথিজবা অসী উবদা মূল্লদুনা মশা মশা কাউনরে। মদুদশু কূম্মৈ অমা থোক্লে। নীংথিরবী কুলবধুশিংনা গবাক্ষশিংদা মঙক থিন্দোক থিন্দোক্তুনা নগরীগী নীংথিবা চুপ্পা উবদা অয়ুক পাৎকী থম্বাল-তারুবা খোইমুশিংনা থরো লম্বী য়েঙঙকপদা মখোয়বু থরো ওইরবোই নীং তমশিল্লকপদগী চেন্নবদা ফজবগী তথক্লবা শকফম অমা ভাবোক্কী মিৎফম্না মবুক পেন্না থক্লরি। ঈশিংনা-উফুল-ফারবা মনম-নুংশিবা-লৈ খিক্তুনা-চাইরবা লম্বীগী মপান্দা নিপাগী কাঙলূপ্পা মপৈ মপৈ ফম্মদুনা জ্ঞান-লৈবা দশরথনা রাজশ্রীবু খোঙনাইবা লন্নি খঙদুনা মতম চানা থাদোক্কদৌরিবা অমদি রামগুম্বা ফঙঙমদ্রবা মচাবু লৈবাক্কী যুবরাজগী খূভম পীনগদৌরিবা — অসী পুন্নমক হন্না হন্না ঙাঙনদুনা থাগৎনখি। হয়েং হায়বা অভিষেক-কী নুমিৎ অদু বানা খৌরাংনা ঙাইনখি।

অসীনা লৈবাক্কী রানি। কোনুং মনুংনা, অমুক হেনফম থোকপনা হেল্লিবনি। অদূগী মথক্তা পুং-শেন, শগোল-শামু, খোঙমী-দোলাই, চেম্থোক-চেঙ্খিলনচিংবগী মখোন্না জ্বার-কাবা সমুদ্র শক্তন্নরি। শঙ্গাইশিংদা থেৎলিবা ফীরান মচা অচৌবা লক্ষা লক্ষানা নুংশিৎকী ঈমায়দা ইপোন্নদুনা তৌগদৌরিবা অভিষেক-তা মীপুম পুন্নমক্না নুঙঙাইনরিবা ঈশ্বল ফোঙলি।

অসীনা মপানগীনি। কৌশল্যাগী শঙ্গাই, রামগী শঙ্গাই মীনা চীৎলূ-বায়রূ চন্নদ্রে। শরৎকী থামৈদা থম্বান্না তাঙলক্লবা মতমদা থারোই-শাৎপা থম্বাল অমত্তং অনীদংদা খোইমুগী শাগৈ পুন্নমক হুপচিনবগুম মী পুন্নমক্না হুপচিন্নরকপা অমদি হরাউবা-নুঙঙাইবা ফোঙনরকপা অদূগী শঙ্গাই দোলান্দা য়ৈরকপা খোম্থাংনা লোন্নাইদবা শঙ্গাই ফাওবা রামগী অভিষেক্কী ঈরাং য়াওবগুম তৌরি।

অধিবাস হৌরে। বশিষ্ঠ মুনিনা মন্ত্রনা শেংদোক্লবা রামসীতা বিষ্ণু-মন্দিরদা বিষ্ণু-উপাসনা তৌরে; কুশগী শয্যাদা হৌনবী উপবাস তৌদুনা অহিং লেন্নবগী থৌরাং তৌখরে। রাম-পোকচবা রাণী কৌশল্যাশু মচা-মমৌ অনিগী মঙ্গলগী দমক লৈমকোন্দা লৈবা বিষ্ণু-মন্দিরদা বিষ্ণু-উপাসনা তৌখরে।

তাঞ্জা অসীদা লৈমা কৈকয়ীগী মনাইনুপী মন্থরা মবেম্মগী মনাকতগী ঙহাক ঈচীক লাঙ্গে হায়দুনা মথোন-তরেৎনরবা দোলানগী মতোন তান্না হাইগৎলকই। মহাক্না মতোল য়ৌরবদা অযোধ্যা মহানগরীগী ওইরিবা ফিভম অদূ উদুনা মবুক্তা 'করি ওইরিগবা ঙসীগী ঈরাং অসে' খল্লকই। তাঞ্জা অদূমক্তদা রামগী মপীশু কব্রংগী ফীজেৎ শেৎতুনা দোলান মতোন্দা হাইগৎলকই। মন্থরানা লাপ্না কৌদুনা হঙঙকপদা রামগী অভিষেক্কী মরোল পূন্নমক খঙ্খি।

মন্থরা নামা-শোয়বীগী পঙ্খেদা লৈবী নুপীনি; নম্বোম্বীনি। নামা-শোয়বনা নুংদা শেপ্পা, মনম পোনবনা নুংদা পোম্বা অতাবীনি। নম্বোম্বী মন্থরা রামগী য়াইফরম উবদা নুংবোম্বী শকফম পুথোক্তনীঙঙাই করি লৈ। দোলান মথক্তগী তনকূম কূমথখিদুনা হিপ্পল্লবী কৈকয়ী য়েঙঙদুনা হায়রকই —

মন্থরা — তূম্মু তূম্মু ইবেম্মা, ঙসি হয়েং ময়াইরে নঙনা লৈতানা তূমজগদবা!

কৈকয়ী — করিনোনে মন্থরা, নঙনা লাকফাৎত্রিঙৈনা শাউররিবসীবো, মরোন্দি হায়দনা?

মন্থরা — নঙদি, ঐখোয়দি নিপানা চাল্লবনি হায়দুনা চাদূনা তুমদূনা শেৎতুনদা মরৈরো। নঙনবু করি খঙবা হৌনবগে? হয়েংদা মঙায়রে, নঙনা পঙজবদগী নমাশু নচাশু চাক্লিফিনি চাগদবা। ঐখোয়দি নুংশিদবা ঙমদবনিনা ৱায়য়ে, ৱাজৈয়ে।

কৈকয়ী — অদূবু মরোন্দি ইহায় হেক হায়দে, পঙশাউদা মশাউই।

মন্থরা — নঙনা নহা খরা ওইবা, নশক-মতৌ খরা ফজবদূদা নিংথৌনা খরা দে দে তৌরগা ইতে হেক তেথরে। মতম লেন্নবা তৌবনি হায়বদি খঙদবা শারদনা।

কৈকয়ী — পতিনিন্দা তৌফদে।

মন্থরা — খঙিঙ, তৌরক্তবা য়াদদূনা তৌবিবনে। মীথোই-মীহেন ওইরবা নচা ভরতপুদি নিংথৌ খুভম পীদনা মচা রামদা হয়েং শিন্নগদৌরিবসে ...

কৈকয়ী — হাই অঙাওবী, অপঙবী, ইচা রামনবুদি নিংথৌ ওইদনা কনানবু ওইগদগে। ঐবু খল্লু হায়রবশু ইচা মাবুদা খনগদবনি। রামবু খঙদ্রিবা! ঐখোয় মমা অহন্না পোকপনে, খ্বাইগী অহন্নে। অপঙবী নঙনা নুংবোম্মিববু করিগীনো? ইচাগী অসুক নুঙঙাইবা পাউ পুরকপবু করিবু পীসিবনো! সে ঐগী ইনাক্তা লৈরিবা লীক্কোল, ফিরোল অসিদুম লৌজৌসে; অতৈশু হয়েং য়াম্নদুম পীথোক্কে। করিগীনো হৌজিকফাও নিংথৌনা ঐঙোন্দা অসুক নুঙঙাইবা পাউ য়ৌরক্ত্রিবসীবো, শাউনীংঙিদা।

রাম-চানবী কৈকয়ীগী মৰা তাবদা হেন্না নুংবোল্লবী মন্থরা চৈনাখোল ফংলবী হূ পুবী লিন অমোমদূ মঙাইরে; ফী-ফী কাম্লে; হায়রকই।

মন্থরা — নিংথৌ অচৌবগী মচানি হায়য়ে নীতিদি ইখঙ খঙদনা ঈদুম ইকাইজে। লোন্নবী মচানা ফদুনা কয়াবু ফজিল্লগবনো! মমাগী মিৎলৈ অমদা থোক লৈখিদৌবা। রামনা নিংথৌ ওইরবদা কৌশল্যানা নিংথৌ-পোকপী ওইদুনা লৈপাক্কী মবেম্মা ওইবা হায়বদূদি মশানা তাজরবনি। নঙনা কৌশল্যাগী মীনাই ওই, নচানা রামগী ওই ৰারবশু ৰানা নমা নচাদবু কায়নজদনা শিরোই-নারোই পাঞ্জরবদি ফদুম ফৈ। অদূ থোক্লোই হায়বিবনি। লক্ষ্মণ হায়রে রামগী মমিনি, শত্রুঘ্ন হায়রে ভরত-তা খরদং হেঞ্জে হায়বদুমঙাই রামবু নীংদৌমখৈ নীংঙিবনি, লক্ষ্মণগীশু ঈ মখাক্কি। অনীদি অঙাংনীনা য়েক্লবশু ঙম্বা নত্তে, য়েক্লফমশু থোক্তে। নঙ্গী নচাদি সিংহাসনগী ঙমথংনি। খুৎকনবদা পাঙ্গনবদা হৈবদা শিংবদা রামগী পাঙ্খকনি। রামনা কিদনীঙঙাই করি লৈ? মরাইনা য়েক্ল-তিঙ্খং কোক্লবা থবক তৌজখিনি। নঙনা শিসি শিঙমদা হিংসি হিঙঙমদা হাও মাও তৌদুনা অদুম লেঞ্জনি হায়বিবনি।

কৈকয়ী — এঃ অদুমক তৌরক্কদরনে!

মন্থরা — করি তৌদনীঙঙাই লৈ। করম্বা সিংহাসন-না কূটনীতি চঙখিদবা লৈ। কূটনীতিগী মমাঙদা করম্বা মতমদা দয়াদাক্ষিণ্যনা লেঙদবা ফিদা ফংখিবা লৈ!

কৈকয়ী — অদূদি মন্থরা করম্নো?

মন্থরা — করম্বা করমদবা লৈতে। নচা নিংথৌ হাপপু, রামবু বন্দা হেক থাও।

কৈকয়ী — অদুবু ঐনা ঙম্বা থবক্লা?

মন্থরা — করি ঙমদনি। শিদ-হিদাক মোনখাংনদুনা শিরগেরা। কাউরবরা? অদুঙৈ তিমিধ্বজ শম্বরগী লান্দা নঙনা সেবা তৌদুনা অমদি নখূৎনা দোলাই থৌদুনা নিংথৌগী মথৱায় কনঙৈদা বর অনী লৈনখিবদো? অমনা নচা নিংথৌ হাপপু অমনা মীচা য়েক্নরগদৌরিদূ বন্দা চহি তরামরি থোক থাদোকখো। চহী তরামরি বন্দা লৈথ্রবা নিপানা চহী তরামরি লৈবাক্কী মপু ওইরবা নিপাবু তাম্থোকপা ঙম্মবা হৌনবরা? নমা নচানা অদুম মপাঞ্জরদৌবনি।

মীগী মাঙঙু হায়বদুনা লাক্লবদা বুদ্ধি হোরৎনদবা কনা লৈ! হূ মরীক অমনা হকচাংগী ঈখোঙ ফংনা মাঙবগুম মন্থরাগী ভেদগী ৱাকাপ অমনা কৈকয়ীগী বুদ্ধি মরু ফংনা মাঙখরে; মখোঙ মথন্দা ককচনবা থৌরাঙ্খরে। নিংথৌ লাকপা ঙাইরদুনা ৱারৌ-শংদা তাদুনা লৈরুরে।

দশরথ থবক পূন্নমক লোইরম্লগা কৈকয়ীদা অভিষেক-কী পাউ তাক্নে অমদি পোত্থাগে হায়দুনা লাকখি। অন্তঃপুরদা পরপ-পরপ চঙশিল্লকপদা স্বর্ণ পর্য্যঙ্কদা নীংথিবী কৈকয়ী লৈবা উদবদগী মবুক্কীংদা করিনো, করি ওইবা তৌরবনো হায়বা চিংনবা অমা পোকখি। নিংথেম-নুবীশিংদা হঙঙকপদা ৱারৌশঙ্গুমখরে তাবদগী অথুকপা খোঙফম্না শঙফম তাল্লকই।

শঙনুংদা নুংশিৎনা য়ৈহৎলবী উরীগী পান্দমগুম কৈকয়ীনা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈবা উবদা দশরথ নুংশিজরবা খূবাং অনীনা মকোক চাঞ্জরবা ফৈবোম থক্তা থাঙ্গৎতুনা নুংশি-মেঙলবা খোনফম্না হায়রকই, 'প্রেয়সি! করম্বা নুঙঙাইতবা ৱাখলগী মখা পোন্দুনা থোৎলবা মোন্দুম-মোন্দেকমক্তদা খাঙঙমদ্রবা নঙ্গী থোৎনা নৌরবা হকচাংনা লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈরিবা? হায়য়ু তাসি নঙনা করি পাম্বা হায়য়ু। নঙ্গী করি তৌরগা নুঙঙাইগনি হায়য়ু।'

নিংথৌগী মৱা তারবদা লৈমা মরায় কাঞ্জৎতুনা 'ৱাশকউ ঐনা হায়বা তৌগনি হায়না ৱাশকউ; নৎত্রবদি হায়রোই হায়রম্লগা অমুক তুথখরে।

নিংথৌ মথৱায় ওইরবা রাম পন্দুনা ৱাশক্লে। লৈমা কৈকয়ী ৱাশক তারবদা নুমিৎ-থা-মৈ-ঈশিং নুংশিৎনচিংবা পূন্নমকপু সাক্ষী থম্মদুনা হায়রকই 'স্বামিন্, অদূঙৈ দক্ষিণাবর্ত্তগী তিমিধ্বজ শম্বরগী লান্দা ঐনা খূৎলাইনা শোক্লবা নঙবু ইশানা ইখূৎনা দোলাই থৌদুনা হিংচাবগী মায়াগী লমখৈদগী পুথোক্তুনা অমদি লায়য়েংদুনা কনঙৈদা

বর অনী পীগে হায়খিবদো অমনা ঐগী ইচা ভরতপু নিংথৌ হাপপু অদুগা অমনা রামবু চহী তরামরি বন্দা থাও।'

লৈমগী তমথিরবা মৰাহৈ অদু তাবদা লৈহেকপগী খূদোম্না লিনখাক য়েৎপা লৈদা খংবগুম দশরথ খংপ্রেক খংদুনা 'পাপিয়সি, করম্বা নৰৈনা ৱাফম অদু হায়বা ঙম্মিবা' হায়দুনা ফৈবোমদগী মকোক থক ইষ্থরকপদা চৈ চারবা লিন অমোম্না মকোক ফ্রং কাপতুনা পাইখৎপগুম ফুক হৌগৎতুনা হায়রকই, 'নঙ রঘুবংশগীনি, নীংসঙঙু, মহারাজ দিলীপ, মহারাজ হরিশ্চন্দ্রনচিংবা রাজর্ষিশিং; নীংসঙঙু, নিংথৌ শৈব্যনা ৱাশক্কীদমক খুনু-খরংদা মশাগী তোং কক্তুনা পীজবা; নীংসঙঙু মহারাজ অলর্কনা ৱাশক্কীদমক্তা মমিৎ অনী কোচ্চদুনা ব্রাম্মন্দা পীবা; ৱাশকখ্রগা করিগী ঙাক্লোই?'

বাঁশী খোঞ্জেন-পামজবা শজি-শঙাইগী শাগৈনা শাদানবগী মৰৌ লৈবা বাঁশীদা চেক্সিন্দুনা তুজরবগুম, দশরথ কৈকয়ীগী মৰৌ লৈবা প্রেমগী তমথিরবা চৈনাখোল ফংদুনা 'হা রাম' হায়রম্লগা লৈমায় থক্তা হায়থখরে। ঙহাক লৈরগা জ্ঞান লাক্তুনা 'কৈকয়ী, নঙনা হায়বা পূম্নমক ঐ পীগে, খঙঙু রাম লৈত্রবদি ঐ হিঙঙরোইদৌবনি, মহাকপু বন্দা থাবা হায়বসীদদি ঙাকউ' হায়না য়াম্না নোম্না হায়রকই। কৈকয়ীনা ময়াখিদ্রবদা লিপ্লোইবগী মন্ত্রনা ফারবা, লম্নোনবদি ঙমদ্রবা, মবূক্লদি শাউবনা ফি-ফি কাম্লবা খারৌগী পান্দমগুম, ৱাশক্লা মপাঙ্গল হাৎখিবনা করি তৌনীঙঙাই লৈখিদ্রবা, পুঙমদবা অশাউবা মৈচারুদি মথম্মোই খোম্না ঙুং ঙুং চাক্লবা দশরথ মহাকপু মথৱায় শোক্লা থীনা চৈরম্লগা লৈমায়দা হাইথদুনা অদুম তাদুনা লৈখরে।

নোঙাক্লে। পূষ্যা নক্ষত্রগী পুংফম চানা অভিষেক-কী থবক হৌননবা বশিষ্ঠনচিংবা ব্রাহ্মণ পূম্নমক কোনুং য়ৌরক্লে। লোইপোৎ হাবা নিংথৌ পূম্নমকসু নীংথি-নীংথিনা খূদোনপোৎ পুদুনা লাক্লে। লৈবাক্কী নুপী-নিপা-অঙাং-অহল পূম্নমকসু অভিষেক য়েঙ্গদৌবগী ঙরং-ঙরং তিম্লরে। নিংথৌ দশরথ-তি তান অদূফাওবা মশাদা প্রাতঃক্রিয়ানচিংবগী জ্ঞান ফাওবা লৈতনা কৈকয়ীগী কোন্দা নুংশিৎনা ফুক্তোক্লবা বন-পুবা উজাউনা লৈমায়দা শাংনা হাইথদুনা তাবগুম তাদুনা লৈরি। সূত-মাগধশিংনা হৌনবী য়াকাইরোল থৌগল তৌদুনশু য়াকায়বা য়াখিদ্রে; তাঞ্জা অসীদা ব্রাহ্মণ নিংথৌশিংগী য়াথং পুদুনা লৈম-নিংথৌ-কোনগী মঙাসুবা কাফম ফাওবা য়ৌবদা বেরা লৈত্রবা সারথি সুমন্ত্র মনুংদ-মনুং য়ৌনা চঙঙক্তুনা নিংথৌবু হৌনবী মরোম্না য়াকায়ররে। নিংথৌ মমায় লোৎশিন্দুনা "ঐগী ইচা রাম লৌরু' হায়রম্লগা মতোন তাখিদ্রে। সুমন্ত্রনা ঙক্লপ তৌবা উবদা চীনফেন-ফবী

রাণীনা 'ইচা রামগী অভিষেক-কী ৱাখন্না নুঙঙাইমনখিবদগী ঐখোয় অমত্তা অহিং তূন্নদরে। মহাকপু অসিদা মপা-নিংথৌগা ঐগনা কৌরি হায়য়ু। অথুবনি' শমথরকই। সুমন্ত্র লৈম-নিংথৌ অনীগী য়াথং পুদুনা রামগী শঙ্গাই তমখরে।

রামচন্দ্র সুমন্ত্রগী মরোল তারবদা কৈকয়ী শঙ্গাই তান্না লাক্লে। মপা নিংথৌ মমা লৈমা অনীবু খুরুম্লগা মখূৎ অনী লোন্নদুনা মপাগী য়াথং ঙাইরকই। নিংথৌনা মথৱায়দগী হেন্না নুংশিজরবা মচাবু উবদা মিকুপ অমদা অৱাবা তনকাউ কাউখিদুনা 'ইপাগী রাম' হায়রম্লগা থংনবদা থোক্লিবা মওং অদূ খঙনীং নীংসঙঙকপদগী তুমিন মরু লুক্কুনা মিৎলুদা পি চদুম চদুম শিন্থদুনা লৈখরে। মতোন তাখিদরে।

রাম-চুম্নগী মচা-ওইবা অমা নত্তে। মচা অমা ওইনা মপা নুংশিজবদগী হেন্দোক্না স্বর্গমক্তদগী থোইনা হেন্না ৱাংবা মপানি হায়বা তরু-তরু, তশেং-তশেং খঙনা চৎপা মচানি। অহল ওইরবা মপাগী মিৎলুদগী ৱারবা পিনা শিন্থরকপা উবদা মাগী থম্মোই করম পুবা ঙমফম থোকই! লৈফম খঙদ্রে। মপাগী মচীন্দগীদি মরোল খংফং ফঙ্গনি হায়বা উদবনা পিরাংনরবা মিৎস্না-থম্বাল অনীনা পাউহংজবা নাতাগুম মমা-কৈকয়ীদা চিংনা য়েংজরকই। তাঞ্জা অদুদা ওইখিবা রামগী নুংশিরবা শকফম আদিকবিগী বীণাদনদি থাগে নীংলবদা থাবা ঙম্লমগদরা! খোর্জেজগীদি করি মতীক লৈরুগনি! শরৎকী ইপাল লাংনা শাৎলবী লীক্লা-ফুরবী, অশংবা থারিকথাদনদি মাগী নীংথিজরিবা মনীংথিজগী পীক্তা পীক্লা তাথরক্লবা শরুক্কী মচেৎ-মশুং অমতংগদি পারুনীঙঙাই ওইগদরা। অসুক নীংথিজখ্রবা রামগী মায়থোংনি। উবদা নুঙেঙাক্লোইদৌবা করম্বা থম্মোই লৈ। অদুবু মন্থরাগী হূনা লুতোল য়ৌখিবনা মমিৎ-তাঙলবী কৈকয়ী মমিৎ পাঙনা-পাঙনা উবা ফংখিদে। করম্না উগনি! মশাদগীদ য়েংবা মিৎফমদি সমুদ্রগী লীক্কোলগা অস্নানি। মঙোন্দা অরূবা নীংথিবনা করি মমি তারুনীঙঙাই লৈ! কংনা নোকফেৎ তৌ, নিংথৌদা মিৎচিনা খারপ য়েং শাউরংনবা খোনফম্না হায়রকই রামদা কৈকয়ী, 'ইবুঙেঙা নপা নিংথৌসে রঘুবংশদ বংশদা পোক্ত-পোকপা নিংথৌ হায়বদুনি। ফম্না থৌই, ফম্না নীংথি। ইমানা ইন্দ্র-শম্বরগী লানফমদা নপা নিংথৌবু লায়কন্নজমনগা মথৱায় কঞ্জমনগা অনীগী বর অনী পীনি, হায়জরুবশু নত্তবা, ৱাশকপিখ্রগা হৌজিক পীরো হায়রুবা মতমদদি নহাকথংদগী ৱাশক ঙাক্লীংদ্রদনা কপ্পগা লাউবগা তৌরিয়ে। অমরোমদা শোয়রবসু অমরোমদদি মচা-চাঞ্জবা মপানি হায়বমদি ফম্না ফজনা জগৎনা সোন্নগদৌরি।'

মমাগী ৱা তারবদা রাম মখূৎ লোন্নদুনা মপাগী মফমদা হায়রকই, 'তাত, করিগী ৱাবিরুই? ইমানা করি পাম্বিরিবা ঐঙোন্দা চিংনবা লৈতনা তাকপীয়ু। নঙনা

ঐগী ধর্ম্মনি; নঙনা ঐগী স্বর্গনি; নঙদনা ঐগী তপস্যানি। নঙ্গী ৱাশক করিগী ঙাক্লোই? হূ চাবা তারবশু চাগনি; নঙ্গী প্রেমনা মপূং ফারবা হকচাং নঙ্গী দমক্তি। তাকপীয়ু ইমানা করি পাম্মীবা!' মিৎকুপ অমত্তং উদবদা যুগ অমা কায়নবগুম ৱাৱবা দশরথগী মচীন্না মচাবু করম চহী তরামরি বন চৎলু হায়গনি। হায়বা ঙমদ্রে হায়দ্রে। নিংথৌ হান্নদগী হেন্না মপি চদুম চদুম শিঙ্বা হৌরক্লে।

নিংথৌনা তুমিন লৈখিবা উবদা মশাগী থবক থুনা পাঙথোক্লীংলবী, মশাগীদা খল্লবী লৈমনা হায়রকই, 'নপানিংথৌনা হায়দোকপা ঙম্মরোই। করিশু নত্তে ইমা হেক্তা মহায়গে। বর অমনা নঙ্গী নহুত্তা ননাউ সেম্মু অদূগা অমনা নঙবু বন্দা চহী তরামরি থাও হায়বদনি। অদুদা নঙোন্দা হায়দোকপা হঙ্গোইরে। হঙ্গোইরিঙৈ মরোল হোদোক্লনদ্রিঙৈ থবক লোইনা শোয়নগদৌরি; নখোয়গী নহাকথং নহাকথংদগী মকহৈদ্রবা রঘুবংশ মক্কদৌরি। মক্লাইদ্রবা রঘুবংশ মক্কদৌরি; লৈখা তাগদৌরি।'

মমা লৈমগী মৱা তারবদা রাম মোমোন নোক্লদুনা মপা নিংথৌদা হায়রকই 'তাত, অসীগী দমক্লা অৱা-মৈখু-লাংলিবা! ঐ পোকপবু ইপাগী মিংচৎ থীনবরা, রঘু-শাগৈ চিংথনবরা! ঐনা ওইবশু অদূমঙাই ইনাওনা ওইবশু অদূমঙাই। হাপ্লিয়ু; ঐগী লাঙলিবা পোৎলম অসীমক্লা ইনাওবু, ঐগী নুংশিজরবা ইনাও ভরতপু অভিষেক তৌবিয়ু। বন্দা চহী তরামরি নোক্লা নোক্লা চৎকনি; ইপাগী প্রেমগী লম্মন শিঙ্গনি।'

মপাদা অসী হায়রম্লগা মমাদা ওক্সিন্দুনা হায়রকই, 'ইমা, ঐনা নঙবু ইমা কৌশল্যামক্তি নীংজরকপা ঙসি মহৈ য়াল্লে। নঙনা ঐবু ভরত-তগী য়াম্না থোইনা নুংশিবি হায়বা খঙলে। অযোধ্যাগী খোঙনাইবা সিংহাসন শৎতুনা ঙসি নচাবু লেঙদবা নুমিৎ-থাগা-কোন্নবা ধর্ম্মগী আসন তম্লিবা মমাদ-মমা ওইবীগী পীঙমদ্রবা দাননি। রাম কৌবা ঐহাক্লা ইমা নঙবু নীংজবা ঙসি মহৈ য়াল্লে।'

অসী হায়না হায়না মপানিংথৌ মমা লৈমা অনীমক য়েৎ-ওইননা কোয়দুনা মখোঙ শোক্লা খুরম্লম্লগা মমা কৌশল্যা, মাগী ওইবী জনকনন্দিনচিংবা মাগী ওইবা পুন্নমক্কী মফমদা পূক্নীং হরাউ হরাউনা বিদায় লৌবা থোকখরে।

ধর্ম্মসঙ্গত ওইবা ৱাহৈগী অমৃত খিক্তুনা লক্ষ্মণগী অশাউবা নোংদোনলীক্লানা নাপোম খোনবা মৈজাও মুৎপগুম মুৎ, মমা লৈমা কৌশল্যাগী কায়রবী থম্মোই সংযোগকরণীনা অশোকপা হকচাংগী কায়াৎ তাইশিনবগুম তাই থানবা ঙম্নদ্রবা লক্ষ্মণ, কায়ন-মৈচাক পুঙমদ্রবী সীতা অনিগা লোয়ননা বন খোঙশান্নবগী অরোইবা বিদায় লৌবা কৈকয়ী-মন্দিরদা চঙলক্লে রাম।

কৈকয়ীগী পোইরৈ মতুং ইন্না রাম রাজবেশ থমদুনা উকু শেৎলে। উকুগী মতুংইনবা মণি থাম্বা মুকুট্টগা মরুপ্পরবা খোই-খোইনবা শম্লাং জটা লৈনা পুল্লে। যোগেশ্বর শ্রীবিষ্ণুনা কল্যাণগীদমক জগত্তা যোগ তম্বীগে হায়বা নাতাগুম সিদ্ধাশ্রমদা কুমথরকখিবা মহাতপস্বীগী রূপকুম নীংথিজখি। কব্রং ফীদগা তায়োন্নরবী জানকী উকু হোৎদুনা সহধর্ম্মিণীগী ধর্ম্ম ঙাকখরে। রামদা-লূপ্লবা লক্ষ্মণ রামগী ফীজোন ফীরোয়নখরে। মপা-নিংথৌ, মমা-লৈমশিং, বশিষ্ঠ-বামদেবনচিংবা মহর্ষিশিং, তিল্লরিবা নিংথৌ-প্রজা পুম্নমক্তা মতীক চাবা চাবা ভক্তিনা, সম্ভাষণ্না বিদায় তৌদুনা তন্নক্লে রাম বনগী লম্বী।

চৎলক্লে রাম বনগী লম্বী। মহাক্কী বন-তন্নকপা খোঙথাং খূদিংনা পাল্লক্লে তীংদা থঙ-থঙ অযোধ্যা-নগরীগী। হীক্রুবা মিজরাবনা ঘাট থেম্বাং মোনখাংনরবা মেঙনা নৌরবা তারগী পরেংদা য়েরকপদা ৱানা নুংশিরবা, নুঙোল-নুংবংনরবা নুংশি-খোম্বাংনবা শৈরোল কাপথোরকপগুম মহাক্কী কায়ন-খোঙথাং খূদিংনা পাল্লকপদা তীং-শোক্রবী অযোধ্যানগরীগী শোক্রবা তীংদগী ফূদোরক্লে পিরোয়ননা তেংথাখোল — রাম! হা রাম! রাম রাম!

**পুকথেল্লক্লে তমসা পিতা ধর্ম্মঃ।**
**নুংথেল্লক্লে গোদাবরী পিতা স্বর্গঃ।**
**ৱাপাংলক্লে জলধি পিতা হি পরমং তপঃ।**
**শৈখুল্লক্লে চীং-মাল, তু-খোং, বন-নুং**
**পিতা ধর্ম্মঃ পিতা স্বর্গঃ পিতা হি পরমং তপঃ।**

তাড়কা-হাৎলবা তেল, মারীচ-থুক্রবা অস্ত্র, সুবাহু-ঙম্লবা মন্ত্র, হর-ধনু থুদেক্লবা পাম্বোম, বিষ্ণু-ধনু লীরি-পাল্লবা পাঙ্গল, পিতৃ প্রেম্না নম, অযোধ্যা মহানগরীগী মখুৎ-চল্লবা ইন্দ্রগী ঐশ্বর্য্য নোক্না পিতৃ-সত্যদা বলি কৎ, উকু শেৎ, জটা পু খোঙথাং খূদীং অৱাবা খূদিন-নীঙথাইদা ওইরবা দণ্ডকারণ্যদা চৎতুনা ফোঙখি মপাগী গুণ জগৎতা

**মপা-নীংবা রাম।**

# ধর্ম্ম কনবা রাম

কৈকয়ীগী মহাকথং রামগী অভিষেক কায়রে। রাম মপাগী ৰাশক ঙাক্লনবা বন্দা চৎলে। অক্ষৌহিণীগী জয়কার মিকপ-মিরাউখোন্না পোলোইনবগুম অযোধ্যাগী ঈরাং পিনা খম্নরে। অযোধ্যা মপি খংখক খকউ তমখিদ্রমান্লে। রামনা বন চৎখিবা মতুং তরুক্নি সুবা নুমিৎকী অহিং য়ুথক অনী য়ৈবদা মপা দশরথ মচা কায়নবগী পুঙমদনা ৰানা পুরম্লবা মৈচাক কোক্তুনা চৎখ্রে। মচা রাম হিংনা কায়নবগী অৰাবমকসু পুঙমদা লৈজরিবী মহানগরী মপুরোইবা শিনা কায়নবগী মৈশা অমুকসু লাংলে। মরী-চৎপা শাগৈগা পান্দম্ননবা অৰাবনি। অৰাবা শকখঙনরুরবদা অনংবা কোন্নদনীঙঙাই করি লৈ! ৰারে, ৰানীঙঙাই পূম্নমক ৰারে, কপ্লে, কপ্নীঙঙাই পূম্নমক কপ্লে। মহাক্কী অৰাবা উবদা ঈরাউখোল্লোয় হরাউ-ঈচেন্নরবী সরযু অৰাখোল্লোয় ৰা-ৰা চেম্ব্বরি।

দশরথ নিংথৌগী শ্রাদ্ধ কৃত্য মমা-পোকপা মপুগী কোনুংদগী ভরত কৌদুনা পিগী নোংলক্তা লোইশিন্লে। মপুরোইব-লৈত্রবী নুপী-ওইবীনা মচাগী শেগা থি। অদুনা অযোধ্যানগরী ভরতকী শেগা থিরক্লে। বশিষ্ঠনচিংবা ব্রাহ্মণ-ঋষি পূম্নমক্না ভরতকী অভিষেক-কী অফবা নুমিৎ য়েংদুনা থৌরাং পূম্নমক লোইরে।

হয়েং অভিষেক নুমিৎনি। ভরত-তা হৌনবী মঙ্গলাচার পূম্নমক তৌনবা তাক্লে। মমাগী নুঙঙাইতবা, মপাগী কপ্নীংবা, ময়াম্বা-মনাও-মতৈমগী ৰাবনা য়ৈহৎতুনা শঙ্গাই মনুংদা তাদুনা লৈরবা ভরতকী মফমদা তাশোন্না থম্মোইদা লেংবগা মান্ননা থোক্লে। অদুবু নগরীদগী মশাগী চঙনফম থিজবা হৌনবা থিজরকপনিনা জ্ঞান-লৈবা ভরত করি নুঙঙাইতবা উৎলুবা তৌদনা মথন্দা ৰাখল তৌরকই, 'ইপা লৈত্রে; ইপা শকপা ইয়াম্বা লৈরি। ইয়াম্বা লৈনা ঐনা সিংহাসন কাদুনা রঘুশাগৈগী লোনচৎ ইহাকথংদগী কায়বদি য়াদে। ইয়াম্বা লৌরুদুনা নিংথৌ হাপ্তুবা য়াদে; ঐগীনি লাঙলিবা পোৎলমশিং অসীমক্না ইয়াম্বগী অভিষেক তৌগনি—শোয়দনা তৌগনি। ধর্ম্ম-

কনবা ইয়াম্বনি; চহী সুদনা বন্দগী হন্সি য়াগদরা ! ধর্ম্মগী মরমদা মচা ওইবনা মপাগী থৌগাই শিনবা য়াই, ঐনা ইপা শকপা ইয়াম্বাগী মহুৎ শিন্দুনা উকু শেৎ জটা পু চহী তরামরি বন চৎকনি।'

নোংঙাক্লে। ভরত যজ্ঞ-সভাদা থোক্লে। মমাগী মহাকথং অযোধ্যানা লণ্ড-ভণ্ড ওইবগী নুঙাইখিদব-মৈখুনা, রাহুনা উল্লবা নুমিৎ-থাগী মওংগুম, কাহৎলবা মহাক্কী মায়থোংনি। অসূম কাহৎলবা মায়থোংদা ঈংলবা মঙাল অমা ফাওরি। অতৈ করি অমগী নত্তে, মহাক্কী থম্মোই-নুংথুপ্পনা ঙাল্লিবা ধর্ম্মগীনি। য়াচংবগী লৈচিল-লাঙ্গিংনবা ঈংলবা ধ্রুবগী শকফম্না অমদি শরৎকী নোংফাই-মায়খুম্নরবা থাজগী শক্তম্না ভাবোক্কী পূক্নীং হুবগুম, মহাক্কী মায়থোংনা সভাগী পূক্নীং সুমখি। মমা-থাগোন্নরিবা অঙাঙ্গী অরোবা খোনফম ঙমজনা নুংশিরবা খোঞ্জেন্না 'কুলাচার্য্যনচিংবা গুরুশিং পূন্নমক, লৈবাক্কী সুমন্ত্র-প্রজা খিবিক্মক তাবিসি ভরত ঐবু পোকপী মরায়বকথীনা পোক্লবী ইমাগী মহাকথং ধর্ম্ম-লৈবা ইপানা মথৱায় ধর্ম্মদা কৎলম্লে; ধর্ম্ম-চেনবা ইয়াম্বশু ইপাগী সতাগী তেংবাংবা বন্দা চৎলম্লে; ধর্ম্ম-খঙবা ইনাও ইয়াম্বা শেনবা ইল্লম্লে; ধর্ম্ম-লৈবী ইতৈমা ইয়াম্বগী ধর্ম্মগী শরুক য়ারম্লে; হৌজিক্তি ঐগী থৌগাই লাক্লে। ইপা-শকপা ইয়াম্ববু বন্দগী লৌরুদুনা ইপাগী খুভম অহাঙবা মেন্দুনা মপু-পান্দ্রবী অযোধ্যানগরীবু চঙনফম পীনবনা ভরত ঐহাক্কী ইশরুক্লি। ঐগী অভিষেক্কীনি লাঙবিরম্লিবা পোৎলমশিং অসীমক্লা ইয়াম্ববু লৌরুদুনা অভিষেক তৌনগনি। সভা পূন্নমক লোইবিনবা তৌবিরো। ঐগীদি লোইদুনা থোকচরক্লবসীনি।' লাউথোরক্লে ভরত। ৱাফম অদু তাবদা সভা পূন্নমক চপমান্ননা ঙকখি; খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা চপ মান্ননা লাউরকখি 'সাধু সাধু!' 'জৈ রঘুবংশগী জয়, জৈ ভরতকী জয়' পূন্নমক হৌগৎপা মান্নখি।

চৎলে ভরত ময়াম্বা লৌবা। শগোল-শামু-খোঙমী-দোলাই-চতুরঙ্গ ইল্লে। অযোধ্যাগী নুপী-নিপা-অঙাং-অহন লোইনা হুপতুনা চৎলে। কনানা রঘুবংশগী মগুণ শকই; কনা অমনা ভরতকী মগুণ থাই; অতৈ কনা অমনা দশরথগী মগুণ থাদুনা লাউই। মখোয়গী ঈনিন্না নোংখক-নোংখা পূমনিল নিনখি। অসূম্না লাকপনা সরযু লাক্লে; তমসা তুংওইনরে; ভরদ্বাজগী আশ্রম থনম্লে। রামচন্দ্রনা লৈরিবা চিত্রকূট-পর্ব্বতকী মন্দাকিনী-তোর্ব্বান-তাবা বন উরক্লে।

চিত্রকূট নকশিল্লক্লে, ভরত রামচন্দ্রগী আশ্রমগী শান্তিভঙ্গ ওইগনি কিবনা লোয়নরক্লিবা চতুরঙ্গ অমদি নুপী-নিপা-অঙাং-অহন, প্রজা পূন্নমকপু লাপ্লপ্না থনম্লগা মখোঙনা মনাও শত্রুঘ্নদগা লোয়ননা ময়াম্বগী খোঙ্গূল লীবা লাক্লে। লাপ্লপ্না থম্মি

হায়বদূমঙাই, যোজন তরানীথোই শাংবা, অহুম পাকপা অযোধ্যা মহানগরীগী প্রজা অমত্তা চিথহৌদনা লাকপনি। অদূগী মথক্তা মপান্দগী ব্রাহ্মণ-ঋষি, নিংথৌ-প্রজা কয়া য়াওরক্লিবনি। মীগী সমুদ্রনি। মীনিন্না মীরাউ-খোন্না নোংথক-নোংখা পূমনিন্নি। মীয়াম উদ্রিবা, অচীকপা য়াহিপ্পা বনগী শা-উচেক করি তথরুদনীঙাই লৈ! শামু-নোংশা-কৈদগী হৌনা লৈখুন-হিপ্পা জীব পিশক পিশক ফাওবা মায়কৈ-শলাই খঙদনা চেন্নবা হৌরক্লে; লাঙজা-কাকয়েন্দগী হৌনা কৌজেং-কৌয়া ফাওবা খারৌ-লাইরৌ খঙমদরে। অচীকপগী য়াতা ওইরবা বনভুমি রনক্ষেত্র শক্ত মখরে। ঈরাং অদূ উবদা রামগী য়াথং মতুং ইন্না লক্ষ্মণ উজাউ কাদূনা য়েঙঙকপদা অযোধ্যাগী ফীরাল ময়াম্না বন-তাবা নুংশিংকী ঈপাক্তা ঈপোন্নবা উখি। মবুক্তা চিংনবা পোক্কুনা উথক্তগী পরপ পরপ কুমথরক্কুনা ময়াম্বগী মফমদা উরুবা পূন্নমক চিংনবগা লোয়ননা তমখি। চিংনবা-অথুকপা-অকিবা-শকখঙনদ্রবা রাম মোমোন নোকতুনা নীঙঙাইদনা হান্নগী মতমগুম অদূম ফমদুনা লৈখি। অচীকপা থানা মশাদা চীকচবা নত্তনা অয়েংবা থম্মোইদা শান্তিগী ঈরা খিকপগুম রামগী অঙৈংবা শকফম্না লক্ষ্মণগী থম্মোই ঈংখি।

ঙহাক্কী মনুংদা উকু-শেৎ-জটা-পুরবা ভরত-শত্রুঘ্ন অনী উরে। রাম-মনাও অনী উবদা মনাওগী প্রেম্না ফুক হৌগত্তুনা মপাম্বোম অনী তিংথোকতুনা চেপ্পোরক্লে। মনাও অনীশু ৱানা থিরকপা ময়াম্বা উবদা চেপ্সিল্লকতুনা মখোঙদা তুররে। রাম মনাওশিংবু কোনখৎতুনা চেজেৎ চেজেৎ কোল্লগা মকোক নুংশি নুংশিনা নাল্ল-নাল্লদুনা নুংশি পিরোয়নবা ৱাহৈনা 'ইবুঙেঙা, করম্বা ৱাখনগী মখা পোন্দুনা নচিন-ননাওনা উকু শেৎ জটা পুরিবা? ধর্ম্ম-লৈবা ইপানিংথৌনা, মচা চাঞ্জরবী ইমাশিংনা অমদি অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা কদায়মখৈ য়াইফরিবা? করম্বা অপাম্বনা পুদুনা নচিন-ননাওনা ৱারবা বনভূমি অসীদা লাক্লিবা? ইয়াম্বনা অমদি ননাওনা নঙ্গী করি কান্নগদবা লৈবা? তম্মু, হায়নীংবা পূন্নমকসু অপনবা লৈতনা ইয়াম্বদা হায়য়ু' হায়রকই রাম ভরতকী মফমদা।

ভরত ময়াম্বগী নুংশি-থুন্নবা মপাউখোল তাবদা, অৱাবা থম্মোইনা ৱাবিহৈবা মফমদা অৱাবা পোকথোকচবগুম, নুঙ্গী অৱাবা মপাউ পূন্নমক হীক্লা, তীং-শোক্লা তন্নকই।

ভরত — 'ইপানিংথৌনা ফীরোয় অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাওশিংবু থোল্লকই; চইন অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাও পূন্নমকপু তন্নকই। ঙসি সত্য-চেৎপা ইপানা নখোয় অনীদা উকু থোল্লম্মে; ঐখোয় অনীশু করিগী শেৎলোই? ঙসি ধর্ম্ম কনবা ইপানা বনগী উহৈ-ৱাহৈনা নখোয়গী চইন তন্নম্মে;

ঐখোয় করিগী শরুক য়ারোই! অদূনা নঙনা শেৎপা শেৎপনি; নঙনা চাবা চাবনি।'

রাম — ভরত, ইয়াম্বগী ইবুঙেঙা, অরাম্বদা চাক, খৌরাংবদা ঈশিং মীগী মবূক ইংননীঙঙাইনি। ৱারবা নয়াম্বগী বন খোঙফমদা নঙ্গী নুংশিবা নপাউখোন্না ওইরিবসীগুম ঈংনরিগদরা! অদূবু, ইবুঙেঙা, খোইখোইনরবা শন্নাংনা লৈতেংলবা নঙ্গী নকোক্তা সনাগী কিরীট, মোইবুং-ওংদা-মাল্লবা নহাক্কী নঙক্তা বৈজয়ন্তী মালা, নীংথিজবা নাফম অনীদা মকর-কুণ্ডল, শামু-নাতাল ঙমজনা নীংথিজরবা নপাম্বোম অনীদা সনাগী তাল, খূজেং অনীদা সনাগী খূজি, পুম্বুম্নরবা খূদোল তরাদা সনাগী মণি থাম্লবা খূদোপ, নীংথিনা চেৎলবা নখ্বাংদা সনাগী মেখলাগা কোন্নরবা কব্রং ফী, খূজেংদা খূজি, খোঙশাদা খোঙতোপ, নশাদা কব্রংগী সনা-হৎপা নম কোন্নবা নঙ্গী থাঙমদনা নীংথিজরবা শকফম ইয়াম্বগী মিৎফম্না খৌরাঙিঙ, ইয়াম্বগী থম্মোইনা পামজে; শেৎলুবা ইবুঙেঙা! অদুগা অমুকসু নহাক্তি অযোধ্যাগী যুব ...

ভরত — ভ্রাতঃ! তাকপীরিবা ফীজোন নোংমা ঐহাক শেৎপা য়ারম্মি। ঙসিদি মদূ থোক্রে। মপা-ওইবনা চৎপা ধর্ম্ম মচা-ওইবগীশুনি।

রাম — ইবুঙেঙা! নহাক্কী অহীক-লৎকরুবা, পিরোয়-মতৎনবা ৱারবা ৱাঙাংনা তমসি কদায় তমঙমদবা, তমগনুসি কদায় থিংঙমদবা অৱাবগী মপাউ অমা নহাক্কী থম্মোইনুংদা ফারিবা উরুবনা ইয়াম্বগী থম্মোই পুবা ঙম্মোইদৌরে। তমথোক্লোগবা নহাকপো ....

ভরত — নহাক নোংমা অযোধ্যাগী মপুগী মচানি; ভরত কৌবা ননাও ঐহাক্কীনা ইয়াম্বনি; ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগীশু মথোককাবা-মতমগীশু মরুপনি। ঙসিদি নহাক মপূ-পান্দ্রবী নগরীগী চঙনফম্নি অদুগা মপা-লৈত্রবা ভরতকীনা ...

রাম ভরতকী ৱা লোইনা তাবা ঙমখিদ্রে। মপা লৈত্রে হায়বা অৱাবগী পাউ মনাওনা খংতম তম্বা ঙমদ্রিবা অদূ উবদা মপাগী ৱাখিবনা 'ওক্রে ভরত' হায়রম্লগা 'পিতঃ' হায়না কৌদুনা লৈমায়দা তাখরে; লক্ষ্মণশু জানকীশু হাইথখরে। ভরত ফোংনা পেন্না কপ্লে; শত্রুঘ্নশু ফুনগৎতুনা খাঙলম্বা হৌজিক্তি মখোনথোক্লা কপ্লে।

রাম ঙহাক অসূম্না তুরুরগা মনাও লক্ষ্মণগা পিণ্ডদানগী গঙ্গা তান্না চৎলে। বনগী অফংবা উহৈ-ৰাহৈনা পিণ্ডদান কৎলুদুনা আশ্রমদা লাক্কুনা মনাও অনীগা অমুক তিন্নররে।

রাম লাক্লবদা ভরতনা মখূৎ লোন্নরদুনা হায়রকই।

ভরত — ভ্রাতঃ! ইমানা জ্ঞান-লৈতবী নুপী ওইবনা মঙোন্দগী হেন্না অমুক লৈত্রবী মন্থরাগী মৰা লৌরুদুনা ইপাগী মফমদা অমদি নহাক্কী নফমদা চৎখিবা অকনবা শাজৎ পুন্নমক ইমানি হায়না ঙাকপিফম থোকপ্রা নীঙঙি। মপা-লৈত্রবা মনাও ওইবগী ময়াম্বা অহন্না মপানি নহাক্লা হেন্না খঙঙিবনি। মপা ওইবনা লৈত্রবদা অহন-ওইবা মচানা মপাগী থৌগাই পুফম থোকই হায়বা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্লা করি অমুক নীংসংলুনীঙঙাই লৈ? রঘুবংশগী ঈ অমতনা মপা-শকপা ময়াম্বা লৈরিঙৈদা মপাগী খুভম কাখিবা তৌদ্রি। ভরত হায়বা ঐহাক্লা ইপা-শকপা ইয়াম্বা নঙ লৈরিঙৈদা 'নঙ্গী নখোঙ পায়দুনা ৰাশক্লিবসীনি' নিংথৌ কদৌঙৈদশু ওইরোই। ইপানা কোইরম্বা ইপুনা সেল্লম্বা অযোধ্যা নগরী মপু পান্দনা মাঙলগদরা! নহাক্কী ৰাখন্নি; নহাক্কী ধর্ম্মনি।

রাম মনাওগী ৰাঙাং তাবদা নুংশি-মোমোন্নবা ৰাহৈনা মনাওগী মকোক নাল্ল-নাল্লদুনা হায়রকই।

রাম — ইয়াম্বদি ইপাগী ৰাশক ঙাক্কবা য়াদে। মচা-ওইবনা মপা ওইবগী মফমদা তৌফম থোকপা ধর্ম্ম মপাগী শিব-চঙবনা করিশু শকওনবা লৈতে। ঙসি ইপা লৈত্রে। লৈত্রবশু ইপানা ইমাগী মফমদা য়ারম্বা ইয়াম্বগী চহী-তরামরিগী বনগী খোঙফমদি মুৎপা য়াদে। নহাক অযোধ্যাদা হন্দুনা ইপানা পীরম্বা খুভম নঙনা কোইরু।

ভরত — ইপানা ৰাশকখিবগী দমক নঙনা বন চৎতুনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাক্লি। ইপা-শকপা নহাক্লা বন চৎফম থোকপগী দমক নচা-শকপা ননাওনা বন চৎকনি। নহাক্লা অযোধ্যাদা হন্দুনা নিংথৌ ওইবিয়ু। অদূগা অমনা ইপানা মহাক্কী ৰাশক মতুং ইন্না অযোধ্যাগী সিংহাসন ঐঙোন্দা পীরম্মি খল্লবশু ঐনা ননাও অমা ওইনা ঐনা ফংজবা পোৎ নঙোন্দা কৎলি। দান লৎনবা তৌহৈদে হায়বশু নহাক্লা হেন্দোক্লা খঙঙিবনি। পোকপদগী ঐহাক নঙ্গী নরোয় ওইদুনা লাক্লবনি; হৌজিকসু থৱায়গা হকচাংগা

শেৎনদ্রিমখৈ ভরত ইয়াম্বগী নরোয়নি। হল্লসি ভ্রাতঃ। ঐনা নখোঙ অনী পায়দুনা হায়জরি।

রাম মনাওবু চেৎজেৎ কোল্লদুনা 'রাম কৌবা ঐহাক্লা নহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা অসুক লাইবক ফৈ হায়নীঙঙাই লৈতে। ইপানা শক্রম্বা ৱাশকশু ঙাক্কনি; নহাক্কী দানশু লৌগনি, ঐ লৌরবনি। ঐনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকপা চহী তরামরি বন্দা চৎলিঙৈদা নঙনা ঐগী শরুক শিন্দূনা অযোধ্যা ঙাকউ। ইয়াম্বনা মতম চানা হল্লক্কুনা নঙ্গা অমুক পান্মিন্নরগনি। চৎলো, হৌজিক নঙ পাল্লম্মূ' বিদায় তৌরক্লে।

ভরত গতি লৈত্রে। ময়াম্বদগী খুরুম অনী নিরে খুরুম মকোক থোঙঙদুনা হায়রকই, 'নহাক ইপানি। ইপাগী য়াথং ইকোক থোংনা পুরবনি। নহাক্লা ইপাগী সত্য ঙাকপা চহী তরামরি বন চৎলিঙৈ নহাক্লা পীনরিবা খুরুম অনী অসী লাৎতুনা নহাক্কী লৈবাক ঐনা পুরমগনি। অসীমদি ভ্রাতঃ, কাউগনু। ঐহাক নহাক্লা হল্লক্ত্রিমখৈ ঙসিগী ফীজোন অসী হোঙঙরোইদৌবনি। চহী তরামরি হেক সুবা নুমিত্তা নহাক্লা অযোধ্যা য়ৌরক্কবা ঐহাক মৈদা চোংশিন্দুনা শিগনি।'

মচিন-মনাও পিগা পিগা চীল্লোক্লরে; বিদায় তৌনরে। ভরত হনখরে। মপাগী সত্য ঙাক্লবগীদমক মখোঙ থোংনা হন্না চঙজরক্লবী রাজলক্ষ্মী ইরায় লায়না বিদায় তৌদুনা খাংপোক য়াহিপ উরু মোনখাংননা লেহ্লৌরে শুক্লবা বন্দা

**ধর্ম্ম-কনবা রাম।**

# ভক্ত-চানবা রাম

কিষ্কিন্ধা ময়াদনি। ঋষ্যমুক কৌবা চীঙ্গী চীঙ্গোল ইন্না লীক্লাই মহী চেল্লবী তুরেল অমা লৈ। মমিংনা পম্পা কৌই। তুরেল অসীগী নীংথিজরবা ইরেল অমা লৈ; পম্পা-সরোবর হায়না খঙনৈ। সরোবর অসীগী ঈশিংদা মাগী ইরোন্নুংদা তম ইপাল লাংনা শাৎ অঙৌবা, অশংবা থম্বালগী শাগৈনা মশা মশাগী নীংথিজবদা মশা-মশা লূপচদুনা লূরুক-লূরুক মশা-মশাগী মমি য়েংনজরি। থম্বাল লৈহী পাম্বা খোইমুগী শাগৈশু মখোয়গী য়াহীপফম ঋষ্যমুক-কী নাপোমশিংদগী তিহোন-তিহোন হাইথরক্তুনা অঙৌবা থম্বালদগী অশংবদা, অমুক অশংবদগী অঙৌবদা লান লৈহী পেন্ন পেন্না চুপ লৈনা নুঙঙাইনা ঙংলদুনা পাইরি; তালোয়নবা পাম্বা জগত্তা মখোইনা মিহৌনফম ওইনা থোক্লবগুম লেঙদবা-নুঙঙাইবা থিবা জগত্তশু লম্বী খঙনফম ওইনা অদুম মথোকই। অসীগুম্বা নীংথিরবা সরোবর অসীগী মপান্দা আশ্রম অমা লৈ। মহর্ষি মতঙ্গনা সেম্বনি হায়বদগী মহাক্কী মমিং লৌদুনা মতঙ্গাশ্রম কৌই।

শবরী ভীল-নীঙোন্নি; মতঙ্গাশ্রমগী লম-তু শেংবীনি। মহাক্লা নোংমগী লম-তু শেংবা লাকপদা মুনি-ঋষিশিংনা শরুক-সোন্নরিবা ধর্ম্ম কথাশিং অসী অসুম অসুম তাশিল্লকপদগী মহাক্কী থম্মোইদা ধর্ম্মভাব পোকখি। অরানবা-লম্বীনবশিং মাঙহন্নবা, অচুম্ব-লম্বীনবশিংবুনা য়োকখৎনবা অমদি চিশিল্লক্লবা ধর্ম্মগী ঈনোৎ হাপ্পনবা ঈশ্বরনা শকফম পাল্ল-পাল্লদুনা জগত্তা হেক হেক চোংথোকই হায়বসী মহাক্লা তাখি। বিরাধ, খর-দূষণ, কবন্ধনচিংবা হাৎঙমদ্রবা হিংচাবশিংবু লায়না হাৎলবা, মপাগী বাশক ঙাক্লবগীদমক ৱানীঙঙাই লৈতনা ৱারবা বনগী খোঙফম লাক্লিবা, অযোধ্যাগী মপুগী মচানিপা রাম নিপা-অথোইবা রামনি হায়বশু তাখি।

শবরীগী থম্মোইদা আশ্রমনা রামভক্তিগী মরু হুক্লে। ময়োল চোঙলে; মপুং-মরৈ ফারক্লে। রাম্না মহাক্কী বনগী খোঙফমদা মহাক্কী খাংপোক্তা লাক্তুনা অমুক্তং উজবা অমদি ঙমজবা সেবা ফংজরবদিকো হায়না খনখি! মহাক্কী থম্মোইনা

'শোয়রোই, নোংমা শোয়দনা য়ৌরক্কনি' হায়না নীঙ্খি। মতাং অসী য়ৌরকপদা মহাক্কী অরাবা অমা লাক্লে। 'করম্বা পোৎলম্না রামগী সৎকার তৌগনি!' খল্লুবা হৌরক্লে।

নুমিৎ খূদিংগী রামগী নাম তত্তনা শোল্ল-শোল্লদুনা বন-দা রাম ওক্লবা হৈ থিরক্লে। বনগী মফম মফমদা নীংথি-নীংথিরবা বোরোই পানবা উরে। মহাক্না বোরোইশিং অদূ কার-কারদূনা তংল-তংলদূনা অথুম-অথুম্বা খন-খন্দুনা হেক্লগা রামগীদমক্কি হায়দুনা লীদূনা থম্লক্লে।

অসোমদনা, রাম কবন্ধগী মচীন্দগী ঋষ্যমুক পর্ব্বত-তা সুগ্রীব লৈ হায়বা তারদূনা মহাক্কী মতেং লৌদুনা সীতা উদ্ধার তৌননবগী হাইথরক্লে। পম্পা-সরোবর য়ৌরে; তপস্বীনী শবরীগী আশ্রম মপাদা লাক্লে।

তপস্বিনী শবরী বন-দগী অথুম্বা বোরোই ফীগাও থন্না য়োম্মদুনা, সুর চানা সেমদুনা থম্বা যন্ত্রনা নুংশিৎকী শউমদা ঈংনা মেঙনা মথন্দা নুংশিবা মখোল কাপথোরকপগুম, রামগী নাম থম্মোইগী থম্মোইনুংদা ঙংল-ঙংলদুনা লাকখি। পম্পাগী নীংথিজবা য়েংদুনা লৈরিবা রামগা থেংনররে। রাম উবদা মহাক্কী থম্মোইনা 'নঙনা নুংশিজবা রামদো নমাঙদগীদূনি' তাকপদগী ভক্ত মহাক্কী ওইবা খৌগাক নাইদবা ৱাহৈনা 'রাম, নঙ লাক্লবরা? কুইরে, ৱারে ঐনা নঙবু ঙাইহিরিবা। অসীনা নঙবু জগৎনা অতোনবগী মপু কৌনৈ। চৎলো, চৎসি ঐগী খাংপোক্তা। ঐনা নঙ্গী ওক্লবা পোৎ লাঙলকপা কুইরবনি।' মখুৎ পায়দুনা চিংলক্লে রামবু শবরী। নুংশিবা থম্মোইগী মপাউখোল তাবদা ইল্লোইদৌবা করি লৈ! চৎলে শবরীগা রাম। লক্ষ্মণ হায়মরক তৌমরক অদুম রাম-শবরী অনিগী তুং ইল্লে।

শবরীগী খাংপোক য়ৌরে। তরু-তরু রামগীদমক্তা সাদুনা থম্লবা কুশগী ফক পুথোরক্লে। পুন্দা য়োক্লুনা মাগীদমক্তা পম্পাদগী শোক্লুনা থম্লবা অঈংবা ঈশিংনা মখোঙ হরাউনা শেংলে। খোঙ শেংবা লোইরবদা চীন শেংননবা অতোপ্পা ঈশিং পুরক্লে।

রামনা চীন শেংলবদা শবরীনা নুংশি-মোমোন্নবা ৱাহৈনা, মহাক্কী নীংথিজবা মমিৎ অনীনা থূম্না থকচরদুনা, হায়রকই।

শবরী — রাম! ঐগী ইফমদা থূম-অহাউগী আশাদি তৌরম্নু। বন অসীদা তারিবা উচেক্কা ঐগা অমতনি! অদূক খেন্নবা হায়ববু মখোয়না উকাদা লৈ, অদূগা ঐনা উখাদা লৈ অসীদনি! মখোয়গী চীঞ্জাক্তা ফজবদগী ফজবা

করিনো খঙলবরা? উহৈনি, উহৈ-ব়াহৈদনি। অদুনা ঐনা নঙ্গী তম্বা ঙম্বা হায়ববু খঙলেদনা?

রাম — ঐশু নঙ্গা অমতনি, হৈদি করি হায়রুনি? উনা অকংবা ফাওবা নঙনা শোকপদা হাউগদবনি।

শবরী হরাউ-মোমোন্নবা, নুংশি-মকালাম্বা খোঙথাংনা মহাক্কী খাংপোক মনুংদগী বোরোই মখল মখল পুথোরক্লে; হায়রকই, 'দোনাশিং অসী লোইনা চাও।'

রাম মনাও লক্ষ্মণগা দোনাদগী বোরোই লৌর-লৌরদুনা চারক্লে। শবরীগী মশীং লাকঙমদবা দোনানি; মতম কুইনা নোংম-নোংমগী থেংনরুবা অথুম্বা, অহাউবা পূম্নমক কংহন্দুনা লীদুনা থম্বনি; চানীঙঙাই ফনা চাদৌমখৈ চাদুনবু করম লোইরুগনি' শবরীনদি মহাক্লা হাউবনি হায়না খঙজবা দোনাসিং অদূদি মথব়ায়না নুংশিজরবা রামবু লোইনা চাহন্নিংঙি; মখূৎনা দোনাদগী বোরোই তাপ তাপ পায়খৎতুনা পীরক্লে। পীনা পীনা খল্লকই 'হান্নদি য়াম্না হাউখিবনি; অদূবু হৌজিকস্ হাউবিগদরা! হাউরমদ্রবদি ...!'

হাউরমদ্রবদি মাগী রামনা চাবদা নুঙঙাইররোই খনখিবদগী বোবোইশিং অদূ ময়ানা চীক-চীক্তুনা তংদুনা য়েঙলক্লে থুম্মিব্রা, হাউরিবমখৈ রামদা 'সীমশু হাউই চাও, সীমশু হাউই চাও, চাও রাম, য়াম্না হাউবনি চাও' পীবক্লে।

ভীল-নিঙোল শবরীনা চীক-চীকতুনা মহাউ য়েংলবা বোরোই লুখাক তাপ-তাপ লৌদূনা হাউনা খোইদানা চাখি

ভক্ত-চানবা রাম।

# কনফমথোকপা কনবা রাম

রাম মনাও ভরতপু রাজ্যভার শিন্নদুনা অযোধ্যা হন্থলনখ্রবা মতুং খরা ফাওবা চিত্রকূট্তা লৈথরে। অযোধ্যাগী তেঙ্গোল-প্রজা হুপতুনা লাক্লম্বদুদগী মন্দাকিনীগী মপান্তাবা লম অসী ঈশিং-নুংশিৎ কয়া পাওদবগুম তৌরক্লে। অদুনা মনাও লক্ষ্মণগা তান্নদুনা খরদং থৈদোক্তুনা লৈরুনবগী অত্রি-মুনিগী আশ্রমদা চৎলে। মুনিগী মরা মতুং ইন্না দণ্ডকারণ্যরোমদা তমথরক্লে। অরণ্য অসীদা খোঙদা থাংজিল্লকপদা কল্লবা বিরাধ রাক্ষসগা থেংনরে। অকনবা লানফম্না মহাক্কী মথরায় লৌরগা শরভঙ্গগী আশ্রম য়ৌরে। মতাং অসীদা বৈখানস, বালখিল্য, সংপ্রক্ষাল, মরীচিপ, অশ্মকুট্টনচিংবা দক্ষিণাবর্ত্তদা লৈবা কাওবূগী মুনি-ঋষি-পুন্নমক্লা মহাক উবদা মখোয়বু নৈহৎলবা হিংচাবশিং হাৎপিনবা হায়জররে। চঙজরকপা অৱাববু মথৱায় ফাওবা পীদুনা কনবনা ক্ষাত্রধর্ম্ম ওইবদগী রাম হিংচাবগী য়াতা ওইরবা দণ্ডকারণ্যাগী দণ্ডক-বন তমদুনা চৎথরক্লে। মহামুনি সুতীক্ষ্ণ অমদি মহাতপাঃ অগস্ত্য দর্শন তৌরবা মতুংদা মপাগী মরূপ অরুণগী মচানিপা জটায়ুগা পঞ্চবটীদা চঙখরে।

পঞ্চবটী য়ৌরবদা হৈনা লৈনা থল্লবা, লৈমায় তাংথক্লাইদবা মফম য়েংলদুনা লীক্লাই-ঈচেন্নরবী গোদাবরীগী তোর্ব্বান্দা আশ্রম সেম্বা লেপ্লরে। ময়াম্বগী সেবাদনা ধর্ম্ম ওইনজরবা লক্ষ্মণ খাংপোক্কী মতীকচাবা উ, ৱা, ই থিরুদুনা পীক্তক্লা নীংথিরবা আশ্রম সারে। বন-দগী হৈ-লৈ থিরুদুনা বাস্তু-শান্তি তৌরে। উনা মখোং য়ুংলবা, ৱানা হুমদাংনরগা কুশ মনানচিংবনা নীংথিনা থানা চূন্না, চেৎনা কুপ্লবা পীক্তক্লবা খাংপোক অমদি মমাঙদা সেল্লিবা হৌনবী চুম্না তৌরবা অগ্নিহোত্র-কুণ্ডনচিংবা মবূক পেন্না থুংলবা রামনা নুংশি-মোমোন্নবা ৱাহৈনা হায়রকই, 'তাত! রাম কৌবা ঐবু ইপা লৈত্রে কনানা হায়রুনি? নঙ ঐগী ইনাও নত্তে, ইপানি; স্বর্গ-কাখ্রবা ইপানিংথৌগী মহুৎনি।'

পঞ্চবটী বনদা লৈরক্লে; নুঙঙাইনা লেল্লক্লে। থম্বাল পোকপী গোদাবরীগী থম্বাল-নম্লবা ঈশিংদা অহুম্মক পুল্লপ স্নান তৌই; অগ্নি-পূজা তৌই। লক্ষ্মণনা বন-দগী হৈ-লৈ থিদুনা পুশিল্লকই; জানকীনা থোং থাকই। রাম-সীতানা লতা-মণ্ডপতা, হৈপাল লৈপান্না মনীংতম্না হৌরবা, তিংথৌনা লৈমায় তুরবা বন-পুবা উজাউ মখোঙদা নুংশিনবা চেংলৌ কয়াগী মপাউ তম্নে; ধর্ম্মগী মপাউ কয়া লীনৈ; হৈ-লৈ-না নুংশি-খূদোল তম্নে। লক্ষ্মণনা ময়াম্বা, মতৈমা কদায়দা শোয়খিগদগে কিবনা লীরুং চেৎনা পায়, তেন্দোং কন্না য়ান, নাকোংনা ময়াম্বা-মতৈমা শেন, মিৎনা য়েক্লবা খোঙফম য়েং আশ্রমগী অকোয়বদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি; অহিংদশু অদূমঙাই; ময়াম্বগী প্রেম্না নমখিবনা মঙোন্দা তূম্নীংবা চঙদে, পোত্থানীংবা লৈতে; আশ্রমগী অকোয়বদা অমূক চৎলি, থোঙদা নূংপাক-থক্তা অমুক ফমদুনা ঙাকই।

অসূম্না নুঙঙাইনা পাল্লবা পঞ্চবটী পুন্সিদা অরাবগী মমি তারক্লে। নোংমা রাবনগী নীংদম্লবী মচল সূর্পনখানা কোয়থোরকপদা রামগী আশ্রম থেংনররে। নোংবাল-লাংবা লৈপাক্তা লৈহৌ পেন্না হৌরবা অশংবা তিংথৌগী থিঙ্গৎলকপদা ঙায়রিবা সংবানবা ময়োন্দা অহিংগী লীক্লানা খিক, ইনুঙ্গী মশেক্লা লাং, লেক-লেক-লাউবা শংবানবগা, নীক-নীক-লাউবা ঙৌরুনবগা, তরং তরংবা ঙাঙ্গানবগা অহুম্না পূনবদা থোকপা, অশংবা মণিনা মায়থীনফম ওইরবা মচুনা মহাক্কী কুচু ওইরবা, নোংদোল চুমথাং ঙমজনা নীংথিরবা পীশুম্না কোল্লবা থম্বালগী লকা মান্না য়াৎলবা মিৎফম অনীনা থম্মোই খূদিং হুনঙাই মিৎস্না-থম্বাল-মানবা হায়না খঙনরবা মহাতপস্বী বিষ্ণুনা জগৎ-কল্যাণগী তপস্বী শকফম লৌখিবগুম খোইখোইনবা শম্নাংনা কোক্তা জটা লৈনা পুল্লবা, ধর্ম্মনা লম্বী ওইদুনা পুন্সি-খোঙফম্লবনা নীংথিবা পীশুম অনীগী মরক্তা মঙান্না অশংবা-অতিয়া-ফাঙ্খোংনবা ধ্রুবগী মঙান্না ঈংনা মেঙনা ফাওবগুম ফাওরবা, খন্দোক-খঞ্জিন নাঙ্গবা নোংথাংনা মশাগী ধর্ম্ম কাউথোক্তুনা তনিক-তনিক লেঙদনা লৈবা নাতাগুম মোমোন মীনোক্লা ঙাঙ্গানবা চীনবান অনীদা লেঙদনা নীক-নীক লাউনা লৈরবা রামবু উররে। অসীগুম্বা শকফম উবদা নুজা ওইবী থম্মোই কনা নুংওন্দনীঙাই লৈ! সূর্পনখাগী থম্মোই নুংওল্লে। নুঙ্গী ঈথক চারকপদা বৃহস্পতিগী তারাদগীশু নুপী ওইবীগী থাফদ্রবা ইকাইবা-ফীজোন কোমথরক্লিবনি; মহাতপাঃ গৌতমগী অহল্যামক্কীশু তারিবনি। সূর্পনখাগুম্বী, নীংদম্বী; অপাম্বা চাবদনা পুন্সি-শিঙ্গাংনরবী নুপী অমগীদি ইকাই-ফীজোন কয়াবু খাঙ্গদগে! রাম তম্না ফূজিল্লক্লে।

সূর্পনখা — নঙ কনানো হায়বদি খঙদ্রি; অদুবু অপাম্বা-নুংশিবনা মাঙওইনখিবনা নঙনা ওইগে হায়বমখে ওইয়ু, নঙোন্দা ঐগী ইশা অসী মমন য়াওদনা কখোক্লবনি। লৌদবা তৌনু ঐ নঙ্গী শেগা খৌরাংবনা থৱায় খাইনগদৌরে। অদুগা অমনা নঙনা ঐবু লৌবদা ঐগী ফজরবা শক্তম, ঐগী নুংশিরবা থম্মোইগী পেল্লবা সেবা ফংবদা নত্তনা নঙ্গী য়াইফবতা ওইগনি। ঐ রাক্ষসগী নিংথৌ, দেব-দানব-গন্ধর্ব্বনচিংবা পূন্নমক্লা মাগী পোইরৈ য়েংনা পেনবিনবা সেবা তৌনরিবা লঙ্কাগী মপু রাবণগী মচন্নি। রাবণ, কুম্ভকর্ণ, বিভিষণ, খর-দূষণ হায়বা ইবুং মঙাগী মরক্তা ইথন্দা য়াওবনা ঐনা পাম্বা পূন্নমক ফংদবা লৈতে। দণ্ডকারণ্যদা ঐগী ইবুং খর-দূষণ অনীনা ইবুং অহনগী য়াথং মতুং ইন্না পাল্লি। চাউরবা ইবুংশিঙ্গী লৈবাক অসীদা অহাওবদা চা অফবদা শেৎ ননীং তম্না পানগদবনি।

রাম — নীংথিবি! ঐদি লুহোংলবা নিপানি। ঐগী ইনাক্তা ফল্লিবী অসে ঐগী নুপীনি। নঙ্গুম্বী গুণলৈবী নুপীনা নুপীলৈবা নীপাদা লৈবা হৌনদে। নুপী ওইবী নখোয়গী নফমদা তূরোন্নবমুক নুঙঙাইতবা করি লৈরুনীঙঙাই ওই? চৎলু, আদা লৈরিবা নুপীশু য়াওদবা মশকসু থাঙমদনা ফজবা ঐগী ইনাও অসীদা হৌদুনা ননীং থুংনা শান্নমিন্নরু।

অপাম্বগী নুংশিৎনা হুমদুনা ইকাই-ফীজোল-কোল্লবী সূর্পনখানা তৌবা ঙমদনীঙঙাই করি লৈ! মহাক্কী পুঙমদ্রবা থম্মোইগী পোথাংফম অমা ফংদবা য়াদ্রিবনি। লক্ষ্মণদা চঙলক্লে; হায়রকই —

সূর্পনখা — নীংথিবা! ঐমক্লা ঙাওবদি নয়াম্বগীনি। অদুবু মহাক্কদি 'ঐদি নুপী অমা লৈ; নঙ্গী ননীং থুংনা চৎপা ঙম্মোই; ঐগী ইনাও হৌদুনা শান্নরু' হায়দুনা য়াদ্রে। নঙ ঐগী অৱাবসী অমুক্তং কোকউ; ননীং তম্না গোদাবরীগী হৈনম-লৈনম-চূরবা তোর্ব্বান্দা, বনগী নীংথি-নীংথিবা মফমদা ঐগী মথোক কারবী পূক্নীং-হকচাংগী সেবা লৌ।

লক্ষ্মণ — ঐদি ব্রহ্মাচারীনি; ঐগী ইয়াম্বগী অতোম্বী ওইদুনা নঙ্গী ননীং পূমথুংমক থুংদ্রবশু নবুক ফানরু।

সূর্পনখা কঙঙাওনরবীনি। রামদা চেন্সিল্লক্তুনা অমুক হায়রবদা ময়াদ্রবদা সীতা লৈদুনা তৌরিবনি খল্লুদুনা মশাগী ওইবা অকিব-ফংলবা শকফম পুথোক্তুনা মঙোক্লোমদা তমদুনা পাইশিল্লক্লে; ফাখরে। অদু উবদা জানকী কন্নবা রামগী ইঙ্গিত-তগী লক্ষ্মণনা সূর্পনখাবু নুপী-ওইবা মথৱায়দি খাক্তুনা মনাগা মনাতোনগা কক্লগা থাদোকখ্রে।

সূর্পনখা ইকাই-নুংশি য়ান্নবগা চৈনাখোল ফংবগা নোংখোংবগুম কপ-লাউরদুনা খর-দুষণ, মবুং অনীগী মফমদা চৎখরে। মহাক্কী অৱাবা, নুঙঙাইতবা শকফম উবদা মচন নুংশিবগী নুঙঙাইতবনে, মশা-মশানগা মশাদা মউদা মপাঙ্গন্দা মহৈদা মপা তাঙদুনা কন্দ-কনবা কাঙলূপকী চৈগোক পায়দুনা লৈবনে অদুগা ময়াম্বগী মঙান্না পোঙখিবদগী জগৎপু তুছ ওইনা উবনে অনী অদো শাউবনা মৈ থোক্লে; 'কনানা ইচন শোকপনো' ফুক ফুক হৌগৎনরক্লে। রাম-লক্ষ্মণ হায়বা মচীন-মনাও অনী পঞ্চবটীদা লাক্কুনা লৈররে; মখোয়না তৌরকপনি হায়বা মচন্দগী তাবা হেক খুদক অদুমক্তুদা হিংচাবা তেঙ্গোল লীশিং-তরা-মরি থারে।

রাম-লক্ষ্মণগী মখূত্তা তেঙ্গোল তুম্না শিরে; দূষণ তুরে; সেনাপতি ত্রিশিরা লোইরে। খর অৱাবদা নুংবংবা, অকিবদা থূকপা থম্মোই নত্তে। কল্লবা, শামু-পাঙ্গন্নরবা মশীং-লাকঙমদ্রবা হিংচাবগী তুনফম ওইরবা রাম-লক্ষ্মণগা লাম্থেংনরে। কালগী মমাঙদা কনানা লেপকনি! খর তুরে।

সূর্পনখাগী অৱাবদা অৱাবা হাপ্লে, নুঙঙাইতবদা নুঙঙাইতবা থোমজীল্লে। করি তৌনীঙঙাই লৈত্রবনিনা মবুং রাবণদা ৱাকৎপা লঙ্কা তান্না চৎখরে। অকম্পন কৌবা জনস্থান পুবা হিংচাবমশু চেঞ্জনীঙঙাই হিংজহৌবদগী লঙ্কা তান্না পাইখরে। অনীমক্লা রাম-লক্ষ্মণগী মরী মখোং, জানকীগী মপাউ, হিংচাবশিংনা তুম্ন শিখিবা — পূম্নমক তম্লুরে।

নাপন্নরবা রাবণ্নি। করিগী নাপন্নরোই! দেব, দানব, গন্ধর্ব্বনচিংবা পূম্নমক্লা মহাকপু কালগী মশক ওইনা পূজা তৌনরিবনি। ইন্দ্রগী শীংজং মঙোন্দা ময়া কুম্মি; ঐরাবতকী ময়া মঙোন্দা মতোন পংই। সনজীং ফূকপা ঙম্মি; সমুদ্র পন্নাপ্পা ঙম্মি; নুমিৎ-থাগী লম্বেল থৈবা ঙম্মি। অদুগী মথক্তা পাঙঙমদবা তপস্যানা পুল্লবা ব্রহ্মাগী বরনা মী-য়োং নত্তনা অতে অমগী মখূত্তা মহাক্কী শিফম লৈতে। নাপন্নবা পাম্বোমগী পাঙ্গন্দি লম্ফেনগনবা হৌনবনা লাম্বা লৈত্রবা রাবণগী পাম্বোম-পাঙ্গল পূম্নমক জগৎকী কপ্পনীঙঙাই লম্বীদদা শীঞ্জীনবনা মশাগী মিথ্খেগা তৌথোরকপগা চপচানা পানবা মহাক্নি। মহাক্লা পাউদা অসী তাবদা করি ওইবা হৌনৈ! ঘী পেন্না চারবা যজ্ঞগী মৈনা মৈরি তরা ফাংনা ঙোঙ-ঙোঙ চাকপগুম মমিং-ঈকানবা, নোংখোংনবা খোনফম্না 'রাম হৌজিকমক হাৎকনি' ঙুং -ঙুং ঙংনা ঙংনা থাক্লোল চামগা নীপান্নবা টাংবন্দগী ফুক হৌগৎলক্লে।

অদূ উবদা অকম্পন মখূৎ লোন্নদুনা কিরপ-মতৎনবা ৱাহৈনা হায়রকই, 'লঙ্কাগী মবুঙেঙা! চোপ্পশু য়াদে, শোয়বশু য়াদে। রামগা খংপা-পারুবা চুমদে। থোকখ্রিবা

মওং অসিদগী অদুম লাকপীবা ময়ারনি। ৱাদনা থবক পাঙবা য়াবা মরম অমতং লৈরি। শিবদা পার্ব্বতীগুম, ব্রহ্মাদা সাবিত্রীগুম, যমদা ছায়াগুম, থাদা রোহিণীগুম, বিষ্ণুদা লক্ষ্মীগুম, রামগী মফমদা ওইরবী জানকী হূবীয়ু। মদুনা ঈ তাদনা রামগী মথৱায়শু লৌনগনি; লৈরক্তা থম্বালগুম হেল্লবী জানকীবু তালোয়নদুনা নশাশু ফজবীগী ফজবা মহাউ তশেংনা খঙ্গনি। রামনা জগত্তা পোকখিদ্রিবী, পোকশু পোক্লরোইদৌবী সীতা কায়নরবদা হিঙ্গদবা লৈতে; অমরোমদনা, নঙ্গুম্বা জগৎকী চৈকোক-পায়বা নিংথৌদনা চাগদবা ফজববু মীগী জাত্তা পোক্লবা পীক্লবা লৈবাক অমগী নিংথৌমচা মখূভমশু লৈতদুনা উরক-ৱারক্তা লম্বোইবগুম পাল্লবা নিপানা চাদুনা লৈফমশু থোক্কে। অমুকসু অমনা স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল-দা মপা-লৈত্রবী লঙ্কাপুরীনা সীতা ফংদ্রবদা স্বর্ণলঙ্কা কৌরুবগী অর্থশু লৈতে।' হায়রিবা ৱাহৈ অসীমক মচন্নশু হায়রে।

রাবণ ঙহাক তুমিন ৱাখল তৌরগা দোলাইশংদা চঙ্খিদুনা মথৱায়না তাবা নীংদম্না-চৎপা দোলাই অমা তোংদুনা সমুদ্র ৱাংমা লাল্লগা মারীচগী আশ্রমদা চঙ্খরে! মবূক্কী ৱা পূম্নমক মঙোন্দা হোদোকলুদুনা সীতা হূবা তেংবাংননবা হায়রুরে।

রাবণগী মৱা তাবদা মারীচনা নুংশি-ৱাররুবা ৱাহৈনা হায়রকই, 'লঙ্কাগী মবুঙেঙা! তপথৌ ঐনা ঙসি লম্বোইবা সাদুনা লৈরিবসী করিগীনো খঙব্রা? হিংচাবগী শাগৈদা মারীচ ঐবু পাবিনবা কয়া সুই? নঙনা হায়রিবা রাম অদুগী মহাকথংদগীনি। মহাক্কী তেন অমত্তনা বিস্বামিত্রগী আশ্রমদগী য়ুমথক চামা লাপ্পা সমুদ্রসীদা চেন্দুনা তারবনি; ঐগী চেং খরদং লৈরম্বনা হিংহৌবনি। মাগী তেন অমত্তনা ইমা লোইখিবনি; ইনাওগা তেঙ্গোনগা মহাক্কী মখূত্তা তুমখিবনি। মদো মহাক্না চহী তরামঙাদা ঙাইবা মতমদনি; খূৎশু-খূৎলাই সুনা হৈত্রিবা মতমদনি। য়েঙঙু নিংথৌ! হরধনু, বিষ্ণুধনু মহাক্তনা লীরি পানবনি। বিরাধ মহাক্কী মখূত্তা তুবনি। ননাও, নচন, তেঙ্গোল মঙোন্দা লোইবনি। হাগনু! নাপন্না শিফম থিবনি; খোঙ্গূন্না পুন্সি পীবনি। নহাক অমর নত্তে, গুম্বদনি। বালীদা খুথীবগুম মঙোন্দা খূথীফদে করি লৈ? হিংচাবা শাগৈনা নাপন্নরিবা পাঙ্গল হায়বা লল অসে লেঙদবা পাঙ্গল অমগী মঙান্নি হায়বা ঐ তপস্যানা, মায়থীবনা খঙলে। শিবদি পূম্নমক শিগনি। শিফম চানা শিগনি; কান্নদনা শিবা লঙবা, লঙঙুবদি চুমদে। চিরোল-তৌবা মীদি সমুদ্রগী লৈঙোইমুক য়ামগনি! তাবদা নুঙঙাইরোইদৌবা অচুম্বা ঙাঙবদি নিংথৌ, তাঙ্গনি। নঙনা খরদং খষ্টবদা হেক্তা হোগনি। রাম হিংচাবা শাগৈগী কালগী মশকনি; কালদা অরৌ লঙঙুদনা অচুম্বা

লীচৎনা মাবু পেহ্লন্দুনা লাইনা থাবা পুন্সি তোলোইনা পান্নবনা অশিংবশিংনা য়েংঙি। হল্লু লঙ্কাদা! নঙ্গী অরানবা মিৎয়েং অমনা স্বর্ণলঙ্কা উৎ ওইহনগনু।'

মারীচগী মব্রা তাবদা রাবণ মহাক্কী অশাউবা হন্থদুনা মশাগী কোনুংদা হল্লক্নে। অদূ উবদা, ৱাঙাং-হৈরবী, রাম-সীতা-লক্ষ্মণ অহুমগী ঈ খৌরাংলবী সূর্পনখানা থাধনা থৌগৎপা ৱাহৈনা হায়রকই, 'রাক্ষস কুলগী নাপল, সূর্পনখাগী থৱায়! নহাক অসে মরোল অহুমগী মপুনি হায়বা খঙঙি, জগৎ কনাশু খঙদবা য়াওদে। নঙ্গী নশাগী নাপন্না লুতোন য়ৌথিদুনা নিংথৌগী লোৎনচৎত্তি য়াওদ্রে। নঙ্গী নরৈবাক নরমদমদা য়েক্লবনা মখোঙ থাংজিল্লকপদা উদ্রে, য়েক্লবনা নশাগে, নতেঙ্গোল তুম্না হাৎপা খঙদ্রে। ঐবু রাম-লক্ষ্মণ্না নুপীনি হায়দুনা ইথৱায় কনবিরক্লমদ্রবা, অকম্পন-না মথৱায় পুদুনা চেল্লক্লমদ্রবা নহাক দণ্ডকারণ্যদা থোকখ্রিবা অসী খঙ্গদরা? চর নীংথিনা থমদুনা লৈবাক্কী পাউ তাদ্রবা, য়েক্লবা থিংবা ঙমদ্রবা, য়েক্লবগী মথক্তা লম্মন খুম্বা ঙমদ্রবা, শিগদৌবা লৈরবদা শিববু কিদুনা কোনুংদা লোৎতুনা লৈরবা নিংথৌবু নিংথৌ মিংফম থীননীঙঙাইনি হায়রোইদৌবা কনা লৈ।'

সূর্পনখাগী মথৌশঙবা ৱাঙাংশিং অসীনা, মুৎলুরবা মৈদা অনৌবা শাংগ হাপতুনা ঘী হৈদুনা হৌগৎপগুম, রাবণগী হন্থরুরবা অশাউবা নৌনা অমুক হৌরক্লে। রাবণ মারীচদা তহ্লন হন্দুনা তেংবাংদবা য়াদে নম্মুরে।

নম্লরবমক্তদা রামগী মগুণ তশেংনা খঙলবা মারীচ রাবণ চিংনা য়েংদুনা হায়রকই, 'লঙ্কাগী মবুঙেঙা! হন্দক অমুক নহাক্না হৌরক্লিবসে, খঙলে, মারীচ ঐগীশু লোইরো হায়বা মতাং লাক্লবনি অদূগা রাবণ হায়বা নহাক্কীশু মাঙলো হায়বা মতম য়ৌরক্লবনি। নহাক ঐহাক্তনা লোইজখিদুনা তোক্লবদি ঐহাক করিশু ৱাদে। করিনা! থৱায় খূদিংমক মশা মশাগী তৌজমন্না মরান্নং ওইনজবা ঙাক্লি। ইবানীগী তৌজরুমল ইবানীদনা চাজরবদি ফৈদো। ইবানীগী ইহাকথং হিংচাবা-শাগৈনা মৃৎপা তারবদি অমদি থোক্লবদি নহাক ঐহাক্কী পুন্সি-খোঙফমদা অফবগী শরুক খরদং য়াওরমদুনা শিবলোক্লক ফংবা থোকউরবদা পুক্নীং লৈতানীঙঙাই উদে। নঙদি জ্ঞান-লৈবা নিংথৌনি। অমুক্তংদগা হন্থননা খন্থখো।'

রাবণ কালনা উল্লবনি। করম্না মারীচগী ৱা তারুগনি। শিয়ু হায়বা লাক্লবা মীদা হিদাক্না করি তৌরুগনি! হায়রকই, 'মারীচ! নঙনা রাম কিখিবদগী অমদি নথৱায় মাঙ্গদরা থুকখিবদগী অফ সাদুনা ঐবুদা পঙথেম মথেম্মি। রাবণ ঐহাক হিংনা হিংনা ইনাও অনীগা তেঙ্গোল লীশিং-তরামরিগা মথৱায় লৌখিবা অমদি

অমত্তা পোকপী ইচনবু মপুন্সি সীমগী মশক সেমদুনা থারকলিবসীগী ৱাদি ইয়েং য়েংদে। অদূগা অমনা ঐহাক নিংথৌনি। ঐগী ইরমদা য়েক্লবনা খোঙদাররবদা করম তুমিন লৈফম থোকই হায়বশু খল্লদে। অতৈ অমুক হায়রুদুনা কান্নদে। নহাক্না সনাগী শজি সাদুনা সীতাগী মবুক্লীং চিংনবা হোৎনৌ। মহাক্না নহাকপু পামদুনা রাম-লক্ষ্মণ তান্নহল্লকপা তাল্লক য়েংদুনা ঐনা মাবু ফাদুনা লঙ্কা তান্না অদুম পুখিগনি। ঐনা পুখরে হায়বা হেক খঙবদা নহাকসু হিংননবা অদুম হেক্কক মাখ্যো। লোইরেদনা! রামনবু য়ুথক চামা পাকপা সমুদ্র লাল্লকপা ঙম্বা হৌনবরা? মায়াবী মারীচবু হাৎপা ঙম্বা হৌনবরা? নঙনা অরেম্বদা পাখ্নন্দা মখল্লে। চৎতুম চৎলো, চৎসি থীল্লে।'

মারীচ রাবণনা খাম্বা ময়াদ্রবদূদা মহাক্না হায়বা মতুং ইন্না শজিগী মশক লৌরে। অঙকপা শজিনি। তমদুনা থাদুনা লোইবা নত্তে। মশানা সনা পুন্নৌনবগুম্মি। মতুনা মণি-মুক্তাগুম লংই। সনানা পুন্নৌনবগুম্বা মশাদা লুপা ফুদোংনগুম্বা লূনা ঙৌরবা কোঙ্গোলগী পরেং থিল্লি। মচিনা নুংহী-লৈবা অশংবা মণিনা ঈৎতুনা সেম্বগুম নীংথিজৈ। মমৈনা সনাগী মখোরুবা চামরগী নাতানি। শজি অসীনা রামগী আশ্রম ময়াদা শজিক চাররে। সীতানা লৈ হেকপা থোরকপদা উররে। মা উবদা শজিনা মহাক্কী মবুক্লীং শুন্ননবা মখোঙ মরি থুপ্পুনা চোং নুংশিৎকী তাংথক নেৎ মঙক লৈনা থেক পেরাউনবা মিৎফম উইনা তা, তথক-তরুনবা মিৎচিনা সীতাদা হায়ফেৎ-হায়রপ য়েং অমুক খরা চেষ্টোকউ অমুক তন্না হজ্জিল্লক শান্নবা হৌরে। সীতা মুল্লে; লৈহেকপা কাউরে; শজিগী মওং মিৎফম হোংদনা য়েং চপ য়ুংদুনা লৈখরে। খল্লকই, 'অসুক নীংথিজবা শজিবু লোইদনা করম তোক্কনি!' ৱাখল অদূ হেক লাকপদা জানকী লৈরক্তগী রাম-লক্ষ্মণ কৌরক্লে, 'আর্য্যপুৎত্র! দেবর! লীরুং-তেনগা লোয়ননা অসোমদা থুনা অমুক্তা!'

সীতাগী খোঞ্জেল তাবদা রাম-লক্ষ্মণ লীরুং-তেন্দোং তাপ-তাপ লৌ লৈখোঙ তান্না ফুদোরক্লে; শজি উররে। রাম মোমোন নোক্রদুনা লক্ষ্মণদা হায়রকই, 'লক্ষ্মণ! মসী তৌঙমদবা-লৈত্রবা হিংচাবগী মায়ানি। অসীগুম্বা শজি চৈত্ররথ-কোন্দা ফাওবা লৈতবনি।' লক্ষ্মণশু মোমোন নোক্রদুনা খুল্লকই, 'চুম্মি আর্য্য'! মসী হিংচাবা অতৈনশু ওইঙমদবা শজি জাৎনি। মারীচনি হায়বা ঐ খঙজি হৌজ-থেম্মাং কয়া চৈ মচারবনি; অদুবু হন্দ্রি। মথবায় হেক থাদ্রিমখৈ হল্লরোই মনীংলমাল্লে।'

মচীন-মনাও অনীনা অসূম ঙাঙনরিঁঙৈদা জানকীনা হায়রকই, 'আর্য্যপুৎত্র, ঙসিগী নীংথিজরবা শজি অসে হিংনা ফানবা তৌসি; য়াদ-য়াদ্রবশু শিনা ফাসি।

হিংনা ফাদুনা ওম্বোক্না লোইনীংখ্রে। হিংনা লোইবমক ফংদ্রবশু মউল অসিদা ফিদা ওইনা ফমজরবশু নুঙঙাইনি।'

অমরোমদা সীতানগা পাম্বা উ অদুগা অমরোমদনা করিগুম্বা মায়া ওইরম্লবদি মখোঙ লীহৌদদুনা অৱাবা থোক্লবা য়াই খল্লুদুনা রাম মনাও য়েংলদুনা হায়রকই, 'লক্ষ্মণ! নঙ আশ্রমদা নতৈমা য়েঙঙস্মূ। মায়া ওইরমদ্রে ফাহৌদবা য়াদে; ওইরম্লে হাৎহৌদবা য়াদে।' অসী হায়না হায়না লীরুং পায় তেন্দোং য়ান শজিগী মতুং ইনখরে।

মারীচ মাগী থবক পাঙ্গদৌরে হায়বা উরে। মহাক্না রামবু লাপ্না পুথোকপা য়ানবা হোৎনরক্নে। অমুক উ মরুমদা থুপ্লি; অমুক নারক্তা লোৎলি; অমুক মশক হেক উৎলি। অসূম লরু-লরু পুথোরকপনা আশ্রমদগী ফম্না য়াম্না লাপথোরক্লে। রাম হিংনা ফাবা য়াগবরা অসুম অসুম ইল্লম্বদগী য়ানি হায়বা উরক্তবগা মশানগা লমশাং চেল্লকপগী ৱাশিল্লকপগা শিনা ফারগে হায়না নীংলক্নে। করিগুম্বা শজি অসীনা হিংচা-য়াইতম্বা অমগী মায়া ওইরম্বা থোক্লবদি তেঞ্জম্নদি কান্নরোই নীং ব্রহ্মাস্ত্র শৎলে; ব্রহ্মমন্ত্র সোল্লগা তেল থারক্নে; তেনসক-খঙবা মারীচ হিঙঙরোই হায়বা উরদুনা মহাক্না পুরুবা থবক্তুদি পাঙহৌনবা খল্লুবদগী তুনা তুনা 'হা, লক্ষ্মণ! হা সীতে' হায়না রামগী খোনফম সাদুনা লাউনা কৌরম্লগা মথ্বায় থারে। ব্রহ্মাস্ত্রনা পাল্লবদা মায়া কায়দুনা হিংচাবা শকফম হঞ্জিনবা উরকপা অমদি তুনা তুনা মহাক্কী খোনফম সাদুনা সীতা-লক্ষ্মণ কৌরকপা তাবদা রাম থোক্কদৌরবা অৱাবা অমগী মমি উরদুনা মতুং খ্যাউ চুংখি; খোঙফম য়াংনা আশ্রম তম্লকখি।

অসোমদা হিংচাবগী মখোল অদূ তাবদা হান্না খঙবা লক্ষ্মণ হিংচাবা তুরে হায়বা খঙ্খি। জানকীদি পাখৎলে। 'দেবর, দেবর! নত্তে, আর্য্যপুৎত্র তুরমাক্লে, চেল্লু, পল্লনু চেল্লু' পাখৎ-অনীক্লবা খোনফম্না লাউরক্লে। 'আর্য্যে! তপথবিগনি। মায়ানি, আর্য্যগী ঐ আশ্রম থাদোকপা য়াদে, ঐনা হেক থাদোকপদা অৱাবা অমা নংঙোন্দা তারবা য়াই চিংনৈ; অদুগা আর্য্যগী য়াথংনা ঐ আশ্রম থাদোকপশু য়াদে। থুকপীগনু; মায়বী মারীচগী লীলানি হায়বা খঙবিয়ু। ঐবু পুথোক্লগা মাগা লৌতুনবা অমনা আশ্রমলোমদা থবক তৌবা য়াননবা মহাক্না আর্য্যগী খোন সাদুনা লাউবনি' অতপ্না পুকথেম্নবা ৱাহৈনা খুম্লকই! অদূ তাবদা জানকী পাখৎখিবদগী অশাউবা ৱাহৈনা 'খঙলে, দেবর! নহাক চীনবান খোহিনবা থম্মোইনা হূপুনবা মীনি। নঙনা আর্য্যপুৎত্রগী মঙ্গল নীংশীংনদুনা অমঙ্গল আকাঙক্ষা তৌরিবনি হায়বা ঐ তশেংনা

উরে! নঙ নবুক ঐঙোন্দা লৈদুনা বন্দ লাকপনি, নয়াম্বা শেনবা লাকপা নত্তে। কান্নরোই দেবর! ঐগী ইবুঙেঙা নঙ্গী রঘুনন্দন্না মম্বা নুমিত্তা সীতা মমগদবনি। নবুক কদৌঙৈদসু থুঙেঙাই।'

সীতাগী অয়াকপা ৱাফম অদু তাবদা 'আর্য্যে, খঙলে, ঐখোয়গী ৱাও হায়ব পূংফম অদু লাক্লবনি। অসীমদি নীংসংবিয়ু, নুপী-ওইবী নখোয় অসে ধর্ম্মগী পোক্লফমশুনি; মুৎনফমশুনি। জগৎকী পূন্নফমশুনি; কায়নফমশুনি। নুঙঙাইবা পূন্নমক্কী পোক্লফমশুনি; অৱাবা খিবিক্কীসু পোক্লফমনি। কাননীঙঙই লম্বীসুনি; মাঙননীঙঙাই লম্বীশুনি। ঐনা আশ্রমদা লৈথরবসু নঙ্গী মাংলবা পূকচেন্না অকায়বা অমাঙবা হুপতুনা লাক্লগনি; ঐনা চখোক্লবশু অৱাবা অনংবগী থিঙঙমদ্রবা ঈথৈ অমা ফুজিল্লক্লগনি। ইয়াম্বা কায়নগদৌবগী শরুকপুদি থোক্লবা অৱাবগা লাম্থেংনবনা ঐঙোন্দা ফৈ। চৎলে।' হায়রল্লগা আশ্রমদগী খোঙশাল্লগে নীং খোংফম থাংবা হৌরক্লে। নীংজিংনবা খোঙফম অমা অনী থাংলুরগা তহ্লন হল্লক্কুনা 'আর্য্যে। ঐদি চত্তবা য়াদ্রবনিনা মচৎলগে। ঐগী থম্মোই অসীদা নহাকপু তমথীরবা অৱাবা অমগী মখুত্তা শিন্নরম্লেদো হায়বগুম্বা অমা তত্তনা তাবগুম তৌরে। ঐনা চিংলল্লিবা লৈই অসে করিগুম্বা থবক অমগী মখা পোন্দুনা তঙাইফদ্রবনি হায়না নীংদূনশু লাম্থোক্কনু।' হায়দূনা লীরুং মতোন্দা মন্ত্র সোন্দূনা আশ্রমগী অকোয়বদা লৈই চিংলল্লগা খোঞ্জেন তাখিবা মায়কৈ তমদুনা খোঙশানখরে।

হৌজিক্তি আশ্রমদা সীতাদা মঙায়রে। রাবণগী নীংবা থুংলে। ফিঙাং শেৎ, জটা পু, রুদ্রাক্ষ-মালা শি 'ভিক্ষা হাপপূ ইমা, চরান্নরবা লম্বোইবদা, য়াইফবা পূন্নমক্কী চঙনফম ওইয়ু' আশ্রমগী মমাঙদা ফাওরক্লে। জানকী থোকখিবা মওংশিং অদূগী করি থোক্লগদগে ৱাখিবনা নুংবংনদুনা আশ্রমদা উখোঙ নমঙানা মখোঙ অনী তুথোক লৈতানরগা শম্লাং চোইনা অহাঙবা মিৎফম্নদুনা লৈরম্বদগী ভিক্ষাগী খোনফম তাবদা ফুক হৌগৎতুনা মহাত্মন্! য়াইফবা নুমিৎনি; কুইনা ফংদ্রবা অতিথি-সেবা ঙসি নঙনা পীনগদৌরে' হায়রম্লগা আশ্রম মনুং চঙখিদুনা অরৈবা পোৎলমদগী নীংথি-নীংথিবা খন্দুনা পুথোরক্লে; হায়রকই, 'ঐদি করিগুম্বা অমদগী থোঙ লানবা য়াদে; চংঙক্কুনা কৎলিবা ভিক্ষা অসী লৌবিদুনা ঐবু ধর্ম্ম-চৎপীশিংগী কাঙলূপ্তা থম্বিগনি।' রাবণ মবূক মাংবা মীনিনা লক্ষ্মণ্না চিংলম্বা লৈই লাম্গিনবা য়াদ্রবদা জানকীবু রক্ষামন্ত্রনা ঙাক্লম্মে হায়বা উরদুনা মন্ত্র-ক্ষেত্রগী ৱাংমদা পুথোক্লবা লৌশিং তৌরক্লে। 'ইমা! নঙ্গী নশক-নতৌ, ৱাঙাং-শঙাংনচিংবা তাবদা নহাক অসে নীংথিজবা শাগৈদা পোকপীনি হায়বা উই; নারায়ণগী মশক ওইবা অতিথিগী সেবা করিগী লৎনবগে?

ঐদি গৃহস্থগী থোঙ্গাল লাক্লিন্দে; নঙনা সেবা তৌগে হায়রগা থোরকউ; থোরক্লোই হায়রগা ঐ অতোপ্পা গৃহ অমা অদুম ময়েঙঙুনি।' হায়দুনা রাবণ লেপতুনা অদুম লৈরে।

সীতা অৱাবদা তারে। থোক্নি কদায়, থোক্কনুসি কদায়। থোক্নি মবুক্তা থুকই; থোক্কনুসি মথোঙ্গান্দা লাক্লবা অতিথিগী সেবা তৌদদুনা গার্হস্থ্য-ধর্ম্মগী অচৌবা অঙ্গ অমা কায়গদৌরি। 'গার্হস্থ্য আশ্রমদা লৈরিবী ঐহাক্না থোক্কনি থোক্লোই খঙদবা অকিবা-অখংবা অমগী মিপাইদুনা ধর্ম্ম ঙাক্তবদি চুমদে; ঐ ইশাগী তৌফম থোকপা ইথৌগী দমক অৱাবা তাফম থোক্লুনা তারবশু করিশু নুঙঙাইতফম থোক্তে। অৱাবনা শকপান্নবা সংসারদা অৱাবা কিরুরিবা থম্মোই অপঙবগা ঙাইওইনবননি। ৱাদনীঙঙাই লৈত্রবা সংসারদা অখঙবা কনানা অৱাবা ৱাখলগী পোৎলুম পুই। ধর্ম্মনা শকপান্নবা ঈশ্বরনা ঐগী লম্বী অদুম পীনগনি।' অসুম মবুক্তা নৈনমখৈ নৈনরগা ধর্ম্মগীদমক মখোঙ থাংদোরক্লে ধর্ম্ম-কিবী জানকী।

জানকীনা মন্ত্রক্ষেত্রদগী মখোঙ নামতা থাংদোরকপদা রাবণ মখুৎ খুবাক অনী প্রোপ খুদুনা মহাক্কী কালগী মশক ওইরবা শকফম লৌখরে। শানা শজি অমোম শরাক লাইনা তম্বগুম মহাক্কী তমথীরবা খুবাংনা সীতাগী খুজেং পায়খরে; হায়রকই, 'নীংথিবি, নঙ্গী মায়থোং-থম্বান মনম ফংবদা চৈত্ররথ বন্দা লৈখনশুনা শাৎপগুম লৈশক-লৈচু-লৈনম খিবিক্কী নুজা-লৈরাং চাম-চামনা থল্লবা স্বর্ণলঙ্কাগী অন্তঃপুর য়াহীপ্পা রাবণগী থম্মোইনা খোইমু শাহুন্নদুনা য়ুথক চামা পাকপা সমুদ্র লান পাইরক্লিবসীনি। ৱাগনু, হকচাংগী-তাংথক লাম্বা-লৈতনা নীংথিরবী, তাংথক খুদিংনা রাবণ ঐগী থম্মোই তুজুংনরি। নঙনা মতম পুন্নমক্তা রাবণ ঐগী নীংথিবা পামজরবা থম্মোইগী সেবা ফঙ্গনি। চৎসি কাখৎলু ঐগী দোলাইদা। নঙ্গী মথোক-কাবা শকফম্না চরাম-চতৎনবা রামগী মিৎয়েং ওইনফম থোক্তে। ঐগুম্বা পৃথ্বীগী মপুদগী ফৈবাক মরুপ্নগদবনি।' কোন্দুনা থাংলক্লে সীতাবু রাবণ।

জানকী নোংশাগী খায়াৎ-চল্লবী শজি অমোমগুম, কৈগী য়াথোঙ-লোল্লবী খার্সা অমোমগুম করি গতিদি লৈজদা মিপাই-মতৎনবা, পিরাং-পিরোয়নবা, সোর-পাবোৎ-থেলোংনবা খোনফম্না 'আর্য্যপুৎত্র। দেবর। অর্য্যপুৎত্র দেবর।' কৌদুনা ফ্রং-ফ্রং চোংলক্লে। চোংজৈ-কদৌনি! ঈহাউ-খঙলবা কৈগী খুবাংদগী শদুংনা নাম্ভোক নীঙঙাই করি লৈ! রাবণ মহাকপু দোলাই মথক্তা থাঙ্গৎতুনা নুংশিৎকী তাংথক নেৎনা থৌবা হৌরক্লে।

মৈথিলীগী অৱাবা তেংথাখোন্না লৈচিল-নোংখাইনরক্লবদা অহল-মতম ওইবনা চোকথরবা মশাবু মিৎউই-নোংলেন্নরবা জাটায়ু মমিৎ খংপাঙ পাঙলক্লে। বনগী উজাউ উকা য়াইীপ্পরম্বদগী নুংশিৎ তাংথক নেৎ লৈচিন লৈরোন ফাও লৈন য়েংঙঙপদা রাবণগী তমথীরবা শেগানা জানকীবু চপতুনা দোলাইদা পুরিবদূ উরে। ফৎ হাইথরক্তুনা দোলাইগী লম্বী তনথৎ থৎ ঙংলদুনা হায়রকই, 'ধৰ্ম্ম লৈতবা, মপুরোইবা-লৈবী-নুপী-মিতাবা, নাপন-লূথোংনদুনা লম্ফে খোঙফম্নরবা, হূরান শাজৎনরবা রাবণ! জানকী থাদোকউ, থনম্মু। জটায়ু ঐনা শেল্লিবী জানকীবু করি নতীক লৈদুনা পুগনি?'

জটায়ুগী মগুণ খঙবা রাবন্নি। লম্বী খংলান লানবা য়ারোই হায়বা খঙই। মহাক্কা মুক্লদুনা লৈরিঙেদা রাম-লক্ষ্মণ য়ৌরকপা থোক্লবদি অৱাবা তাগনি কিবনা মঙোন্দা নীংথিবা ৱাহৈনা হান্নজবা হৌরক্লে। ৱাশক্কী মখা পোন্না চৎপা জটায়ুনি। শিখাম্ভাম্ভরে। সীতা থনমদনা লম্বী থারোইদৌরে হায়বা উরবদা রাবণ মহাক্কা লান তৌরে।

অহল ওইদুনা মপাঙ্গল হল্লবশু ধৰ্ম্ম কিনা চৎপা থম্মোইনা ধৰ্ম্মগী লানফমদা শোল্লবা হৌনবরা। ধৰ্ম্ম-ফম্বৈনদুনা অহল ওইরবা জটায়ু রাবণগা লানবারক্লে। য়েক্লবগী তেন্না তেঞ্জিনতেন্না লোন্না পাইশিল্লকপা নমশিন্দুনা পাইশিনখি কল্লবা মশা অনীনা ফুথদুনা নোংলক-পাইবা দোলাই লৈমায়থক্তা থাধরে। রাবণ, দোলাই তেক্লে; লৈমায় থক্তা লেপতুনা লান তৌরক্লে। জটায়ুনা লীরুং ফূদৎলে, তেন্দোং চাইখাইরে। রাবণ কান্নররোই চেনখ্রগে নীংদুনা জানকীবু শেগাদা চন খরংনা খুনু চপতুনা পাইবগুম নোংথক্তা পাইখৎলক্লে, জটায়ুশু নাম্থোকখিদৌরে হায়দুনা শাগল তুফাং কুপখপ্পনা তান্নরক লম্বী অমুক থিংলরে। রাবণ য়ারোইদৌরে হায়বা উ লৈমায়দা শর হাইথ জানকী তম্থম থম মহাক্কা লান তৌরক্লে। শামু অনীনা য়াথিন্নবগুম অনী ইন্নরক্লে। অহল ওইরবা জটায়ু অসুম অসুম কুইশিল্লক্লগা মপাঙ্গল হল্লক্লে। রাবণ মহাক্কী থাঙদোল নমশীল্লক মশা শারুং অনী ককথৎলে। জটায়ু ঈঙাং য়াইীপ্পা ঈমু পাক্কৈনা লৈমায় থক্তা ওনবা হৌরক্লে।

জটায়ু তুরবদা রাবণ উমাইবীনা ঙারাক তম্বগুম জানকীরোমদা হাইজিল্লক সুপকোন কোন লৈচিন তাংথক নেৎ মখা পাংনা লঙ্কা তম্না পাইথরক্লে। জানকীগী অৱা-তেংথাখোন্না নোংথক নোংখা-তাবা থৱায় পূম্নমক নুংবংনখি। নোংথক্তা পাইবা উচেক মশা খপ্পা কাউরে; উকা-তোংবা চেক্লো উরোং নপ্পা কাউরে; উশা - নেৎপা পোম্বী খোঙফম কোনবা কাউরে; লৈমায়দা ওম্থ-ওম্থ তানরে। মচা মচীঞ্জাক ইল্লম্বা

উচেক মচিন কাঙ্গে তৌরম্বা কাউরে; মচীঞ্জাক ফংলগনি ময়া কারম্বা মচা ময়া উমশীনবা কাউদুনা কনা অদুম লৈরে! শজি-শঙাই শজিক চীক্লম্বনা চীক্লা অদুম মরৈরে; শায়রম্বনা শায়নি হায়বা অদুম মকাউরে। অসীদি লায়বু লায়রি। শানা য়াথোং লোল্লনি কিবনা মথৰায় খুবাক্তা হাপতুনা চেল্লম্বা শজি অরাম্বা খুমাঙনা লাম্না অথুপ্পা খূদুংনা থুপ্না নুংগী মিতমগুম চপ লেপতুনা অদুম লৈরে; অদুগা মহাক্কী ঈ ঈখৌলাংলবা চরান্নরবা তমথীরবা শাদুশু মমিৎ অনী শুক্লা শজি য়েং হুন্নগে শাথুপ্নরম্বা কাউদুনা মফিভমশু হঞ্জিন্দা চোঙ্গনি হায়বশু কাউথোকখি নুংনা মিতম্নবগুম অদুম মরৈরে। উপান ৱাপান ফাওবা অদুমঙায়খ্রে। মালং ইপোম লাং মকা-য়ানবী উরীগা হাইনা হুম্না শান্নমিন্নরম্বা উজাউ হাইরুবদগী হঞ্জিনবা কাউ থেলোংননা লেপতুনা লৈখি। মকা লাম্না শাৎলম্বা লৈগী কাঙলুপ লৈচু তল্লাং লাংখরে; হৈমি-চাউনা পাল্লবা হৈরাং ঙহাক্কী মনুংদা শীগংনবগুম উখরে। থৰায় পুম্নমক্লা নুংবংনরবা জানকীগী ফিভম্না রাবণগী মফমদদি পাঙমদবা নুঙাইবা পীখি। শারাক চল্লবা শানা খোংনা-লাউনা মখোঙ ফ্রং-ফ্রং কাউদুনা চোংলগা শাহিং-চরান্নরবা শানা মখোঙ মখূৎ নমদুনা ঙাইঙমদবা ময়ানা য়াথোঙ লোনগদৌবগী ঙংনা মথা অঙৌবা থিরকপগুম মখূৎ-চল্লবী, কপ্পা-লাউনা মখোঙ কাও মখূৎ হাইরবী অকনবা শেগা তরুরকপদা মথোক কারবী জানকীগী চরৈ ফিগোম্নরক্লবী তাংথক্লবী হকচাংগী নীংথিবা উবদা তালোয়ননীংশিল্লকপা মথানা হেন্ন-হেন্নদুম চেৎনা ফাজিল্লক্লে।

সীতা মশাগী অৱাবা মথক্তা মহাকথংদগী জটায়ুনা শাগল তূফাং তৎতুনা তা ঈঙাং ঈওন্না ঈমূ পাক্কেনা ফরৎ-ফরৎ ওন্দুনা পুঙমদবা চৈনাখোল মথম্মোইদা পানখি। অদূদনশু লোইদ্রে। মহাক্কী ওইরিবা ফিভম্না মপুরোইবগা মনাওগনা জটায়ুবু হিংনা ফংনরগনি হায়বা পঙনীং নীঙঙুনীঙঙাই লৈখিদবদগী মহাক মশাগী খোঙ্গুল পূম্মুৎ-মূৎখিবা তারে খল্লুবদা নুংশাথীরবী মহাক্কী থম্মোই শ্বাই-শ্বাই লাউরক্লে। মীৎলু পিরাং চেল খূদাং পিফম নাই অহিক-খোনফম খূদিংনা অৱাবা থম্মোইগী মরেপ তম মশাগী খোঙ্গুন্দদি পূম্মৎ মূৎহৌদনবা ৱাখল তৌরক্লে গতি-লৈত্রবী রামদা -লূপ্নবী জানকী মশাদা পকপা লীক-কোল, খূজি নাইন মথং মথং থাধরমগে নীংলে; পিরোয়-অহীক্লনা ৱারবী থম্মোইগী মপাউ শিন্নরক্লে, 'লীক্লাং ঐগী চান্নবি, খূজি ঐগী নুংশিবি, নাইন ঐগী খোয়দাবি! ৱারবা বনগী খোঙফমদা জানকী ঐগা খোঙলোয়নরক্লবি! নখোয়গা ঙসি লম্মখাঙদা ছেৎনবা সীতা কৌবী ঐহাক্কী থম্মোই ময়ি লাংদবোই নীংবরা? লাংবদা নত্তে নখোয় অমমম কায়নরম্বসিদা থম্মোই ছেৎ ছেৎ কায় মচেৎ-মচেৎ তারিবনি। অদূবু নোংদম-থীবী জনকীগী খোংফম লোইবা

ফাও চান্নবী নখোয়গা মরুপ্নৌ বিধাতানা তম্লমদ্রমাক্লে ! লৈহৌরো নখোয় ! চান্নথোইবা ঐহাক্কী মিৎস্না-থম্বান-মানবদো য়েঙঙক্কনি শোয়দনা মাবুদা নীংজবী লাইবক-থীরবী ঐহাক্কী লম্বী। তম্মুকো ইতা নখোয়না— সীতা নহাক্কী ফাখরে তমথীরবা রাবণ্না। নতা ঐগী ইথৱায় রঘুনন্দনবু খূজেং পালোয়নদুনা নখোয় পূন্নমক ঐগী খোঙ্গুল লীরকউ।' থাধরক্লে মথং মথং নাদগী নাইন, খুত্তগী খুজি, পাম্বোমদগী তাল ............. অমমম ওইনা। নোংদোন-য়াহীপ্লা থৱানমিচাক্কী শাগৈনা খুভম নাম্বুরকপগুম ইরং-ইরং মথং মথং হাইথরক্লে; চান্নথোইবী সীতাগী খোঙ্গুল লীরুসি হৌনঙাই রামগী খোঙফম ঙাইবা নাতাগুম উনা অকংবা মোনখাং-মোনখাংনদুনা বনগী লমতূপ-লমতূপ খূদিংদা তাদুনা লৈহৌরে। তাহৌরিবা পোৎলমশিংনা মহাক মশাগী মতমগুম গতি-লৈতবী ঙাক ওইবনা মবুঙেঙা লাকপা ফাওবা ঙাইঙমগনি হায়বা থাজবা ৱাৎপদগী ৱাবনা মিপাইরবী সীতা মশাগী খোঙফম মমূৎত্রেদনা হায়বা অমত্তং খঙনীংবনা মায়গৈ তরা মিৎফম্নজরকপদা লীক্লাই-মহী ঈচেন্নরবী পম্পাগী খোঙবান-তাবা লৈচিন-নোংখেৎনবা ঋষ্যমুক চীংজাউগী নাপোম-য়াহীপ্লা য়োং মঙা উরে। মগুণ-লৈরবা য়োং মঙাদূ উবদা ঈৱাক্লরবা থৱায়না ঈচেন-ঈরোয়নরবা উক্রোং ফংবদা হিংলেদনা নীংজবগুম ৱারবী জানকী সোর হোন্দোক্লীঙঙাই ফংজরে। মশাগী নমখাং হুক্তোক্লে; চরৈ ফীবুল তাশিল্লে; লংথ লংথনা হায়রকই, 'নাপোম-য়াহীপ্লরিবা অথৌবা মঙামক ! লাইবক থীবী জানকীনা নখোয়দা চঙজরি। ঐনা ঙসি নখোয়দা শিন্নজরল্লিবা পোৎলম অসে ঐগী ইবুঙেঙা রাম লাকপা মতমদা পীবিয়ু।' রাবণ লিল অমোম লাক্লবা মীনা মীৎফম চোইবা য়াদবগুম চোইখিদবনা করি থোইনা তৌরিবা হায়বা পূন্নমক ইয়েং-য়েংঙুদনা ফ্রং-ফ্রং চোংলবী সীতাদবু কোন্সিন্নবা লাক্লদুনা পাইখরে।

লঙ্কা য়ৌরে। রাবণ সীতাবু লৈমকোনগী নীংথিজবা কা অমদা থারম্লগা মপান তম্থোক থোকখরে। কল্লবা হৈরবা হিংচাবা নীপাল কৌশিন্দূনা জনস্থান্দা থুপ্না নীংথিনা লৈদুনা রাম লক্ষ্মণগী ঈ-পাউ তত্তনা পীনবা শীল্লে। মখোয়বু খূদক অদুমক্তদা তম্থা থাদোক্লম্লগা তহ্নল হঞ্জিল্লক্লে। শঙ্গুদগী কায়নরক শাহুই ময়াম্না ওমদুনা খোংজিনবি মিহুন চেনগুম চেনগাননা অরোইবা পূংফম ঙাইরবী শজি-অমোম-পাংখক্লরবী, সমুদ্রনা য়ূথক ঈওল্লকপদা ঈয়ায়-থেংনরবী মশা-য়াওদ্রবী, লাকপদা ঙাইদুনা লৈরবী ৱাকয়ৈ মতম্নরবী জানকীগী খূজেং তাপ লাক চিংলক্লে চামরক ফুদোংলবা সনাদনা ফিভম্নরবা সনা-না লুপানা লীক্লাইনা মণিনা মখোঙনরবা থাক্রোল মথং মথং কিৎ-কিৎ নেৎনা কা শামু-ময়ানা লীক্লাইনা থোংফম-থোংনা অনীমক ওইনরবা মিহুৎ

কয়ানা লৈতেংলবা লৈমকোন পুন্নমক অমদি লৈমকোনগী অকোয়বদা লৈরিবা ঈশিংনা চাংজৌ নীক-নীক লাউরবা পুখ্রীগা কোন্নরবা মীনা ফংঙমদ্রবা হৈনা লৈনা থল্লবা হৈকোল লৈকোল পুন্নমক উৎল-উৎলদুনা নুংশি-নুঙোনবা ৱাহৈনা 'তাংথক্লবা হকচাংগী শাহুল খুদিংনা রাবণগী থম্মোই মিহৌ-মীকা-হল্লবী মীৎস্না থম্বাল-মাল্লবি! ঈপোম করিগী পিরাং মরুপ্পরিবা? য়েঙঙু, সমুদ্রনা থাঙ্গপাৎ কোটি কুম্থা-নীথোইনা শেল্লবী সনা লঙ্কাগী মবুঙেঙা রাবণ ঙসি নঙ্গী ওইরবী রাক্ষস ফজবগী ভক্তনি। নঙ্গী মথোক-তাংথক্লরিবা হকচাংনা পুন্সি-চতৎ-খোঙফম্নরবা রামগা মরুপ্পবদা করি পেঞ্জরুনীঙঙাই ওই? দেব-দানব-নচিংবনা হায়রকপা লোইপোত্তগী অহাউবদা খন্দুনা চা অফবদা য়েংদুনা শেৎ তরানীদগী মথোক্লবা হকচাং পেন্না নুঙঙাইহৌ।' পুক-থেম্নক্লে জানকীবু রাবণ।

রাবণগী মৱা তারকপদা লিনবুবগী হৈরেবা খুৎফম্না মকোক ফুদুনা লক্লরকপদা শাউবনা ফি-ফি কাম্লবী লিম অমোম্না মতোক ফ্রং কাপতুনা মরৈ তমদুনা খুৎ তান্নরকপগুম অৱাবনা তুকথরম্বী সীতা শাউবনা মৈ থোক মিৎলু ঈকাননা খানা চাগদৌমখৈ য়েং খুম্লকই, 'করি নাপন-মিত্তাংনরবা, লম্ফৈ-খোঙফম্নরবা রাবণ! লম্ফেনবনা অশেং-শাবী, মশাবু-সনানা-মমন-য়াম্ন-থাংবী, ৱাথাং-লঙবনা-য়াইফ-শাবী হিংচাবী চনু মানবরা? অঞ্জাংনা মৈরি কিদবগুম নখুৎ লাম্মকপগী মহৈ চাগদবা হয়েংদা মঙাইরে। নতীক লৈদুনা নবুঙো রামগী মাঙদা চোংথোক্লম্লবদি খঙ্গদবনিদো। নঙনশু নুঙঙাইবগী আশা তৌরি? নবুঙো লাক্কদৌবা চৈ থারগদবা হয়েংদা ঙাইরবসীদা!"

জানকীগী অয়াকপা ৱাহৈ রাবণগুম্বা নাপম্নরবা থম্মোইনা করম পুবা ঙমফম থোকই! অদুবু রম্ভাগী শাপনা মশাগী পোইরৈ লৈতবী নুপী-ওইবীগী মকাদা হৈরাং নমজানবা, লৈরাং নমজিন্নবা শাজৎ চৎপা য়াখিদবনা মখদাং ক্রক চীক্কুনা মিৎফম-সুক্তোক্লবা ৱাহৈনা হায়রকই, 'জানকি খঙজৌ, ঙসিদগী চহী অমা মতম পীবিরিবসীনি। চহী অসীগী মনুংদা নঙ ঐগী তালোয়শীংদা চঞ্জৌ। নৎত্রবদি নশা অদূ মতুপ মতুপ কক্কুনা থোংহল্লগা অয়ুক চারা ৱান্নগনি।'

অসী হায়রম্লগা হিংচাবীশিংদনা সীতাবু অশোক-বন-দা পুদুনা য়াননবা থেমলুনীঙঙাই য়াথংনরম্লগা শাউনা থোকখ্রে। হিংচাবীশিংশু মনিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না অশোক বন-দা সীতাবু পুদুনা থম্লে। অমুক থেম অমুক কিহন মহাক্কী মবুক ওন্নবা অহিং-নুংথিল অনীদা হোৎনখি।

অসোমদনা, রাম মারীচগী মায়া উবদা আশ্রমদা করি থোক্লমগদগে কিবনা খোঙফম য়াংনা প্রপ প্রপ ফুগৎলকপদা লম্বীদা লক্ষ্মণগা থেংনরে। মহাক উবদা পাখৎখিবদগী 'ভ্রাতঃ! করি মতৌনো? অসুক শাথীখরবা বন-দা নতৈমা মথন্দা থাদোকলম্মিববু করম্বা ৱাখল-থৌরমগী মখা পোন্দুনা তৌরিবনো? অফবা পোলোইনগনি হায়বা উদরে। মিৎ ওঈনা চোংলিবা, পাম্বোম ওঈনা হুল্লিবা! শোয়দে ঙসি অৱাবা অমা খোঙথেংনগদৌরি।' পূক্লীং নুংশিরপ তৌবা ৱাহৈনা ৱাহৈনরকই। লক্ষ্মন মরু লুকলপ্পবা, পিরাং-পিরোয়নবা, অহীক-মতৎনবা ৱাহৈনা পাওখুম্লকই, 'আর্য্য। ৱারবা বনগী খোঙফমসীদা করি-করম্বা অমা অমূক ৱাৎলিবনো খঙদ্রে। করিগুম্বা খোঙফমদা ঐগী মরমদা অমাংবা ৱাখন্নদ্রবী আর্য্যা জানকীনা আর্য্যগী খোনফম সাজিন্নবা মায়াগী খোঞ্জেল তাবদা ঐনা আর্য্যাবু শেন্দুনা লৈজবা য়াননবা হায়জবা পূম্নমক করিমতা তাবিদনা ঐনা ইঞ্জরক্লিবসী আর্য্য শোয়বা ঙাইবনি, আর্য্যা মশাগীদমক্কি তাকপীবনা গতি লৈখিদবদগী রক্ষামন্ত্রনা ঙাক্লেম্লগা লাকচবনি। শোয়দনা লাকপীরিবসীনা মফরে। চৎপীসি আশ্রমদা। থোক্লবা পূম্নমক ইয়াম্বদা কখোক্লবা লক্ষ্মণগী পাম্বোম্না থেংনগনি।' অসুম ঙাঙন-ঙাঙননা মচীন মনাও আশ্রম য়ৌশিল্লক্লে। লৈঙোই-তরং-ঈহৌনবা মৈ-তরংনা ঈৱায়খিবা নাতাগুম ঙহাক্তংদগী মনুংদা আশ্রমগী হৈ-লৈ পূম্নমক্কা শীগংনবগুম, খুইরুম-লৈমন চনবগুম তৌরম্লিবা অমদি আশ্রম-তাবা শজি-শঙাই, উচেক-ৱায়া পূম্নমক্কা তুফক-তুফাই চন নুংবংনবা নাতাগুম তুমিন তুমিন উয়ুংবগুম লৈরম্লিবা উবদা অহোই-অৱানরবা থম্মোই প্রপ-প্রপ খোঙফম্নশিল্লক 'প্রিয়ে, জানকি!' নমগৌ নমগৌনরক্লে। কনানা খুমগনি! অথুকপা থম্মোইগী নমগৌনরকপা মিঙ্গৌগী পাউখুম পীবিনীঙঙাই লৈত্রে খঙলসনু নাতাগুম লোন্নাইদবা বন্না খোহল্লক্লে 'প্রিয়ে, জানকি!'; চীন্নাইদবা নোংদোনশু খোনবাংলক্লে 'প্রিয়ে, জনকি!'

রাম-লক্ষ্মণ আশ্রম মনুং চঙ্খরে। থৱায় খাইনরবা হকচাংগুম তাদুনা লৈরম্লে। নুংশা-থীরবা খোঙফম্না জানকীনা লৈথিবা লৈফম, হৈথিবা হৈফম, কোয়গনবা কোয়ফম, ফমগনবা ফমফম, পূম্নমক কোয়জেন চেন্দুনা কৌনা কৌনা য়েংলক্লে। থেংনফম থোক্রবনা থেংনদ্রে। মওন-মওন খন্নরক্লে, 'হিংচা-য়াইতম্বনা ফাখ্রবরা! সূর্পনখানা য়োৎখ্রবরা!' আকাশ কীষ্টুদুনা ননবগুম অৱাবা কোকথোং নম্বোননা মচীন-মনাও অনীনা বনগী মফম খুদিং মায়গৈ খুদিং হাইদোক্নুনা থিরকপদা শাগন-তূফাং তৎ ঈঙাং পাক্তক ঈমু পাম্ফেন্ননা তা সোর তৎকদৌরবা জটায়ু থেংনরুরে। রাম মা উবদা চেন্সিন্দুনা 'তাত! করি মতৌনো?' মকোক পমখৎলক্লে। 'নুঙাইরে রাম, নঙ

উন্নবা। অহল-ওইরবা পাঙ্গন্নিনা রাবণনা ঐবু ঙমখরে; সীতা পুখরে। লঙ্কাদা, খা সমুদ্র ৱাংমদা — তাত! ইপা চৎলে।' হায়না হায়না জটায়ু মমিৎ উইশিনখরে।

রাম মহাক্কী মহাকথং মপাগী অহল-ওইরবা মরুপ জটায়ুনা মথৱায় থাখিবা উবদা শোক্লা নুংশিখিবগা, সত্যগী মখাপোন্দূনা মহাকপু বন্দা থারক্লীঙঙাই ৱানা নোঙ্গাখ্রবা মপানিংথৌ নীংসঙঙকপগা নীপাথোক্লবা থম্মোই ফাঙমদনা 'তাত! ইহাকথংদগী নহাকসু ৱানা নোঙ্গাখরে তোল্লবা ঐগী ইহাকথংদগী তাত জটায়ুশু নোঙ্গাখ্রবনি।' খোন থোক্লা কপ্লক্লে। অখঙবা থম্মোই ঙহাক ৱানীঙঙাই ৱারবশু চাংজৌ-মরিনবা ঈফম্না ঙহাক থক্লীঙঙাই থকউরবশু তন্না ঈচীক্লবগুম থম্মোই ফাখরে। ফংহৌদ্রবা মপাগী অরোইবা সেবা শক্লগে মতাগুম মপাগী মরূপ জটায়ুগী মুখাগ্নি হৌনবী মতুং ইন্না তৌদুনা পুত্রধর্ম্ম ঙাক পিতৃঋণ, বন্ধুঋণ পূন্নমক কোকখি।

জটায়ুগী দাহক্রিয়া লোইরবদা গোদাবরীস্নান তৌদুনা শেংদোক্লগা অহিং-নুংথিল হায়বা নাইদনা মখা পাংনা তকথরক্লে। লমখাঙ লমখাঙ খুদিংদা জানকীনা থাধরম্বা খূজি-নাইন-নচিংবা পোৎলমশিংনা মরোন্দি থোক্তবনা নুংথিন্দা নুমিৎকী, অহিংদা থাগী থৱানমিচাক্কী মঙাল তাংদুনা রাম-লক্ষ্মণ উজবদা পাউদমজবা নাতাগুম উনা অকংবা মথক মথক ইরং-ইরং লংখৎনা তারম্বা মথং মথং থেংনরকপদা রামগী থম্মোই অৱা-নুঙঙাইবা অনীগা খাৱাং মরূপ্নখি। অসুম মখোয়না তাকপা লম্বী লম্বীনদুনা লাকপনা কবন্ধ রাক্ষস থেংনরে। শাপকী মখাপোন্দূনা হিংচাবা ওইনা লৈরম্লবা রাক্ষসনা রামগী মখুত্তা অৱাবা কোকচবগী লম্মন শিংজবা ওইনা ময়াম্বা বালী কিবনা ঋষ্যমুক চীংজাউগী নাপোম য়াহীপ্পনা লৈরিবা সুগ্রীবগা মরূপ্নদুনা জানকী উদ্ধারগী লম্বী তাকখি। মহাক্কী মৱা মতুং ইন্না চীংফম অদূ তান বনগী লম্বী খোঙফম্নখি।

পম্পা সরোবর য়ৌরে। রাম লক্ষ্মণনা লীক্লাই-মহীনরবী, অশংবা থম্বাল শাৎলবী, ঋষ্যমুক-চীঙ্খোঙ-য়াহীপ্নরবী পম্পাগী নীংথিজবা য়েং অৱাবা পোকথোক্লরিঙৈ শবরীনা থেংনররে। রামগী লম্বীদা য়েংদুনা লৈরিবী মহাক্কি মহাক্কী আশ্রমদা মচীন-ময়নাওবু পুশিন্দূনা মহাক্না মতম-কুইনা লাঙজরক্লবা পোৎলম্না সৎকার তৌজরবা তুং জগৎকী মিৎফম খূদিং হূরবা রামগী মায়থোং য়েংনা য়েংনা মৈনুংদা চঙদুনা মাঙনাইবা মহকচাং থাদোক্লম নুংঙাইবগী লেঙদবা য়াতা ওইরবা ব্রহ্মলোক-তা কাখরে। রাম মহাকপু নীংজরবী ভীল চনুগী হৌনবী ক্রিয়া পূন্নমক লোইরম্লগা পম্পা তুরেনগী তৌরৈ ইন ঋষ্যমুক-কী চীংয়া নপ্পা চৎ অসুম অসুম লাকপনা চীংজাউসীগী মলয় মিঙ্খেনরবা সুগ্রীবনা য়াতানরিবা নাপোম য়ৌরক্লে।

সুগ্রীব নুমিৎ-থানা লৈথক নেৎতুনা চৎপগুম মঙাল-ফরবা অশ্বিণীকুমার অনীনা হেনবগুম হেল্লবা রাম-লক্ষ্মন উবদা পরিচয় ঈখৌলাংবনা মহাক্কী মরোল-সুরবা, অৱাবা খোঙফম শীৎনা খোঙলোয়নরক্লবা মরূপ হনুমানবু থারক্লে। মহাক্না মচীন-মনাও অনীবু ওক্তুনা মনিংথৌগী মফমদা পুশল্লে। অনীগী পরিচয়- ফংলবা য়োঙ্গী মপু মখুৎমক্না চন্দন মশা অনী থেকলুদুনা মতমগী ওইবা আসন পীরগা হৈনা লৈনা সৎকার তৌরে। ৱারী-ৱাখোঙ পূন্নমক তৌনরবা অমদি জানকীনা থাধরম্বা পোৎলম পূন্নমক শিন্নরবা তুং রামনা সুগ্রীবগী লৈমা রুমাবু কিষ্কিন্ধাগী সিংহাসনগা লোয়ননা ময়াম্বা বালীগী মখূত্তগী পীগনি, অদূগা সুগ্রীবনা রামনা সীতা কনবা তেংবাংগনি হায়না য়ানদুনা মৈশেং সাক্ষী থম মরূপ শান্নরে; অৱাবা নুঙাইবা অনীমক শরুক য়ামিন্নগনি ৱাশক্লরে।

সুগ্রীবনা লাঙ্গীংলুদুনা বালীবু মপান্দা পুথোরক্লগা রামনা তেন কাপতুনা হাৎপা হায়না শীন্নদুনা মখোয় পূন্নমক কিষ্কিন্ধা কোনুং ময়াদা চৎলে। সুগ্রীব ময়াম্বগী সনথোংদা লানগী নোংখোংনবা লালাউ লাউ লাহৌরুরে। বালী শকপানবা কৃতান্তগুম অশাউবা-মৈরি খোঙনেৎননা ফূদোরক্লে। মচীন-নাও অনী অকিবা-ফংবা দ্বন্দ-যুদ্ধ তৌনরে। অনীনা শক্তা চুদা মরেপ্তা মঙান্দা মান্নমনখিবনা রাম তেন কাপ্পা ঙমদ্রে। সুগ্রীব ময়াম্বগী মখূত্তা চৈ চাগদবমখৈ চারগা মথৱায়দা পুদুনা চেল্লক্লে। বালী মতঙ্গ মুনিগী শাপনা ঋষ্যমুক চঙবা য়াদবনা হনখরে।

মথৱায় নুঙঙাইত্রবা সুগ্রীববু রামনা 'নচীন ননাও নশক মান্নমনখিবদগী নঙ শোয়খিগবরা কিবনা ঐ তেন থাবা ঙমদ্রবনি। নঙ্গী নশক খঙবা ঙম্নবা লৈপরেং অমত্তং শিরগা হন্দকমুক্তং চঞ্জো, ঐ শোয়দনা নয়াম্বা লোইগনি ৱারুনু', হায়দুনা লৈপরেং শিবিদুনা অমুক হন্না থাজীল্লক্লে।

সুগ্রীব মশাগী লৈজবা পাঙ্গল পূন্নমক তাখৎতুনা অমুক হন্না বালী লাঙ্গীংলুরে, মহাক্কী লালাউ তাবদা কিষ্কিন্ধাগী মবুঙেঙা 'অচ্চাচা! হৌজিক্তা মপুম থিৎতুনা মথৱায়দা পুদুনা চেনখিবনি। কয়াদা লম্নোনগ্রবা? মসী খরা শাথীনা ৱারক্তবা য়াদরে' হায়না হায়না সনথোং তম্না অন্তঃপুরদগী ফূদোরক্লে। লৈমা তারা মপুরোইবনা অশাউবনা মাঙওইনা নীং-মাঙ য়েংদনা ফূদোকখিবা উবদা তান্ন-তান্ননা লাউরকই, 'তপথবিয়ু থৱায়গী মবুঙো! লান থোক্ত্রিঙৈদা ঐগী ৱা অমত্তং তাবিখো।'

তারাগী মখোল তাবদা চীংমায় খোন্না চারুম্বা খাম্বী মৈজাউনা নোংদোনগী লীক্না তারকপদা মৈচিল তন্না থুপ মৈপাল হম্বগুম বালী মৈহৌনরম্বা থম্মোই

খংফানা হায়রকই, 'প্রিয়ে ! করম্বা ৱাখনগী মখা পোন নঙনা ঙসি লানগী খোঙফম খাল্লিবা ?'

তারা মিৎলু পিরাং মরূপপ্না অহীক-মতৎনবা ৱাহৈনা মবুঙো য়েংলদুনা ৱাহৈনরকই, 'থৱায়গী মবুঙো ! নঙনা খোঙফম অহানবা হেক থাংবদা ঐগী য়েৎকী মিৎ ফ্রং-ফ্রং চোংই; য়েৎকী পাম্বোম ফন-ফন হুল্লি। অদূগা অমনা ঙসি ইচানা লমগোইরূবদা অযোধ্যাগী মপু দশরথগী মচা রাম মনাও লক্ষ্মণগা বন কোইরকপদা সুগ্রীবগা মরূপ শান্নদুনা মহাক্কী তেংবাঙ্গনি ৱাশরুখ্রে তারকই তম্মী। হৌজিক্তা মপুম থিৎতুনা চৎখিবা দেবরগী মথৌনা উবদা ঐগী পূক্লিং অসি য়াম্না চিংনৈ। ঙসিগী লানফম অসী থোকপিগনু।'

তাঞ্জা অসিদা সুগ্রীবনা অমুক নোংখোংননা লালাউ লাউরক্লে। লীক্লা মরূপপ্না মৈচিল-থুপ্লল্লবা মৈজাওনা মালং হুমায় লাং মৈপাল ফ্রং ফুদোরকপগুম বালীগী অশাউবা ফ্রং হাইগৎলক্তুনা সনথোং তম্না চেন্না চেন্না তারাবু পুকথেল্লকই, 'প্রিয়ে ! ৱারুগনু। ধর্ম্ম-চৎপা রামনি; মহাক কদৌনুংদশু অকায়বা চৎলোই; ঐ ননাও লম্মোনবসে মথৱায়দা খাক্তুনা অমুক্তং ৱারক্তবা য়াদরে; লমদম্নগদৌরে; ফূদোকখরে।' তারা সতী মপুরোইবগী মিপাইখিবনা তেংবাংবিনবা মকু ইন্দ্রগী স্তুতি তৌবা হৌরক্লে।

বালী সুগ্রীব অকনবা দ্বন্দ-যুদ্ধ হৌরে। চাউর-চাউরবা তেরা মপাল ফূক-ফূক ফূক্তুনা ফূজিন্নৈ; প্রোক প্রোক তেক্নৈ। পাম্বোম পাম্বোম পায়নৈ; খোঙ্গা খোঙ্গা কাওনৈ। শামু য়াপনবা অনীনা য়াথিন্নবনি। অঙকপা অকিবা লানফম্নি। মিৎকুপ-পূংফম মথং মথং লাল্লক্লে। সুগ্রীবা বালীবু পূংফম নাইনা পাবদা ঙম্বনি; চোকথরক্লে — রামগী মায়গৈ তোঙ্গনা য়েংলক্লে। রাম মাগী মওং উরকপদা ব্রহ্মাস্ত্র শৎলগা ব্রহ্মামন্ত্র শোন্দুনা থারক্লে। বালী তুরে।

ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈরিনা প্রোক প্রোক চাক মপা ইন্দ্রনা পীনবা শিদয়াই মণি পরেংনদি মঙক্তা লৈবনা শিবদি শিঙমদা ময়াম্বনা লৈমায়থক্তা ঈঙাং পাক্তক্লা ঈমু পাম্ফেন্ননা ফর-ফর ওল্লকপা উবদা সুগ্রীবগী অশাউবা কল্লকপনা কুপ্লম্বা ঈগী তৎনবা য়াদ্রবা প্রেম লৈনুং চেনবী ফলগুনা ঈপান-থাদা মমান্নবা তুরেল অতৈগুম লৈপান লাংনা চেল্লকপগুম ঈহৌরক মিৎলু অনীদা পি তরংননা চেজ্জিল্লক বালীগী মখোঙ কোন্দুনা নোং খোংবগুম কপ্লদুনা হায়রকই, 'ভ্রাতঃ ! পঙলবা সুগ্রীবগী ঙসি মিৎ পাঙলে। কল্লকপা অশাওবনা মনাও-ওইবগী থম্মোইগী থম্মোই-য়াহীপ্নরবা ময়াম্বগী নুংশিবা মাঙবা য়াদে হায়বা খঙলে। জগৎ, ঐদৌনা অপঙবা অশাউবনা মাঙওইনদুনা ময়াম্বগী

ঈখেংনা লৈমায় ঈশংলু নীঙমদবা থম্মোই পুঙমদনা কপ্পদবা ওইসনু।' ঈরোংদা ঈখাইনখিবা তুরেল ঈশা অনীনা হঞ্জিন অমুক ঈতিন্দা ঈতিন্নরদুনা ঈফম অমতা ওইনা ঈপান চাউনা ঈচেন্নবগুম কায়ন নাইতোম্নরুরবা মচীন মনাও অনিগী মথম্মোইগী মথম্মোইনুংদা চেল্লম্বা নুংশিনবা ঈচেন অনী বালীগী অরোইবা পুংফমদা ঈতিন্নখরে। বালীগী অস্ত্রগী মৈচাক মনাওগী প্রেম্না নম পিরোয় মতংনবা ৱাহৈনা ৱাহৈনরক্লে, 'তাত! মম্নগনবা সংসারনি; নংশু ঐসু মম্নরুরে। ইয়াম্বনা নঙোন্দা লানখিবা পুন্নমক নঙনা ঙাকউ; নঙনা লঙখিবা পুম্বসু ইয়াম্বনা ঙাক্লেম্লবনি। লিংজেল-খাবা ইয়াম্বগী ইহাকথং ৱারুরবা ইনাওনি। ইয়াম্বগী অরোইবা খুবাংনা নাল্লম্লবসীনি, য়াইফবদা মরুপ্নৌ।' মপাগী মনাক্তা মপাগী পাউ ফংদুনা কপ্না চেল্লক্লবা মচা অঙ্গদগী খুজেং লাকতুনা চিংশিল্লগা মনাওগী মখুত্তা হাপতুনা অমুক মতোন তাথরকই 'তাত! ঙসি নচা অসে নঙোন্দা শিন্নরম্লবনি। মপা লৈতবা খঙহনগনু।' অঙ্গদদা চিংনা য়েং ইপাগী ইবুঙেঙা! নতোন অসে ইপাগী অরেম্বা ঈনা পোকপনি। 'ইপা লৈতে ৱাগনু। নতোন্না নপা কদৌনুংদশু নংহল্লোই।' বালী রামদা য়েংলক্লগা অৱাবা ৱাহৈনা ৱাহৈনরকই।

বালী - রাম! মীপূম খুদিং শিননবা পোকপনি। উদয়গিরিদগী অস্তগিরি, সুমেরুদগী কুমেরু মাঙজোংনগে মাঙজোংনা, খোংয়াইনগে খোংয়াইননা শান্নবা ঙম্মি হায়দুনা বালী কৌবা ঐ জগৎকী মশক কাউনা চৎপা নত্তে। সমুদ্রনা ফাঙমদ্রবা, সনজীংনা থিংঙমদ্রবা বালীগী পুন্সি খোঙফম নোংমা লোইগনি কাউদনা চৎপনা ঙসি নঙ্গী ব্রহ্মাস্ত্রনা ঐগী থৱায় লৌবদা ঐ করিমতা নুঙঙাইতবা পোক্তে। অদূদা অমতংদদি ৱাদবা ঙম্মমদ্রে। লম্ফেনবদনা মশিঞ্জাং ওইরবা জগত্তা ধর্ম্মদনা লম্বীনগে লেপ মীনা তৌঙমদ্রবা লম্বী লম্বীনদুনা পুন্সি-খোঙফম্নরক্লবা নহাক্না জানকীগী মৈচাক্না নমিৎ মমখিদুনা ঙসি খোঙফম শোয়বসি উবদা ঐ ৱাদবা ঙমদে। বালী ঐহাক নঙ্গী অততায় নত্তে। নয়ুম মৈচুবশু তৌরদবা, নথৱায় লোংউপ তাল্লবশু লৈতবা, লালাউ লাঙ্গীংলবশু নত্তবা, নচাক-নরল খূৎমারবশু লৈতবা, নরম উরোং খিল্লবশু তৌদবা, নতালোয় মিত্তা খোঙদারবশু নত্তবা, করি অততায় ওইনীঙঙাই লৈতবা বালী ঐবু খূৎলাই থাদুনা খূৎলাইগী অচুম্বা ধর্ম্ম ঙাক্তবা উবদা ঐগী থম্মোইনা নঙ্গীদমক ৱাদবা ঙম্মমদরে রাম! অথৌরম চৎফম-থোকপা রঘুনন্দন্না অরোনবা খূৎলাইনা বালী ঐগী থৱায় লৌদুনা পাপ লঙবা উবদা ঐনা নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙম্লমদরে রাঘব! লাম্বা লাম্বানরিবা বালী ঐঙোন্দা নহাক্না খূৎলাই থাদুনা ধর্ম্মগী খোঙফম শোয়বা উবদা ঐগী থম্মোইনা ৱাদবা ঙম্লমদরে দাশরথে! ঐদি চানবা শা

নত্তে; ঐগী ইশা নঙনা চাবা য়াবা নত্তে; ঐগী ইউল নঙনা ফন্নবা য়াবা থোক্তে; অরেম্বদা খূৎলাই শীজিন্নবা উবদা বালীগী থম্মোইনা নহাক্কী দমক ৱাদবা ঙম্লমদরে কৌশল্যানন্দন! ঐ পঙনা পানবা বালী নত্তে; নঙ লৈ হায়বা খঙই। নঙগুম্বা রঘুনন্দন্না অকায়বা খোঙফম্নগনি খল্লুদবনা ঐগী তারামক্না খাম্বদা ধর্ম্ম-চৎপা রামনি, কায়রোই হায়দুনা লাকপনি। ফিদম্নফম ওইবা নহাক্কি; নঙদি জগৎ-কল্যাণগীদমক খোঙফম শোয়বা য়াদ্রবনি। হন্দক নঙ্গী মশোয় অসী অমুক হন্না থোক্তনবা হোৎনৌ। ঐনা ঙসি নঙ্গীদমক ৱারিবসী অফবা মীবু অফবা লম্বীনবনশু, ফত্তরম খোঙফম্নবনশু মহাক্কী খোঙফম খঙলে খঙনা, খঙদ্রে খঙদনা কায়হন্নিংদে খঙউ, অদূননি। ঐ নঙ্গী ধর্ম্মগীদমক নঙবু নুংশি। য়াইফৌ। অদুগা অমনা নহাক্না মিৎয়েং অমা শোয়খিবদগী সীতাগীদমক ৱাহৌগদৌরিবা খল্লুবদা ৱাদবা ঙম্লমদরে সীতাপতে। ঐগী থরায় লৌবগী মশক ওইরবা অথীবা মীংচৎ লঙলমদনা ঐগা মরুপ ওইরম্বা থোক্লবদি ঙসি সীতা ফংলগদবনি। পৃথিবীদা ঙসি ফাওবদা রাবণ শীজিন্নবা বালী ঐদনি। ঐনা থৌরী থাংদুনা চিংলক্লগা নখোঙ পায়দুনা সীতা কৎহল্লগদবনি। দেব-দানব-গন্ধর্ববনচিংবা পূম্নমক্না পাঙমদ্রবা, হর-পার্ব্বতীনা শেল্লবা রাবন্নি; মাগী মখূত্তগী সীতা কনবা ৱাহৌগদৌরেদা রাম! অদুবু ধর্ম্মগী লানফম্নি নঙনা জয় ওইগনি; ধর্ম্ম কায়গনু, য়াইফৌ য়াইফবদা শরুক্লৌ, জগৎকী য়াইফনীঙঙাই ওইনৌ নহাক্কী পুন্সি খোঙফম্না রাম!

পুকচেল-চাউরবা বালীগী মৱা তাবদা রাম নুংশি-মেঙলবা ৱাহৈনা পাউখুম্নকই।

রাম— রাজন্! নিংথৌ ওইনা, অথৌবা ওইনা নঙ্গী নপা লৈতনা ফজরবা শাজৎ মী ওইনা চৎলম্বা শাজৎনা থীমনখিবনা নঙোন্দা ঐনা চৎখিবা শাজৎ অসী চৎলুবনি, ৱারৌনু। খঙদবনা তৌবা অরানবগী ফলগা অখঙবনা চৎপা অরানবগীগা মান্নদে। অঙাংনা তৌবা দোষ থম্মোই খূদিংনা ঙাক্কে; অহন্না তৌবা অয়াম্বদা ঙাক্লদে। নঙনা লায়না ঙাকপিবা য়ানা ননাওবু ঙাকপিখিদদুনা পুন্সিগী শাংলবা খোঙফম লাক্লরকপা নঙ্গী অচৌবা অরানবা অমনি! অদূদি তরায়বনি। মপা, ময়াম্বা গুরু অহন্না মীওইবগী মপা অহুম ওইবগুম মচা মনাও, শিষ্য অহুন্না মচা অহুন্নি! নহাক্লুম্বা জ্ঞান-লৈরবা মীনা নচাগী মশক ওইরবা ননাওগী তালোয়বু তালোয়নবা ঙম্লবদা নহাক্না তারিবা পঙ্খে নশানা খঙফম থোকই রাজন্! মীনা মীগী শাজৎ চৎত্রবদা, লাইগী খুভমসু তাল্লুদ্রবদা করম্বা কাঙলুপ্তা তিল্লুবা হৌনৈ? নহাক নিংথৌনি। নঙনা মৃগয়া চৎপদা শারম পূম্নমক মায়োক য়ানা হাৎপরা? তেনসুবনা কৈ-নোংশা নাথূপ্পনা

হাৎপা করম্বা নীতিনা কক্লম্বা লৈ? ঐ নিংথৌ বালীবুশু য়েংথীবা লৈতে; অথৌবা বালীবুশু তাথিবা তৌদে; শারম-চৎপা কৈ, নোংশানা জগৎকী থূক্লফম ওইবগুম ধর্ম্ম জগৎকী কায়নফম ওইরবা শা-বালীগা য়েক্লরুবনি। শা-কৈ হাৎপদা মায়োক্লবা, নাথুপ্পবা অনিগী করিশু অতোং-অমাঙ লৈতে রাজন্! নঙনা খঙডীবদূমঙাই ৱারৌগনু, নুঙঙাইতবা তৌগনু। ধর্ম্মগী তিঙ্খং হনবনা ঐহাক্কী ধর্ম্মনি।

পণ্ডিত ওইবা বালী মশাগী দোষ রামগী ফজবা ৱাহৈনা পুথোরক্লবদা মশাগী ফংফম থোকপনি খঙজদূনা 'চুমই রাম! নঙ্গী ধর্ম্ম-খোঙফম শোয়দে; ঐ খোঙফম-তূফাংনবা শানি; ধর্ম্ম-জগত্তা তমথীরবা শানি; শাদি শারমদা লুমদুনা খোঙঙাইরগা হাৎপা হৌনৈ। নঙ্গী দোষ লৈতে রাম, য়াইফৌ।' হায়রম্লগা মনাও সুগ্রীবদা 'ঐগী মণিপরেং লৌথোকউ; ঐ ৱারে।' হায়রক্লে। মণি পরেং হুক্তোকপগা লোয়ন-লোয়ননা মনাও-মচা পূম্নমকপু মঙ্গল পীনা পীনা নোংঙাল্লমদাইগী লৈচিন-নোংফাইনবা থৱান্মিচাক ময়ামগী মরক্তগী থানা মমখিবগুম পিরোয়নরবা মিৎফম চাম-চামগী মরক্তা নোঙ্গাখরে বালী।

বালীগী মথৱায় লানবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী পুন্সি খোঙলোয়নবী সতী তারা লৈখোক-লোয়রবী লৈরাংনা লৈমায় থক্তা লৈকা চোইনা কেনবগুম, তৎলবা লীক্লাংনা চোইজাইননা তাবগুম শল্লাং চোইনা তা, ফীরোয় হীক্লা শন লৈমায় থক্তা হাইথরুবদগী খোঙ্গুল লাক রামগী মায়থোং য়েং অহীক-মতৎনবা খোনফম্না শোক্লবা থম্মোইগী মপাউ তম হায়জরকই, 'অথৌবা! নঙনা ঐগী ইপুরোইবগী মথৱায় লৌরে; লাইবকথীবী তারাগী য়াইফ-কোরৌ কাপখায়রে। নঙ্গী তেন অমনা ঐগী থৱায়শু লৌবিরো। নুপী হাৎপা থোক্কনি খল্লুনু। নুপী য়োকপা, নুপী ওইবগী ধর্ম্ম তেংবাংবদূম ওইগনি। পায়য়ু রাম, নঙ্গী লীরুং তেন পায়খৎলু রাঘব! তারা কৌবী নোংদমথীবী ঐবু চানবিয়ু দাশরথে! নঙনা জানকীগী কায়ন-মৈশা লাংবগুম ঐগী ইবুংঙোশু নোংদোল-লমদা লাংলুরগনি; জানকীনা নঙ্গী মৈচাক পূবগুম ঐশু পুরবনি।' কপ্পক্লে তারা সতী রামবু চিংনা চিংনা য়েং।

রাম মপুরোইবা-কায়ন-মৈশা লাংলবী তারা সতীগী ৱারবী থম্মোইগী মপাউখোল তাবদা নুংশি-নীঙমদবা থম্মোইনা পুকথেমনদূনা ৱাহৈনরকই, 'সতী কপ্লগনু অমুক। পিরোয়নবা জগত্তা পিরাংনদবা কনা লৈ? পুন্সিগী তৌরৈ-তুথুপ খূদিংদা নুংশিবা চেংলৌ কয়া কয়াগা পিগা পিগা পিশিন্না তৎনরক্তবা কনা লৈ? ঙসি নঙনা কপ্লি; হয়েংনা ঐনা কপকনি; নুজা ওইবী নহাক্কীদা নশরুক নত্তে। পিরাংননা

খোঙদারক পিশিন্নবা পান খোঙফম পিখন্নজবনা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিনি। কপ্পুরনু ইবেম্মা! জ্ঞান-লৈবী নহাক্নি। নহাক্কুম্বী জ্ঞান-লৈবীশিংনা অৰাবগী ফংদনীঙঙাই লৈত্ৰবা মৈচাক জ্ঞানগী লাইজনা মৈমুৎনা মশাগী থৌগাই পু পুন্সি খোঙলোয়নবা ঙাক্নি। সদগতি ফংলবা নপুরোইবগী অন্ত্যেষ্টি-ক্রিয়া নখূৎনা থৌরাংনীঙঙাই ওইদ্রিবরা?' অসূন্না ৱারবী তারাবু নুংশি-হীক্লবা ৱাহৈনা পুকথেম্বি সুগ্রীব-অঙ্গদরোম য়েং বালী নিংথৌগী সংস্কার থৌরাংনবা ইঙ্গিত পীনরে। নীথিরবা লৈগী দোলাইদা বালীগী হকচাং হাপ নিংথৌগী মতীক চাবা থবক পুন্নমক্কা লোয়ননা পম্পা তুরেনগী খোঙবান্দা হৌনবী ক্রিয়া লোইরুরে। মতুং ইনবা শ্ৰাদ্ধক্রিয়ানচিংবা পুন্নমক তৌরে।

সংসারগী গতি অঙকপনি। কপ্পা লাউনা বালীগী কৰ্ম্ম লোই নোক্লা খেনা সুগ্রীব নিংথৌ হাপ্লে। অঙ্গদ নিংথৌ অখূবা থিন্দোক্লে। মতম কুইনা ৱারুরবা সুগ্রীববু কিষ্কিন্ধাগী সিংহাসন পীদুনা অৰাবা পোকথোকচনীঙঙাই মতম খরা পীরম্লগা চহী তরামরি সুদ্রিমখৈ মশাগী অমদি অতৈগী কোনুং চঙলোই লেপ্লবা রাম ঋষ্যমুক-কী লোক্তা মনাও লক্ষ্মণগা আশ্রম শেমদুনা লৈখরে। তরং-ঈচেন্নরবী নোংজু থাবুম মরিনা মিৎলু-পিরাংনরবী খূদাং-পিফম্নরবী সোর পাবোৎ লোন মায়থোং মাহিংনরবী সীতাগী ৱারবা মপাউখোল তম্লবা নাতাগুম অতৎ-অখম লৈতনা মীকপ-মীরাউননা ঋষ্যমুক্কী চীংয়া-চীংশাংদা, চীংখাং-চীংমায়দা, চীংজেপ-চীংয়াদা তারবনা রাম থম্মোয় পুঙমদনা নোংজুথা লেনখি।

নোংজুথা ৱানা লেক্লে। নামুনথা লাক্লে। মীকপ-মীরাউ-চাউবী নোংজুথা চৎখ্রবনিনা রামগী থম্মোই কোম্লবোই নীংলবরা! খরদং কোম্মগবরা হায়ববু অহোই অহোইননদুম চিজ্জিল্লক্লে। ক প্পা লাউনা চঙকপা অৰাবদি কপ্প লাউনা ওকপা য়াবনা থম্মোই খরা মকোম্নে। লোন্নাইদবা অৰাবদি খোন্নাইদবা থম্মোইনা ওকপা তাবনা থম্মোইনা কায়সি কায়ঙমদা কায়গনুসি খাঙঙমদা অসুক ৱায় হায়বা অপানবদনা মখঙনবনি। খোর্জেঞ্জে কনাগুম্বনা চীনফেন ফনা ফদুনশু থাঙম্নীঙঙাই মওইদ্রবনি। পম্পাগী ঈরোন্নুংদা তম ইপাল লাংনা শাৎলবী, লীক্লা-ফুরবী থম্বান্না ঈনুং-তাবা নুংশিৎকী শউম পুঙমদবা নাতাগুম হাইনা হুম্না খাঙলকপা শকফম্না মহাক্কী কায়না মৈনা থম্মোইখোন্না চাক, কংলবা থম্মোইগী মনিন্না মিৎলুদা পান মিৎস্না থম্বাল অনীদা পিরাং-তরংনরবী সোর পাবোৎ লোন হকচাং তনীক্লরবী জানকীগী শকফম ওই তত্তনা অৰাবা পাউদম্বা উবদা রামগী পোত্থানীঙঙাই করি লৈফম থোকই! উরী খঙদে, হৈপান খঙদে, লৈপান খঙদে, য়েংউ য়েংউবা মায়গৈদা সীতাগী অৰাবা শকফম মিতম্না অৰাবা মপাউখোল পাউদমদবা য়াওদবনা রাম পোত্থাফম

খঙঙক্রে চীঙ্গী নুঙ্গায়নবা চীংমায়দগী লূরবা ঈফুৎ ফাওদোরকপগুম রামগী অথৌবা থম্মোই-নুঙ্গায়দগী ফৃদোরকপা পিনা মিৎস্না অনী ঈহৌখি।

ময়াম্বদা লূপ্পবা লক্ষ্মণগী থম্মোই ময়াম্বগী অৱাবা উবদা পুবা ঙম্মক্তরে। অসোমদনা সুগ্রীবনা হায়নখিবা ৱাগী মওং পানখৎলকপসু উদরে। অশাউবা মৈথক্তা তোং কিষ্কিন্ধা কোনুং চঙখিদুনা অরোইবা ৱাফম তাল্লুরে। কিষ্কিন্ধাগী মপু নুংশিবা ৱাহৈনা লক্ষ্মণবু থেম, মশাগী অশোয়বা ঙাকপিয়ু হায়জ, খোঙলৈ থুনা জানকী উদ্ধারগী য়োং তেঙ্গোল খোম্বা দূত মায়গৈ নিপালদা থাখরে। য়োং তেঙ্গোল পূনবা লোইরবদা মশাগা কোন্ননা রামগী মফমদা শিন্নররে।

সীতা-হুবা মীশক অমদি লৈফম তাংদাংবা খঙদোকখিনবা মায়গৈ নীপান্দা য়োং তেঙ্গোল তেঙ্গোল থারে। চীং-মান, তূ-খোং, উমং-ৱামং হাইদুনা অরোংবা উনা উপ অউপ্পনা লোং নৈদুনা থিরকপদা সীতানা সমুদ্র ঈৱাংমদা লৈখিবনা ফংনদরে। মমৈথংদা অঙ্গদনা পুবা মপূং-ওইবা তেঙ্গোন্না জটায়ুগী ময়াম্বা সম্পাতি থেংনরুরে। মহাক্কী মফমদগী সীতা হূরিবসী তশেংবা রাবণ্ননি, থল্লিবশু লঙ্কাদনি হায়বা অরেপ্পা পাউ ফংখি।

য়োং পুম্নমক নুঙঙাইনরে। সম্পাতিগী মফমদগী বিদায় লৌদুনা মখা পাংনা সমুদ্রগী তোর্ব্বাল তান্না চৎলে। মখোঙদা ঈওল্লিবা সমুদ্রগী ঈরেপ জগত্তা তাক্কে হায়বগী নাতাগুম চাংজৌ লৈমায় খোঙফম শেম লৈচিন-নোংখেৎননা লেপ্পবা মহেন্দ্র পর্ব্বত য়ৌরে। জম্বু-লঙ্কা অনীনা লুখাই-চামিন্নবা সমুদ্র ফংলে।

য়ূথক চামা পাকপা সমুদ্রনি। মখোঙদা ঈওল্লিবা ঈপাক্কী ঈরেপ ফোঙ্গে নাতাগুম নোংদোন-নোংলেন নোংখাইননা লেপ্লিবা মহেন্দ্রবু লেপ্তান্নগে মওংগুম সনা লঙ্কা খুভম্না নোংদোল-লৈচিন লাক্সীংননা লেপ্পবা ত্রিকূট চীংজাউমক শকফম লাকঙমদনা পাকখ্রবা ঈপাক্লি। চাংজৌ খুভম্নবা চীংজাউ অনীনা ঈমায় লুরাক য়েংবদগী শাউখিবনা মপাঙ্গল ফোঙ্গে মওংগুম ঈওল্লক ঈশিংগী চীংদূম অমুক খিল, চীংশাং-চীঙ্গোল অমুক সেম মতীক উত্তনদা লৈরবা ঈপাক্লি। কনানা মাবু লাল্লুগনি। অদুবু হনবা য়োঙ্গী তেঙ্গোল নত্তে। মশা মশাগী মতীক মঙল উত্তুনা পাম্বোম তিংনরক্লে; থবক্লা পাঙসি থৱায়রা থাসি লেপ্পরক্লে। অহল ওইরবা, মতম-অহুম-উরবা জাম্ববান ময়ামগী মরক্তগী কনানা পাঙওমদ্রবা থৌগাই পুবা ঙমগদগে য়েংলক্লে। মহাক্না হনুমান য়েংদুনা 'অথৌবা, নুংশিৎ-নিংথৌ-মপারী! নঙ্গী তাঞ্জা লাক্লে। নোংদোন-নুংশিৎ-থাগোন্না নঙদনা লায়না লানগনি। নঙনা সমুদ্র ঈরান্না

সীতাগী মখোঙ লীদুনা ঐখোয়গী মিংচৎ থম্মু।' শিন্নরক্লে। 'নঙনা নশক খঙজদ্রবননি। নঙ্গী নুংদা অণিমা, লঘিমানচিংবা সিদ্ধি নীপাল থুপ্লিবনি' হায়না মরম পুন্নমক লীবিরক্লে। হনুমান, মীনা গুরু শকখঙনরক্লবদা মশাগী সংস্কার ফুদোরকপগুম, জাম্ববান-না ৱারী ৱাখোং পুন্নমক তৌবিরক্লবদা, মশাগী মতীক মশানা খঙঙক জানকীগী মখোঙ লীরগে, মহাক্কী থৌগাই পাঙলগে নীং, রাম-চন্দ্রনা মঙোন্দা শিন্নখিবা মণিমুদ্রিকা পু লঙ্কা খোঙফম খোঙশাল্লক্লে।

রামগী নাম সোন লৈতাই নুংশিৎ খোঙহৌনা নোংদাই নুংশিৎ থাগোন্না য়ুথক চামা পাকপা সমুদ্র ফৈগাক চোংলক্লে।

হনুমান-না অপাইবা চীংদূমগী মওংগুম নোংদোন নুংশিৎ তাংথক মথং মথং লান হুল্লকপদা মণি-থারোন্নরবা মৈনাক চীংজাউনা ঈয়ায়দা নুমিৎ চামা চামা ফাংনা থোকপগুম হৈরাং চুন্না পাল্লবা হৈপাল মশীং লাকঙদনা চীংমায় কাগুপ থন্না পু লৈরম্বা উরে। মৈনাক্কী চীংদোন খুৎনা নম মপাঙ্গল নৌনা অমুক হৌ চোংলকপনা লিন-পোকপী সুরসানা লম্বী থৎলে। মশাগী মপাঙ্গল-মরৌশিংনা মায়গৈ ফিজেৎনবী জগৎ-পোকপীগী মশায়োন লিন-পোকপীবু লাম্বোক্তুনা লাক্লম-লাকফাৎত্রিঙৈনা সমুদ্র-ঈয়ায়-য়াহীপনরবী সিংহিকাগী মায়াদা তারুরে। মহাক্কী মথৱায় তনলৌ লৌ অমুক হৌরকপনা ত্রিকূট চীংজাওগী লম্ব মিঙ্খেনরবা নাপোমদা তারুরে। মহাক্না লঙ্কাগী লৈচীন্দা মখোঙ হেক থাবদা মাঙঙু-তম্লবী স্বর্ণলঙ্কা-লাইরেম্মা মতু খ্যাউ চুং মিঙ্গল ফ্রং ফ্রং চোংলক্লে। মদূগী ঈনিন্না সনালঙ্কা সমুদ্রনা চেঙ্খে য়াংকোক ওই থক-থক নোল্লক্লে। কন্না নোম্মনখিবনা থাক্লোন চাম-নীপান্নবা সনা তাংবল ফমদেঙ্গনা লৈবাক তিল্লম্বা রাবণগী মকোক্তগী লূহুপ লৈমায় থক্তা তাখি। অকিবা-অথুকপা শকখঙনদ্রবা হিংচাবগী শাগৈ পূন্নমক হি করিনো হায়বা মতাগুম চপমান্ননা তুজুং-মিপাইনবা খোনফম্না 'শিব, শিব, দুর্গা দুর্গা' শোন্নখি।

হনুমান লঙ্কাগী তোর্ব্বান য়ৌরবদা নাথুপ্পনা অহিংগী মতম ঙাইদুনা লৈখি। মিৎকুপ অমা হৌ, অনী চৎ পুঙ্গোই অমা ফা, পূংজা অমা লান অনী চৎ য়ুথক অমা হেন অসুম অসুম চৎলকপনা অহিংগী মতম ওইরক্লে। নোংথক নোংখা অনীদা থানা থৱাম্নিচাক তেঙ্গোলগা কাগুপ থোক্লবী মহানগরীগী অহিংগী থৌগাই পুবশিং নত্তনা অতৈ থৱায় পূন্নমক ময়ুম থোঙজাউ পৌরোন থা নোংজা তুমখুন তান্নরক্লে। তাঞ্জা অসীদা লম্ব য়াহীপ্পরম্বা লঙ্কাগী য়েক্লবা লঙ্কা নগরীগী অৱাং থোঙজাউ তম খোঙশাল্লক্লে। সনথোং য়ৌবদা লঙ্কা-শেনবী লাইরেম্মগা থেংনরে। অহিংগী তাংলৌদা মীরাল চঙকপা উবদা মিপাইরবী, নুংথিলগী মওং নীংসংলুবদা হেন্না

নুংথুক্লরবী লঙ্কা-লাইরেম্মা অকিবনা শকপান্নরবী হিংচাবীগী শকফম লৌ য়েক্লবগী লম্বী থিংলক্লে; চৈ থাদুনা তাল্লক্লে। হনুমানগী ওঈগী অশাউবা খূবাংনা চৈহল্লকপদা মতীক থেক্লগা হরাউবনা লাইগী লীচৎ ওইবনা লঙ্কা-লাইরেম্মা মশাগী যুগ লোইরে হায়বা উরদুনা হনুমান্দা লম্বী পীরম্লগা মাঙ্খরে।

হনুমান মরোল তরেৎ-নীপান্নরবা, কারোন তরেৎনরবা লঙ্কাগী খোংফম খূদিং, রাবণগী কল্লবা হিংচাবা লীশিং তরানা ঙাক্লবা কোনুং মনুং হন্দুনা হন্দুনা সীতা থিরক্লে; মহাক্কী থারকপা শকফমগা চূনবা, ওইবা য়াবা শকফম অমত্তা থেংনখিদ্রে। অসোমদদি নোং ঙাস্পিল্লক্লে; শজিক-থবা মূৎলক্লে; নোংঙাল-লৈচিল ফাওরক্লে। তৌফম খঙঙক্তবা অমদি থবক্লা পাঙঙমদবা ওইনা থোক্লকপা উবদগী নুংবং-তূফক্লবা থোরক লঙ্কাগী চেকপন মথক্তা ফমদুনা ৱাখল কঙঙাউননা কোয়রৈ লৈদুনা অসুম য়েঙঙকপদা লাপ্লপ্পা নীংথিরবা অশোক-বন উরে। 'বন অসিমদি য়েংদ্রিনা' ফুক হৌগত্তুনা প্রপ প্রপ খোঙদম্লক্লে।

অশোক-বন য়ৌরে। শাহূই অমোমশিংনা লাঙ্গোয়-চল্লবী, মিপাই-তথক্লরবী শজি অমোমগুম হিংচাবী পল্লোন্না কোয় থম্মোই তনিক্লরবী, নোঙাল্লমদাইগী লৈচিল লাক মঙাল শিথরবা থাজগুম অৱা-মৈখু লাং মায়থোং-মায়হিংনরবী, শরৎকী ঈনুং-লীক্লা চারবী থম্বাল লৈরোইগী মওংগুম মিৎলু-পিরাংনরবী, নোংবাল-লাংদবী ফৌপানগুম হকচাং শীগংনরবী, লৈরাংলক্তা হেনবনা লৈনুংশি মিঙ্খেনরবী থম্বালনা ঈংনা, মেঙনা, নৌনা ভাবোক পূক্লিং হূবগুম মিৎফম খুদিংনা মহাক্কী শকফম উবদা মবুক পেন্না থকঙমদনীঙঙাই লৈত্রবী, লূবদা লূরবা, পানবদা পাল্লবা, হেনবদা হেল্লবা পোৎলম পূন্নমকপু নীক্তুনা মচং মখৈদা লৌদুনা তাদূনা শাবা নাতাগুম নীংথিরবী সীতা থেংনরুরে। হনুমান শকখংদনা খঙলে; সীতানি হায়বা উরে। থুপ্পা উশাদা লৈদুনা তাংদাংবা খঙনবা অমদি পাউশিন্নবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরে।

নোঙাল্লে। কোনুং মনুংনা লগুভগু শারম্বা অমদি মায়গৈ মরিদগী অহিংগী ওইখ্রিবা মওংগী পাউ ফংবদা থিংঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিংখোং তাইনবা জগৎকী মশিঞ্জাং ওইবনা রাবণ সীতাদা তাইনররে। 'ঙসি থা তরা সুরে ইচীন্না হায়খ্রবনিনা নঙবু থা অনী য়েংবিখিনি। থা অনী অসিদা নঙনা ঐগী তালোয়শীংদা চল্লু য়াদ্রবা নঙ্গী নশা অদূ মতুপ মতুপ থোক্লা কক্লগা অয়ুক ঐনা শোয়দনা চারা ৱান্নগনি' হায়রম্লগা শাউনা কোনুং চঙখরে। হনুমান হৌজিক্তি সীতানি শোয়দ্রে হায়না খঙলে। সাবিত্রীনা তপস্বিনী-শকফম লৌদুনা তপস্যা তৌরবগুম নীংথিরবী সীতাবু মবুক মনুংদা হন্না হন্না খুরমদুনা মতম তাঞ্জা অহাঙবা য়েংদুনা লৈরে।

রাবণ চৎখ্রবা মতুংদা মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না হিংচাবীগী কাওবূনা জানকীবু অয়াকপা, অকিবা, নুঙাইতবনচিংবা মখল মখলগী তমথীরবা শাজৎনা ওৎলকপা উবদা ধর্ম্ম-লৈবী ত্রিজটা চঙঙক্তুনা খাম্মরে। 'নখোয় নিংথৌ উরবদদা অদুক মতৌশিন্নৌ, উদ্রবদি করি থোইদোকপা তৌরুব্নু। লঙ্কা লোইদৌবা কুইদ্রবনি। খণ্ডণ্ডু। ধর্ম্মনা শকপান্নরবা রামদা চঙজবা থৱায় নত্তনা কনা হিংনীঙঙাই লৈত্রবনি। ধর্ম্মগী শক্তি ওইরবী জানকীদা নখোয় চঙজৌ। ঐগী মঙদা ফাওরবনি।' হায়বা তাবদা হিংচাবী পূন্নমক অকিবা অৱাবগা লোয়ননা থৈদোক্লখরে।

সীতা হিংচাবীশিংগী অৱাবদি ত্রিজটাগী ৱারক ৱাহৈদগী কোক্লে। অহিংদা ঈচিক হুক্ল-হুক্লগা অৱাবা-নুংশিবা ৱাখন্না মরায় অসুম অসুম কাওখৎলকপগুম ওৎলম্বী হিংচাবীশিংনা তাক্ত-তাকখ্রবা তাঞ্জাদা মহাক্কী তুংওইনখ্রবা পুন্সিগী নুঙঙাইবা ৱাখলশিংনা অৱাবগী পোৎলুম মথং মথং থোনগৎলক্লে। সীতা পুবা ঙম্মক্তরে। অৱাবনা নুংবংনখিদুনা কোক্কী শন্নাংনা ঙক্তা থূদুনা মথৱায় থা অৱাবদুম কোক্লরগে নীং হনুমান-না তোংলিবা ক্যামলৈ পাম্বী মখোঙদা ৱারবা খোঙফম খোঙদোই হুক্লক্লে।

সীতাবু চীক্লা ফংলবদা হনুমান মবুক্লীংদি মনুঙঙাইজরে। অদুদা থাবূম তরা অকি-অখং-ওইদবদগা তায়োন্নরকপদগী চিংনবদনা মাঙওইনরবী জানকীদা ৱাহৌরুবদা ৱামূৎ তাদ্রিগৈ ৱামাঙখিগদরা কিবনা করি করম ৱাহৌরগা ফগনি ৱাখল তৌবা হৌরক্লে। অসুম ঙহাক ৱাখল তৌরিগৈ মহাক্কী মচীন্দগী লাইনা তাকপা নাতাগুম 'জয় সীতাপতি রাম' হায়না সোন্দোকখরে। তীমু-লাইমুনা নন্নবা থৱায়দা অমাইবগী থিঙ্গান্নরকপা লাইৱানা ওইবগুম মহাক্কী মচীন্দগী থোরকপা ময়েক-অহুন্নবা মিখৈনা অৱাবনা য়ৈহৎলবী জানকীগী থম্মোইদা খোঙ্গুল লাকখি। মকাউ হৈরাং মহাওনা নীঙঙমদবা থৱায়না তাইবং-খোংফম নুঙ্গাউনবগুম মিকুপমদা ৱাখরবা লঙ্কাগী পুন্সি-খোঙফম কাউখি।

'নুংদি নুংশিখরেদা অদুবু করম্বা মায়া ওইরিগবা!' হায়না হায়না য়েংখৎলক্লে সীতা।

সীতানা য়েংখৎলক্লবদা পীক্লবা য়োংগী মশক ওইদুনা থূপ্লম্বা হনুমান 'ইমা, ঐ রামগী চরনি, নঙনা ফীরোয় শিন্নরম্বা মঙাদুগী অমনি, ঐ পীকপা চাউবা ঙম্মি, নুংশিৎকী মচানি, মিংনা হনুমান কৌই, চিংনগনু রামগী মণিমুদ্রিকা য়াওরি' হায়না হায়না কূপ্লক রামগী মিংফম-চপ্লবা মণি-মুদ্রিকা শিন্নরক্লে।

খুদোপ উবদা রামবু মাঙদা শংশংননা উজবগী মওংগুম কংলবা চীনবান্দা হাইফেৎ মোমোন নোংথাংনরক্লে; হায়রকই, 'বৎস! ঐগী ইবুঙঙোনা মহাক্কী সেবা মিহৌমল্লুবদগীদা অৱা মৈচাক পুঙমদ-পুঙমদনা পু হিংজরবী নমাবু কাউবিদ্রিদনা?' মতোন তাখিদরে; মিৎলুগী তরংনা মখা অদুম শমথখরে।

হনুমান নুংশিহৈবা থম্মোইগী হৌনশা ৱারবী জানকীগী মিৎকী পি মহাক্কী ৱাবিহৈবা মিৎলুগী পিনা ওক মহাকপু রাবণা হুখিবদগী রাম-লক্ষ্মণনা মহাক্কীদমক তৌরক্লিবা থবক থৌরম পূন্নমক অমমম মথং মথং লীরগা থুনমক মহাকপু কন্ননবা য়োঙ্গী তেঙ্গোল পুদুনা লঙ্কা য়ৌরক্লনি হায়বা তমখি। ঙহাক পূঙ্গোয় পূকমেন-পাওমেন্নরবা তুং মখোয় অনী থেংনরে হায়বা খঙননীঙাই কোক্কী লৈতেং অমা লৌ অশোক-বন্দগী খোঙশাল্লক্লে।

লম্বীদা লাক্লা লাক্লা, খল্লকই 'জানকী থেংনরে; লান্দরকফমগী লম্মিৎ-তুমিৎ খঙলে; লান্দানীঙাই মীওংগী লানওং লান্দা মপাঙ্গন্দি খঙদরি; অদুনদি অমা হোরি। মদুমা ৱাৎলবদি চরগী ধর্ম্ম হোরি।' অসী খল্লুবদগী হনুমান মধুবন লোমদা হাইজিনখরে। বন নৈখাইদুনা য়েক্লবা লৈরে হায়বা খঙহল্লগে নীং হৈপান লৈপান লোইনা তক্তুনা ফুক্তোকপা হৌরক্লে। ঙহাক্কী মনুংদা নন্দন-কানন শক্তান্নরম্বা মধুবন থক-খা ওল্লে। হৈপাল অমফাওবা য়ুংদ্রে; লৈপাল অমফাওবা লৈত্রে। বনগী উচেক ৱায়া পূন্নমক কায়-কায়দুনা ৱা-ৱা-ৱা-ৱা-ৱা-ৱা পাইথোক্লরক্লে; শজি-শঙাই পূন্নমক হাদোক্লরক্লে; বনগী লম পূমনিন নিনখরে। হিংচাবা অঙাকপা লৈরম্বা পূন্নমক ফূজিন্নরক্লে। হনুমান মহাক্কী গরিমা সিদ্ধিনা মশা চীংশাং-নাপোম্লনা ফুদোক মখোয়বু তকখায়রক্লে। ঈনা লৌখোং চেক্লে; মীশানা লৈখোম ওইরে; মীকোক্লা কোঙ্গোল থারে। য়েংবদা অকিবগী মশক ওইরে; রাবণগী নাকোং য়ৌরে।

হনুমান বন থুগায়রগা অমদি বন-শংবশিং হাৎলগা তোক্তে। বজ্র কোটিনা পুল্লপ ফুথরকপগুম অকিবা লালাউ লাউরক্লে। মহাক্কী খোনফমনা লঙ্কা থক থক নোম ফুরা-দোলাল নীঙ্খায়বা হৌরক্লে; মপাঙ্গল সোনবা নুপী অঙাং য়ৈহৎ য়ৈহৎ তানরক্লে। পেন্নাইদ্রবা কালগী গর্ভদা যুগ যুগগী অকন-অথৌ পূন্নমক্লা মথৌনা মপাঙ্গলনা মরম্নদুনা মথং মথং মশা আহুতি কৎনবগুম লঙ্কাগী অথৌবা কয়া কয়া অমমম মথং মথং হনুমানগী মপাঙ্গলগী খয়াত্তা তানরক্লে। প্রহস্তগী মচা অথৌবা জম্বুমালী, মন্ত্রি তরেৎকী মচা পূঁন্নমক, বিরূপাক্ষনচিংবা সেনাপতি মঙা, রাবণগী মচানীপা অক্ষয়কুমারনচিংবা অকল-অথৌশিং মৈরানবীনা মৈরিদা ওইবগুম হনুমানগী মঙান্না চাকথেক চাকথেক্তুনা তানরক্লে। অৱাবা অনংবা শকখঙনদ্রবী

সনালঙ্কা হাই হাই লাউরে। শাউখিবনা মৈ-থোক্লবা রাবণ লালাউনা নোংখোংনৈ মেঘনাদ কৌরবা ইন্দ্রবু ঙম্মি ইন্দ্রজিৎ থোল্লবা অকন্নবনা শকপান্নরবা মচা ইন্দ্রজিৎ থাদোক্লক্লে।

হনুমান ইন্দ্রজিৎ লাম্থেংনরে। পাঙ্গন্দা মায়াদা মপা-লৈত্রবা ইন্দ্রজিৎনি। অদুবু মহাক্কী তেন্না মায়ানা হনুমান্দা করিমতা চঙবা য়াখিদ্রে। ইন্দ্রজিৎ নাগপাশ কাপ্লক্লে। হনুমান অমূক খঙচাউ চাউথোক অমুক খংপীক পীকশিন শান্নদুনা নাগপাশ থবৎ-থবৎ থদৎলক্লে। ইন্দ্রজিৎ শাদা থুকপা লান্দা হনবা নীপা নত্তে। মহাক্কী লৈজবা দিব্য অস্ত্র, মহাক্কা হৈজবা দিব্য মন্ত্র পূন্নমক লোইনা ফৃদোরক্লে। হনুমানবু মায়থীবা পীবদি মঙমদরে। জ্ঞান-লৈরবা ইন্দ্রজিৎ হনুমানগী মওং উবদা মহাক্কী মশক খঙদ্রবদি য়ারোইদৌরে খন্দুনা সমাধি তৌখরে; মশক খঙলে। ব্রহ্মাস্ত্রদনদি পুনবা মখৈ য়াগনি হায়বা উরদুনা ব্রহ্মাস্ত্র শৎতুনা মন্ত্র সোল্লগা থারক্লে। অস্ত্র-মশক খঙবা হনুমানশু ব্রহ্ম মন্ত্রনা ওক্লে। ব্রহ্মাস্ত্রনা পুহল্লগা কোনুংদুম য়ৌদুনা রাবণগা ৱারম অমা অনীদং ঙাঙনথোক্কে হায়বা অমা নীংলক্তুনা করিমতা তৌদনা তাশিন্নদুনা লৈরে। ইন্দ্রজিৎসু মপাদা য়েক্লববু লানগী খুদোন ওইনগে নীং কোনুং তান্না পুশল্লে।

কোনুং য়ৌরে। হিংচাবা পূন্নমক্লা জয়কার লাউদুনা মেঘনাদ ওক্লে। হনুমান পুশন্দুনা যুবরাজ মপা নিংথৌদা কৎলে! রাবণ য়েক্লবা লানফারকপা মচাবু কোনশিনবিরগা হনুমানলোমদা ওনশিল্লক্তুনা অশাউবা উশিত্তবগী অরাক-তম্বা খোনফম্না শুক্লবা মিৎফম্না তুম্নসনু মতাগুম শংদ্রিক য়েং ঙংলকই, 'হায় য়োং! নং কনানো........... ?'

নাপন্নরবা রাবণগী ৱাঙাং তাবদা হনুমান হাইফেৎ কংনোক নোক তনওক ওক্তুনা করি নাচুংবা তৌদনা ৱাপা চানা খুল্লকই 'রাবণ! নঙ্গী ৱাঙাংদুনা নঙ্গী তোল্লবা লীচৎ ফোঙদোকপা উবদা ৱাদবা ঙমদে। নঙ্গী নচাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা ঐঙোন্দা চুম্না পুল্লি থোকপদগী হেন্না করিসু তৌনীঙঙাই লৈতে হায়বা লেপ্লিবা নচানা সাক্ষি অদুম মওইগনি। ঐনা অসীদা লাক্লিবসে নঙবু ৱারকপীরমগে লাকপনি ঐ রামগী চরনি। সীতা থিবা লাকপনি। ঐগী মরু ওইবা পরিচয়না নঙগী অৱাং লমখৈ পুবী সিংহিকাগী মথৱায় লৌবা, নঙ্গী কোনুং লাইরেম্মা ঙমদুনা ময়ুম কাং খোং ওনবা, মধুবন থুগায়বা, হৈখোঙ-শঙবা তেঙ্গোল তুম্না হাৎপা, জম্বুমালী লোইশিনবা, মন্ত্রি-মচা পূন্নমক্কী মথৱায় লৌবা, নচানীপা অক্ষয়কুমারগী মথৱায় চূপ্পা নীপাদো ঐহাক্লি। ব্রহ্মাস্ত্রগী লীপুন্না করিশু তৌবা য়াদ্রবা ঐঙোন্দা নঙ্গী উরী-ৱারীনা তাবা থৌরীসিনা কৈদৌনি। ঐ নঙ উন্নবিরমগে লাকপনি। নঙনা নথৱায় মাঙনীংদ্রবা, নচা-নশু-নশাগৈ মুৎনীংদ্রবা

ঙসিমক জানকী পুরগা নঙ্গী ইষ্টদেবতা শিবদা লৈচঞ্জবগুম কচ্চরো। নৎত্রবদি..............।'

রাবণ শাউখিবনা মশা থক-থক নীকতুনা, 'ইন্দ্রজিৎ! মৈ কুণ্ড, য়োং অসী মৈনুংদা লংশিল্লু' য়াথংনরকই। বিভীষণ্না ফুক হৌগৎতুনা 'রাজন! দূতকী মথৱায় লৌহৈদে। নাপন্নবা ৱাহৈনা মহাক মহাক্কী মবুঙোবু চাউহঞ্জবা দূতশিংগী ধর্ম্মনি। চত্তবা য়াদবা শাজৎনি। মদূনা নীতিনা মখোয়গী মথৱায় কল্লম্বনি।' হায়না মরক থৎলক্লবদা 'অদূদি মমৈনা য়োঙ্গী মপাঙ্গন্নি; মমৈ অসী মৈ থাদোক্লগা থাদোকখো' য়াথংনরক্লে লঙ্কাগী মপু।

হনুমান মমৈদা মৈ পাল্লকপদা লঙ্কা মৈচুরম্নগে নীং করিমতা তৌদনা তুমিন লৈরে।

মী হাৎপা মীঙোন্দা অৱাবা পীবদনা কুম্মৈনরবা হিংচাবগী শাগৈনি। রাবণগী য়াথং ফংবদা হরাউবা খোঙথাংনা পূকৈদগী ঘী থাউ ফি হোন্দোক্লরক্লে। চীং পৈবদৌনা পৈনরক্লে। হিংচাবা চামা-চামনা হনুমানগী মমৈদা ফি য়েৎপা হৌরক্লে। হনুমান ফি য়েৎল-য়েৎলগা মমৈ অদূ অসুম অসুম পঙশাংদা শাংদোক্লক্লে। উবদা রাবণদগী চিংনা লৈরিবা পূম্নমক ঙক্লখি করি থোক্লগদৌরিবা কিবনা মিহুন চেনগুম চেনগানখি। হিংচাবগী নিংথৌ ঙহাক নুংথুক-নুংবংনরুবদগী অশাউবা নুঙঙাইতবনা কুপ লাউথোরকই 'মমৈদা শাংদোক্কে হায়বমখৈ শাংদোক্সনু। রাবণগী ফিগৈনা ৱাৎপা হৌনবরা; লঙ্কাগী ফীরোন্না লোয়বা লৈবরা; মৈকোক্তগী মৈতোন ফাওবা য়েংলু, থুংনা য়েৎলু' ঙংথরক্লে। হিংচাবা অকনবা মখৈ চোংথোকতুনা কাঙবু অমনা ফিগৈদগী ফি হোন্দোকই, কাঙলূপ অমনা লৈবাক্তগী ফিখোম্মি। খুৎপু অমনা ফিয়েৎলি, তেঙ্গোল-তোঙ্গোন্না ঘী-থাউ হৈ। হনুমান লঙ্কা কোনবা ওক্লবা শাংনীঙাই শাংলগা লেপ্লে; হিংচাবশিংশু ৱানা থবক থারে।

নিংথৌগী ময়াথংদগী মৈ চুরে। মৈ হেক চুরকপদা কল্লবা য়ুবী থৌরিনা খুরক হাঙদনা ক্রক ক্রক পুন্দুনা লৈরম্বা হনুমান খঙহৌদনা অতিয়াগী নোংনা খাক্লকপগুম সিংহনাদ লাউখি। বজ্র কোটিনা পুল্লপ ফুথরকপগুম মহাক্কী লালাউগী ঈনিন্না লঙ্কা লপত্রৈনখি; রাবণ্নচিংবা অমা-অনীদং নত্তনা অতৈ পূম্নমক য়ৈহৎখি। সিংহনাদগা লোয়ন-লোয়ননা ধবলগিরিনা লৈনুংদগী খোংনা লাউনা ফুগৎলক লৈমায় থন্না শন নোংদোন খেৎনা ৱাং খিনবগুম হনুমান মশা ব্রং ব্রং ফুদোরক্লে; নোংথক্তগী লুরাক য়েং ঙংথরকই 'ঙসিদি নয়ুম মৈকন্দুনা লৈহৌরো; থোইদোকপা

তৌবিরম্লরোই; নবুঙো রামগী, অথৌবা লক্ষ্মণ-সুগ্রীবনচিংবগী শরুক খাক্রমদবা য়াদ্রি।' অসী হায়না হায়না কোনুং-লৈমায় খোঙথীন্নরম নোংদোন-নুংশিৎ খুৎলামখি নোংথক-লৈচিন খোঙনেৎনা মমৈ মৈবুন ঙোং ঙোং ঙোং হাই লঙ্কাগী য়ুমথোং খুদিং তক্লা চূরক্লে। মহাক্না খোঙহৌনরম্বগী মনিন্না লপত্রেনরিঙৈ নোংদোন খেৎনা হৌ লৈমায় খোন্না চাক্লকপা মৈনিন্না অমুক পাং সমুদ্রনা চেম্মে য়াংকোক্লনা লঙ্কা থক-খা নোংপোক-নোংচুপ খায়ঙমদনা নীকলৈনরক্লে। হিংচাবা-হিংচাবী পূন্নমক লোইরেদনা চপ লেপ শিবদুর্গা সোন্নদুনা অরোইবা পুংফম ঙাইনখি।

হনুমান লৈবাক মৈচুরন্নগা মমৈ মৈতোন ময়ানা উম মৈমূৎ-মৈমূৎননা সীতা তান্না লাক থোক্লিবা পূন্নমক তন্নম মহেন্দ্র পর্ব্বত তান্না লঙ্কা তুংওইনরম চোংখরে। অঙ্গদনচিংবা পূন্নমক্না জয়কার মাঙওইননা ওকখি। মরম পূন্নমক হোদোক্লরবা মতুংদা হরাউবা খোঙফম্না নুঙাইবা পাউ পু রামগী মফমদা হনখি।

হনুমান জানকীনা পীরকপা অভিজ্ঞান মণি রামদা কৎনা কৎনা লঙ্কাদা রাবণগী অপাম্বা মিহৌবা কল্লকপা তাথীবনচিংবা মৈরম কয়া কয়াগী মৈরি চাম-চামনদি মৈফাংননা মিকুপ খুদিং চাকশিল্লক মহাক্কী প্রেমগী অমৃতনদি নুংজনখিবনা কেমসি কেমঙমদা ঙৌনা হিংলবী, ৱারবী মৈথিলীগী অৱাবা মপাউখোন তন্নক্লে; থোকখিবা তৌরুবা থবক পূন্নমক তমদুনা তৌগদৌরিবা থবক্কী লংজিন পীরক্লে; রাম 'নঙ্গী লম্মন নম্বোনদুনা রাম ঐগী পুন্সি-খোঙফম মরোইরনি বৎস' নুংশিবা নুঙঙাইবগী অঈংবা পাম্বোম অনীনা কোন হনুমানগী মরাইবক চুপ মথম্মোইনা লম্মন য়াখি।

মচা ওইবগী ধর্ম্মনা অৱাবা বনগী খোঙফম নোক্লা চৎ মপাবু ৱাশক্কী লাংদগী কন, ক্ষত্রিয়-ধর্ম্মনা হিংচাবগী য়াতা ওইরবা দণ্ডকারণ্যদা থৌনা চঙ অমাঙবনা শকপান্নরবা হিংচাবশিং হাৎ জগৎ-কল্যাণ শীনবনা মশিঙ্গাং ওইরবা ব্রাহ্মণ-মুনি-ঋষিশিং য়োক, ধর্ম্ম য়েংবা ধর্ম্মনা অধর্ম্ম মরূপ্পরবা বালী হাত্তুনা সুগ্রীব ঙাক, মপুরোইবা ওইবগী ধর্ম্মনা চিং রাবণগী মখুৎ-চনখ্রবী সীতা কনবা চৎলে লঙ্কা তন্না

**কনফমথোকপা-কনবা রাম।**

# অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ, ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাইদা ইং ১৯০৬, মে থাগী তাং ২দা গৌড়ীয় বৈষ্ণবকী ইমুং অমদা অশেংবা ক্ষেত্রি অমা ওইনা পোকখি। অপোকপগী মিং অশাংবম জীবন সিংহ, অপোকপীগী মিংনা অশাংবম মেধাবতি দেবী কৌই। অদুবু পোকপা নুমিৎ ১২ নি শুবা নুমিত্তগী মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈরক ইম্ফালদা লৈবা মহারাজ মধুচন্দ্রগী মশুনুপা মাইবম ইবুংঙোতোন সিংহ অমদি মহারাজ নরসিংহগী মশুনুপী নিংথেম চনু সনাজাওবী দেবী অনীনা য়োক্লক্তুনা চাউরকখি।

মহৈ মশিংগী লমদদি য়ুমদগী হৌরকখি, পেটিগ্রু লৱার প্রাইমারী স্কুল, মোইরাংখোম অপ্পর প্রাইমারী স্কুল, জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুলদা মথং মথং তমলক্তুনা মুরারিচান্দ কলেজ শ্রীহট্ট (সিলেট) তা তমদুনা ইং ১৯৩০ দা কলিকতা ইউনিবরসিটিদগী আর্ট গ্রেজুয়েট ওইখি। ইংলিস, বেঙ্গলি, সংস্কৃত, হিন্দী অমদি অরিবা মণিপুরী লোলশিং ঙাঙবা ঙম্মী।

ষ্টেট অমদি নেসনেলগী থাক্তা এৱার্দ কয়া অমদি মিংথোলশিং ফংলকখ্রে। পনবা য়াবা খরদি ইং ১৯৭১ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা **সাহিত্য-রত্ন**, ইং ১৯৭৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী ইম্ফালনা **ফেলো**, ইং ১৯৭৬ তা সাহিত্য অকাদেমী, নিউ দিল্লীনা **সাহিত্য অকাদেমী এৱার্দ**, ইং ১৯৭৬ তা থৌগল মরূপ হাইলাকান্দি (কাছার) না **কবি সম্রাট**, ইং ১৯৮০ দা রোট্যারি ক্লব ইম্ফালনা **দি মোষ্ট ইমিনেন্ট সিটিজেন ওফ মণিপুর এৱার্দ**, ইং ১৯৮৫ দা ভারত সরকারনা **পদ্মশ্রী এৱার্দ**, ইং ১৯৮৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা **সুভর্ন জয়ন্তি বিষেস সন্মান এৱার্দ**, ইং ১৯৮৬ তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা **যামিনি শুন্দর গুহ গোল্ড মেদল**, ইং ১৯৮৮ দা ডি কলচরেল ফোরম মণিপুরনা **থোইবী এৱার্দ**, ইং ১৯৮৮ দা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন (এম ডি ইউ) না **ললিত নীংশিং গোল্ড মেদল**, ইং ১৯৯০ দা মণিপুর ইউনিভরসিটিনা **ডোক্টরেট (ওনোরিস কোজা)**, ইং ১৯৯১ দা মণিপুর সরকারনা **দি রিপব্লিক ডে গোল্ড মেদল** ইম্ফালদা পীখি। ইং ১৯৭২ প্রসিদেন্ট রুল লৈরিঙৈ মনুংদা মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবগী থৌরমদা রিসেপশনেলিস ওইখি অমদি ভারতকী

প্রাইম মিনিষ্টর ইন্দিরা গান্ধী অমদি মহাক্কা লোয়ন্নরকপা গভর্ণর শ্রী বি কে নেহরু অমসুং লেপ্টেনেন্ট গবর্ণর শ্রী ডি আর কোহলি আই সি এস (রিটায়ার) না **এ মোষ্ট রেসপেক্তেদ সিটিজেন ওফ মণিপুর** হায়দুনা শক্তাক পীখিবগা লোয়ননা চাউরবা ইজ্জৎ ইকাইখুন্নবা উৎপিখি।

অচৌ অচৌবা শিনফম কয়াদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাকই। ইং ১৯৪৭ তা মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিটিউসন মেকিং কম্মিটি হৌজিক্না মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিটুয়েন্ট এসেমব্লিদা মহারাজগী **নোমিনি মেম্বর** অমদি ইং ১৯৭১ অমসুং ১৯৭২ দা টিচর্স ফাউন্দেসন মণিপুর ব্রাঞ্চ কী ইউনিয়ন এদুকেসন মিনিষ্টিরগী **নোমিনি মেম্বর** ওইখি।

ইং ১৯৭০ দা ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কম্মিসন নিউ দিল্লী (ইউ পি এস সি) গী **এডভাইজর** ওইখি। ইং ১৯৪৭ তা গভর্নমেন্ট ধনমঞ্জুরী কলেজ (ডি এম কলেজ) হৌদোরকপদা কলেজ অসিদা এন্সেন্ট হিষ্টোরি (গ্রীস এন্দ রোম) অমদি ক্লাসিকেল মণিপুরী লিটরেচরগী **প্রোফেসার** ওইরকখি। সিটি নাইট কলেজ হৌজিক্না গভর্নমেন্ট নোংমৈকাপম গোপাল কলেজ (এন জি কলেজ) লমফেলপাৎ কী হৌদোরকপদা যাওবা অমা ওইনা **প্রিন্সিপাল, চেয়ারমেন** গভর্নিং বোডিগী ইং ১৯৭২ দগী ১৯৮০ ফাওবা ওইরকখি। জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর ওফ পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টডিজ কাঞ্চিপুর ইম্ফাল হৌজিক্না মণিপুর ইউনিভর্সিটি কাঞ্চিপুরগী, মণিপুরী লেঙ্গুইজ এন্দ লিটরেচরগী **এসোসিয়েট প্রোফেসার হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট** ওইরকখি। মণিপুর সরকারগী **টেক্সবুক ষ্টেন্দিং কম্মিটি, স্পেলিং কম্মিটি, গেজেটিয়র কম্মিটি, ষ্টেট এমব্লেম কম্মিটি, ষ্টেট টার্মিনোলোজি কম্মিটি, খোংজোম ডে সেলেব্রেসন কম্মিটি**নচিংবগী মেম্বরশিং ওইরম্মী। করিগুম্বা মতমদা **রিবিউয়র বুকস ফোর ষ্টেট সবসিদিগীশু মেম্বর** ওইরম্মী। সাহিত্য অকাদেমী নিউ দিল্লীগী লোকেল **এডভাইজরি বোর্দ**, জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী ইম্ফালগী লোকেল **এডভাইজরি বোর্দ**, ওল ইন্দিয়া রেডিও (এ আই আর) ইম্ফালগী **প্রোগ্রাম এডভাইজরি কম্মিটি** অমদি **কেন্দিদেট সেলেক্সন কম্মিটিনচিংবগী মেম্বরশিং** ওইরম্বখক্তা নত্তনা এ আই আর ইম্ফালগী **সোং সেলেক্সন কম্মিটিগী এডভাইজরশু** ওইরম্মী।

ইং ১৯৩১ দগী ৩২ ফাওবা মণিপুর সরকারগী **এক্কাউন্টেন্ট অন্দর ট্রেনিং**, ইং ১৯৩২ দগী '৩৩ ফাওবা মণিপুর সরকারগী লৌরুংশঙদা **সব-ডিপুটি কলেক্টর অন্দর ট্রেনিং, সব-ডিপুটি কলেক্টর-টু** হেন্না খঙনবনা লেন্দ সেটলমেন্ট ওফিসার (এল এস ও) ওইখি। ইং ১৯৩৬ কী জনুৱারী ৩১ দা প্রসিদেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার (রেবেনিউ) গা মোৎ খেন্নরকপদগী রিজাইন তৌখি।

ইং ১৯৫৫ দা **ডি এম কলেজদা মণিপুরী ডিপার্টমেন্টকী** হেড ওইনা ওইনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট বি টি ক্লাসতা মণিপুরী তম্বীরম্মী অমদি ইং ১৯৬৭ কী ওক্টোবর তাং ১৭ তা **সেনিয়র লেকচর অমা ওইনা হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট মণিপুরী**দগী পোথাই। ইং ১৯৩০-৩১ দা মণিপুর ইনষ্টিট্যুসন, ইম্ফাল, হৌজিক্কা **চুড়াচান্দ হয়ার সেকেন্দরী স্কুলগী এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর** ওইরম্মী। হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা নরসিংহ হায় স্কুল, অমদি রাম লাল পাল হায় স্কুলদশু **এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর** ওইরম্মী। ইয়োর হায় স্কুল হৌজিক্কা তোম্বীসনা হায়স্কুল অমদি বেঙ্গলী হায় স্কুল, ইম্ফালদশু এসিষ্টেন্ট টিচর ওইরম্মী। ইং ১৯৪৫ দগী ১৯৪৭ ফাওবা কাঞ্চিপুর পোলিটেক্নিক হায় স্কুল হৌজিক্কা কাঞ্চিপুর হায় স্কুল, ইম্ফালদা **প্রিন্সিপাল** অমদি **হেড মাষ্টর** ওইরম্মী। অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা **ভি ষ্টোর বেজ** ইম্ফালগী **বাবু ইনচার্জ** ওইরম্মী, মসি হৌজিক্কা লোকচাউদা হোংখ্রে। সেন্ট্রেল বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন, নিউ দিল্লীগী **পেপর সেটর**, গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিগী এগজমিনর, বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন আসাম গুৱাহাটিগী স্ক্রুটিনাইজর, মণিপুর বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন ইম্ফালগী হেড এগজমিনর, অমদি নোর্ঠ ইষ্টর্ন হিল ইউনিভর্সিটি ষ্টডিজ এন্দ কোর্স কম্মিটি মণিপুরী সবজেক্ট, গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটি অমদি বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন আসামগী সেলেবস কম্মিটিনচিংবগী **মেম্বরশিং** ওইরম্মী। মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী ডিপার্টমেন্টকী মীশীং হাপ্নবা থবকশিংদা য়েংশিন্নবা মতম মতমগী ওইনা মহাকসু মেম্বর ওইনা হাপলমই।

কলিকতা ইউনিভর্সিটিনা মণিপুরী লোল অমদি সাহিত্যবু শকখঙলক্নুনা হায় স্কুল অমদি কোলেজশিংদা লাইরিক তম্নবা হৌরকপা মতমগী অইবা লময়ানবা তরেৎকী মনুংদা মহাকশু অমনি।

মণিপুরী সাহিত্য অমদি লোলবু নুংশিজবা মীশক অমা ওইনা মণিপুরী সংস্কৃত পরিষদনা ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোং জ্যোতিগী **এডিটর** ইং ১৯৭৯ দগী ১৯৬১ ফাওবা ওইরম্মী। বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন আসাম অমদি বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদজুকেসন মণিপুরগী সেকেন্দরী মহৈরোইশিংনা তম্নবা মণিপুরী শৈরেংশিংগী খোমজিনবা শৈরেং অখনবা (১৯৬৭) কী **কম্পাইলরশু** ওইরম্মী।

চৈতন্য সেবা মন্দল ইম্ফাল, অতোমবাপু রিছার্স সেন্টর ইম্ফাল, পাউনা ব্রজবাসি রিছার্স সেন্টর, ইম্ফাল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, কলচরেল ফোরম মণিপুর, ৱার্ল্ড ইউনিয়ন ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, বিশ্ব হিন্দু পরিষদ-ইম্ফাল ব্রাঞ্চ, ষ্টেট লেভেল কম্মিটি ফোর ডি **সেন্টিনেরি সেলেব্রেসেন ওফ চৈতন্য দেব** (১৯৮৫) হায়রিবা ওর্গানাইজেসনশিং অসিগী **প্রসিদেন্টশিং** ওইরম্মী। মহারাজ নরসিংহ মেমোরিয়েল কম্মিটি ইম্ফালগী পেট্রোন, ইং ১৯৩৫ দা হিজ হায়নেস ডি মহারাজ ওফ মণিপুর

সার চুরাচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি বি ই গী **লমজিং** মখাদা **লিংখৎপা** বিবোধ জননী সভা (হিষ্টোরিকেল কম্মিটি), মৈতৈ ময়েক থৌগন **মরূপ, ইম্ফাল** সেবা সমিতি, ইম্ফালনচিংবগী **মেম্বরশিং** ওইরম্মী। ডি অরবিন্দো সোসাইটি, ইম্ফাল ব্রাঞ্চকী **চেয়ারমেন** ওইরম্মী। ছাত্র ওইরিঙৈ ইং ১৯২০ দা **মাদর ক্লব ইম্ফাল, মৈতৈ চনু কম্মিটি**, ইম্ফালগী **ফাওন্দর মেম্বরশিং** ওইরম্মী। মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন (এম ডি ইউ) গী **ফাওন্দর মেম্বর** ওইরকপদা নত্তনা ইউনিয়ন অসিগী ড্রামাগী **আর্টিস** অমদি **ড্রামা ইবা** মীশক অমশুনি।

ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমশিং কয়ামুক চৎলুরে অমদি মসিগী কলা সংস্কৃতিবু পূক্নিংদা লুনা চেৎনা লৌজরম্মী। মজাতিগী মীশিংবু লমচৎ ফজনা অমদি ঈংনা লৈহন্নবগীদমক মমিং লৈরবা এসোসিয়েসন **ডি ৱার্ল্ড ইউনিয়ন** অমদি **ডি অরবিন্দো সোসাইতিগী অচঙবা মেম্বর** ওইরম্মী।

ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *বসন্ত শৈরেং* লাইরিক অসি কলিকতা ইউনিভর্সিটিগী মখাদা ডিকেড অনী (চহী কুন) য়ৌনা ইন্টর্মিদিয়েত ক্লাসকী টেক্স বুক ওইরম্বতা নত্তনা গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিগী মখাদা ১৯৩৪ ইং ফাওবা টেক্স বুক ওইরম্মী। অতৈ লাইরিকশিংদি *সীতা বনবাস* (ড্রামা, ১৯৩৬), *তোনু লাইজিংলেম্বী* (ড্রামা, ১৯৪৯), *মৈতৈ উপন্যাস* (ক্রিটিসিজম, ১৯৫০), *রামায়ণগী ৱারী খরা* (ৱারেং, ১৯৫১), *মৈতৈ লোঞ্জল* (ব্যাকরণ, ১৯৫১), *ভারত চনু* (লারোন ১-৪ ৱারেং, ১৯৫২), *মৈতৈ লাঈরোল* (মিথ, ১৯৫২), *ঙাঙ্গোয় পরেং* (ইতিহাসিক, ১৯৫২), *ভারতকী লোনশিংগী মরক্তা মণিপুরী লোনগী মফম* (এসে, মণিপুরী লোনগী সর্ভে, ১৯৫৪), টেগোরগী *গীতাঞ্জলি* (হন্দোকপা, ১৯৬৪), মাইকেন মোধুশুদন দত্তগী *মেঘনাদবধ কাব্য,* (হন্দোকপা, ১৯৬৪), সেক্সপিয়ারগী *ডি রেপ ওফ ল্যুক্রেসি* (হন্দোকপা, ১৯৬৫), *অশৈবগী নিতাইপোদ,* (শৈরেং ১৯৭৬ ভারতকী সাহিত্য অকাদেমী এৱার্দ ইং ১৯৭৭ তা ফংলবা) *অশৈবগী শৈরোই* (শৈরেং, ১৯৭৭) *অশৈবগী জয় ভাই* (শৈরেং, ১৯৭৮), *বিদায় আশীর্ব্বাদ* (শৈরেং ১৯৭৯) *পুনশিংগী শক্তম* (লারোন ১, মশানা ইজবা পুন্সি ৱারী, ১৯৮০), *সনরিক পরেং* (শৈরেং, ১৯৮১), *পুনশিংগী শক্তম* (লারোন ২, মশানা ইজবা পুন্সি ৱারী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী যামিনি শুন্দর গুহা গোল্ড মেদল ফংলবা, ১৯৮২), *শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব* (চৈতন্যদেবগী শম্নপ্লা পুন্সি ৱারী, ১৯৮৬), অমদি *য়াচঙ শৈরোল রশ্মিনা তেংথা* (শৈরেং ১৯৯৫) অসিনচিংবা লাইরিক কয়ামুক ইদুনা ফোঙলম্মী। শক্লাইরবা কবি অসি ইং ১৯৯৫ গী মার্চকী তাং ৭ তা ঈশ্বরগী খূয়াখাদা চঙজখি।

## অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১. বসন্ত শৈরেং
২. সীতা বনবাস (ড্রামা)
৩. তোনু লাইজিংলেম্বী (ড্রামা)
৪. মৈতৈ উপন্যাস (খোরিরোল নুঙ্গোইবা, সমালোচনা, লারোল অহানবা)
৫. রামায়ণগী ৱারী খরা (ৱারেং)
৬. মৈতৈ লোঞ্জল (ব্যাকরন)
৭. ভারত চনু (লারোন ১-৪, ৱারেং)
৮. মৈতৈ লায়রোল (মিথ)
৯. ঙাঙ্গোয় পরেং (ইতিহাসিক)
১০. ভারতকী লোনশিংগী মরক্তা মণিপুরী লোনগী মফম (মণিপুরী লোনগী সর্ভে)
১১. গীতাঞ্জলী (হন্দোকপা)
১২. মেঘনাদ বধ কাব্য (হন্দোকপা)
১৩. দি র‌্যাপ অব ল্যুক্রেসী (হন্দোকপা)
১৪. শৈরেং অখনবা (সম্পাদক)
১৫. অশৈবগী নিতাইপোদ (খন্দ কাব্য)
১৬. অশৈবগী শৈরোই (শৈরেং)
১৭. অশৈবগী জয় ভাই (শৈরেং)
১৮. বিদায় অশীর্বাদ (শৈরেং)
১৯. পুনশিগী শক্তম (লারোন অমা অমসুং অনী) মশানা ইবা পুন্সি ৱারী
২০. সনরিক পরেং (শৈরেং)
২১. শ্রী কৃষ্ণচৈতন্যদেব (চৈতন্যদেবগী শম্লপ্প পুন্সি ৱারী)
২২. য়াচঙ শৈরোল-খম্মিন তেংথা (শৈরেং)